BY
**Wathokchao** — A collection of nineteen **Manipuri Short Storie's** by ***E. Sonamani Singh*** Published by **M/S. Manjeet Publications** Moirangkhom, Laklaobung, Imphal-795001



অহানবা ফোঙবা - ওক্টোবর, ২০০৪

অফোঙবা কমলাম্মা রাজকুমারীনা মঞ্জিৎ পব্লিকেসনগীদমক থোঙব

কোপী

মমল ৫০/

[illegible] সুচেতা বুক এণ্ড পব্লিকেসন্স
[illegible]

[illegible] সুচেতা প্রিন্টিং বার্ক্স
[illegible]

**কথোকচবা ঃ-**

অবোক চোনুগী মফমদা ।

# হায়জনীংবদি

মতমগী চক্রনা অশুম অশুম লৈয়রকপদা মালেমগী অকোয়বদা লৈরিবা মহৌশাগী ফিভম মশক মচু হোংঈ অমসুং হোংলিবা শক্তম মশক মচু অদু মতমদা অদুম তিনখি-লূপখি। হোংলক হোংলকপা ফিভম্না রাখল পুক্রীং ঈনোৎ হেক হেক কাহল্লি -মদুসু মতমগী ঈপাক্তা অদুম তিনখি -মমি শামী ওইনা নীংশিংবা খরদি মতম খর অদুম পলহৌই - মদুসু অদুম অকাওবা ঈপাক্তা তিনখি। ১৯৯৫ ইংদা ফোঙখিবা ঐগী রারী মচাগী লাইরিক ''**মৈতৈগী ইজ্জৎ**'' কী মতুং চহি তরামুক অসিদা মণিপুর সনা লৈবাক্তা পৃথিগী মফম অতৈদা পঙথোক থোক্তবা থৌদোক কয়া মথং মথং থোকখি - মদুদা কাখিরা রাখলগী ঈনোৎকী মমি খরদং লৈহৌবদু নীংশিংদুনা রারী মচা ওইনা মণিপুরী সাহিত্যগী থৌগল তৌজরি খাই ময়াম্না মিৎয়েং তাবিয়ু।

ইম্ফাল,

ওক্টোবর ২০০৪ ইং

সোনামণি

# য়াওরিবা

১। শেল থাবা /৭
২। কন্নাগী দাবী হান্না /১১
৩। রাথোকচাও /১৪
৪। ঐনা পাম্বদি শেল নত্তে/২০
৫। মদন চৌকিদার /২৩
৬। সিফাই /২৮
৭। লৈইসিগী রাংমদা /৩৩
৮। বাবু তোমচা /৩৬
৯। নাইতোম লাম্মী /৪০
১০। ইংশোক ২০০২ গী মণিপুরী ভোটর অমা /৪৩
১১। মৈতৈ তোম্বা /৪৯
১২। ঐদি ইনাক খুনবা তঞ্জরে /৫৪
১৩। হিদাক য়োনবী ইবেচা /৫৯
১৪। নুঙাইবনিদকো মণিপুর হায়বা লমদো /৬৫
১৫। হিংবমুক নুঙাইবা লৈবরা ?/৭০
১৬। অরাংবা চীংদা শাৎপা লৈ/৭৭
১৭। মীনা করি হায়রি/৮১
১৮। চাহৈদবা/৮৪
১৯। যন্ত্রনসিনা/৯২

# ১

# শেল থাবা

লৈবাকচাও চহি ৫০ শুরে। মরীল লৈবা লিংজেন খাবা নুপানি। লৈকাই অদুদা শোন্নরিবনি। মী-নকা শীংনরকপা য়াবা নত্তে। শীংনরবদা হনবা লৈতে— লাম্বা থিংদে। লৈকায় লান্না খঙনৈ— কলেজা লৈবা নুপানি।

মাগী মচানুপা তোম্পোক— অহঞাও— কলেজদা বি এ কোর কাবতা ঙায়রি। খঙহৌদে, খাম্ব-কা নংহৌদে, কলেজ তম্মিন্নবী উচিব্রাগী রানী নোংমা নুংদাং অমা কোক পুরক্লে— চেল্লক্লে।

"তাদ ! নচা নুপাদু নুপী চেল্লকলে অমুক্তা হায়দোকমিন্নরুসি ! ইবুঙো— নঙসু খর যাওবিদবা য়াদে।"

"ফরে ! ফরে ! করি লমদৈনো ?"

"আ— উচিব্রাদৈনি।"

হায়দোক্লুরে। নুংথিল মচীন হংবা লাক্লে। ব্রা ব্রা, য়া য়া খর লাওনৈ—নুপী মশানা য়াবে হায়রে। লুহোংবা তারে— কুঠি য়েংলে নুমিৎ লেপ্লে। বার্তন চৎখ্রে— হৈজিংপোৎ চাতবেৎ—কন্যাগী মমান্নবী লৈশাবীশিংগী স্পেসিয়েল লোয়ননা গাড়ী চাম বন্দোবস্ত—বর বার্তন--সনাগী ঝিঙ্গুর পবেংনা লৈপরেং, কলেজানি কলেজা নুপী ময়ুমসু। লাম্বা অনিসি ফনবু জুৎ চানরি।

ঙসি লুহোংবা নুমিৎনি, বস ৩ ত্রক ২ য়াওনা কার পূন্না গাড়ী ১০০ নি। ত্রকতা বেন্দ পার্টি তোংলি— খোংলি "তো তো রো তো", থিল্লি দ্রম "ধোং ধোং"। মাঙদা চৎলি বেন্দগী গাড়ী, মথংদা ইল্লি যাত্রা পুবী জিপ— মথং মথং চৎলি লৈশু থেৎলবা বরগী কার, লোযননা বর শেন্নবা অহোংজাও কোয়েৎ তোলোক য়েত্তুনা। বরগী মমান্নবা কারদা, জিপতা— মরু ওইবা বার্তন তৌরুবা কাঙবু মশাগী মরন্নাই গাড়ী পুরকপশিংসু য়াওরি কার পরেংদুদা— কার তোংলোইদবা বার্তনগী মী, লৈকায় অহন লমন, নুপী অঙাং বসতা তোংলি। বসনা তুংদা ইন্দুনা বর কাঙবুগী কার পরেং উরিবোক সোরবোন থিঙেলদগী হাইথরক্লি উচিব্রা তম্না নুংথিল পুং অনি মখাই তাবদা। লম্বীদা হায়নহৌই— "ইস কার ময়ামসিদি য়ামখ্রেদা !"

বর মপা লৈবাকচাও মমান্নবা সাধুগা, লৈকাইগী অহল খোমৈগা মারুতি কার অমদা তোংলি, ব্রারী শারি—

"ভায়— মখোই অসোমগী মপাদু গপ য়াম্না তৌই হায়না তায়নে।"

"ভায় মাসু তৌনীংখে তৌসনু লাম্বা থিংদে—নঙসু ঐগী কলেজা খঙলিদুঙাই—নত্রা ?"

খোমৈনা ৱা পাংলকই— "অদু ইঙো লৈবাকচাও ! কান্নদবদা মখোই অদুৱাইদা পঙতৌ তৌরুবসু ফত্তেদা।"

"তা-খোমৈ! ঐবুদি কৈসু তৌজরোই; অদুবু শীংনরক্লবদি ঐদি হল্লোই তাদসু খঙলিদুনি।"

"হোয় হোয় অদুবুদি পঙচোপ চোপ্লসু য়াবরদো।"

পূং মরি তাবমদাইদা নুপী ময়ুম য়ৌরে। লুহোংফম মাগুব খল্লবা শুমাঙদা চঙলকলে— শামুগী শাজংতা বর অহঞাও নোমহৌ নোমহৌ। ইম্ফালগী মী উশিংখিদ্রবা বর কাঙবু চঙলকলি য়া য়া ৱা ৱা। ডিউটি ওক্লুনা ফমফমদা ফম্লখ্রে।

থেঙলকই হায়দুনা নুপী ময়ুমগী মীশিং হাইফেৎ ঈ কানরম্মী। অদুবু খোমৈ, সাধু খোয়না খুরুম খাজং তৌদুনা খর নেমথরে— ঈশৈ হৌরে। ইম্ফাল অমদি অতৈ লমদগী অফাওবা ঈশৈ হনবা দুহার পূংয়ৈবা নেক্লদুনা রাগ হেক তাবদগী শেন থাবসিনা ঈশৈ শকফম খঙদ্রে পূং য়ৈফম খঙদ্রে— চোলোম তৌফম খঙদ্রে। ঈশৈ শকপা পূংয়ৈবা নোম্লদুনা খুরুম্বদা মখ্বাং নারে।

লুহোংবা হাযবসিদা "মানা কৈদা ঐনা কৈদা" হেনখিদগে হায়না ক্রক ক্রক য়েংনরিবনি— লান্বা— তৌনরিবনি— নুপা ময়ুম নুপী ময়ুম। সংকীর্ত্তন্দা শেল থাবা মতম চাই চাদে— মতাঙ চাই চাদে য়েংবা নত্তে— মখোয়না থাখ্রবদি ঐখোয়সু থাগদবনি। ঈশৈ শকপা য়াদ্রবা ঈশৈ হনবনা মতাঙ অমদদি মানা যাম্লা পামজনা শকচগে হায়না খঞ্জরকপা অনৌবা শৈশক্কী ঈশৈ অমা শকপা হৌজরকপদা শেল থাবা হোৎচিন্নবকপদগী শকপা যাদ্রবা অদুদা ঈশৈ হনবনা খুরুম খুরুম্লা হায়রকই মচীন্না থোক্লা— "ঐবু ঈশৈ সিমত্তদি শকচখিগে"। শেন থাবা চঙখিবা লৈবাকচাওনা খুমখি, "মী অসোম্লদি থাখ্রগা ঐখোয়বোমগীসু থাদবা য়াব্রো ?"

ঈশৈ শকপা পালা অদুদা য়াওরিবা লৈকায় শীংলুপকীরা করিনো পালা অহুম অমদি ঈশৈসু থোইনা খুমদে— কোর্ত্তান ফাওবা য়ৈবোই য়ৈদবোই তৌই— চোলোম তৌবসু য়াওদে— লেপ্ত— লেপই, অদুবু শেল থাবদি চিংথদে। গুসাই মখৈ সাধু মখোয়বু য়েংদুনা লৈরকই-হায়রকই "তা খোমৈ— অহুম অসিবু ঈশৈশু শক্তে চোলোমসু তৌদে, কোর্ত্তান ফাওবা য়ৈবা হৈতে— শেল থাবদি চিংখদে। ঈশৈ শকপা শক্তবা, হৈবা হৈতবা পালা পূম্বা লোইনা শেন থাবসিবু কনানা হৌদোকখিনো তা-খোমৈ।"

"খঙদেনে কন্যাপা অসিনা হৌদোকখিব্রা কৈনো ! ইপা ইপু হাক্তক নিংথৌ পাল্লিঙৈদদি বোরিবগা ফিরোই হোংবগদা ফিগা দক্ষিনাগা পালা পূম্বা থানরম্মী। ফিদা ফিশিন— মরক্কী শেল— থাবদি ঈশৈ পুবা মখোয় মঙা— ঈশৈ হনবা, দুহার, পূংয়ৈবা অনি— খোম্বাংবতা থানরম্মী। কনাগুম্বা মখোল ফবা পালানা নাইতোম ঈশৈ হায়রকপদা পুক্লীং থৌগৎপা ওইনা অদুক নাইতোম শেল থানরম্মী— অদুনা মহৈ হৈবা হোৎনবা কনবা মখোল ফবা পালাবু শেমগৎনরম্মী। হৌজিক্তি কদাই— শেম্বাবগী মতম, মতাঙ ফাওবা খঙদ্রে। থায়নগী ইপা ইপু হাক্তকী অদুতং তৌরদি ফদৌনি।"

"হোয়নে, হৌজিক্তি পালা য়াওবা পুম্বা ইনাক খুল্লে— হৈবা হৈতবা ঈশৈ হনবা ওঝাদা পালা য়াওজগে— য়াওহনবীয়ু হায়না ব্রাচং-ব্রানোমনরে হায়।"

"অচুম্বনি, ব্রাচং-ব্রানোমনরবনি হৌজিক্তি। মাগুব মপু ফাও ব্রানোম্নরবনি।"

"অদু— পুম্নমক থাদৌ লৈরদি পালা খুদীং খুৎশিন্নদৌ শরুক পূল্লপ তাঙ্গ অমদা হাপ্লগা থাবদি য়াদ্রা ?"

"মদুদি য়াম-ফ-ব্রানি। ঈশৈসু কায়ররোই, অদুম তৌরবদি অচোইবা ফংদ্র মতমশিদদি মদুনা হেন্না ফরবনে— মসিদুম হৌদোক্লসিদো।"

"হোয়নে মদুদুম তৌরসিনে।"

লুহোংফাল থাংদোরকলে। শ্বর য়েংদুনা বর শেন্নবনা তৈথোক নাম্থোক— শামায় নুংমায় শেম্বীরবা অহজাও নোমহৌ নোমহৌ চঙখ্রে। অহোংজাওনা মাঙথানা সংকীর্তন খুরুম্লগা লুহোংফালদা য়াংলেন তিংনা মিৎনা চোইদনা ফমখ্রে। বব শেন্নবনা অশোয় অঙাম য়েংশিন—ফিবোন— কোয়যেৎ শেমজিন শাজিন তৌরিঙে পুবোহিত কন্যাপা থোরক্লুনা পুরোহিতনা মন্ত্র শোল্লদুনা কন্যাপানা বরগী পূজা, মথংদা ববগী য়েৎথংবা খুকউ— খুং ওইনা পায়দুনা সংকল্প তৌদুনা মচানুপীবু ববন্ তৌনবা হৌনবী ব্যবহার তৌরম্মগা ইমুংদা চঙখিদুনা কন্যাবু মমাক নুপা বর-অদুদা কৎপা যাননবা মন্ত্রনা শেংদোক খোত্তোক্লুনা অফবা পুংফমদা যাত্রা তৌহল্লে। কন্যা থোবক্লে- ব্রাহ্মণ, গুরু অমদি মপাগী আশিবর্বাদকা লোয়ননা কন্যা শেন্নবী নুপীনা ওক্লুনা শামায় নুংমায শেম শারগা ববগী মনাক্তা পুশিন্দুনা মোন্তেক থক্তা ফমখ্রে। বব-কন্যা অনিগী খুত্তু কুশথৌবীনা পুল্লগা মথক্তা পূর্ণপাত্র কুজবগী পোৎকা লোয়ননা কন্যা মপানা পুরোহিতকী মন্ত্রগা লোয়ননা পুরোন অহুম শাক্ষি থমদুনা কন্যা অদু বব অদুদা দান তৌরে— দান থাদবে। কন্যাগী মবুং মৌপ্পা, মচে মচন, মরূপ মপাংনা দান থাদবা লোইববদা কুজপোৎকা দান মযামদুগা পুথোকখিদুনা বর মমাদা কুজবা য়াহনখ্রে।

শেল থানবকলে। পুরোহিত, ঘোট চফু, কন্যা শেন্নবী, বর শেন্নবা, পালা, ক্লারিযোনেট খোংবা— মাগুব মপু অমত্তা থাক্লদ্রে। কন্যানা ববু তরেৎলক কোয়দুনা লৈ চাইবগী মতাং য়ৌরকলে। বর কন্যা অনিগী কাঙবু মরী মরী শেল থানরি।

ববু য়েৎওইননা কোয়বগী অনিরক শুরকপা মতাঙদা খঙহৌদনা কন্যা অদু কন্যা শেন্নবীগী খুত্তগী শৎ নাম্থোকখিদুনা ঈশৈ— "ধবনি ধবনি চান্দবদনী" হায়বগী পুংলোনগা তান চানা চালি শাদুনা আবের খেলগী আবের চাইবগী জগোই খুথেক্কা লোয়ননা লৈনা লৈনা কোয়রকলে— বরদা লৈ চাইরে— লৈবাক কুম্মে ওইরে।

কন্যা অদুনা জগোই লৈনা লৈনা শাদুনা কোয়রকপগী মরিরক শুরকপগী অদুদা কন্যাপাদু ঈশৈ শকপা, পালা, বর শেন্নবা, কন্যা শেন্নবী পুম্বদা খুরুমদুনা লুপা মঙা মঙা থাবা লোইরকপদা করি নীংশিংলক্লবনো খঙদে জগোই শাদুনা কোয়রিবী মচানুপী কন্যা অদুগী ঝাপা মথক অদুদা লুপা চামা চৎপী নোট অমা কোক হেক থেৎলম্লগা থোকখি।

লৈবাকচাও ফুক হৌগৎলি— ফৎ চঙখিদুনা পালা খুদিংমক্তা লুপা ১০ (তরা) থায়— মথংদা বর শেন্নবা, কন্যা শেন্নবী, ক্লারিয়োনেট খোংবশিংদুসু লুপা তরা তরা থারবা তুংদা ফৎ হাইজিনখিদুনা বরগী কোয়েৎ মতোন্দা লুপা ১০০ চৎপী অমা থেৎলল্লগা তপ্না মমৌ ওইগদৌরিবী জগোই শানা শানা কোয়রিবী কন্যা অদুদা হায়রুই—

"সে নখুৎ তিংথোরকউ।"

মমৌ ওইগদৌরিবী কন্যা অদু ইঙক-ঙক্লা কবিনো খলহৌদনা মখুৎ শৎ তিংথোরকই।

লৈবাকচাও কন্যাগী মখুৎ অদুদা লুপা চামা চৎপী নোট প্রেক প্রেক লাওবীদো মরি মঙা লেপথা থাদরল্লগা সংকীর্ত্তন মপান্দা ফৎ থোকখি।

১৮।১২।৯৬ ইং

* * * * * * *

২

# কনাগী দাবী হান্না

খঙনরকপদগী লুহোংবা মতুং চহি অমা খর হেনবা ফাও— শ্যামা তোম্পোক্কীনি— দাবী পুম্বা খ্বাইদে হান্না পাঙথোকপা মাগীনি, তোম্পোক্কীনি। চহি হেল্লকপদা শ্যামা মীরোল্লে।

মহাক্কী মমিং শ্যামা কৌই। মুনরং তৌনা রাশি লৈবিনি। শাওং শাদা তোঙ্গানে ৩৫-২২-৩৪ নি। ফুট ৫ ইঞ্চি ৪ রোম ৱাংগনি। কোইরপ তাবী থাজ মানবী মায়থোংনি। চহি ১৭ চঙলক্লে— ইংরেজি ৱাহৈদা "স্বিট সভেনটিন" হায়দনা— মপুং ফারকপী ফজরকপী অপাম নুংশি খোংদাবা হৌরকপা মতমনি, মমিং ওখাক্লা চৎলে— ফজৈ হায়না; য়ুমলোন্নবা খুঙ্গং মঙা তবা লান্না খঙনৈ।

মাগী মিৎয়েং অমত্তং ফংনবা হোৎনখিবা, য়েন্দম্নবা পাখঙ মশীং হাইফেৎ য়ামখি। মখোযগী মরক্তা মরাইবক ফবদো থংনবা লমজাও খুনগী অমত্তা পোকপা তোম্পোক ওইখি— অদুবু মতমদি ফনা য়াম্না চঙখি।

"মসি— নুপা অসি হেক্তা লৈরম্বা— ঐনা চৎপা মফম মফমদা হেক্তা থেংনবা, মথৌবু লৈতবরা কবিনো।"

"হোয়নে নহানসু ঈশিং শোকফম পুখ্রি মপান্দা হঙ্গৎ হন্দা চত্তুনা অদুম লৈহৌবনি নঙ হেক উদ্রিফাওবা।"

"থাবল চোংফমদসু ইনাক্তা শোৎ শোৎ। লৈকায়গী লীলা য়েংফমদসু ঐনা য়েংথোকখিবা মপাদা হেক্তা।"

"লৌলিংবা খুলঙ লক্তসু ননাক্তা—"

"নহান চৈরাও চীং কাবদসু—"

অশুম্না চহি অনি হেন্না কোয়শেন শেন্নজরবা তুংদা মাগী দাবীনা হানফম থোক্লমাল্লে খল্লকলে— নোংমা "অরেপ্পা ৱা" হংলুবদা—"নঙগীদমক লেপ্পবনি।" শ্যামা হোৎপ্রে— তোম্পোকপাগী মথৌ ওইপ্রে। য়েন্দম্নবা পাখঙলক্তা তোম্পোক্কী দাবী হান্না।

মৌনহা শ্যামা মরম ওকই—থবক ইনখাং তন্দে, মকু-মনেমগী সেবা তৌবদ-নত্তনা মৱা মপুরোইবা তোম্পোক্কী মনীং থুংনবা হোৎনবদা পোত্থাবা ফংদে, অৱাবা লৈতে।

"ইবেম্মা শ্যামা— ইকুগী হিদাক ঙাম্বক অমত্তং হাল্লকউ।"

"চন্দোন লাইপোৎ লাম্থোরকউ।" শ্যামা পোত্থাদে শৎ শৎ।

মনেম্বোক্লা থৌদাই—"চাক ঈশিং থোংনবা ফৌ শুদোকউ— চেঙ চোইথোকউ— ইমুং মাঙ্গোল ৱাইশিং ৱাইতে লোইশিল্লু, কোল্লিক ফেংদোকউ, ইনেমগী কোকসু ঙাইহাক্তা

ফাকপীয়ু।" শ্যামা পূম্নমক নংনবা চেল্লি তোম্পোক্কী অপাম্বা হংলকপা হায়রকপা লৈতে— মশানা খঙনা কে মৌনা সেবা তৌই— খুদোন লৈপাক তাদে, পূম্নমক নংই। দাবী পূম্বগী অহানবা হৌজিক ফাওবা মাগীনি তোম্পোক্কীনি।

শ্যামা মচা নুপা অমা পোকলে, নুপী ওইবগী ফজবা মপূং ফারে, ষষ্ঠী চাওনা শোনখি। তোম্পোক, মকু মনেম নোকচৈ, হরাওজে, শ্যামাসু য়াওই। অদুবু মাগী থবক্তি হেনগৎলকই। মমা অমা ওইবগী নুঙাইবগা লোয়ননা দায়িত্ব লৌবা তাবনা মচানুপাগী দাবী— চিন্না হায়দবা ইঙ্গিত তৌরকপা খঙবা তাই, পন্থবা তৌদনা দাবী অদু ঙাকপা তাই।

হৌজিক অঙাং ওইরিবা মচাগী দাবী নোংমা নোংমগী হেনগৎলক্কী— খোম পীথকপা তাই—ইরুজবিবা—মথী-ময়ুং শুদোক চামথোকপা, হান্নগী মথৌ ময়ামগী লক্তা।

মমৌ নুপীগী সেবাদা হৈনরক্লবা মকু মনেমসু দাবী কনবা হেনগৎলকই। মচাগী দাবী পীনবা হোৎনরিঙৈদা ব্রাই শংদ্রবী শ্যামাগী মথক্তা তোম্পোক্কী দাবী মতম চানা পিবা ঙমদবদগী মাবু থৌওইরক্লে খনবগী খোয়শাওনবা হেনগৎলকই।

হৈত-শিংদবী নুপী নত্তে শ্যামা, খুদোন লৈবাক তাদবমখৈ পূম্নমক্কী দাবী ঙাক্লবা হোৎনরি— খোয়শাওনবা নেমথহল্লি— মশাগী, মাগীদি দাবী লৈত্রে, পূম্নমক পীথোকপা, খ্বাইগীদমক মশাগী পূম্বা থাদোকপা শক্তম লৌরল্লি— নুপী ওইবীগী, মমা ওইবগী, মশাগী ওইজবা থাদোক্লবী শ্যামাবু মীবায়না খনবীগনু।

শ্যামাগী সমস্যা অমত্তংদি— নুংশিরবা মচানুপাগী দাবীগা মপুরোইবগী দাবীগা অনিসিগী মরক্তা করম্বনা হান্না ?

খুদোন লৈবাক তাদনা নোল্লিবী নোংমগী মনুংদা ঙাইহাক্তং ফাওবা হকচীক লাংদুনা পোত্থাবা ফংদ্রবী মমৌনি খঙনা খঙনা দাবী তাল্লিবা মকু মনেম ফাওবা মমৌ নুপী শ্যামাগী মথক্তা ব্রারৌবা নোংমা নোংমগী হেনগৎলকলি। মপুরোইবা তোম্পোকসু মাগী দাবী পূম্বা খাক্তনা পীরিবী মাগী নুপী শ্যামাগী মথক্তা ব্রারৌরি; পীক্লিবা মচানুপাবুনা হেন্না লুনা তৌখ্রে খল্লি— মাবুদি থৌওইদ্রে খনবা হেনগৎলকলি, খোয়শাওনবা হন্থরমদে। পীক্লিবা মচা নুপা চান্দ— চহি অহুমতা শুরিবদুসু মপা তোম্পোক্তা মমানা তৌবা সেবা পূম্বা অদুগা চপ মান্ননা মঙোন্দসু তৌ হায়না দাবী তানখৎলকলি। শ্যামা মচানুপাদু খবদং চাওরগা খিত্তং কোমগদ্রা খল্লম্বা হেন্না হেন্না চিনখৎলকলি।

চহি অহুম শুরুকপদা চান্দ মনা হৎলে। য়াম্না চাওনা হৎলি—নুপীপালা শকই— উৎসব তৌই—চাক খাঙভী, ঙানা হৈথখ্রে—বার্ত্তন ফংদুনা লাকপা পূম্বা মবুক পে-মখৈ চাখি।

মচা নুপা অহন নাহৎপা মতুং ইকুই কুইদনা শ্যামা অমুক মীরোনখ্রে— থা তরাগী তুংদা অনিশুবা মচা নিপা কান্ত পোকলে। কান্তনা থা ৭ শুদুনা চউম্বদগী শ্যামাগী সমস্যা ফন-লুশিল্লকলে— মঙোন্দা দাবী তানবা মী মশীং হেনগৎলক্লে। কান্তসু দাবী হান্না ফংনীংবা অমা ওইরকলে— মপা তোম্পোক, ময়াম্বা চান্দ, অঙাং কান্ত মহৈ মহৈ কল্লক্লরে। শ্যামাদগী দাবী হান্না লৌনবা কম্পীটিসন কনখৎলকলি।

কান্তনা থা তরুক তরেৎ শুদ্রিবা চউমদ্রিফাও তোম্পোক্কী দাবী কল্লমদে। কান্ত মীরোনবা হৌরকপদা চান্দনা চুচু থক্কে হায়না নিঙাই তৌরবদা লৈপুং খাংঙা তৈশিন্দুনা থকহনবদগী খারে হায়দুনা থকখিদ্রবনি। হৌজিক কান্তনা "চুচু" থকপা উবদা মাসু থক্কনি হায়দুনা কান্তনা নাম থকলিঙৈদা— চান্দনা চঙশিন্দুনা "চুচু" নাম্মদু থক্লম্মী— মরোন শুদ্রিবা কান্তনা মচিন্না চুচু নামা থক্লগা অতোপ্পা মখুৎনা ময়াম্বা চান্দবু হেক হেক ইম্বোকই।

মা মথন্তগীনি খঞ্জরম্বা মমানা মনাও নুপা কান্তবু পম্বা, পোবা, অচাপোৎ পিজবা, চুচু পীথকপা— চান্দ মবুক খোয়রাংই— তাঞ্জা য়েংদুনা মমা উদ্রিঙৈদা কান্তবু খুজিন্না শীকই খুবাক্লা থাবি। মমাদা— মাবুসু পম্মু, পো হায়দুনা নিঙাই তৌই। কান্তগী চানবা সেরেলেক শেম্বদু মানা হোৎচিন্দুনা চাথোকই। কান্তসু মাগী অচাপোৎ ময়াম্বনা হেক চারবদা— "হেৎ হেৎ" হায়ন চৈ-লাওই। সেরেলেক হাপ্পা তেঙ্গোত্তু মনাক্তা চিংশিল্লি।

কান্ত চউম্বা মতুং থা অনি শুরকপগী নুংদাং অমনি। নুংদাংগী চাক ঈশিং চান-থক্লবা লোইদুনা মকু মনেম তোম্পোক ফমুং চঙহনগ্রে— চান্দ-কান্ত হান্ননা তুমখ্রবনি। শ্যামা কোল্লিক ব্রাইবম লোইদুনা মখোঙ মখুৎ হাম্বা মমায় মমিৎ তাবা লোইরে। মশম মনা হাৎলি। তাঞ্জা অসিদা মকুবোক্লা "শ্যামা ইকুগী হিদাক ঙাম্বুক অমত্তা হল্লকও হায়রগা কৈদৌববা"; ফমুংদগী মনেম্বোক্লা মতমদুদা "শ্যামা ইনেমগী কোকশি ইঙাও ঙাওই— কোক্তা থোম্নবা খামেন অশিনবা অমত্তা পুরকউ হায়ববু কৈদৌরিগে ?" তাঞ্জা অসিদা শ্যামানা মাবু থৌওইদ্রে খন্দুনা শাওরংননা তোম্পোক্লা হায়রকই— "তারিবরা নঙ অমুক্তা লাও শ্যামা।" কনাগী দাবী হান্না পাঙথোকশিগে খনবা হৌরকপমক্তদা মচানুপা কান্ত, মিকপ থোক্তুনা খংকপ কপ্লকই— মানা মিকপ থোকপদা মনাক্তা চঙহৌদ্রবদি মাবু (মমাবু) উদ্রবদি ব্রান্থু ব্রান্থু কপই মবুক লাম্না মাল্লি— মাগী সেরেলেক পিথকপা মতম ওইরম্মী, অদুনা মনাক্তা চৎলগে খল্লকপা মতমদা মচা নুপা চান্দ ফমুংদগী মিকপ থোক্তুনা কুমথরগা হায়রকই "মমা এ ফায়নিংঙে পোত্তি পুরকউ।" শ্যামা হৌজিক মশা অসি মঙা থোক্লা খায়দোক্লীংলম্মী। মহাক নুপীনি, মমৌনি, মমানি। মাগী মাগী দাবী হান্না পাংথোক্তুবদি পূম্নমক ব্রারৌগদৌরি— হৌজিক শ্যামা কনা ওইনা কনাগী দাবী হান্না ?

এপ্রিল ১৯৯৭

* * * * * *

# ৩

# ব্রাথোকচাও

"কৌনরুনু ব্রা ঙাঙনরুনুকো।"

"লম্নী লমখাঙদা উনবদা কৌরব্রুসু খুম্নরোইদ্রা ?

"খুম্মুনু খুম্মুনু— ঐ ব্রা য়াম্না তারজাৎনি চোপচনি।"

নোংমা অয়ুক অঙনবদনি মাগী নুপী লৈমনা হায়খিবা। ব্রাথোকচাও থোইনা খল্লুদে। পূম্নমক ঈরায় লায়না খন্দেকপসি মাগী হৈনবীনি। অরুবা ব্রাথোক ওইরক্নি খক খল্লুদে। চহি কয়ামুক্কী মমাঙ মানা পাখঙ মপুং ফাগৎলকপা মতমদা নোংমা থোগ লীলা য়েংলুবদা লীলা অদুদা য়াওবা পাখঙ ছরী শাবা অমনা হায়খিবা ব্রা— "ঙাওজবা হায়বসি পামজগ্রবা" হায়বা ব্রাদু শুককাও কাওদে ব্রাথোকচাও, মশানসু পামজে— মদুমক; লৈশাবী মৌনহা উরগা মমিৎ তথক তথকই, তাঞ্জা য়েংনা মিৎনা নোকই, চিনবান্দগী ব্রাহৈ অমনিসু মকাপশিল্লি। অশুম্না ব্রাহৈ তেন অম-নি কাপ্লুবদা শকহেনবীদা পাল্লুরে— শকহেনবীগী পাওখুম লাংদা থুরুরে— মরমদি ঙাওজবা হাযবসি পামজগ্রবা। শকহেনবী মমিংনি। মশক্তী পংফ ফজবা নত্তে, শওং শাদাসু লৌখৎনিঙাই শীংথানিঙাই পঙয়াও য়াওদে— তেন্তক লাকতক, মতুপ মকক ওইনা তৌই— মাগী হায়ববু মমায় অদু মতৌ অমা লৈ হায়গদ্রা— অদুবু মগুণ অমদি— মখোয় নুপীশিংগী মবক্তা হায়নবী— তৌঙশ্নী— হায়বদুদি অমনি।

মহাক অদো মৌনহা হল্লকপীনি— মপামদা লমকেৎ লমহাইনা লৈবিনি— মরুশ্নীসু মখল মথেলনি; মথেল মরক্তা ব্রাথোকচাওসু অমনি। অয়ুক্কী, মথেল, নুংথিলগী মথেল, নুংদাংগী মথেল। ব্রাথোকচাও নুংদাংগী মথেল লক্তা অমেৎপনি— য়াওরসু য়াবা য়াওদ্রসু য়াবা। তঙাই ফদবা নত্তে। শকহেনবীগী মনুংগী সার্কলদা য়াওরবোইরে হায়না মমান্নবনা অদুক লঙনরগা শাওনীং শাওনীংনা হরাওজবা ব্রাথোকচাওনি। করিগীনোবু ঙাওজবা হায়সি পামজগ্রবা।

"হন্দক্তি থাররোই হায়বনি— পৃক্সিগী অরেপ্পা ওইগে খঞ্জরিবনি হায় হায়বনি।"

"খাইদৈ পঙবসি ঐনি হায়বসিবু মানা খঙলবরনে ?"

"খঙদদে— শগোল হঞ্জিন কৈনা চায় হায়দু শোয়দ্রবনি, খুকউ শেঞ্জৌ।"

অওইবনি লৈমনা হায়রিসি খর মখৈদি চুম্লবনি, মরমদি ব্রাথোকচাও শকহেনবীগী তেলঙ্গানি। থাপতোকহন্নীংবা কান্দা লং হেক থাদোকপা নকশিন্নীংলকপা কান্দা লং হেক চিংশিনবা। ব্রাথোকচাও লৈনা লৈনা শাহেনবীগী চান্নবা তরুক তরেৎ ওনখ্রে। অমনা হেক থাদোক্লম্বগা অহাঙবা তাঞ্জাদা ব্রাথোকচাও শকহেনবীগী নাক্তা হেক্তা— হেন্না মরু ওইবা

অমা মনাক্তা হেক মোংলবদা ব্রাথোকচাও য়েন্নখাদা, ব্রাথোকচাওগী মফমদা শকহেনবীগী শুক্কাৎনবা শক্তি অঙকপনি। অসুম্না চহি কয়া হৌরে হন্দক্তি থবকনা য়াদবনা উনবগী মতম খর লনরে— চহি অহুমলোম শুরে উনখিদবা— লংফৈ ইফৈ চৎপা থবক চিনবনা উনবা খর কা-ন্নরে। চৈরক অসিদা করি করম তৌখিবা পাউ ফাওনখিদ্রে। ইখঙ খঙহৌদনা নোংমা নুমিদাং অঙনবদা ম্যাজিকেল নাইট অমদা গোং হেক থেংনরুরে ব্রাথোকচাও শকহেনবী। কুইনা উনরুদ্রবদগী খংথেং থেংনবদা শকহেনবীগী শুক্কাৎনবা শক্তি পঙহন হল্লুরমদে ব্রাথোকচাওদা।

"করম তৌরি ?"

"নুঙাইহ্রি ?"

শোন্তক্লা খুম্লকপনি। করিগুম্বা অহোংবা খরদি লৈরে, থায়নগী নত্রে। ব্রাথোকচাওসু নিংকোক নিংকোকই, লৈমনা কৌনরুনু হায়রগা কৌরুবদুদা। মহৌশাদি শকহেনবীদো মঙোন্দা ব্রা অমত্তং হায়রুবদা মিৎ অমসুং চিনবান হাইফেৎ নোকফেৎ তৌনা খুম্বনি— নুমিত্তুদদি লূম্না মকা লামদনা খুম্মকখি। অদুবু আশা অমদি লোৎলি হায়না তাকই।

য়ুমদা হল্লকপদা মাগী লৈমনা হংখি—

"কৌনরুনু হায়রগা কৌনরুরিবা করিগীনো।"

ব্রাথোকচাও ঙকখি। য়ুমদগী হেন্দোক্তবী মাগী লৈমনা মানা হেক তৌরুবা খুদিংমক ফন-লোন্না তৌবনি হায়না খনবা ফাও হেক্তা খঙলম্বদুদা—

"কনানা হায়রিবনো ?"

"হায়বা হায়দবা— করিগী কৌনরুরিনো? হৌজিক্তি হাঙলে হায়বনি— নঙবু কোয়থি থিরি হায়বনি।"

অওইবনি মতম হায়বসি কয়াদা ঙকখ্রবা। শকহেনবীবু পামজবনা খুরক হাঙলমদবা— করম্না অশুক থুনা হাঙলক্লিবা ? চহি অনিগী মমাঙ ব্রাথোকচাওনা লংফৈ চৎত্রিঙৈ, লৈহৌবা দুকান্দার অদুদি দুকান মুৎখ্রে হায়বা পাউ তাই; পংকুই কুইদ্রি— মথংগীনা করম্না লূপথখিবা। ব্রাথোকচাও লংফৈদগী হল্লকপা থা ফাদ্রি অদুনা অকুপ্পা মরোল ফংদ্রি— মতাঙ অসিদা শগোল হঞ্জিন ওইবিদ্রা ?

শকহেনবীগী লাইরেন মমিত্তগী থাপতোকখিবা অরায়বা নত্তে ব্রাথোকচাও, মানা পাম্না নুংশিনা লৌজরুবা লৈমবু থৌওইদবসু শুকঙম ঙমজদে ব্রাথোকচাও। ঙাওজবা পামজবা ব্রাথোকচাও শকহেননা নাকন অমদা লৈমনা নাকন অমদা মখুৎ নাম্না নাম্না পায়দুনা কন্না চিংনরে—করম তৌনি ? অদুবু লৈমগী থাদোকপগা লোয়ননা নুংশিবা অদুগা শকহেনবীগী অপাম্বগা লোয়ননা চান্নবা অদুগা, অনিগী খেন্নবসু ঙাওজবা পামজবা ব্রাথোকচাওগী মফমদা ময়েক শেংলকলি। অহানবদা কৈসু লৈতে, খেন্নবা লৈতে নুংশিবগী নুংশিবা চান্নবগী চান্নবা অঙ্কা অঙ্কানি খল্লম্বা অদু থৌদোক মথং মথং কয়ানা ব্রাথোকচাওগী থম্মোইদা, ব্রাখলদা, খেন্নবা লৈরে হায়না ফাওরকলি।

ব্রাখলগী মতুং ইন্না থাংবা খোঙথাং মতমগী মতুং ইন্না হোংলকপা ব্রাখল–ফিভম্মা, কুংশিল্লকপা থবক্না—নাম্থোকপা য়াদবা কয়ানা ফাজিল্লকপনা শকহেনবীগীদা মোংউনবা তাঞ্জা ইফং ফংদবগুম তৌম্রে মরক অমদি। তেলঙ্গাগী লং কয়ামরুম পায়রিবী শকহেনবীসু লংশিংদু থাদোক থাজিন চিল্লিঙৈদা ব্রাখোকচাওগী ব্রাখল শকহেনবীগী থম্মোইদা মমী শামই। থোইনা খল্লুদে। হন্দক্তি মতম হোংলকপা, অশিৎ-অব্রান থাগী অকনবা নোংলৈ নুংশিৎ অমা থেংনরুবদগী তেলঙ্গা মথং মথং তৎখিদুনা নাম্থোকখ্রে, শকহেনবীগী খুত্তা লংগী দোরীদা মঙাইহৌরে— হৌজিক লৈরিবসি য়েন্নখাদা তাদুনা লৈরিবা ব্রাখোকচাও তেলঙ্গাদা মঙায়রে—খংনীং নীংশিংলকই। ম্যুজিকেল নাইটকী মুলাকাত অদুনা মথৌ শঙলকই। পাউ কয়া মথং মথং, অদুবু অচিনবা থবক্না ফাদুনা ব্রাখোকচাও মিকুপ খরদং ফাওবা হাইদোকপা ঙমখিদে।

ঙসি থব্রান থাগী মঙানি পানবগী অয়ুক য়াহৌরকপদগী শকহেনবী শাওবা খর খর হেনগৎলকই, নুমিৎনা কারকপগা লোয়ননা। মরম কবিগীনো খঙদে। অমুক্তং মচীন্দা শোনখি— "উশিত্তবাইবু"। নুংশাশ্বর অমত্তং হোল্লগা, পুঙৌফনেক উরৈরোম শঙবদু শেৎলগা উরেং মচুগী শাল মতেক অমা ইল্লদুনা— মখোঙনা হেক্তা থোরক্লে। ময়ুমদা কনাদসু হায়রমদে মহাক কদাইদা চৎলিবনো হায়বা। যাম্না শাওবা শক্তমনি— মচীন্দা মরক মরক্তা কান্ন-কান্ননা হায়— "উশিত্তবাইবু। ইঙ্গিত অমত্তং ফংবদা য়েন্নখা লুখা কোইচেন চেল্লম্বা অদুনা ঐগুম্বনা অহুন্নক কৌরফাওবদা নাচুংদবা— উশিত্তবাইবু— ময়ুমদা চৎলগা হেক্তা...'

ফত্রে, কান্নদ্রে, চৎনবা য়াদ্রে, হুন্দোক্লবনি হায়দুনা ইতুংদা মনম শুৎ শুৎ নম্লম্বা গাড়ী ষন অদু ঐঙোন্দা লৈতবা করি অমা পুথোক্লুনা উচুক্তা কন্না পুন্দুনা থমখিবা। ঐগী আশা পুম্বা কায়বা তারবরা ? উশিত্তবাইবু।

ঐখোই ওঝাগী তরেং লৈবী, চুঙৌ চুহিং কাসিবু করিমত্তা কান্নদ্রবা জাৎলা ? শেল অশুক তিংনা ফংলকপা মন্ত্রশিংসিবু মহি ময়াই চন্নবা জাৎলা ? মহৌশাদি ফনা কান্নখিবনি। ঐগী দরকার ওইবা মতমদা কান্নদ্রবা যন্ত্র মন্ত্রশিংসিবু করি তৌনখিগদগে ? লাক্লুনা হেক লংথোকলশিরা?

মন্ত্র যন্ত্র, পোৎশেম যাদু, তরেংলৈবী, খয়োম নুংযোমসিবু মতম লৈবা জাৎলা— মতম হেল্লবদি Expire ওইরবদি কান্নদবা জাৎলা ? ওম্থোক্লা খোইদৌ শাওগৎলেদকো— "উশিত্তবাইবু" কৌরমক্তা লাক্তবা— ময়ুমদা হেক্তা চৎলগা ...?

মাগীদুনসু করি করি হায়বা শাই হায় হেক্তা চৎলগা— উশিত্তবাইবু।"

অসুম্না মুরুম মরুম শোন শোন্দুনা মখোঙনা পুবা মায়কৈ রোমদা সুম লাকপনা খঙহৌদনা ব্রাখোকচাওখোই লৈকায় য়ৌরকলে। লম্বীদা মাবু খঙবা কনানা মাবু উরগা করি খল্লমদগে খনদনা লাকখিবনি। অদুবু ব্রাখোকচাওখোই য়ুম য়ৌরমদাই নকশিল্লকপদা ব্রাখল অমা লাকখি— "ঐবু ইথন্তা মখোয়দা করম চঙসিগে ?" খংনীং নীংশিংলকখি লৈকাই অদুদা মাগী মরুপ তোম্বী ওংলি; তোম্বী খোইদা হাইজিল্লক্লে।

"হাইমা ! শকহেনবী! কদোমদৈনো অশুক ঙন্না— কদাই চৎলুরিনো লাও চা থকখিসি চঙলকউ।"

"তোম্বী! ঐ চা-ককা থক্লরোই থবক অমত্তা অসিদা অমুক্তা চৎমিন্নরুসি। সে ফি মচা অমা ইনশিল্লকলো অনকপা অসিদনি।" থোকমিন্নরকলে, চৎননবা।
"কদায়দনোনে ?"

"ব্রাথোকচাওখোইদনে।"

"করিগীনোনে?"

"ব্রা মত্তং হংগে ব্রাফংনগে তৌবনে।

উশিত্তবাইবু।"

শকহেনবী ব্রাথোকচাও অনিগী ব্রা মুন্না খঙবা তোম্বী মপুক্তা খনখি—

"হাই— মসি মতা অমনি, ওম্মোক্লা তৌঙমখ্রেদা।"

ব্রাথোকচাওখোই থোঙ্গাল য়ৌরে।

"শকহেনবী নঙ চঙহৌরো—ঐদি থবক অমা চত্তবা য়াদ্রে। ঐদি কাউথোক্লুরে" হায়রম্মগা তোম্বী থোঙ্গান্দগী হনখ্রে। থোঙ্গাল ফাওবা য়ৌরক্লগা হনফম থোক্ত্রে মথন্তা ওইরবসু অদু মঙাইবে—

"উশিত্তবাইবু— "

অযুক অদু ব্রাথোকচাওখোই য়ুমদা কদোম কদোমদগীনো খঙদে মী ফন-য়াম্না তিল্লর্ম্মী। মাগা লৈমিন্নবী মচা নুপীগী মশু অনি, লৈকাযগী মমান্নবা অঙাং অনি অহুমগা য়ুমদুদা কোযচেন চেন কোয়রাং লাঙ শান্নরি। ইলেক্ট্রিক পাৱার মিটর য়েংবসু লাক্তুনা মিটব য়েংনবা হোৎনরি— মচানুপী যাইমসু মাগী মচা স্কুলদা থিল্লুবদগী মাগীদা চঙলক্লর্ম্মী। ব্রাথোকচাওগী নুপী লৈমগী মনম্মা (মবুংগী নুপীসু), থবক অমগী ব্রা হায়বা লাক্লর্ম্মী; লৈকাযগী মমান্নবী অনি অহুমসু লাইগী উৎসব কৎপগী ব্রা তান্নবা লাক্লর্ম্মী। লৈমনা চা লোন্দুনা মযামদু চা পীথক্লর্ম্মী। ব্রাথোকচাওদি হৌদি হৌগৎলগা ফমুংদা ফমদুনা অযুক্কী খবব পাদুনা লৈরর্ম্মী। ব্রাবী-ব্রাতাই শানবা, অঙাংনা লাঙবা অদুনা ইমুং অদু ইনিন নিল্লর্ম্মী।

মশুনুপা অমনা মী লাকই হায়না হাযবকপদা লৈমা মপান থোকখি। মাঙ্গোলদা শকহেনবী লৈরম্বা উবদা মমিৎ ঈ কানা শাওনীংখি। অদুবু য়ুমদা লাক্লবদি য়েক্লবা ফাওবা তারাম তাবাম তৌফম থোকপনা অশাওবা পূম্বা ফাথদুনা— ঈংনা তপ্পা "লাকইবরা— শকহেনবী! লাও চঙলকউ ফল্লো রাও" হাযদুনা মী ফম্ফম কাদা চঙমিন্নদুনা ফমহল্লে। মতমদুদা তিল্লিবা ময়ামদু মমিৎ খৎন-খৎন য়েংনৈ— হায়নৈ— লোন্না "কদোমদৈনো ? কদৌবৈনো ?"

লৈমনা মনুং কাদা চঙলক্তুনা মচানুপী অতোম্বীদা চা কপ অমত্তং পুরক্লবা হায়রগা ব্রাথোকচাওদা ইঙ্গিতনা মহাক লাকলে হায়বা তাক্লমই। ব্রাথোকচাও শ্বাই লাওই— শোম্বাংননা হায়খি—"মনা মনিন নাইহনগনুকো।"

চা কপ অদু মনাক্তা থমলগা লৈমনা হায়রকই— "চা থকও শকহেনবী"। শকহেনবী তপ্পা চাদু থকই— চা থকপা লোইশিল্লকপা অদুব্রায়দা লৈমনা, য়াম্না চমনা ঈংনা হংখি— "কদাইদা চৎলুই— করি থবক্কী?

"ব্রা অমত্তা হংগে তৌবনি।"

"করি ব্রানো ?"

লৈমনা ইতপ তপথবা, ঈং ঈংথবা অদুদা শকহেনবী খংশাও শাওগৎপা য়াদ্রে। ময়ুমদগী য়াম্না শাওনা লাকখিবা অদুদি হন্থদ্রি, খোয়দৌ চাকলি, খোয়রাং খোয়শাওরি। লৈমনা ইশাও মশাওদ্রবদি মানা নীংবা আশাদি কায়দৌরি। শকহেনবী করি তৌবা তাই ? ময়ুমদগী শাওনা লাকপা অশাওবা পৃম্বা পৃল্লপ পূনশিন্দুনা খোন কল্লপনা হায়রকই —

"উশিত্তবাইবু ! লম্বীদসু কৌলাক্তনা তৌশারি? হংউ— লৈমিন্নদ্রাইনা হংউ, ফম্মিন্নদ্রাইনা হংউ !"

খোন খর কন্তক হায়রকপদুদা য়ুম অদুদা তিল্লিবা নুপীশিং মচা অনি য়াওনা হাইফেৎ হাইফেৎ য়েংনরকই। অদুদা লৈমনা—

"খর তপ্না ঙাঙভু— অঙাংশিং তানিনে ।"

"তানীংঙা— তাশনু, পৃম্নমক লোইনা খঙলপোৎনি— ঐঙোন্দা ইমাতোন কাসু কৌরম্মবনি— হংঙুনে— লৈমিন্নদ্রাইনা হংউ— ফম্মিন্নদ্রা হংউ।"

মদু তাবদা লৈমা য়াম্নদি শাওনীংলে। খল্লি, "মাইসি মরৌ লৈ চক্রি তৌবা মাল্লি, মদুদি কৈদে য়াগদগে ?" অদুনা অশাওবা পৃম্বা ফাথরগা হায়রকই— "নঙগী ব্রাসিদি ঐনা খুম্বা ঙমপোৎ নত্তে। কৌথোরকখিগে— মশাদা নশানা হেক হংউ।"

হায়রম্মগা ব্রাথোকচাও কৌথোকপা চঙশ্রে। অদুগা অঙাংশিংদা মবাং মরাং তৌদনবা তুমিন লৈয়ু হায়রম্মী। ব্রা থৈদোকখ্রে।

ব্রাথোকচাও পোলি পোলি থোরকই, হৌদোং ঈশিংদা তাবদুঙাই— শকহেনবীগী মনাক্তা ফম্মী, ইতু তুথৈ অদুগা য়াম্না তপ্না হায়রকই।

"শকহেনবী কৈদৌরগে নঙনা অদুক য়াম্না শাওরিবো! থবক খর চিনবা হেক থাদোকপা য়াদবা খর লৈবননি— ঐদি নঙবু য়াম্না নুংশিরিবনি— নঙনা ঐবু নুংশিদ্রনে।"

শকহেনবী শাওরম্বা পৃম্বা মাঙশ্রে— হায়বকই— "ঐসু নঙবু য়াম্না নুংশিবনি— অদুনবু লাকইসিনি।"

ব্রাথোকচাওনা মখা তারকই— "ঐদি নঙগী মরমদা য়াম্না খল্লিবনি— নঙসে মীরক তিনবী সঙ্গ তৌবী লৈবাক মচাতাবী অমনি হায়দুনা য়াম্না ব্যবহার তৌনা লোয়নরিবনি। নত্ত-নত্তবা কৈসু খল্লুনু— মীনা পঙহায় হায়জিনবসু তারুনু।"

তাঞ্জাসিদা লৈমসু চঙলকুনা হায়রে— "ঐখোয়সু নঙবু মীরকতিনবী সঙ্গ তৌবিনি হায়না খল্লিবনি—নঙনবু ব্রাচোপ-নুংজোব য়াওয়েব্রনে।"

শকহেনবী ফুক হৌগৎলি— "ফবে ঐ চৎলগে।"

"ফরে, ফরে হল্লো কৈসু খল্লুনু। লৈমা অসিব্রাই ফাওবা খর থিন্দোকউচো।"

অনি থোকমিন্নখি। থোঙ্গান্দা লৈমা লৈহৌই— শকহেনবী থোঙ্গান্দগী মথন্তা চংখি মুরুম মরুম শোনখি— লৈমনা শেংফাওনা তাহৌই— "উশিত্তবাইবু! শোয়রেদো ঐগী থৌরাংদি, উশিত্তবাইবু।"

ইমুংদা ব্লাথোকচাও উংদুনা লৈহৌরে!

"লোইরেদা ব্লাথোকচাও! নঙোন্দা ঙসি থোক্লিবা থৌদোকসি অঙকপনিকো! মণিপুরগী মফম কদাইদসু, কনাগুম্বদসু অমুক্তা থোক্তবা থৌদোকনি— পাকনসু অমুক থোকলরোই, অকোয়বী মরুপ্পীনা য়ুমদা লৈরিবী হকপান্নরিবী নুপীদা ব্লাফংননি হায়দুনা লাকপসিবু ঐঙোন্দা নত্তনা পৃথিৱীগী করম্বা নুপাদা থোকলিদগে ? লোইরেদো ব্লাথোকচাও ! নঙগী পুক্নিংগী পন্দুপ অমা খমলেদো। ঙসিদগী বাই বাই— "ভাওজবা হায়বসি পামজখ্রবাইদো!"

অশুম্না খল্লিঙৈদা শাওরপ তৌনা লৈমা চঙলকই— ব্লাথোকচাওদা ওনশিন্দুনা— "ওহোক্লা তৌ ঙমগ্রেদা— ঐনা কৌনরুন্নু হায়রমক্তা কৌনরুদুনা করি থোকলে।"

লৈমনা মখা তারক্লিঙৈদা ব্লাথোকচাও ফুক হৌগৎলি, হায়রকই— "নখুৎশোক্কে লাও লৈমা! হৈনা শীনখ্রেদা— পানা থোক্কে তৌবা থাজদনা লায়না থিংখ্রেদা।"

২৩ দিসেম্বর, ১৯৯৮

*******

৪

# ঐনা পাম্বদি শেল নত্তে

ব্রাইখোম মহেন্দ্র, লৈকায়দা খ্বাইগী তা মহেন, য়াম্না হৈশিংবা, তণ্ডায় ফদনা চলাক লৈরবা পাখঙনি-- চহি ৩৪ / ৩৫ শুরে চহি খরগী মমাংদদি মণিপুরদা মাসি পাখঙছরী মকোক্তা তৌ হৌরবা হায়নরনি। হৌজিক কাল মণিপুরদদি চহি নিফু য়াংখৈ ফাওবা পাখঙ ওইনরবা কালসিদদি মহাক অসি মতম ফন-ঈনখৎলকলিবা পাখঙনি। ব্রাঙাঙবা হৈ, চিন্দোন লৈতোন ফৈ।

লাইশ্রম নবচন্দ্র, খ্বাইগী তা-নব, মাগী লেঙ্গা হৌমিন কামিন্নবা পীক্লিঁৈদগী তিন্নরকপা ক্লাস অমত্তদা তম্মিন্নরকপা মরম ওকপা পাখঙনি। ব্রা কয়া ঙাওদে, থবক্তদি খ্বাইগী মাঙ থানা তৌই, মশা নাল্লি-- য়ুম, ইংখোল শুদুনা য়ুম পুরি। হন্দক্তা ইকুই কুইদনা য়াওশং মতুংদা থাবল চোংবদা থেংনরুবী য়েংখোম নিঙোল অমা লুহোংলুবা কুইদ্রি।

মখোয় অনিসি কোন্ত্রাষ্টনি, অদুবু মান্নদবা পোল অনি চিংশিন্নবগুম্ অনিসি য়াম্না চান্নে-লুনা তিন্নৈ, চৎমিন্নৈ-পূন্না থবক তৌমিন্নৈ-- মহেন্না থবক চত্তদুনা লৈকায়দুদা লৈবা তারবদি অয়াম্বা মতম নবগীদা লৈ।

ব্রা ঙাঙবা, মরৈ যেৎনবা, মিটিং তৌবা, মী খোমবা, সরকারনা তৌফম থোকপা কয়াগী বক্তিতা তৌবা মহেনগী মথৌনি। য়ুমদা কয়া লৈতে, পার্টি অফিস এম এল এ, প্রধান, মন্ত্রিগীদা কোয়চৎ চত্তুনা লৈবাক্কী ঈরাংদি ফন য়াম্না খঙলে-- মখোয়গী খুন্দদি কাবক কাবক ভি আই পিগী থাক হায়ফেৎ য়ৌরে-- রাজনিটিদা থবক চিল্লি-- নুপী নহা থিদ্রি। অদুবু ঙাঙবনা ফন য়াম্না হেনবনা থবক্তা খর নোপ্পসি মাগীদি হৌনবিনি।

ব্রাফম অমা থবক ওইনা পায়খৎপা তাববদি অহানবা খুৎমাবা নবগী শরুর্কানি। অমনা ঙাঙবিয়া অমনা থবক-হায়নৈ অনিসি, ঙানুগা খোংবালগনি। অনিমক বিএ ফেলনি-- ফনা য়াম্না হোৎনবনি মরিরক মঙারক-- কলেজ হোং হোংদুনা মী নেক্তুনা, মপান্দগী অনসার কয়া লৌদুনা অদুবু মরাইবক লৈতমাল্লে অদুম লাম্ভোকপা ঙমদনা তোকখ্রে।

মখোয় অনি হৌনদুনা সরকাবগী থবক অমত্তং ফংলবদি হায়দুনা এক্সচেঞ্জদা মিং চন্দুনা গ্রেদ-ফোরদগী হৌদুনা ব্রাকচার্জ, কেরানি, ওঝা মচা, কন্সটেবল, সিফায় মখোয়না হেক ওইবা য়াই হায়না খনবা ফম পুম্বগী দরখাস্ত, থাদুনা পরিক্ষা যাওদুনা ইন্টরভিউ অমত্তা চিথদবমখৈ হোৎনবনি অদুবু দাও য়াদমাল্লে অমা ফাওবা হেক খনবীরক্তে। লৈজবা লৌ শঙম অমমম য়োম্ভোক্তুনা মচে মন্দোনগী লীক বন্ধান থমদুনা শেল খর চবুন চবুন পিরুরবনি, অদু ফাওবা কান্নখিদ্রে---- পূরুবা শেলগী শেন্দোইদা নাখোঙ শাদুনা তোক্লবনি।

মখোয়সু হুম্বা য়াবা ফন য়াম্না হুন্নে-- সেল্ফ ইমপ্লোইমেন্টকী প্রাইম মিনিষ্টর যোজনা, খাদি ভিলেজ ইন্দষ্ট্রিগী-- সরকারগী শেম্ফুংগা লোয়ননা বেঙ্ক লোন লৌনবা

হোৎনরুই। মদুসু চেনখৈ চেল্লুরগা ফল তাদদুনা তোকলে— মতমদা মাগুই কৈসু কান্নদ্রে। পীথোক পীশিন লৈথোক লৈশিন লল্লোন ইতিক্কী যুগসিদা খুৎপায় শেল য়াওদনা কারবার তৌবা, হৈশিংদ্রবদি মাঙনিঙাইহনি অয়াম্বা মতমদা। মহেন নব অসুম্না মঙদা পৈশা তানবসি তোল্লুসি খন্নখ্রে।

সরকারগী থবক-ইনখাং লৈননবা, বেঙ্ককী লোন্নচিংবা লৈননবা শেল মীওোল্দগী পূরু খোৎলুনবগী উপাই লৈত্রে, খঙলে পূবা ফংবা ঙমলরোই— মহেন নব খন্নে করি তৌনি ? শেল লৈতবনা মমল তাঙলবা থবক ব্রানবা ঙল্লরোই— করম তৌসিগে হায়না তৌফম খঙদনা ইফক ফকচিন্না লৈরিঙৈ অয়ুক অদুদা মতম কুইনা উনরুদ্রবা মখোয়গী মরুপ হেরা অদু ইখঙ খঙহৌদনা মখোয় অনিগী মনাক্তা কোক হেক লাকএ— কৌরিকই— "করম তৌরি মরুপ অনি, কুইবেদা উনদবা ?"

হেরা উবদা ঙক্লবা মখোয় অনিনা পূন্না হায়বকই—

"ভায় হেবা, কৈদৌঙৈ লাকই ? কদাইদা লৈরুই।"

"মরুপ! ঙবাং থোবকই— ঐহাক ফোরেন য়ৌরুরে। নখোয় অনিবু কমদৌরিগে— থবক ঈনখাং ?"

"কৈশু তৌদ্রি- চফক্লরি কঙাওনরি।

ঐখোয়গীদি লাযরি নঙগী ব্রাদুম খর তম্মু তাশি— কদায় কদায় য়ৌকরে ? ঐখোযগা নঙগা উনখিদবসি চাই অনি হেল্লে-অশুক কুইবসি নৱা নপাউ অমত্তা তাদমখৈ কদাইদা লৈরুই ?"

"হোয়নহৈ— ঐখোয নিউ য়াবস দে নুমিত্তা উনখিবদুদগী ঙসি উনরিসিনিদো। কয়া কুইরবা। ঐ ফন-যাম্না চৎলুবে। থা খরদি চীংনুং মান্নুংদা লৈরুই, হাওখুন কয়া কোয়কই— বরাক তুবেন্দগী নিংথি তুরেল ফাও কোযকরে। অদুদৈদি ভারতকী ব্রাংমা— অহানবদা দুবাই— অদুগী তুংদা বেঙ্কোক, সিঙ্গাপুর, হোংকোং হৌজিক ঐনা হল্লকলিবসি ইজবেলগী কোনুং টেল-আবিপুগীনি।"

"করম করম তৌই লমশিংদুদি?"

"অহানবগী চীংনুং মান্নুংদা লৈবদুদি খর ব্রাই অদুবু সহর অচৌ অচৌবশিংদুদি নুঙাইবদা করি হায়রুনি, চৎলু লৈরুরগা খঙদৌনি। নখোয়সু চৎনীংবরা ?"

"চৎনীংবৈদি কবি হায়কনি? নঙদি মফমশিংদুদা কৈদৌবা চৎলুরিবা ?"

"ঐ হৌজিক ইন্টরনেসনেল ওরগেনাইজেসন অমগী মেম্বরনি। ঐগী থবক লম-লমদা চত্তুনা মদুগী থবক শন্দোক্লবা ওরগনাইজ তৌবনি। ঐখোয়গী মণিপুরসিদসু খর তৌদবা যাদ্রে হায়দুনা ঐ হল্লকপনি। ঐখোয়গী ওরগনাইজেসন য়াওরবদি শেনসু অদুম কোম্বনি। হোরেল নুংদাং পুং ৮ তাবদা ঐখোয়গীদা মিটিং তৌদৌবি য়াওনীংলবদি নখোয় অনিসু হোরেল লাকউ। হৌজিক্তি ঐ অতৈ চৎকদবা খর লৈরি চৎপ্লগে? হোরেল নুংদাং উনশিকো!" অসি হায়রল্লগা মাগী অহনবা কাব অদু যৌদুনা চৎখ্রে।

মহেন-নব মাগী মতৌদুদা ইণ্ডক ঙক্লা লৈহৌই।

খর লৈরগা মহেন নব মশক উখিদ্রে— লৈকায় অদুদদি হায়নৈ, মখোয় অনি মাঙগ্রে— ময়ুম ময়ুমদা হংবদদি লংফৈ-চৎখি খূল্লকই। কদাইদা করি লমদা চৎখিবগে হায়বদি কনাসু খঙদে। ময়ুম ময়ুমগী মীনা ফাও খঙদে। ইমুং মনুংগী মীনা নুংশা ফন-থীরবসু হংফম লাকফম খঙদবনা লাইনা তম্বা হায়দুনা খর কোমথোক্লগ্রে। উখিদ্রবনা মখোয়গী ৱারীসু নোংফাদোক তারে। মহেনগী মমা লুখ্রাবী, নহা ওইরিবী নবগী নুপী— থম্মোইদা খুদুম্না শুরবসু হিংদবা য়াদবদগী শু-নোমদুনা নোংমগী চরা তাল্লি। মখোয় অনি তদি নুংতি নুমিৎ খুদীংগী শোল্লি "কদায়দা লৈত্রবগে নঙবু।" আশাদি মাঙদ্রি— নোংমা উখিনি।

চহি অনিরোমগী তুংদনি। নোংমা নুংদাং অমা ইখঙ খঙহৌদনা ময়ুম ময়ুমদা হল্লকখি। মখোয় অনিমক ফিভম ওল্লে- মখুত্তা নোংমৈ মচা অমমমসু পায়। নোট ঙাক্তনা থন্না য়াওবা খাও অমমম ময়ুমদা পীরে, হায়রে, "ঐখোয় কুইনা লৈথোকপা য়াদে অয়ুক অঙনবদা থবক লৈ।"

মহেন্দা মমানা অদুগা নবদা মাগী নুপীনা হংখি— "কদাইদগীনো অশুক য়াম্না শেলসে।" অনিমক চিনখুম মান্ননা খুন্নকখি— "শিববু কিদ্রবা— অফ-ফত্ত মরম থিদনা শেন পায়বতনা পাম্দম ওইরবদি শেলগী শেল মক্তনি।"

অনিমক মঙ্গলারর্তিদা হৌগত্তুনা ময়ুমদৈ থোকখি।

চৎলমদাইদা নবগী নুপীনা হংখি— "চত্তবা য়াররোইদ্রা?" অদুগা মমায় লুকথরগা হায়খি— " শেলসিনা কৈদৌনগদগে— ঐনা পাম্বদি শেল নত্তে।"

ওক্টোবর ২০০০ ইং

*******

## ৫

# মদন চৌকিদার

থাঙ্গেশেংনা থোকখিবা থৌদোকনি, শাজিনবা নত্তে। শাজিনবা ৱারীনা কৈদৌনি ? অঙকপা থৌদোক্লী মীওইবগী পুন্সিদা শিগুম্বসি তত্তনা থোক্লীবনি, তমথোক্ল দবনা খঙনদবনি— খঙলবসু হায়দোক্লদবননি।

ইং ১৯৪২ মে থাগী ৱানি। মেগী তাং ১০ নোংমাইজিং নুমিত্তা ইহান হান্না ইম্ফালদা বোম তাখি। মসিগী নুমিৎ খরনিগী মমাঙ প্লেন অমা অনি তত্তনা পাইবকখি। নেম্না পায়বসু য়াওখি— অদুম পায়খি। মী পুম্না থোইনা খল্লুদনা মথৌ পায়নদুনা অদুম লৈখি। অদুবু তাং তরাগী অয়ুক পৃং ১১ খর হেল্লকপা মতমদা পাইরকপা প্লেনশিং অদুদি মহৌশাদগী মশীং য়াম্না হেল্লকখি। মীপুম্না থোক্লুনা য়েংনখি। "য়াম্মীনহে য়াম্মীনহে" হায়না হায়নখি— ঐসু মশীং থিবা য়াওখি। পুন্না প্লেন ১৯/২০ হেল্লি। অদুবু মিনিট খরগী তুংদা নোংমৈ কাপ্পগী মখোল, বম্বুলা থাবগী মখোল গুম "বুম, ফদ্রাক ফদ্রাক, শেৎ, তোকতোক" তাখি— অৱাংলোমদা খ্বাইরম্বন বাজার ময়ায়দা লৈবা থাও কম্পানি অদুদগী মৈখু ৱাংনা কাবকপা উখি— এরোপ্লেনশিং অদু ঙাইহাক লৈদুনা পাইরম্লগা ৱাংনা পাইখত্তুনা হনখি।

পাউ ৱা ৱা শন্দোরকখি— খ্বাইরম্বন বি ও সি— আসাম রাইফল বোম তাবে মী যাম্না শিরে। মীপুম্না পাখৎনদুনা মপোৎ মচে য়োমদুনা ময়ুম ময়ুম থাদোক্লদুনা পরেং পরেং পংচেন্তা চেন্নখি। ইম্ফাল সহর খুন্তাক লানশিরে। হিংচাবীনা মী লোইনা চাথোকখ্রবা সহর ওইরে।

অশুম্না অহানবা বোম তাবা মতুং নিনিকোনবা, মে তাং ১২ দা মী চেক মোক লাউদ্রবা সহর অসিদা এলাংখাংপোকপীগী মদন চৌকিদার মচা পাখঙ অনিগা লোয়ননা ষনগাড়ী অহুমখক "হৈ হৈ অর তিতি" হায়না থৌরকপনা ব্রহ্মপুর ভাগবতী লৈকায় য়ৌরে।

মদন চৌকিদার মুরুম মুরুম শোল্লি মথন্তা— "খুন্তাক লানশিরেদনা স্বাইসিদি— গুরু নন্দনখোই ইমুংদুবু কমদৌখ্রবা ! হংনবা মী অমা ফাও থেংনদে— ঐনা হেক্তা লাকউ হায়খিবনি— মী অতৈদি লাক্লদুনা ঐখোয়গী খুলদু থনদৌরে। অঙাং অনি, গাড়ীদু শোমদা থৌ" অসি হায়দুনা ষনগাড়ী অহুম অদু অচৌবা অশোংবা লৈরক অমদা চঙলম্মী। লৈরক্লুনা খম থেংবদা থোঙ্গাল অহাইবী অদু থৌরিনা চেজেৎ পুনশিন্দুনা লৈরম্মী। "মী লৈত্রবরা করিনো ?" কৌখি—"হো অজ্ঞা চাউবা অজ্ঞা চাউবা?" কনা অমত্তা খুম্লক্তে।

"চৎখ্রবা জাৎলা— কদাইদা ওইরিদগে?" মদন চৌকিদার থোঙ্গালগী থৌরী থদত্তুনা হাংদোক্লগা মনুং চংখি; শুমাং য়ৌরগা— "অজ্ঞা চাউবা, অজ্ঞা চাউবা! ঐনে মদন চৌকিদার—"

অনিরক অহন্নক কৌরবা তুংদা থোঙ হাংদোরকখি— চাউবা থোরকই— মদন উবদা হ্রাওমনখ্রদুনা মপি ঈরা চেল্লি— হিংলেদনা খনখি। হায়রকখি— “কয়া ব্রারুরে ভায়! খর গুন্না লাকপা য়াদ্রা?”

“লোইরো লোইরো করি করি পুদৌরি? মরু মরু ওইবদং পু, অতৈদি আদা লোইনা লৈ।”

ফমুং-কাংথোল, ফিরোল, কোনলিক, ষনগাড়ী অনিদা হাপকৎলে। লৈজবা শেল খর খৌরানী অদুগী শেঙ্গাওদা হাপচিল্লে। শ্রীগৌরচন্দ্র প্রভুগী বিগ্রহ অদু অঙ্গা চাউবনা অশেংবা ফিনা য়োমশিন্দুনা শাগোন্নরম্মী— লেমহৌরিবা ষনগাড়ী অদুদা অঙ্গা চাউবা, মাগী খৌরানী তোম্বী মচা,— মচা নুপা অনি, মচানুপী অনি তোংলদুনা চৎলম্মী। অঙ্গা চাউবা মাগী ইষ্টদেবদু শেন্নদুনা চৎলম্মী। অয়ুক পুং তরারোম তাবদগী চৎপদুনা অহিংগী পুং ১০ রোম তাবদা খাংপোকপী য়ৌরে। চৌকিদার মদননা শিন্দুনা মমাঙ শঙ্গোই খারদুনা মদুদা গুরুনন্দনগী ইমুং অদু লৈহল্লম্মী।

নুঙাইনা থমখি— তন্না ইষ্টদেবগী মন্দির শাদুনা অষ্টকাল সেবা কায়দনা অঙ্গা চাউবা অমসুং মাগী ইমুং খুন্দুদা লৈখি— মদন চৌকিদারনা মাগী গুরুনন্দনগী অব্রাৎ অপা লৈহল্লমদে।

থা তরুক্কী মতুং নবেম্বর থাদা লৌখাওবদা য়াওবী নুপী অনিখক হৈথা পোখা মতমদা চীকপক্লা ব্রারী শাখি— অনি অদু অঙাং ওইরিঙৈদগী লৌথুপ লৌকোই লৈতনা লুনা তিন্নরকপীনি— মশা মশাগী চহি য়াংখৈ চঙলকপা মতাঙনি। মচা অনি অনি ময়ুম পাল্লে মশু ফংলবনি— থীক থা ফরি, মমায় নাল্লি, য়েংবদা চহি কুম্ব্রামরী মঙাগী মৌনহা মাল্লি; ময়ুম পানদ্রিবী মচানুপী অহলগা চৎমিন্নবদা মচীন মনাওগুম উরি। মব্রা মপুরোইবা চঙ চঙ পান্নরিবী গুাক্তনি, মীনসু হায়নরিবনি— মব্রা মব্রানা লুনা তৌবিনি।

নুপী অমনা অমদুদা হংখি— “ইবেতোন, নুংশিবসিবু মতম লৈবরা ?”

“হাইমা করি ব্রাহংনোনে নুংশি! নুংশিববু মতম লৈ হায়বরা ?” অমদুনা খুন্নকখি।

“ঐনা হায়বদি— নুপা নুপী নুংশিনবসিবু চহি য়াংখৈ হুম্ফু তাল্লরুবদি য়াদবরা হায়বনি ?”

“নুংশিববু চহি লৈ হায়বরা? নুংশিরিবা অদুদি অদুম নুংশিদুনতা লৈবনি।”

“মচা মব্রা লৈবা নুপীনা অতোপ্পা নুপা অমা নুংশিবা, মতু মচা লৈবা নুপানা অতোপ্পা নুপী অমবু নুংশিবা, অসিবু খক তৌনদবরা? য়াদবরা? ’সিবু করি কায়বা লৈবগে ?”

“তৌনদে হায়বসু লৈতে, য়াদে হায়বসু লৈতে। কায়বা কায়দবগী ব্রাফমদি— ব্রাকম ব্রাফম্না পুরে।”

“অদুদি করিগীনো মীনা থীনা হায়নরিবা— মরু ওইনা নুপীবুনা হেন্না থীনা ভাঙনবিরিবা?”

"অদুবুদি নুপানা ওম্না মফমদা নুপীবু হেন্না থীনা হায়নরিবা অদুগা নুপীনা ওম্না সমাজদা নুপাবু হেন্না থীনা হায়বা হৌনশানি— খন্নবা য়াবা ৱাফম অমদি হকপান্নরিবা নিপা নত্রগা নুপী অদুবু মীরায়বগী ৱাফম অমদি লৈত্রনে?"

"নওনা হায়রিদো চুম্বদি য়াই ইবেতোন— অদুবু ঐঙোন্দদি হকপান্নরিবা নুপাবু মীরায়বগী ৱাদি লৈতে।"

"নওনা হায়রিসিবু নুংশি। ঠাকুর চাউবগা নঙগগী মরমদা কানা-কানি ঙাওনরিসিবু চুম্বনে ?"

"ঐদি ঐগী হকপান্নরিবা নুপাবু য়াম্না নুংশিজে— ইশম লৈশানা মঙোন্দা লৈরকপনি, নুংশিনদুনা চেল্লকপনি— ইচা ইশু পোক্লরবনি। ঐনা মাবু মীরায়বা নুংশিদবগী ৱা শুক্লে লৈতে। অদুবু ইবেতোন, ঐঙোন্দা অঙকপা অমদি— ঐনা ঠাকুর চাউববু হেক উবা নুমিত্তগী মাগী ৱাঙাং শাঙাং মিৎয়েং-নায়েংনা ঐসি পূমশুম শুক্কৎখি— মনাক্তগী হেন্দোক্লিংদে— ঐসে মাগী মমাঙ হেক য়ৌবগা— চহি য়াম্মে, ইচা ইশু লৈরে, হকপান্নবা নুপা লৈরে কক্কা হায়বা লোইনা কাউথোকই। চহি ১৭/১৮ শুরকপী ইনখৎলকপী লৈশাবীদু মঙাই— মমাঙদা লৈরোই লৈফাই ৱা ফাওবা চুম্না খুম্না ওমদে।"

"হকপান্নবা নুপা লৈরবদি অতোপ্পা অমবু নুংশিবা য়াদবরনে? সিবু কয়াম কায়বগে?"

"নুংশি— নঙগীশিবু যাদু মন্ত্রগা তৌবিশ্রবা জাৎলা ?"

অদু নুমিৎকী নুংদাংদা মদননা হায়খি— "নুংশি নঙসে ঐনা য়াম্না নুংশিজবনি, নশম লৈশানা লৌরকপনি, অঙাং নত্রে নঙ। নচানা পোকপা নশু লৈরবনি— নঙগা ঠাকুর চাউবগা নখোয় অনিগী মতৌসে ফজদে তৌনুকো?"

"কৈসু থোইদোকপা মরি লৈনজদে— মীনা পঙহায় হায়জিনবিবনি থাজবিরক্নু।"

"করি হায়বা! ইমিৎমক্লা উরবসিবু, থাজরক্নু হায়বা ? ঐ মদন চৌকিদারনি খঙঙু— ইচা ইশু মমাঙদা ফজদে হায়না তৌবনি।"

নুংশি, খঙই মদন চৌকিদারগী লিংজেন, ৱা মচেৎ অমত্তা ঙাঙদে তূমিন লৈখি।

মথংগী নুমিৎ লাইনীংথৌ পাঙ্গনবগী লাই লম্পাক্তা নুংথিল নুংদাংৱাইরম ঠাকুর চাউবগা মনি নম্বরগা নাপচিক্লা ৱারী ৱাতায় শানরম্মী।

"ঠাকুর চাউবা ! নঙগা মদন চৌকিদারগী নুপী নুংশিগা নখোয় অনিগী ৱা শোরিপারী পঙতা তারিসিবু চুম্বরা ?"

"চুম্মী তাদ নম্বর; মদন মপামচানা ঐখোয়বু লৌবিরদুনা মফমসিদা থুংলবা নুমিৎকী মতুং নোংঙানবা অয়ুক্তা— ঐগী ইষ্টদেব পূজাগী পোৎলম হৈ লৈ পুদুনা তর তর ঈর মায়থঙরগা চেংহী উতি লুজরগা চন্দন চবা থিল্লদুনা অশেংবা ফি পুঙৌফনেক শেৎ, ইন্নফি অঙৌবা ইন্দুনা লাকপা মাগী শক্তম অদু উবা নুমিৎ অদুদগী ঐসি পুক্লীং মথুম মরাং

হৌ ইঙাও ঙাওখিবনি, মাবু ঐগী ওইনিংখিবনি— ইনাক্তা লেঙদনা লৈহন্নীংখিবনি— করিননে খঙদে— করম্বা লাইগী থৌইনশিন্নো খঙদে— মাবু হেক উবমক্তদা ঐসে চহি মতাং অসি য়ৌরে ইতু ইচা লৈরে হায়বা পুংকাউ হেক কাউথোক্তুনা ঐসে ইনখৎলকলিবা চহি ২১/২২ চঙলকপা, নুংশি অপাম মিহৌগী অহানবা ৱাখলনা থল্লবা নহা পাখঙনি হায়ন খনখি। মাবু উদ্রবদি লৈবা ঙমদবনি।"

"মদনদি খঙদ্রা ? মানা করি হায় ?"

"অহানবদদি খঙলমদে— হৌজিক্তি খঙলে ? ঐগী ৱাখলগী ইনোৎ অদু মান ঈথক কাহল্লমদ্রবদি অদুম মাঙখিরম্বসু য়াই। মতু মচা লৈবা নুপা অমনা নুপী অমা নুংশিরুব কৈসু কায়দে— অদুবু হন্দক্কী ঐগী মতাংশিদদি চুমদবনি হায়বা ঐ খঙই। মদন্না ঐব পোকমিন্নবদগী হেন্না লুনা তৌই, অৱাৎ অপা লৈহন্দে। মফমসিদা ঐ মাগী মপান্না খুত্ত হামদুনা চায়। অদুবু, ঐ মাবু উদনা লৈবা শুকঙম ঙমদে— মসিগীদমক ঐগী নুপীগা কয়ারক ঙংখৎনৱবনি। মদন্না নহান ঐঙোন্দা হায়খি—

"গুরুনন্দন, ঐগী নুপী নুংশি হায়বিসি নহা নত্রে, মচানা পোকপা মশু লৈরবনি, মাবু ঐনা নুংশিজনা মশম লৈশানা লৌরকপনি। গুরুনন্দনসু নশু উরবনি, ঐ গুরুনন্দনা ব্যবহার কায়নীংদে। নঙগা মাগা লৈনরিবা মরিশি ফজদে হন্দোক্লবা তৌবিয়ু।"

"মদুদা নঙনা করি খুমখি ?"

"করি খুম্নী, মানা হায়রিবদু অচুম্বনি। অদুবু ঐদি, মাবু উদ্রবদি লৈবা ঙমদে। মফমসিদগী চৎপ্রগা, উনদ্রগা ফগদ্রা খন্দুনা ঙরাংদো ইম্ফাল চৎলুবনি। অদুবু ঐখোয়গী য়ুমদু বোক্স এরিয়া মনুং চল্লি হায়দুনা সিফায়না থন্না লৈহৌরি— ইম্ফালগী লান্দি হৌজিক্তা কনখৎলক্কী করম তৌগদগে খঙদে।"

মথংগী চহি খৃঃ ১৯৪৩ ইংগী মার্চ্চ থাদা মদন চৌকিদার মাগী হৌজিক লৈরিবা য়ুম অদুদগী য়ুমলোন তরেৎ লাল্লগা য়ুমজাও অহুমখক মমাঙ শঙ্গোইগা কোন্ননা শাবা লোইরদুনা, ঙসি থা অসিগী অহানবা নিংথৌকাবা নুমিত্তা শঙ্গারে। খুনগী অহল লমন, ঠাকুর চাওবা, থৌরানী তোম্বীমচা য়াওনা মাগা চাক চামিন্নবা লোইদুনা ময়ায়থংবা য়ুমগী মাঙ্গোলদা অহল লমন ১৪/১৫ ঠাকুর চাওবগা লোয়ননা ফল্লি— খা অমসুং অৱাংগী য়ুমদা মচানুপা অনিগী মপোৎ মচৈ লোইশিল্লি। ঠাকুর চাউবা তোপ্না ফক্লাং ময়াদা ফক অমদা ফমলি। শুমাংদা তুলশিপুং মনাক্তা লা লাতোন অমদা লংনা ফেংলবা তখেনথাঙ অমা লৈ।

ক্কা দক্ষিনা তৌবা মতাং য়ৌরদুনা মদন চৌকিদারনা দক্ষিনা লুপা মঙা হাপ্লদুনা পানা তাঙ্গা অদু পুশিল্লকখি— অদুগা মদু ঠাকুর চাউবগী মমাঙদা থল্লগা হায়খি—

"ঐগী হান্নগী ঈংখোল, য়ুম কৈ পূম্নমক ঐগী নুপী নুংশিদা পীরবনি অদুগা ঐগী নুপী নুংশি অসি য়ুমকৈ ঈংখোল পূম্বদুগা লোয়ননা গুরুনন্দন ঠাকুর চাউবা নংঙোন্দা ঐনা দান তৌজরবনি, খ্বায় পূম্বা শাক্কি ওইবিয়ু। গুরুনন্দন ঠাকুরনা য়ুমদুদা পুন্সি চুপ্পা নুঙাইনা লেনবীয়ু। ঠাকুর চাউবনা খঙবিগদবা অম্বদি, য়ুম ঈংখোল খুল অসি থাদোক্তুনা হেক চৎপা নুমিত্তা উবিরেদনা তুলশিপুংদগী তখেনথাঙ অসি !

"ঐ মদন চৌকীদাররনি খঙবিয়ু।"

অসি হায়রগা নুংশিগা লোয়ননা দক্ষিনা অদু ঠাকুর চাউবদা কৎখি। ঠাকুর চাউবা ইক আক তৌনা দক্ষিনাদু লৌখি— মমিৎনা য়েংখি নুংশিদা।

ইং ১৯৪৫ দা অনিশুবা লাল্লাও লোইখ্রে। মী পূম্বা ময়ুম ময়ুমদা হঞ্জিন্নখ্রে। ঠাকুর চাউবদি ইম্ফালগী ময়ুম অমুক উখিদ্রে।

২৫।৬।২০০১

*******

# ৬

# সিফাই

পেরেদ কমাণ্ডরনা হৌনা লাউরকখি— "পেরেদ সাবধান"।

পেরেদ য়াওরিবা ট্রেনীং লোইরবা রিক্রুট পূম্বা চপ মান্ননা সাবধান তৌখি।

ঙসি পাসিং আউট পেরেদনি। পেরেদ কমাণ্ড তৌরিবা অসি বেটচ অসিগী ত্রেনীংদা খ্বাইদগী হেন্না ফবা রিক্রুট পেবম চাউবনি।

অথোইবা অতিথি ভি আই পি অদুনা ইউনিট অদুগী কমাণ্ডেন্টকা, ত্রেনীং ইষ্টিট্যুটকী মকোক ওইরিবা অফিসারগা লোয়ননা সেলুটিং বেজ হেক য়ৌরকপদা পেরেদ অদুনা প্রজেন্ট আর্মস তৌদুনা জেনেরেল সেলুট তৌখি। অদুগী তুংদা পেরেদ অদু ওরদর আর্মস তৌরল্লগা পেরেদ কমাণ্ডর অদুনা সেলুটিং বেজ তান্না চঙশিনখিদুনা অথোইবা অতিথি অদুদা সলাম তৌরগা হায়খি—

"পেরেদ, আপকে নিরক্ষন কে লিয়ে হাজির হৈ, শ্রীমান!"

অদুগী তুংদা অথোইবা অতিথিনা ইউনিট কমাণ্ডর অমসুং পেরেদ কমাণ্ডরগা লোয়ননা মমায় ফাৎলবা জিপ অমদা তোংদুনা বেণ্ডগী অতপ্পা দ্রমগী তালদা পেরেদ ইন্সপেক্সন তৌখি। ইন্সপেক্সন লোইরবা তুংদা অথোইবা অতিথি অমসুং ইউনিট কমাণ্ডর অনি অদুবু মখোয়গী ফম্ফম বেলকোনিদা থিঞ্জিলল্লগা পেরেদ কমাণ্ডর অদু মাগী হান্নগী মফমদা লাক্লগা পেরেদ অদু বিশ্রামদা থমখি।

মতম অসিদা নেসনেল ফ্লেগকা ইউনিট অদুগী ফ্লেগকা, ফিরান অনি অদু খুৎলাই পায়বা এস্কোর্টকা লোয়ননা সিফাই অনিনা অমমম পায়রদুনা পেরেদ অদুগী ওইরোম থংবা মতাই অদোমদগী লাক্লুনা য়েৎথংবা মতাই অদু তান্না পুরকখি। মফম অদুদা এস্কোর্ট অদু লৈহৌরগা ফিরান অনি অদুনা নেসনেল ফ্লেগনা পেরেদ লোম থংনা য়েৎলোমদগী ওইরোমদা স্লো মার্চ্চ তৌদুনা চৎলি— মতমদুদা বেণ্ডগী দ্রম্মা মরোন তোঙান তোঙান্না কমাণ্ড তৌদুনা পেরেদ সাবধান, সলামী সস্ত্র তৌখি মতমদুদা জাতিয় সঙ্গিত নেসনেল এন্থেম খোংখি অমসুং মফম অদুদা লৈরিবা পূম্বা হৌগত্তুনা লেপখি— নেসনেল ফ্লেগতা ব্যবহার তৌখি। ফিরান অনিদুনা ওইথংবা মতাই য়ৌরবা তুংদা কুইক মার্চ্চ তৌদুনা হান্নগী মফম অদু তান্না হল্লক্তুনা এস্কোর্টকা লোয়ননা লৈখি। মতমসিদা দ্রমগী কমাণ্ড তৌদুনা ওরদর আর্মস তৌরগা পেরেদ বিশ্রামদা লৈখি। অসুম্না ভারতকী নেসনেল ফ্লেগতা সন্মান তৌখি।

মতমসিদা ত্রেনীং ইষ্টিট্যুটগী মকোক অফিসার কমাণ্ডেন্ট অ দুনা সেলুটিং বেজদা লেপ্তুনা পেরেদ অদুদা য়াওরিবা রিক্রুট পূম্বগী কসম লৌখি— মানা কসম পাথোকপা অদু মখোয়না চপ মান্ননা হায়খি— অহানবা ৱাহৈ "মৈ" হায়বা ৱাহৈসিগী মতুংদা রিক্রুট

খুদীংমক্তা মাঙ্গী মাগী মমিং হায়খি। অসুম্না— ট্রেনীং কমাণ্ডেন্টনা মৈ— হায়রকপদা পেবম চাউবনা খুমখি— "মৈ পেবম চাউবা।" মথং মথং হায়খি—

"ঐ পেবম চাউবা সিংহনা পরমাত্মা ঈশ্বর পন্দুনা ব্রাশকচরি, ঐহাক্তা আইন্না লিংখৎলবা ভারতকী সংবিধানবু থব্রায় হুকচাং য়াওনা সেবা তৌজগনি। ভারতকী রাষ্ট্রপতি অমদি ঐগী ইথক্তা হান্নীরকপা অফিসার পুম্বগী য়াথং ঙাকচগনি। ঐবু পৃথ্বিবী, সমুদ্র অমসুং আকাশকী লম্বীদা থাবীবা মফম পুম্বদা হয়াওনা চাংচগনি— মদুদা ঐগী থব্রায়বু বলিদান তৌবা তারবসু।"

অকোনবগী ব্রাহে— "ঐগী থব্রায়বু বলিদান তৌবা তারবসু" হায়বা ব্রাহে অসি পুম্নমক্তা হৌনা খুমখি। অসুম্না ব্রাশক লৌরবা তুংদা রিক্রুট পুম্নমক সিফাই ওইরে। অদুদগী পেরেদ অদু দ্রমগী ওরদর মতুংইন্না ক্লোজ ওরদর মার্চ্চ, কন্ধেসস্ত্র তৌরগা রাইট টর্ন কুইক মার্চ্চ তৌদুনা পেরেদ গ্রাউণ্ডগী য়েৎথংবা নাকন তান্না চৎলগা মফম অদুদগী লাইন ফোর্মেসন্দা দ্রেসীং তৌরগা স্লো মার্চ্চদা মার্চ্চ পাস তৌদুনা অথোইবা অতিঠিদা সলাম তৌখি অমসুং পেরেদ গ্রাউণ্ডগী অরোইবা ওইথংবা নাকন্দগী কুইক মার্চ্চতা হান্নগী মফমদা হঞ্জিল্লগা— খোঙকাপ তরামঙা মাঙলোমদা চৎখৎলক্লগা অথোইবা অতিঠিগা মায়োক্লনা লেপ্লগা পেরেদ বিশ্রামদা থমখি।

মতমসিদা ট্রেনীং কমাণ্ডেন্টনা ট্রেনীংগী অশম্বা রির্পোট পাথোকলম্মী। মথংদা ইউনিটকী কমাণ্ডিং অফিসারনা মাগী ভাষন পীরবা মতুংদা অথোইবা অতিঠিনা মাগী ভাষন পীরম্মী। অসুম্না ভাষন পীবা লোইরবা তুংদা অথোইবা অতিঠিনা এব্রার্ড কয়ামুক য়েম্ভোকখি। পেবম চাউবা খ্বাইদগী ফবা ওল রাউণ্ড বেষ্ট রিক্রুট, খুৎচুম্বা বেষ্ট সোট অমসুং খ্বাইদগী হেন্না থাকসি খাসি লৈবা— বেষ্ট দিসিপ্লিনগী মনা কপ মেদলনচিংবা ফংখি।

প্রাইজ এব্রার্ড পীবা লোইরবা তুংদা পেরেদ অদু অনি থোক্লা অথোইবা অটিঠিগী নাকল য়েৎলোম ওইরোমদা "আউল্ড ল্যাং শিন" ঈশৈগা লোয়ননা ময়েক শেংলম শেংফাত্তনা লান তৌনবগী বম তোপ নোংমৈ কাপ্লগী খোঞ্জেল মরক্তা সিফাই পুম্বা লান চঙলিবনি হায়বগী ব্রাখলদা মপানলোমদা লাইন অনিদা থোকখি।

পেরেদ লোইরে। পেবম চাউবা মানা নীংজবা থুংলে। ঙসি কসম চারদুনা ভারতকী সিফাই ওইরে— হয়েংদগী পোষ্টীং মফমদা চৎলগনি। মথ্বায় নুঙাইনা মাগী চনাং ফজনা থারবা ইউনির্ফোমদু য়েংল য়েংলদুনা মোমোন নোকখি। কাউবা লৈতে। মানা ব্রাশকপদা হায়খিবা মথক থোংবা অফিসারগী য়াথং ইনগনি হায়বদু।

পেবম চাউবা হিয়াংলম হিরানমৈদগীনি। মচা তরা, নুপা মঙা নুপী মঙা পোকপা মপা-মমাগী মরিশুবা মচানুপানি। চাউবগী মপা তোনুগী ইমুং লাইরবা ইমুংনি। মশাগী উনবা লৌ লৈজদে, শাল্লগা উই— লৌশান পীথ্রগা ইরেম লেমহৌদে থা অহুম মরি কোন্নদে— ময়াম্বা অহুম মপা-মমাগী মতেং পাংনবা শুনোমদুনা শেল তানবা য়াওখি— মাবু লাইরিক তমহনখি। চাউবা মেট্রিক পাস তৌরবা তুংদা মখা তমথবা ঙমখিদ্রে। রিক্রুটমেন্ট রেলী অমদা য়াওরুবদা পাস তৌদুনা সিফাইদা ভর্ত্তি তৌখিবনি। অঙাং ওইরিঙৈদগী পামজখি সিফাইগী তুপী, সিফাইগী পোষাক। চহি খরা ভারতকী মফম কয়াদা পোষ্টীং তৌদুনা লৈখি।

চহিগী ছুটিদা মণিপুরদা থোরকপা মতমদা মাগী মখুন্দা মাবু মীনা য়েংনখি। কাপ লংনা থারবা বুট, ব্রাসোনা লংনা ফেংলবা বেল্টকী বকলস অমদি ইষ্ট্রিনান্না তক্লবা পোষাক ইউনিফোর্ম অদুদা মহাক চাওথোকচখিবনি। মানা থাগী থারকপা পৈশানা তোনুগী ইমুং খর খর নিঙ্গরক্লে। মচানুপা অতোম্বা মণিপুরগী মপান্দা লাইরিক তম্বা থাবা ঙমলে। চহি মঙাগী তুংদা মহাক লান্স নাইক প্রোমোসন ফংলে। খুদাংদা V(ভি) অমা থেংলে।

চহিগী ছুটি থোরকপদা মণিপুর য়াম্না হোংলমলে। মাগী মরৈকাইদা, মখুন্দা লৈবদু মপা তোনু নুংশা থিরম্মী। মাবু থুনা হলহন্নীংখি। মতম অদুদা মণিপুরদা সিফাই উবা য়াদবা লালহৌরুপ কয়ামরুম লৈরম্মী। অদুনা খুন্দোনদা লৈবা মখোয়গী য়ুমদোমপোক অদুদা মাবু হংবা লাকপা লৈনুংগী খুৎলাই পায়বা পাখণ্ড কয়া থৈদোক্লবা হোৎনবদা মপা তোনু থবক চিনখি। উচিন নাচিন্না মচাগী ছুটিগী মতম লোইদুনা হনখ্রে, তোনু নুংশা মপী হোঞরে।

সিফাই পেবম চাউবনা মাগী চহিগী ছুটি লোইদুনা হনখিবা মথংগী চহি অহুম লোমগী মনুংদা মণিপুরগী ফিভম নোংমা নোংমগী ফত্তবগী মথক্তা হেন্না হেন্না ফৎচিল্লরুমদে।

মণিপুরগী চীংগী লমদা তাংখুল মুইবানা লুচিংবা এন এস সি এন কৌবা নাগা লালহৌ লুপ মপাঙ্গল কনখৎলকখি। কুকী লালহৌ লুপ কে এন এ, জেৎআর এ নচিংবসু ঈরাং হেনগৎলকখি। তম্পাক্কী লালহৌলুপ পি এল এ, ইউ এন এল এফ, প্রি পাক, কে ৱাই কে এল (ও), কে সি পি নচিংবগী ঈরাংসু কনখৎলকখি। মখোয় পুম্বা ভারত সরকারনা আইন্না য়াদবা সংস্থাননি হায়না লাউথোকখ্রবনি অমসুং মখোয়বু নমথনবা ভারতকী সিফাই, পেরা-মিলিটরি ফোর্স কয়া মণিপুরগী তম্পাক, চীং, থন্না থমখ্রবনি। সরকারনা লালহৌলুপ পুম্বা অসিবু লৈনুংগী লমহেনবা হায়নসু কৌই। মখোয়গী থবক্তি সেক্যুরিটি ফোর্সকা লান্থেংনবা— মদুগী খুৎলাই লৈনবা শেল-মীচম প্রজাদগী খায়বা, লেম্না লৈফম চাফম লৌবতা নত্তনা টেক্স ওইনা লৌখৎপা, শেল খর লৈ হায়না খনবা মীশিংগী মফমদা ডেমান্দ লেটর থাদুনা নমদুনা শেল লৌবনি। মখোয়গী পান্দমদি মুইভাগী লালহৌলুপনা বৃটিশনা নাগা থোনবীরন্নবাশিং অদুগী মনীং তম্বা খৃষ্টান ষ্টেট লীংখৎপনি, কুকীশিংগীসু মখোয়গী হোমলেন্দ অমা অদুগা তম্পাক্কী লালহৌলুপকীনা মণিপুরগী নীংতম্বনি।

মসিদা হিরম খুদিংদা অৱাবা নংলিবদি লৈনুংগী লাম্মী অমসুং ভারতকী লাম্মীগী মরক্তা লৈবা নুং অনিগী মরক্তা হা ওইরবা মীচম প্রজানি। মীচম প্রজাবু নাকল অনিমক্লা থাজদে, চিংনৈ— অনিমক্লা হন্না হন্না ওৎনৈবী। মরাল লৈত্রবা মীচম প্রজা কয়া হাৎখ্রে। সিফাইনা ফাখ্রগা থিবা খঙখিদবা মাঙখিবা য়ামখ্রে। সরকারগী অচৌবা অফিসার লৈনুংগী দেমান্দ লেটর কিবদগী লোয়শঙদা ফম্বা ঙমদ্রে— চাউখৎ থৌরাংগী থবক্তি লায়রদুনা সরকারগী নোর্মাল ডিউটি ফাওবা মপৃংফানা তৌবা ঙমদ্রে— প্রজাশিং নুমিৎ খুদিংগী থরক হুনগৎনা লৈরে।

মণিপুরী ইশানা ঙাকচরম্বা অপীকপা স্বর্গ অসি ইং শোক ১৯৪৯ দা হেন্না নুঙাইবা ৱাত্ত-পাদবা লৈবাক ওইহনগনি হায়দুনা ভারত সরকারদা শিন্নরুবদগী ভারতকী কেপটিভ মার্কেট ওম্লোকখ্রে। মণিপুর ইশাগী পোৎথোক মাঙখ্রে— চরা হেল্লে— চহি ৫০গী মনুংদা মীঙোন্দগী ভিক্ষা নিদুনা চাবা লৈবাক ওইহল্লে। মপান্দগী পৃশিল্লক্লবদি চাবা ফংদ্রে।

মপান্দগী পুশিল্লকপদা নাগা লালহৌলুপ্না গাড়ী খুদিং টেঙ্ক নমদুনা মৎপা, মুনবনা-প্রোৎ পুম্বা ভারতকী লম অতৈদগী শরুক অনি অহুম হেন্না তাঙলে। শেছোক উপায় মৎপিগ্রগা মণিপুর অৱাবগী ঙমখৈ লৈত্রে।

লৈঙাক সাসন হৈত্রবা, চোংথোক চোংশিন তৌদুনা লৈবা এম এল এ, ঙাইহাক লৈতনা হোংবা মন্ত্রি মন্দল, ভোট লৈনবা শেন খোমজিনবদা চাউখৎ থৌরাংগী থবক তৌদ্রবা, শেন লাম্না শিজিন্নবনা ভারত সরকারনা উশিৎপীদ্রবা মণিপুরী মন্ত্রি এম এল এ না লৈবাক কাংখোং চাইহল্লে। মণিপুরগী ফিভম ইংশোক ২০০১ হৌরকপদা খংশোক শোকচিনখ্রে। মণিপুর সরকারগী কর্ম্মচারীগী তলব পীবা ঙমদ্রে— এম এল এ চোংথোক চোংশিন্দা সরকার কায়রে জুন থাদা প্রসিডেন্ট রুল চলাইখ্রে। ভারত সরকারনা মণিপুরগী ৱা তাবিদনা আইন্না য়াদবা সংস্থান ওইরিবা এন এস সি এন (আই এম) গী লুচিংবা তাংখুল মুইবাবু পেলহন্ননবা ভারত সরকারগা এন এস সি এন (আই এম)গা সিজ ফায়ার অদু নাগালেন্দ ৱাংমা লান্না নাগা তাবা লম পুম্বদা শন্দোরকপদগী মণিপুর মৈ হৌরে। মণিপুরগী, মীয়ামগী অপূনবা ক্লব কয়ামরুম্মা পূং ৬৬ কী বন্দ তাং ১৫গী নুংথিলদগী কৌখি। মণিপুরগী ছাত্রশিংসু বন্দ কৌখি। মরমদি সিজ ফায়রগী লম নাগা তাবা লমশিংদা শাংদোরকপা হায়বসি নাগা লালহৌলুপ অসিবু ভারত সরকারনা মতেং পাংদুনা মখোয়না তৌবা আইন্না য়াদবা উশিন্নদবা থবক ময়া মণিপুর থুংনা তৌহনবনি। মসিনা চহি ২০০০ হেন্না নুংশি চান্নন লৈমিন্নরকুবা চিংমী তম্মীবু নুংশিনহন্দনবা শিনবনি। অদুনা মণিপুর প্রজা পুম্বনা মসি তৌহনবা য়াদবনি হায়না লৌদুনা ইং ১৯৯৭ তগী অচৌবা রালী চত্তুনা, মণিপুর এসেম্বলীদা রিজোলুসন পাস তৌদুনা থিংলকপনি। অদুবু ভারত সরকারনা মণিপুরগী মীপুম খুদিংনা য়াদ্রবা ৱাফম অসি— মণিপুরগী মীয়ামগী অপাম্ববু থৌওইদনা তাংখুল লালহৌবা লুচিংবা অমবু পেন্ননবা মীয়ামগী ৱা ভারত সরকারনা লৌদ্রে— গনতন্ত্রগী নিয়ম থুগাইরে হায়দুনা গনতন্ত্রবু পামজবা মণিপুরগী মীপুম খুদীংগী খোয়দৌ শিকখি— অদুনা হৌনরুবা তৌদনা মণিপুরগী মীয়ামসু ইং ২০০১, জুন তাং ১৮ দা হৌরকখি।

সিফাই পেবম চাউবা থা অমত্তা ঙাইহিরি মণিপুরদা মাগী বাটালিয়নগা লোয়ননা পোষ্টীং তৌরকপা। মণিপুর হেক য়ৌরকপগা কাউন্টর রিভোলুসনগী থবক্তা চিনমনখিবনা ময়ুম চৎলুবা শংদে। ঙসি নুমিৎ অয়ুক পূং ১০ রোম তারকপদা লম্বী পেট্রোলীং চৎলুবদগী বাটালিয়ন হে: কু: তম্মা হল্লকপদা কোনুং মমাঙ চরালী য়ৌরকপা মতমদা য়াল্লবা মী কাঙবু কাঙবু ৱাখ্নে, নোংমৈবুং, হাপ্টারোমদগী ষঞ্জেনথোং তম্লকপা থেংনখি— মীয়ামদুনা লাওরকখি— "মণিপুরগী ঙমখৈ কায়বা য়ারোই, সিজ ফায়ার এক্সেটেনসন হন্দোকউ, লোং লৈভ মণিপুর।" ষঞ্জেনথোংদা রায়োট পুলিস তিয়ার গাস শেলগা লোয়ননা মখোয়বু থীংনবা ঙাইহিরি।

পেবম চাউবগী পেট্রোল পার্টি ষঞ্জেনথোং লাল্লকুবা তৃংদা, কৈশামপাৎ, মোইরাংখোম, উরিপোক, থাংমৈবন্দ লম্বী পুম্বা মীনা থল্লে, বাটালিয়ন হে:কু:দা হনবা য়াররোই হায়বা পাউ ফংলম্মী। মখোয়গী কমাণ্ডেন্টকী হুকুম মতুংইন্না মণিপুরগী চিফ মেনিষ্টরগী বঙ্গলা ঙাকলিবা সি: আর: পি: এফ কন্টিঞ্জেন্ট অদুগা লোয়ননা লৈনবা চিফ মেনিষ্টরগী বাঙ্গলাদা চঙদুনা লৈখি।

পৃংখাইমুক্কী মতুংদা মীয়ামগী মীরাওখোল মরক্তা তিয়ারগাস সেল কাপ্লগী খোঙ্কেল তারকখি। মীয়ামগী খোল্লাও নকশিল্লকখি। ইকুই কুইদনা মাইকৈ অহমদগী লাকখিবা মীয়াম্না চিফ মিনিষ্টরগী বাঙ্গলা কোয়শিনখ্রে। অন্দোলন তৌবদা য়াওরিবা পাখঙ খরনা সন্নি তৌরিবা সিফাইদুদা হায়রকখি— "ঐখোয়বু কাপ্তুনা হাৎলু— মণিপুর কায়বদি য়ারোই— লোং, লিভ মণিপুর" লাউশিল্লকখি। অসুম্না লাউরিবশিংগী মরক্তা অমদি পেবম চাউবগী মনাওনি। মাগী ময়াম্বা লৈরম্বা উবদা কৈসু তৌরক্রোই খল্লম্মী। মতমদুদা পেবম চাওবা য়াওনা ডিউটি তারিবা সি: আর: পি: এফ জবান পৃম্বা মাগী মাগী পোজিসন লৌদুনা লৈনখিরম্মী।

সিফাই পেবম চাউবা য়াম্না দিসিপ্লিন লৈবা, ফজনা ট্রেনীং তৌরবা সিফাইনি— অদুগী মথক্তা মশানা পাম্না ওইখিবা—সিফাইগী ইউনিফোর্মদা চাউথোকচবা অমনি। মিলিটরী দিসিপ্লিন মনুংদা— মথক থোংবনা ওরদর তৌবা— ইনগদবনি—তুকা থিবা য়াদে— ওরদর ফংদনা নোংমৈ কাপ্পা য়াদে—নোংমৈ কাপ্পগী ওবজেক্তি—"সুট টু কিল" হায়বদি হাৎননবা কাপকদবনি—পুম্নমক অসি হঞ্জিন হঞ্জিন তন্নকতুনা— মশাদা চুপ্পবনি—মেচিনগুম্না অচুম অরান অমাঙ অতা থিদনা হেক্তা ঔটোমেটিক ওইখ্রবনি।

পেবম চাউবা খঙই অন্দোলোন তৌরিবশিং অদু মণিপুরগী মমা মচা মচে মচল মচীন মনাও মপা মতোল ঙাক্তনি। মণিপুর কন্ননবা, মাঙদনবা তৌরিবা ঈহৌনি খঙই। মহাক মশামকসু মণিপুরবু নুংশিজবা মণিপুরী মৈতৈনি। মহাক খঙদবা নত্তে মণিপুর চহি চা কয়া মণিপুরীতনা কঞ্জরকপ্রবনি— মণিপুরগীদমক— চহি তরেৎ খুন্তাক্লবা মতুংদা মৈতৈশিংনা অৱাগা লাম্বেংনখি। মণিপুরদা লান্দারকপা অৱা তখেলগা লাম্বেংনখি— মণিপুরগী নীংতম্বা কন্ননবা মতীক চাউরবা ব্রিটিস শক্তিগা ইং ১৮৯১ দা খোংজোমদা লান থেংনখি লৈবাক্কীদমক মণিপুরী কয়া মথৱায় কৎখি। মণিপুরগীদমক হৌরিবা মণিপুরী মমা মচা মচিন মনাওশিংগী মথক্তা নোংমৈ কাপ্পনচিংবা তৌফম থোক্তে খল্লি— অদুবু মহাক দিসিপ্লিন ঙাক্লা চৎলিবা সিফাই অমনি।

খঙহৌদনা চিফ মিনিষ্টর বাঙ্গলাগী অকোয়বদা তিল্লিবা মীয়াম অদু লাঙবা লাউবা হেনগৎলকখি। অন্দোলন তৌরিবা পাখঙ খর চেকপল কাদুনা কম্পাউণ্ড মনুংদা চঙলকপা য়াওখি। লাঙলিবা মরক অদুদা কদাইদগীনো পেবম চাউবনা তাখি "ফায়ার" হায়বা ওদর অমা। সিফাই খরনা কাপ্পা হৌরকখি মানা মানা পায়রিবা রাইফলদগী মরু কয়া পাইথোরকখি— দিসিপ্লিন লৈরবা পেবম চাউবা— ৱাখল অতৈ খনবা ঙমখিদে— মমাঙদা লৈরিবদু টার্গেটনি, অতৈ করিমত্ত নত্তে— ঔটোমেটিক ওইরিবা মশা অদু পাকথদুনা মাসু নোংমৈগী ট্রিগর অদু হেক্তা চিংখি। মাগী নোংমৈদগী কাপথোরকখিবা মরু অদু মমাঙদা লৈরম্না পাখঙ মচা অমদা পানখি। পাখঙ অদু অতৈ কনা নত্তে পেবম চাউবা মাগী হেক পোকমিন্নবা মনাওনি।

তাং ৩১।৭।২০০১

*******

৭

# লৈইসিগী ৱাংমদা

"মসিগী লৈইসি হেক লাম্থোকপদা নুঙাইবগী নুঙাইবা ঙাক্তা ! অদুবু মদু কৈদৌঙৈনো?"

নুংশা মপী শাংনা হোল্লদুনা হায়জরম্মী মথন্তা মোইরাং তোঞ্জাও। মহাক নুমিৎ তরানি শুরক্লে মসিদা উংদুনা লৈরিবা। লূমথরক্লিবা ৱাখলগী পোৎলুম অদু খাঙবা ৱারদুনা অসুম ঙাহৌ ঙাহৌ চৎখিদুনা ইরিল তোবর্বাম্দা ৱাপল অমগী মখোঙদা ফমদুনা ঈশিংগী ঈচেল য়েংদুনা ঙাইহাক তুমিন্না লৈরুই। ৱাখলগী ঈচেল অদুদি লেপ্তুনা তুমিন্না লৈতে। মবুক্তা খনবদু মচীন্দা মুরুম মুরুম শোল্লকখি। "অৱাংবা চীংদোম্দা শাৎপা লৈরাং ওইদুনা তোক্লদরা?" মখা অমুক তাবকখি, "লৈই অসি করিগুম্বা মুখৎলুরগা অতোপ্পা অচৌবা লৈই অহুম্না অমুক কোয়শিনখ্রবদি কমদৌবা?"

"মীওইবগী পুন্সি নোংদম নাইদে, তাইবঙগী নুঙাইবা মতম খরতগীনি। মতমনা হৌখ্রবদা নুঙাইবগী অর্থ লৈতে" লৈই ৱাংমদগী হায়রকখি— মশক মতৌ ফজবী, মশম শাংলবী অমনা, লৈকোল অমগী ফুগায়না শাৎলবা লৈরাংগী মরক্তা লেপ্তুনা। তোঞ্জাও মুন্না য়েংই, নুংশা মপী অমুক্তং হোল্লি— মরু লুকথখি। খল্লি— "করম্না লানসিংগে লৈইসি।"

ঙাইহাক লৈরগা লৈইদুগী ৱাংমদগী খোঞ্জেল খর পূনশিন্দুনা পূল্লপ পূন্না হায়রকখি— "নুঙাইবা পাম্বা কনানো ! লাও ঐখোযগীলক্তা; ঐখোয়গী ইরক্তবু লৈরবদি— ফংগনি লোইবা নাইদবা নুঙাইবা। নুঙাইবগী তোঙানবা মফম, তোঙানবা মতম লৈতে ! অফংবা মফম অমদা— মতম অমদা হেক্তা নুঙাইবা য়াই। মতম হৌখিবা লৈতে— পূংজা চৎখিবা লৈতে— নুঙাইবগী লোইবা নাইদবনি। ঐখোয়না লৈরিবা মফমসিদা, লাও নখোয়সু— মতম চুপ্পা নুঙাইবা পাম্লবদি।" তোঞ্জাও য়েংথোকখি, উখি সিরিঞ্জ পায়বা পাখঙ অমগা, কংক্র পায়বা অমগা মাবু মখুৎ হত্তুনা কৌরম্বা ? কায়নবগী অৱা মৈচাক্লা কাহৎলবা তোঞ্জাও খনখি— "লাম্থোকখ্রসিরা লৈইসে ?" নীংবা কায়বদগী খল্লুবা ঙাইহাক্তংগী ৱাখলনি-কাউবা য়াদে লৈই ৱাংমগী মশম শাংবী ফজবীদো। মখুৎ হত্তুনা অমুক কৌরকখি— হায়রকখি— "মতম অসি হৌখ্রনি— য়োৎতি শারিঙৈদা য়েহৌগদবনি।"

চঙশিল্লকলি তোঞ্জাও লৈইদু লাল্লগে খন্না— অদুবু মাঙদা লৈইদু লেপখৎলকই অদুগা হায়রকই— "লৈই ঐসৈ লাইনা থাবা লৈইনি, ঘোট চফু মাঙদা থম পুরোল অহুম শাক্তি থম, তরামচা কয়াগী মাঙদা ৱাশক্তুনা শিন্নখ্রবনি ইখুত্তা— ঐনা হেক হিংলিমখৈ লানশিল্লকপা— শুকয়া য়ারোই। ধর্ম্ম কায়না লানশিল্লক্লবা অরোইবা নুমিত্তা ফংগনি চৈরাক।"

তোঞ্জাও খোংকাপ অহুম তুংলোমদা থক থক হন্দোকই– মচিন্দা মরুম মুরুম শোঙ্গি– "করি ? ধর্ম্ম কায়বা। ধর্ম্ম হায়বসিবু করিনো ? অপান্বা মাবু ফংনবা হোৎনবদা করম্না ধর্ম্ম কায়গদৌরিবা ? ধর্ম্মগী মরু ওইবা তত্বসিবু করিনো ? নুঙাইবা ফংনবা হোৎনবসিবু ধর্ম্ম নত্তবরা ?"

মহাক্না হন্দোরকখিবা খোঙকাপ খুদীং লৈই অমমমনা কোয়শিনখি। অহানবা লৈইদগী লূপ্নবা খোঞ্জেল অমা থোরকই– খোঞ্জেলদুনা হায়রকই– "হিংলিঙৈদসু নুঙাইবা শিরগসু নুংঙাইবা হায়বসে ধর্ম্মগী ফলনি।"

মীওইবগী মশাদা শক্তি কয়ামরুম লৈ। মসিবু বৃত্তি কোই– মসিবু অভ্যাস তৌদুনা হেনগৎহল্লগা থবক পূন্বা পাঙঙন্বা মীওইবা অমা হায়বদু ওই। মদু মীওইবগী ধর্ম্মনি– মসিদা নুঙাইবা লৈ। ধর্ম্মগী মরুওইবা তত্বদি মীওইবগী বৃত্তি অভ্যাস তৌদুনা চাওখৎহনবনি মীওইবগী কান্নবগীদমক। নুংঙাইবা ফংনবা ধর্ম্ম তানগদবা নত্তে, ধর্ম্ম অদুবু তৌরগা মশানা নুংঙাইবা অদুম ফংজগনি ধর্ম্ম কায়নু। ধর্ম্মগী ৱামচংদি কলচরনি– "বেদ, কোরান, বাইবল, ত্রিপিটক ধর্ম্ম নত্তে। ধর্ম্মদি মীগী কান্নবা তৌবদা লৈ। হোৎনবগী মতেংনা ওইরকপা অওনবা অদুনা মী অমা ওইবা হায়বদু ওই– মদুনা ধর্ম্মগী মরু ওইবা তত্বনি।"

অনিশুবা খোঙকাপ তারুবা লৈইদুদগী হৌরবা খোঞ্জেল অমনা হায়রকখি– "মীওইবা মশা মতোমতা লৈবা য়াদে-মাগী কাঙলুপ অমগী মনুংদা লৈগদরনি। কাঙলুপ্তা লৈবা তারবদি মদুগী চৎনবী পথাপ কয়া লৈগনি। মদু ঙাক্না চৎত্রবদি কাঙলুপ অদু লৈবা য়াদে। থেংনরকপা কয়ানা অফ-ফত্ত খন্দোক্লগা, অফবদুতবু লৌখত্তুনা শেমখিবা চৎনবী পথাপ– নহাক ইনবা তাই– মদু নঙগী অপান্বগী মায়োক্তা ওইরবসু।" তোঞ্জাও জ্ঞান তাদে। খোঙকাপ অমা অমুক থাংদোকখি।

অহুমশুবা খোঙকাপ অদু তারুই লৈই অমদা– লৈইদুনা হায়রকই– "ঐহাক নিংথৌনি, লৈবাক প্রজানা হাপ্লা। ঐগী ইথৌনি লমহেনবা ৱারকপা ননীং তৌবা যারোই তোঞ্জাও ! লৈবাক্কী আইন চৎনবী ঙাক্কদবনি নত্রবদি হাওজোংবন য়ৌগনি।"

তোঞ্জাও নুংশা মপী হোল্লি– খন্দবা ঙমদে, মপা ইবুংঙো নিংথেম পীশক ঈশ্বর মহারাজগী হাক্তক্তা লৈমশিঙ কাদা ফিজি ফিনা নেৎলুবদগী পুক্নি লৈপুন তৎখিবা তাঙজ ফিরুক খুমখিবা কাউবা য়াদে। চুম্বা লানবা খঙদে নিংথৌগী য়াথং লৈখা তাবা য়াদে। লৈবাক্কী চৎনবী আইন, ধর্ম্ম, নিংথৌনা ঙাক্লি– লৈবাক মরা তপ্না থম্নবা। করি তৌবা তাই, করম্না লাম্থোক্কনি লৈইসিমনা ?

অদুবু তোঞ্জাও ঐগী পুক্নিদা পোকপদগী হৌনা– পান্নকখি– লৌশিং তারকপদগী হৌনা তান্নরকলি নুঙাইবদু ফংগে হায়না– ফংবা লৈত্রি হৌজিক ফাওবা। ওইরি অৱাংবা চীংদোন্দা শাৎপা লৈরাং। অওইবমক তান্নবদা ফংবা ঙমদবা পোৎলা– চীংখোঙদগী কাখৎপা ইঙম ঙমদনা লৈবা তাবরা ? ঐনা তান্নবদি ইফং ফংদবা মানা তান্নরক্লবতদা, মানা মখোঙনা থোংনা লাক্লবতদা ফংবরা ? মতেক খর ফংখি ইমাগী তম্পাক্তা, খোয়াং থৌবুম থন্না থক্লগা ইমানা শিৎ-নানবীদুনা নাওশুম ঈশৈ শক্তুনা শুম্নীবা মতমদা। মদু ঐনা তান্দুনা ফংলুবা নত্তে মথন্তা লাকচখিবনি।

জ্ঞান হেক তারকপদগীদি চেনখ্রে নুঙাইবদু— ঐনা তান্নে, ফংগুম তৌই হেক্তা মাঙখি। অৱাবা মপৈ মপৈ হোৎচিল্লকখি ইনাক্তা— ঙাইহাক্তং মাগা ৱারী শানরুরবা তুংদা। অদুবু ফংগনি হায়বা আশাগা লোয়ননা তান্নবদা নুঙাইবগী ইনিল খরদি অদুম আশাদুনা ফংহল্লি। অদুবু অশেংবদি ফংবা শুকঙম ঙমদ্রি। লৈই অসি লানশিনবা ঙমদ্রি।

মহাকথক্কীদমক বিশ্বাসঘাট তৌখি কুলচন্দ্র কোয়রেং অনিদা। নোংমাইথেমদগী হল্লকখিবা মতমদা শোয়দ্রে খনখি ঐহাক লৈই অসি লাল্লে। অদুবু কংলানা থৎখ্রে অচৌবা পন ওইনা। করি তৌনি লাইবক চাউবা তোঞ্জাও?

অদুবু লৈইসিগী ৱাংমদদি নুঙাইবগী নুঙাইবা ঙাক্তা। মতমগী ঈচেলনা নুঙাইবগী শক্তম হোংহল্লি। লৈইসিগী ৱাংমদদি লৈরি নুঙাইবা মখল-মথেল। লৈইসিগী ৱাংমদা তোঞ্জাওনা উরি, তারি— লাউরি— "কলি যুগতা হরিনামতনা অথোইবা লন্নি। নাম সংকীর্ত্তনতনি অৱা-অনা কাউহনবা অরানবা খুভম ফংননবা উপাইনি।" চোংলি, লৈয়রি, জগোই শারি, লৈবাক্তা থরো থরো ওল্লি ভক্ত, শোল্লি হরে কৃষ্ণ, হরে রাম, পুং য়ৈরি, কর্তাল খান মাঙ্গং য়ৈরি, খুবাক খুরি শোল্লি রাধে শ্যাম। "লাউ চঙলকউ লাউ ভক্ত পুম্বা অৱা অনা কাউববা, নুঙাইবা আনন্দগী মশক ওইরবা নাম সংকীর্ত্তন য়াওরো লাউ।" হরে কৃষ্ণ হরে রাম— লাউরি কৌরি ভক্তশিং, গেরুয়া শেৎলবা খুত্তা দণ্ড পায়রবা, অরেপ্পা লৈতনা শোল্লি হরে কৃষ্ণ হরে রাম, ভক্ত স্বরুপ দামোদর দাস। মনাক্তগী অসি তোঞ্জাও নত্রা ? মাদি করি দাস ?

হেক থংনবদা লৈইদুগী ৱাংমদা শিঙ্খল তরেৎ খল্লবা— থাকল চান্দুৱা খল্লগা লৈরি, চুখৎলি মৈরি— মনাক্তা পুং ঝান য়ৈরি— "কায়র পুমকায় কায় তোইর পুমতোয় তোয়" ঈশৈ হনবনা শক্লি— "ইহ জনম ৱ্রেথ গেল" ঠাকুর তোঞ্জাও- লেপ্পমক ফংখ্রবরা মাগী নুঙাইবা ? লানখ্রবরা লৈইদো ? ফংখ্রবরা অৱাংবা চীংদোম্দা শাৎপা লৈরাং— ?

৪।৯।২০০১

*******

## ৮

# বাবু তোমচা

বাবু চহি হুম্ফুতরা শুরে। পেন্সন ফংবা চহি তরা হেনখ্রে— মণিপুর সেক্রেটারিয়েটকী সেক্সন অফিসার ওইরম্বনি। মরম ওকপা, থকসি খাসি ঙাক্লা চৎপা, ধর্ম্মবু চেৎনা থাজবা, মণিপুরবু নুংশিজবা মীশক্নী। পেন্সন হেক ফংবা নুমিত্তগী নোংমগী লেপ্তুনা গোবিন্দগী মন্দির তান্না চত্তুনা অঙম্বা হৈ-লৈ পুদুনা কৎপা অমদি শৃঙ্গার আরতী অমসুং খাল আরতী য়াওদুনা শ্রীশ্রী গোবিন্দ অমসুং রাসেশ্বরীগী দর্শন কায়দনা তৌরকলি। করিগুম্বা শ্রীশ্রীগোবিন্দগী মন্দির পরিক্রমা তৌহৌদবা নুমিত্তদি লৈফম খণ্ডদে তৌফম খণ্ডদে। মহাক অথোইবা ভক্ত অমা ওইনা খ্বায়না খণ্ডনরবা মীশক্নী। মশানা নিয়ম নাইরকপা থকসি খাসি ঙাক্লা চৎলকপা নুপা ওইবনা নিয়ম কায়না, থকসি খাসি নাইদবা শাজৎ হেক উরকপদা মখোয়দৌ প্রোক প্রোক চাক্লা শাওই, হায়নি হায়রোই খণ্ডদে।

মাগী মরুপ তোমচা চহি লোঙ্গানি, থানাগী ডি এস পী ওইরম্মী। সরকারগী থবক তৌরিঙৈ পেন্সন ফংদ্রিঙৈদা নোংমতসু শ্রীশ্রী গোবিন্দগী মন্দির য়ৌরকখিদে। থবক্কী মতুং ইন্না মণিপুরগী চীংদা মান্দা ট্রান্সফর কয়ারক তৌদুনা ইম্ফালদা লৈবা ইফং ফংলকখিদে। অদুনা মশানা পামজরবসু শ্রীশ্রী গোবিন্দ দর্শন তৌবা ফংলকখিদে। মহাক্কী থবক্লা তঙাইফদনা তৌদবা য়াদবনা মথ্বাইনা য়ানিংদবা থবক কয়া মাগী সার্বিসকী পুন্সিদা তৌখি— মদুগী নিংদোন পোল্লকপা অদু কোক্লনবা পেন্সন হেক ফংবা, থবক্তুগী পোত্থারবা তুংদা বাবুগী মতুং ইন্দুনা লেপ্তুনা শ্রীশ্রী গোবিন্দ দর্শন তৌরকলি। মাগী থম্মোইগী পোৎলুম কয়া শ্রীশ্রী গোবিন্দদা শিন্নজদুনা লঙজখিবা পাপ কয়া কোকপীনবা তত্তনা হায়জরকপদগী শ্রীশ্রী গোবিন্দনা তাবিরমাল্লে পুক্নীংগী পোৎলুম খর কোক্লুনা শেনফরে, পুক্নীং তয়াং তশোইরে। মহাকসু দিসিপ্লিন লৈবা নিয়ম ঙাক্লা চৎলকপা অমা ওইবনা দিসিপ্লিন কায়বা নিয়ম নাইদবা শাজৎ উরবদি খোয়দৌ নীক্লা শাওই। অওইবমক্তি মানা বাবুদগী হেন্না হকচিন্না শ্রীশ্রী গোবিন্দবু নীংজবা ভক্ত ওইরকলি।

অনিমক মণিপুরবু নুংশিজৈ। মখোয়না অঙাং ওইরিঙৈদা উজখিবা— মণিপুরনা ভারতবর্ষদা ইংশোক ১৯৪৯ দা তিন্দ্রিঙৈ মমাঙগী মণিপুরবু নীংশিংলুবদা থম্মোই তনিক তনিকই, কাউবা ঙমদে, খৃঃ ১৯৪২ দা আর্ম্মী মেত্রোন অমনা হায়খিবা ব্রা। সার জিওফ্রি ইভান্স অমসুং এন্টোনী ব্রেট জেমসনা ইম্ফাল হায়বা লাইরিক্তা ইরম্বদো—

"অনিশুবা লান্‌থাওগী মতমদা ব্রিটিশকী লাম্নী রোয়াল ইঞ্জিনিয়ারগী সিফাই খুৎপু অমা মণিপুর তম্না লাকপা মতমদা, ইম্ফালদা মাগী মরি মতাশিংগা লৈমিন্নরুবী আর্ম্মীগী মেত্রোন অমা ইন্দিয়া তম্না লাকপদা কাংপোকপীদা মখোয়গা থেংনখি। হেক থেংনবমক্তদা লম্বী চৎলকপদা ব্লারবা রোয়াল ইঞ্জিনিয়ারগী সিফাইশিং অদুনা হংখিবা অহানবা ব্লাহংনি— "নহাক কদাইদগী লাক্লিবনো?"

মানা খুমখি– "ঐ ইম্ফালদগী লাকপনি।"

"ওঃ কদাইদনো মদুবু ? মফম অদুগী মমিং ঐখোয় শুক্তা তাদ্রি। ঐখোয় বাঙ্গালোরদগী নুমিৎ তরানিগী লগ্নী লাকলে।"

"হোয়, নখোয় হৌজিক য়ৌগদবা পঙলাপ লাপত্রে।"

"য়াম্না ফরে, মদু ঐখোয়গী লাইবক ফবনি। অদুবু মফমদুবু কদাইদা লৈবগে ? মদুবু কমদৌবগে ? ঐখোয়না মফমদু য়ৌরগা করিবু ফংগদগে ?"

"নখোয়না মফমদুদা পৃথিবীগী" অপিকপা স্বর্গ অমা থেংনগনি।"

A little Paradise on Earth— কয়াদা ফজরমগ্রবা মণিপুরনো ? ইং ১৯৪৪-৪৫ দা আজাদ হিন্দ ফৌজগা লোইননা লান্দারকখিবা জাপানশিংনা– মণিপুরবু "তাকানে নো হানা"– হায়বদি "অৱাংবা চীংদোন্দা শাৎপা লৈ– A flower on lofty Height" হায়না কৌরম্মী।

অসুক ফজরমগ্রবা, ঈংলবা লৈবাক, চানিংঙাই থক্লীংঙাই ৱাত্ত পাদবা, মীপাল তাংলমদবা, চাওখৎলবা সভ্যতা অমগী তুংনফম ওইরম্বা, অহল-লমন লাই গুরুবু ইকায় খুম্নরম্বা, থকসি খাসি ঙাক্লা চৎনরম্বা, মণিপুরী হায়বা জাতিগী ময়ুম ওইরিবা মণিপুরনা ভারতকী মনুংদা য়াওগ্রবা মতুং চহি য়াংখৈ হেল্লক্লবা মতমসিদা ওল্লকলিবা ফিভম– ৱাত্ত-পাদবা লৈবাক অদুনা তাঙ্গম খৌরাং চাক্তাং লৈবাক ওইরকপা, মনীংতম্না হিংলম্বা জাতি অসিনা হিরম খুদীংদা মীপাল তাংলকপা হিংননবগীদমক্তা ফাওবা নিবা তারকপা, নিরুবদা পীবিরক্তবগী ইকাই ফিরুক খুমদুনা খাঙবা তারকপা, চাউথোকচরবা মণিপুরী হায়বা জাতি অসিনা মীমাঙ ফম্লকপা। মতম অমদা মণিপুরদা থোকপা পোখোক্লা মপান লমদগী শেন্থুম তানদুনা ঈনিং তৌনা লৈরম্বা লৈবাক অসি চহি য়াংখৈগী মনুংদা ভারতকী কেপটিভ মার্কেট ওন্থোকখিদুনা– তৌফম খঙদ্রবা মণিপুরী মচাশিংনা মরল মথুম পৃম্বা মুনবিশ্রবা, হিংননবগীদমক্তা মীনাই নাইথাং ওইরকখিবা, পৃংশুম শুব্ধৎগ্রবা, য়াই চাদুনা পঙথগ্রবা জাৎ ওইরকপা, অসি খল্লুবদা– মখোয় অনিমক করি তৌবদি ঙমদ– মকম্বীনা মরন ফোয়দৎ, থম্মোই প্রোক প্রোক চাক্লা পুন্সি সন্ধ্যা লেল্লকলি– মতম পৃম্বদা খল্লি কদোম থোক্লগদগে মণিপুব অসে ?

নোংমা মখোয় অনি শ্রীশ্রীগোবিন্দগী অয়ুক্কী শৃঙ্গার আরতি লোইরবা তুংদা মখোয়গী মরূপ উদোয়গী মমাগী চহিগী কুমওন নুমিৎ তাবগী শ্রীশ্রী গোবিন্দগীদা কৎপা উৎসব অদু য়াওরুরগা ঙাইহাক পোখারগা নুমিৎ য়ুংবা মতুং পুং অমরোম তাবদা শ্রীশ্রীগোবিন্দগী মাঙুবতগী ময়ুমলোমদা ৱারী শার-শারদুনা মহাবলী লম্বীরোমদা হল্লকখি।

বাবুনা হায়রকখি– "তোমচা ভায়, ঙসিদি শ্রীশ্রী গোবিন্দগীসিদা অমুক্তা উরক্তবা উপদ্রোপ কয়াম থেংনরবা– ঙসাই শৃঙ্গার আরতি লোইরকপদা হৈরুক য়েনবা দুহোন্দুনা অদুক য়াম শাওরিদু কৈদৈনো ?"

তোমচানা খুমলকখি– "ঙসিদি উৎসবনে করিনো শৃঙ্গার আরতিগী ভাবুক ফন য়াম্মী– মদুদা উৎসবকী মমা মবোক্লা লোয়নরকপা অঙাং কয়া'মসু য়াওইদনা– মী খর য়াম্বদুদা খজিক খজিক্তা ওইরবসু প্রসাদ হৈরুক অদু থুংননবা দুহোন্দুনা ময়াম পরেং লেংদুনা লৈবীয়ু হায়জবনি– ময়ামদি লেংঙে, অঙাংশিংদুদি লেংহৌদ্রে– অঙাং অম'নি চঙশিলকপদু

মানা হেকপীবা হৌরুরে, অদুদে অঙাং ময়াম হুপচিনস্ত্রে, অহন খরসু য়াওস্ত্রে— মানা হায়জবা তাবিদ্রবা অঙাং অমনা মানা পামজবা কফোই অদু পোলাং হুমজিন্দুনা কোক লৌরুরে— অদুদৈদি—পোলাং মনুংদা খুৎ ময়াম, অহনগীসু অঙাংগীসু—অদুদে মাসু মিহুল কাওলক্রমাল্লে —শাওনা শাওনা লাও খোংদুনা পোলাংদু মথক মখা খোক ওন্থোকপনিদনা— অদুদদি হৈরুক পূম্বা লাই শুমাংদা হ্বাই— অদু ফাওদা ময়ামদুসু অদুম লাক্লে— মহাবলিদু মঙাই।"

বাবু - হোয়নে,য়াম্নসু লাঙখিনে— নুপী খরনা— ফংনিংবা কাওবু, ফংহৌররোইদ্রা খনবা কাওবু— লাউনখি— ঐগী অমত্তা, ঐবুদি থুংবিদ্রে— প্রসাদি মচেৎ অমত্তা, মাগীদি অহুমলক লৌগ্রে, ফম্বীয়ু থুংজরক্কে— হন্দোকউ অঙাংশা লফোইদু পীরম্মো— ব্রা ব্রা য়া য়া কনানা কনাগী ব্রা তারিবনো খঙদে। মী ময়াম পরেং লেংলিবা অদুনা অদুম য়েংদুনা লৈ— অঙাংশিং অদুবুনা মমা মবোক্না খামজিন্দে— শিল্লাংলিবা বোর্দকী কাওবুনসুয়েংশিন্দে— অসিনিদো হৌজিক্কী মণিপুর !

তোমচা - মানিনে ভায়— থকসি খাসিগী তমজনফম কোংনুংমক্তদা অসি য়ৌরবনি— পাম্মুইদা ইপা-ইপুশিংগী থকসি খাসি ব্যবহার— নিংথেম মচাশিংগী মরক্তা চৎনরম্বা— লান থেংনসি হাৎনসি হায়বা ফাওবদা খুরুমনরগা— "ননাও থৌগন অমুক্তা তৌজগে" হায়নবদো।

বাবু - অদুবুদি নিংথৌ পান্দ্রবা লৈবাকসিদবু কোনুং লৈরিবরা ?

তোমচা - সিদসু নত্তেনে— অতৈ কয়াসু লৈরিনে— খল্লুবদা নিংদোন পোম্বা।

বাবু - করি করিনো খর তম্মুদনা।

তোমচা - ঙসাই পঙক্তি ভোজনদা তৌখিদু উদ্রনে ?

বাবু - হায়দি—

তোমচা - ব্রাহ্মণ পুজারীনা চাক্লুক্তা চাক ইন্সাং য়েনবা লোইদ্রিঙৈদা ফংহৌররোই মতাগুম চাক্লুক তম্মা চেনশিন্নবদো। চৎনবী মতুংইন্না শগোল হব্রাই হাপ্লবা মতুংদা— লুক হাবা লেংশিনবীরো হায়রগা চীং লেম্মা চঙনদুনা ফমনরগা মকোক ফম্বনা মহাপ্রসাদি চারসে প্রসাদি লৌবিরো হায়রগা— হরিনাম শোন্দুনা চাবা হৌবা— থুম হাপ্লগা লোইরে খঙনরিবা— থুম য়েল্লিবা দুহোন থোকখ্রগা— মহাপ্রসাদ সমাপ্তি— চাবা লোইরে লেংখৎলসি হায়না মকোক ফম্বনা লাউরগা হৌগৎনবা— অশুক ফজখ্রবা সংস্কৃতি— কলচর অসি, কলচর ঙাকপগী মোদেল ওইরিবা কোনুং শ্রীশ্রী গোবিন্দগী মন্দির মক্তদা— পূমথু থুগাইরে। য়েংবিয়ুদনা— শগোল হব্রাই হাপত্রিঙৈ হোৎচিন্দুনা ফম্লরে— বার্ত্তন মশীং অককনা থারিবা চাকলুক্তা মচা মশু লোইনরকপা খরনা ফমজিনখিদুনা বার্ত্তন ফংবা মী নিফু য়াংখৈ— চাক চাবা চঙলক্লগা চাকলুক লৈত্রদুনা হন্দোক্লখ্রে। য়েনবা লোইদনা ফমজিল্লে হায়বগী শাউদুনা— পুজারী খরনা— চাক ইন্সাং নিংথিনা হাপত্রে— খর অমনা চাবা লোইদ্রিঙৈ থুম য়েন্দ্রিঙৈ— মকোক ফম্বনা লোইরে লাউদ্রিঙৈদা— ফুক ফুক হৌগৎনখ্রে। ফম্মিন্নবা অখঙবা কাওবুনা খামজবদা তাবিনবা লৈখিদ্রে— নিয়ম চত্তবা বান্দর লোইনা ওইখ্রে— খল্লুরগা— ঐখোয়সিবু তাংগমখৌরাংথা

নওলবা জাতি ওইরবরা ? চাক খোইনা লামলবদা Culture সংস্কৃতি কারাংদা থম্বা জাৎ ওইরবরা ? মসিবু ঐখোয়না হিংলিঙৌসিদা উরবনিকো— ”

বাবু - মানিনে ভায় ঐখোয় মণিপুরী মৈতৈসিবু কদোম থোক্লদৌরিনো ? অসুম্না ৱারী শানা শানা লাক্নুনা থুম্বুখোং লাম্লগা মোইরাংখোম বাজার য়ৌরে। মখোয় অনিমক্কী মমান্নবা অমা চিংঙাখম লৈরক্তা লৈবদু কন্না নারে হায়য়ে— অমুক্তা হংলুসি হায়না লৈরক অদুদা— চঙলকপদা অৱাংলোমদা থেক্কৎপা অহানবা খুনীংথেক (Blind corner) অদুদা লম্বী ময়ায়মক্তদা য়ামাহা ২ থারদুনা পাখঙ অহুমখক লম্বীদা লেপ্পদুনা ৱারী শাদুনা লাংলপ তৌনা লৈরম্মী— লম্বী ময়ায়দা গাড়ী খাম্বদুদা তোমচানা— “ইবুঙো নখোয়গী গাড়ীসি Blind corner থেকচিনবসিমক্তদা লম্বী ময়াইদা থল্লীবসি— এক্সিদেন্ট থোকপা য়াই মতায়দা খর থম্মু— ” হায়রুই। থৌওইনা তাদে খুল্লক্তে। মখোয়সু হায়রম্লগা অদুম চৎপদুনা মথংগী নোংচুপ ওনবা খুনীংথেক (Blind corner) দু যৌবদা— মখোয় অনিগী লোঙ্গা অহল অমনা— ঙসাই তোমচানা হায়বা অদুম্না মতাইদা থম্মু হায়রুবদা পাখঙ অমনা খোন খর কল্লপ খুল্লকখি— “হে অহন ! নথৌ লৈবরা, চৎকদবা অদুম চৎখো।” অহল অদু শাওরপ তৌনা— “করি হায়য়ে।” হায়না খৎনগে তৌবকপদা— মনীং লোমদগী থৌদোরকপা জিপ অমা চৎকম লৈত্রদুনা—হোবোন কন্না কন্না খোংলকই। নহা অহুমদুনা অহন্দুদা ওনশিল্লিঙৈদা হোবোন খোংবা অদুদা পুক্নীং চঙহৌদবদগী জিপ অদুদা তোংলকপা পাখঙ অনি অহুম কুমথবক্লগা য়ামাহা অনিদু মতাইগী খোংবান্দা বোম বোম ইন্থুরম্লগা জিপ অদু থৌদুনা চৎখ্রে— মখোয়গী গাড়ী ইন্থুরগা চৎখিবা মতমদুদা অহল অদুসু খোঙ্গাল অমদা চঙখ্রে। পাখঙ অহুমদুনা লাউদুনা তান্নরুবদা ফংদদুনা হল্লকখি। লৈখোম লৈনাং তৈরবা গাড়ী অনিদু— ইনখত্তুনা খর তৈথোক খোক্তোক তৌই ফি ফি কাম্না। মদু উবদা— বাবুনা হায়খি— “মশাগী সাধারন জ্ঞান কমন সেন্স লৈত্রবা— ’সিগুম্বাসনা পীক থল্লক্লেকো মণিপুরসে—মখোয়সি ভোটর ঙাক্তনিকো ?”

তোমচানা খুমখি- “হোয় ভোটর ওইরবনি; ইলেক্সন লেপ্পগী কেন্দিদেট ওইবসু য়ারবনি।”

বাবু - ঐখোয়গী মণিপুরসে ভারত্তা য়াওদুনা গনতন্ত্র চৎলবা লৈবাক্নী। নিংথৌপানবা তোক্নুনা গনতন্ত্রগী চৎনরোল লৈরবনি।

তোমচা - তুংদদি মখোয় ’সিগুম্বনি ভোৎ ককা লেপ্নুনা কারক্লগা মন্ত্রিকক্কা ওইরক্কদৌরিবনি।

বাবু - ইস ভায়, ’সিগুম্বা কমনসেন্স য়াওদবা, মশাগীতা য়েংবা, মীগী অমত্তা খন্দ্রবশিং অসিনা মন্ত্রিকক্কা ওইদুনা লৈবাক পুরক্লবদি ঐখোয়গী মণিপুর লৈবাকসিদি কদোমদা ? মখোয়সিগুম্বদগী মণিপুরনা আশা তৌগদবসিবু করি লৈরিবগে ?

২০।১০।২০০১

*******

৯

# নাইতোম লান্মী

Appear at points which the army must hasten to defend, march swiftly to places where you are not expected

— *Sun Tzu*

নশক অদু উৎলু মফম অদুদা মদুবু ঙাক্লনবা লাম্মী থুনা থোমজিল্লকদবা, থুনা চৎখো মফমশিংদুদা নঙ শুক্লাক লাকওই হায়না খন্নবা মফমদুদা।

— *সুন জু*

নুমিৎ চায়থরকলে, সিতা চিংজাওগী চীংয়াংথক্তা চৎলি— নাইতোম, কোম্বাৎ ড্রেস শেৎপা— হেভরসেক নম্বো পোবা মখোঙদা জঙ্গলবুট উপ্পা খাবা, মখুত্তা পাযরি এ কে ৫৬ অমা, মরু পীকথন্না হাপ্পবা মেগজিন য়াওবা। মাগী বেল্টকী পোচ অমা থন্না মক য়াওরি— অহেনবা মেগজিন অমসু য়াওরি। হেভরসেকতা য়াওফম থোকপা পোৎ শুনা য়াওরি, মাগী নুমিৎ ২ নিগী ড্রাই রেসনসু। মহাক তেংনৌপলদগী খোঙশাল্লকপনি অযুক্তগী। নুমিৎ শুম্লীনি মখোয়না এম্বুস তৌফম অদুদা ঙাইবা, য়েক্লবগী কোনভোয় লাকপা।

ডিসেম্বরগী তাং ২৪ নি, হযেংদি খৃষ্টমাসনি। খৃষ্টান ধর্ম্ম চৎলবা খোংজাই খুল তেংনৌপলদা থুংলম্মী। খুঞ্জাশিং খৃষ্টমাসকী শেম শারম্মী। খুনগী য়ুম পুম্বা মখল মচুগী চেগী ফিবান পরেং, খুনগী থোংজিন্দা চহি অদুগী খৃষ্টমাস থাবা অমসুং ৱেলকম থাবা ফেস্তুন থেৎলম্মী। খুনগী নৈশাবীশিং পাদ্রিনা খৃষ্টমাস কেরোল শকপা তম্বীবম্মী। খুঞ্জা অচুংপুনা খৃষ্টমাসগীদমক ৱায় মরি কোনবা ওক হাৎলম্মী। মানা থুংলুবা য়ুমদুদা নৈবা মাগী মরূপকী ইচলনা লুনা তৌনা ওক্লম্মী— "নুঙাইরে ইবুং নঙ লাকপা, কুমসিদি খৃষ্টমাস কুম্মৈ য়াম্মা নুঙাইগনি।"

মানা থুংলবা মতুং পুং খরগী মনুংদা মখোয় অমমম অনি অনি লাক্লনা মখোয় তরেৎ শুরে, খুৎপু ফারে। মখোয়গী মথক্তা নৈবা অহলগী ওরদর— "য়েক্লবগী কোনভোয় এম্বুস তৌদুনা মাঙহনগদবনি।"

খুন্দগী কিলোমিটর মখায় অমা লাপ্পা লম্বী য়াম্না ঙমখৎলকপা মফম, চীং লম্বীগী খুনীংথেক য়ৌরমদাই য়েৎথংবা নাকন্দা লোন্না থন্নী মখোয়গী খুজু খুৎলাই— লম্বীদা ফুন্নী বোম অথাপ্পদগী পুরকপা ৱাইয়ার অমগা শমজিন্নরি— য়েক্লবা লাম্মী কোনভোয়গী অহমশুবা গাড়ী অদুগীনি, RDX কেজি অমগীনি।

৭ শুবা আসাম রাইফলসকী কেপ্টেন রত্ন পহাড়ী— খাবগী অত্ততায়নি। মহাক্লা লমকাং খুন্দগী মাগী মরূপ অনি ফারগা ৱাহং পাউহংবগী ফুরগা হাৎখি; সিদসু নত্তে— খাবনা খোয়দাজবা লীংবোইগী মফমদা মমিৎ চুমদে। হন্দক মরক থা মরিরোম অসি

লীংবোইগী খুন্দা মা তত্তনা লাকখি— অরাক খুদীং মাগীদমক খুদোলপোৎ পুরকখি— খুদোন পোৎশিং অদু ফংবদা লীংবোই মমিৎনা নোকচৈ। পাউ অদু খাবগী খোইদৌ শিকপা পাউনি। করিদি তৌনি, মাদি লৈনুংদা লৈবনি। কপ্টেন রত্নগী জাল কুপশিল্লকলি মানা তোয়জবা খুঙ্গং খরদা। জালদগী নাম্থোক্লবা লৈবতাই লীংবোইদগী থাপ্লা; অদুবু পাউদো— মাগীদি লুতোন শাৎপনি।

তেংনৌপল খৃষ্টান খুন্দা খাবা য়ৌরকপগী পাউ নুমিৎ অদুগী নুমিদাং ব্রাইরম পলেল কেম্পতা য়ৌরকখি। কেপ্টেন রত্নগী থৌরাংদি তাং ২৫গী খৃষ্ট মাস নুমিৎকী নুমিদাং ব্রাইরম তেংনৌপল য়ৌবা, খৃষ্টমাস য়াওবা লীংবোই উনবনি। লীংবোইদা পীনবা খৃষ্টমাস খুদোল অরংবা চেনা য়োমদুনা রিবন অঙাংবনা পুন্দুনা থমলে। অদুবু পাউ অদু হেক তাবদা মাগী থৌরাং অদু ঙনখৎখ্রে। তাং ২৪ অদুগী অহিংমক্তা খোঙশাল্লগা অয়ুক অঙনবদা তেংনৌপল খুল কোয়শিনগে লেপখি। ব্রায়রলেসতা আর্মী হেদ কার্টরদা পাউ পীখি। মাগী প্লাটুন কমাণ্ডরদা ওবদর তৌদুনা প্লাটুন অদুনা খুশু খুৎলাই মোর্টার য়াওবা গাড়ী তরেৎকী কোনভোয় অমা তাং ২৪ গী নোংয়াইদা পলেলদগী খোঙশান্দোরকখি।

তেংনৌপল খৃষ্টান খুল তাং ২৪ খৃষ্টমাস হয়েংনি হায়বগী নোংয়াই চপচানা লৈশাশিংগী নুংশিরবা খোঞ্জেলনা খৃষ্টমাস কেরোল শক্লকখি। ঈশৈগী নুংশিরবা খোঞ্জেল মায়কৈ মবিদা লৈরিবা চীংমায়দা থেংলুবগী খোম্থাংনা অতিয়া পুম্বা পুমনিন নিল্লি। য়েৎ-ওইদা লৈশা মরক্তা ফম খাবা, থব্রায় য়াওনা কোরোল শকলি। পুং অমরোম ঈশৈ শক্লবা তুংদা পাখঙ অমনা মনঙ্গন্দা পায়রকখি, মমিৎনা ঈঙ্গিত তৌরকখি। খাবা তুংলোমদা থক হন্দোকখি— নুপা পাখঙ অদুগা তেংনৌপল খুনগী পম্থোং য়ৌখি। পম্থোং য়ৌরকপদা থাপ্লপ্লা হব্রাগারী ময়াম অঙম্বা কাবগী গিয়াব অচৌবগী মখোল তাখি— নাকন অমরোমদা সিবোং লোমদগী খোঙনা পেট্রোল লাকপা আর্মী কলম অমসু খুন্দু তম্না হাইগৎলকপা উখি। খুৎলৈ থুনা খাবা— মখোয় খুৎপু অদুগী মীশিংগা হায়নখি— "হয়েং লাক্কনি হায়বনী ঙসি কমদৌনা?" হায়না হায়না অরোনবা লম্বীদা খুৎলৈ থুনা হায়থখি, এম্বুস তৌফম অদু তম্না। নুংদাং অদুগী নোংয়াই মতুং পুং অমমখায় তারকপা মতমদা— সিফাইগী কোনভোয় অদুনা য়ৌরক্লুনা লাম্থোকলমদাইদা বোম অদু পোখায়রকখি মদুগা লোয়ন-লোযননা হেণ্ড গ্রেনেদ কয়া মরুম লংনখি— নোংমৈ এ কে, এস এল আর কাপ্লখি। পুংখায়মুক নোংমৈ কাপ্লরবা তুংদা সিবোং লোমদগী লাকপা সিফাইশিংনা মথক লোমদগী কাপথবা হৌরকখি। গাড়ী কোনভোয়গী নাকল লোমদগী মোর্তার কাপ্লা হৌরকখি— মদুদা খাবগী নাকন্দা লৈরম্বা মাগী খুপুগী মী অনি তুথরকখি— কুইনা লৈথবা য়াদ্রে— হায়দুনা খুপু অদু চাইথোক্লদুনা মফম অদু থাদোক্লখি। মহাক পরপ-পরপ হাইথরক্লুনা সিতা চীংজাও লম্বীরোমদা ফন য়াম্না থাপ্লা চেল্লকলগা হায়নবা মফমদা মখোয়বু ঙাইদুনা লৈখি।

নোংঙাল্লক্লবা নুমিৎ হেক থোরকপা মতম ফাওবা ঙাইবদা মাগী খুৎপুগী মী অমা ফাওবা লাকখিদে।অদুবু তেংনৌপলদগী খুঞ্জা খরদি হাথু হাথু চেল্লকখি। খাবনা হংখি— "করি তৌরে ?" মখোয়গী মরক্তগী খুঞ্জা অমনা খুম্লকখি— "ঙরাং নুংদাং সিফাইগী গাড়ী কাঙবু অমা লাকপদা লম্বীদা বোম পোকখাইখি, নোংমৈ কাপ্লখি— বোম পোকখায়বা অদুদা

সিফাইগী কেপ্টেন তোংবা গাড়ী অদু পুংতোই তোইনা কায়খি। কেপ্টেন অদু শাথিনা শোকখি। গাড়ী অনি অমনা চীংখাদা ওন্থখি— সিফাই তরানিথোই শিখি তরামঙা শোকখি— লৈনুংগী সিফাই অনিগী অশিবা মশা লৈরম্মী। লৈনুংগী সিফাই অহুম অমসু সিফাইশিংনা ফাখি অতৈদি চেনখ্রে। খুঙ্গাও অদু সিফাইনা কোয়শিন্দুনা লৈনুংগী সিফাই লৈবরা থি-হুমহৌরি। মরাল লৈজদবা খৃষ্টমাস য়াওবা পাখং লৈশা কয়া ফাহৌরি— ফুবিহৌরি। ঐখোয়দি নাম্থোকুনা চেল্লক্লবনি।"

"আর্মীগী কেপ্টেন কয়াম থীনা শোকখি— তাবরা ?

"শিবা য়ানা শোক্লে হায়নৈ।"

মদু তাবদা খাবা নুংঙাইবনা মমিত্তা জগোই শাখি— অদুবু শোক্লবা, কেপ্টেন রত্ন তেংনৌপল হসপিটালদা পুরক্লুনা লাইয়েংলিঙৈদা মানা কৌরুদুনা লাকখিবা লীংবোইদা মাগী খৃষ্টমাস খুদোলদু পীবা মতমদা লেঙবা ঙমদ্রবা মখুৎ নামা তৎলবা কেপ্টেন রত্নবু উবদা লীংবোইনা হিক্লা হিক্লা কপখিবা অদু খাবদি তাখিবরা তাখিদবরা খঙদে। অহলনা হায়রকপা য়াথং ঙাক্লবা সিবোং কেম্প য়ৌনবা সিতা চীংজাও মথক্তা অদুম মথন্তা চৎখরে।

২০।১০।২০০১

*******

# ১০

# ইংশোক ২০০২ গী মণিপুরী ভোটর অমা

কুনশুবা শতাব্দি লোইরকপদা মণিপুর সনা লৈবাক শ্রীশ্রী গোবিন্দগী লম অসিদা ওইবা য়াবা হায়বা লৈতে, ওইবা য়াদবা হায়বসু লৈতে, ওইথোক্করোই হায়বা লৈতে, ওইগনি শোয়দ্রে হায়বসু লৈতে। পূম্নমক ওইবা য়াই, অমত্তসু ওইবা য়াদে। মফম অসিদা লৈরিবা পূম্বনদি হোৎনরি— করিগী ওইবা য়াদদগে— আশা মক্তি মাঙদ্রি। আইন, চৎনবী, পরম-পরা ঙাকপা-ঙাক্তবগী ৱাফম লৈতে— হায়বগা থবক ওইনা পাঙথোকপগা মান্নবা মান্নদবা করিসু দরকার লৈতে, অচুম্বা চুমদবা মোরেল পূম্নমক মফম মতমগী মতুং ইন্না অর্থ অদুম হনবা য়াই— হন্দ্রবসু কৈসু কায়দে। মানা মানা নীংবনা অচুম্বনি— মানা মানা তৌবনা অফবনি। অওইবমক্কী অপীকপা স্বর্গনি মণিপুর।

মতম অমদা থকসি খাসি লৈরম্মী— হিংবগী মহাও লৈরম্মী। হৌজিক কুনশুবা শতাব্দি লোইরবা মতমসিদদি লৈবাক অসি কাংখোং চাইরবা মতমনি হিংবগী মহাও লৈত্রবা।

হোরেল হয়েংগী হায়বা ৱাখল অসি হৌখ্রবা মতমগীনি, হৌজিক হৌজিক্কী হায়বসিনা হৌজিক্কীনি; ঙরাং নহালগী ৱা খল্লুনবা মতম লৈতে। শাংনা খন্থরুবা— পোরম য়াৎপা দবকার লৈতে— হৌজিকমক, ঙসিমক হায়বসিনা মরু ওইবনি।

মতমসিদা ঐগী হায়বা, ঐগী শোয়দবা হায়বসিনা মীপূম খুদীংগী মন্ত্রনি। ঐগীবু শোযদ্রবদি— মীগীদি খঙদে হায়বসিনা খ্বাইনা পাম্না চৎনরকপা মতমনি। মতমসিগী অচুম্বা ধর্ম্ম ঐগী শোয়দবা— মীগী ৱাদি খঙদে; কমনসেন্স সধারন জ্ঞানগী ৱা লৈতে, সেন্টিমেন্টেল, হিমজিকেল ওইবনা অরেম্বনি— মসিবু মপূং ফাহল্লিবনা মসল পান্নার অমদি শেলগী শক্তিনি।

ফেব্রুযারী থাদা ইলেক্সন তৌগনি— মণিপুরগী এম এল এ হুম্ফু খনগনি। কেন্দ্রগী সাসন লোইদুনা পোপুলার সাসন, প্রজাগী সাসন লীংখৎলনি— ডিমোক্রেসি চৎপা লৈবাকসিদা কেন্দ্রগী সাসন কুইনা লৈবা য়াদে। কেন্দ্র অসিগী মীরেপ অথোকপম মোহোরী— মী মঙা লাম্বা তৌদৌরি। নহান মখে তুমিন্না লৈরুবনি মোহোরী, ইলেক্সন মতম য়ৌরকপদা মথি ফোংলকই। ইলেক্সন হেক য়ৌরকপদা পোইনু ওইবা কুমাম চাওবা ইখঙ খঙহৌদনা অথোকপম মোহোরীগীদা লাকখি— হায়রে, "হন্দক্তি শোয়দ্রে ঐখোয় লোইনা লেপ্পরবনি— শোয়দ্রবনি।" চাউবগুম্না অতৈ খরসু লাকখি, হায়রে "শোয়দ্রে ঐখোয়না, রামসিংদি হন্দক্তি য়াররোইদা— মীপূম্বা য়ানদ্রবনি।"

চাউবগী ৱা হেক তারুবদা মোহোরীগী ইলেক্সন লাইহৌ হৌবা হৌরক্লে। নহান মখে হৌরুদ্রবনি। শেম্মুম মতা চাদবা অদুদা লাইহৌ অদু লেপ্পগে পোখারগে খল্লুরবনি। হান্নগী মীখলদা পুখখিবা শেল ফাওবা শিংবা লোইদ্রিবনি। অদুবু লাইহৌদি কনখৎলক্লি।

মথং মথং লাক্লরে মাগী য়ুমদা, মাগী ভোটর অমসুং ব্বার্কর, চাউবা, তোম্বা, থোইবা, পার্টিগী ব্লোক প্রসিদেন্ট য়াইমা, সেক্রেটরী মনি, য়ুথ ফ্রন্টকী মকোক হাইবী, নুপীগী ফ্রন্টকী তোম্বী। কোক চুংশিন্নরে। মখোয় লোইনবা মাগী ভোটরনি। মখোয় পুম্বনা চপ মান্ননা হায়রে— "হন্দক্তি শোয়দ্রে— শোয়দনা কারে, হান্নগীদগী ফিভম য়াম্না ফগৎলে।" কেন্দিদেট ওইরগে লেপলে। মাগী য়ুম শঙ্গোই লুকোই থন্না মী তিনবা হৌরে। মখোয়গীলক্তা ভোটর মনিচৌবা য়াওরি। মহাক কেন্দিদেট খুদীংগী য়ুমদা চৎলি, পার্টি খুদীংগী মীতিং কেম্পেন য়াওই। মরুপ মপাং শাগৈ নাতে, ব্রেলব্রিশর অরাপ্পা অনকপদগী লাক্নুনা পুক্নীং থৌগৎপীরে, চেকসিন ব্রা তাকপীরে। অঙম অঙম্বা মতেং পাংবিরে। ইলেক্সন শেল য়াম্না চঙই খঙই-অদুনা খরচচ তৌননবা মাগী লৈজবা শেল, পুখিবা শিংলকপা, মতেং পাংবিরকপা, অমদি দুকান অমগা, ঈংখোল অমগা, লৌ পরি অমগা য়োম্ছোকখিবগী পুন্না লাখ তরামুক্তি মখুক্তা লৈরে। য়াররনি হায়না খন্দুনা মীরেপ চে থাগৎখ্রে। স্কুটিনি লোয়রদুনা মীরেপ চে য়ারবা লাম্বা তৌনগদবা মীরেপ ৬ কী মমিং লাউথোকখ্রে— কংগ্রেসকী মোহোরী, মণিপুর কংগ্রেসকী জয়, বি জে পিগী কুমার, সমতাগী তোম্বা, ডি পি এগী কেঙবা অমসুং ইন্দিপেন্দেন্ট শ্যাম। ব্রিদদ্রো তৌনবা তারিখ লোইবদা ইন্দিপেন্দেন্ট শ্যাম হন্দোকখ্রগা লৈমহৌরিবা মখোয় মঙা লাম্বা তৌবা তারে, ঙসিদগী ১৫ নিশুবা নুমিত্তা ভোট থাদনগনি।

কেন্দিদেট খুদিংমক থবক য়াম্না চিন্নরে, ভোটকী কেম্পেন চৎপা, পার্সনেল কন্টেক্ট তৌবা, ভোটকী মিটিং য়াওবা, পাম্ফলেট ফোঙবা, মেনিফেস্টো অল ইন্দিয়া রেদিও, দুরদর্শন্দা পাথোকপা। ব্রার্কর্শিং উনবা— মসিগী মথক্তা অন্দরগ্রাউন্দগী দেমাণ্ড মায়োক্ন বা, থবক শাথিনা চিল্লি— খরচচকী লোইবা নাইদে— কেন্দিদেট খুদীংমক ভোৎ কাননবা হোৎনরি মরমদি ভোটতা মিঠিদি লাযরদনা সেকেণ্ড তাবা ফাওবা কনিমক্তা কান্নদে। হৌজিক দরকার লৈরিবদি ভোৎ অমত্তা ওইরবদু হেন্না ফংদুনা ইলেক্সন্দা জয় ওইবা, ভোৎ কাবনি।

মতম অসিগী মণিপুরগী ভোটরশিংদি কবম তৌরি ? মখোয় পুম্বা রাজনিটীব্রালাশিংনা চহি য়াংখৈ হেন্না তশ্বীরক্লবা পারা ফজনা ফারে। অরোৎ অফোং লৈত্রে। "ভোৎ থাদবগীদমক পৈশা লৌবা হৌনদে ঐনা পাম্বা মীদা ভোট থাগনি"— মচীন্দা হায়গনি, অদুবু কনাগুম্বা কেন্দিদেট নত্রগা মাগী এজেন্টনা— "ইচে, তাদা হন্দক্তি ঐখোয়গী কেন্দিদেটসিদা ভোৎ থাদবীয়ুকো" হেক হায়কবদা— খুন্নকনি—"থাদদদিকো"— মখুৎসু তিংথোরকনি, অদুগা হায়রকনি— "মীগীদি চামঙা য়ৌরে।"

ভোৎ থাদগদবা নুমিৎ শুন্নীতা ঙায়রে। ঙসি কেমপেনগী অরোইবা মীতিংনি। হয়েংদগী কেম্পেন তোক্লাদবনি, লৈকায়গী ক্লব কয়ামুক্তা পুনশিন্দুনা শীনবা মীটিংনি। কেন্দিদেট মঙামক ব্রা ঙাঙগদবনি। লম্পাক অদু চোন্না মী তিল্লে। অঙাং খর নত্তনা অতৈদি ভোটর ঙাক্তনি, চহি শুদ্রিবা ভোটর লিষ্টতা য়াওরবা কয়া অমসুনি।

কেন্দিদেট মথং মথং থোরক্নুনা ব্রা ঙাঙলি— মশা মশাগী পার্টিগী মেনিফেস্টো পাথোক্নুনা হায়বতা নত্তনা মশা মশানা কন্ট্রিবুয়েনসি অদুগীদমক তৌগে হায়না খল্লিবা পুম্বা ময়ামদা হায়রি। ইলেক্সনগী মীতিং অদুদা কেণ্ডিদেট মুহোরীনা হায়খি :-

"ইরৈবাক মণিপুরগী হৌজিক্কী অবস্থা খ্বাইনা মুন্না খণ্ডবিরিবা অদুনি। ঐখোইগী পোক্লফম লমদম মণিপুর সনা লৈবাক ঈংনা মরা তপ্না ব্রাত্ত-পাদা পাল্লম্বা লৈবাকনি, চাও-থকউ হায়না অতিঠি সেবা ফজরম্বা লমদমনি। অসুম্না ঈংনা চীক্লা ব্রাত্ত-পাদনা লৈরম্বা, হিংবগী মহাও লৈরম্বা অপীকপা স্বর্গ অসি অপূনবা ভারতকী সাসন মখাদা লৈখিবা চহি ৫০ গী মনুংসিদা তাঙ্গম খৌরাং থাগী চাক্লী ফিনি লৈবাক ওইখ্রে, শান্তিগী তুংনফম ওইরম্বা অসি ঈরাংনা থল্লবা, লালহৌ লমদম—হাৎন-থিন্নবনা নোংমা কাংদনা থল্লবা মফম ওইরে—লমদম অসিদা লৈরিবা মী পূম্না হোরেল হয়েং খংদবা, তং তাদবা, হিংবগী মহাও লৈত্রবা মী ওইরে। শেম্মোক লম্বী লৈজদ্রবা মণিপুরগী প্রজাশিং শুফম নোমফম লৈত্রে। চহি য়াঙখৈ হেল্লবা ফাওবদা ভারত সরকারনা মশাগী শেম্মোক লৈজনবা উদ্যোগ অমা ফাওবা লিংখত্তুনা মশা মথন্তা লেপচনবা শিনবীবগী মহুত্তা লমদম অসিবু ভারতকী মফম অতৈগী কেপটিভ মার্কেট ওম্মোকপীরে।

পূন্না চান্ন-চিন্ননা লৈজরম্বা প্রজা মরক্তা সাসনগী শীংচেপ থাজিন্দুনা অমগা অমগা নুংশিনদবা, থাজনদবা পোকহন্দুনা মণিপুর লৈবাক মচেৎ মচেৎ কায়ননবা ঈরাং হেনগৎহল্লে।

মশাগীতা য়েংবা চোংথোক চোংশিন তৌবা এম এল এশিংনা শেম্বা মথোং হুক্তবা সবকারগী থৌশিল হৈতবদগী সনা লৈবাক অসি খ্বাইদগী হেন্না ফত্রবা ফিভম য়ৌরে। দিফিসিটকী অকম্বনা লেঙবা য়াদনা নল্লে, শেন্দোন্না খ্বাঙ কোয়রে, কর্ম্মচারীগী তলব পীবা ঙমদ্রে, চেংনী খুজাই পায়দুনা দিল্লী কেন্দ্র সরকারদা নিরুবসু পীথখিবা শেল লান্না শিজিন্নৈ হায়দুনা ভিক্ষা হাপ্পীরক্তে। শেম্মোক লৈজদবা অব্রাৎপতনা থল্লবা মণিপুর প্রজা হা হা কার লাউবে । মোণী সার্কুলেসন লৈত্রে, ইকোনোমী চপ লেপখ্রে, লায়রবা প্রজা চরী পায়দুনা খাঙলে। লৈবাক্কী ব্রা মচেৎ অমা ফাওবা খল্লুদনা চোংথোক চোংশিল সরকার শুংলিঙৈদা নারোন্দা চঙশিল্লকপা মণিপুরগী য়েক্লবশিংগী ইথিন্দগী ইপা ইপুনা থম্বীরম্বা চহি লীশীং অনি হেন্না মশাগী ইতিহাস লৈজরবা লৈবাক অসি মচেৎ মচেৎ তাহন্নবা যুগ কয়া লৈমিন্নরক্লবা মণিপুবী ঈচিন ইনাও মরক্তা শীংচেপ থাজিন্দুনা কায়ননবা শীল্লকপা থিংননবা অন্দোলন্দা মবৈবাক নিংবা মচা ১৮ গী থব্রায় বলিদান তৌখ্রে। হৌজিকসু মফম মরাং খঙদবা, চরাংনবা তংদু লৈতাদবা ফিভমদা লৈরী। মণিপুরগী লাইফ লাইন ওইরবা লম্বী অনিদা ফত্তবা লমহেনবা মী কাঙলুপ কাঙলুপ্পা লুট-পাৎ তৌবা, টেক্স খোম্বা, মরাল লৈত্রবা লম্বী চৎপবু ওৎপা, নোংমা নোংমগী হেনগৎলক্লি। মসি কোক্লবা শিনবীয়ু হায়রবসু সরকার অদুনা কবিসু তৌবা ঙমদে, অরাজক ওইরবা লৈবাক, সাসনগী শক্তি লৈত্রবা লৈঙাক মখাদা লৈবনা প্রজা মীয়াম মখৈ লৈতনা ব্রানরে। অন্দরগ্রাউণ্ড ওভরগ্রাউণ্ড সরকার ময়ামগী চৈবুন চারবা প্রজা, কয়া কুইনা অসুম্না খাঙখিগনি ? অদুনা মণিপুব প্রজানা থেংনরিবা সমস্যা পূম্বা মওং তানা মায়োক্লদুনা অপীকপা স্বর্গ অসি-স্বর্গ ওইবগী নুঙাইবা অব্রাৎঅপা লৈতবা তংদু-লৈতানা লৈননবা অনৌবা সরকার অমা দরকার লৈরে।

প্রজা মীয়াম্না ঐবু নুংশিবীদুনা থাগৎপীরবদি লীংজেল লৈনা লৈবাক্কী স্বার্থদা থবক তৌজ্রগনি। মণিপুর চীং-তম প্রজা পূন্না চান্ন-চিন্ননা লৈদুনা লৈবাক অসিগী চাওখৎ

থৌরাং কয়া পায়খত্লুনা থোং মান্ননা চাওখৎনবা হোৎনজগনি। চহি লীশীং অনি হেন্না লৈরক্লবা ইপা ইপুনা থম্বীরম্বা লৈবাক মচেৎ তাহল্লোই— ইন্টিগ্রীটি লেঙদনা লৈহনগনি। বার্ল্ড বেঙ্ক অমদি আই এম এফনচিংবদগী শেন্থুং লৌদুনা চাওখৎ থৌরাং কয়া পায়খৎকনি— মদুনা প্রজাশিংনা মশানা মশাগী মখোঙদা লেচপচবা মীপাল তাংদনা লৈননবা হোৎনগনি অমদি মী খুদীংমক্কী পরচেজিং পাউরার হেনগৎহনগনি, থবক ফংদবগী সমস্যা কোকহন্দুনা চান-থক্লবগী লমদা মীপান তাংবা চেংনী খুজাই পায়দুনা দিল্লিদা নিবা চৎহল্লোই। থোইদোক্লা পুকচেল শেংবা লৈবাক্কী ফনবা খনবা সরকার অমা থমগনি, শেঞ্জা থুমঞ্জা করপসন মপুং ফানা মুথৎকনি। লালহৌবা নহারোলগা রারী রাতায় শানদুনা লান্না চৎপ্লবা মখোয়বু Main stream দা পুশিল্লক্লুনা তংদু লৈতাদবা কোকহনগনি। রাজনিতিগী ওইবা সোলুসন পুথোক্কনি। ঐবু থাগৎপীরবদি কোনষ্টিটুয়েন্সি অসিগী অরাৎ অপা পূম্বা য়েংশিঞ্জদুনা চাওখৎপগী মায়গৈদা চঙশিনজগনি। থরাইনা পাম্বা, ফৈ হায়না খনবা, লৈবাক্কী য়েংলক্কনি খনবা কেন্দিদেটতা ভোৎ পীবীয়ু, শেল লৌদুনা ভোৎ য়োনবীগনু, ইশাগী হক মাঙহনবীগনু ঐবু, থাগৎপীয়ু, জয় হিন্দ।"

কেন্দিদেটশিংগী ভাষন তারিবশিং অদুগী মরক্তা ভোটর মখল মখা য়াওরি— মখোয়গী মরক্তা ভোটর উসম তোম্বনা শগোলশেম চাউবদা ওনসিন্দুনা হায়রকই— "সি · ই, ভোৎ য়োনবীনু ইশাগী হক মাঙহনবীনু হায় শারিনেসে— মাগী এজেন্টশিংনা ভোটব অমমমদা লুপা ৫০০ চামঙা য়েল্লক্লুনা ঐখোয়গীদি য়ৌরক্লে নখোয়গীদি ফংলবরা ?"

"ঐখোয়গীসু ঙরাং ফংলে— অতৈ কেন্দিদেটকীসু কয়া কয়া যেল্লক্কদগে য়েংখিবা তারি।"

মতমদুদা ভাবক মরক্তা ফমলিবা ভোটর পেবম মোহোনদি ঙসাইমখৈ কেন্দিদেট মযাম্না ঙাঙলিবদু থোইনা তাদনা রাখল অমদা উংদুনা লৈবম্মী— মমিত্তা নুমিৎ নিনি চরা হেলহৌরবা মচা অনিগা মতুগা মমিত্তা শংশং উরম্মী। ঙসিসু খুত্তা শেল অমা ফাওবা লৈতে, চাকখুম মৈ মুৎহৌবদু নীংশিংই। থবক শুফম থিরুবসু ফংদে-- কমদৌসিগে খল্লিঙৈদা— লুপা চামঙা চামঙা যেনবগী রা হেক তারকপদা তোম্বা চাউবদা ওনশিন্দুনা হংলকই। "অওইবরা শেল য়েন্নরবা ? ঐদি হৌজিকফাও ফংদ্রি— কনানা যেনবগে?"

চাউবনা খুমই— "মাগী এজেন্ট তোম্বীমচানা য়েনবনি।"

"অদুদি ঐবুসু মাগা অমুক্তা উনহনবীয়ু"—

"এ তোম্বী মচা আদা লৈরে— উনরুসি লাও।" পেবম মোহোন ফুক হৌগৎখি।

অতোপ্পা ভোটর মনিচৌবা মিটিং লোইরবা তুংদা মমান্নবা ভোটর রোজেনগা রারী শা শাদুনা থোরকখি—

"ঙসিবু ঐখোয় কনাগীদনো ?"

"কেন্দিদেট মোহোরীগীদনি ঙসিদি।"

"মাবু অন্দরগ্রাউণ্ড পার্টি মরিদগী লুপা লাখ ১৫ তরামঙাগী দেমাণ্ড লেটর লাকই, মাথা য়াম্না শারি হায়না তাই। অদুগা মখোয়বু তাইনরুনি হায়না মঙোন্দগী পৈশা পুখিবা

অমদুসু পৈশা ময়ামদু পুরগা লংফৈ চৎখ্রে হায়, মহাক মাথা য়াম্না শারি হায়না তায়। ঐখোয়বু চৎলুখিদ্রা ?

"কৈনোনে ভায়, মাগা উনদবা য়াদবনি ঙসিদি– ঐখোয় নুটিগী হোং হোংদুনা কেন্দিদেট খুদীংগী য়ুমদা চৎলিদনা– ঙসিদি মাগী পালিনি—মাগী মাথা শাববু ঐখোয়না উরুবা য়াব্রা ?"

"হোয়নহে, অশোমদদি ঐবুদি মাগী মীনি হায়দুনা চঙহন্দ্রবনি।"

"অদুনা হায়বনি, চাখুম মৈদি মুৎহৌরে, মঙোন্দগী খর লৌদ্রবদি কমদৌনি।"

"হোয়, ঐখোয়না তারকলিবা পাউসিসু তমদবা য়াদ্রি— কুমার খোয়গীদি চামঙা চামঙা য়েনবা হৌখ্রে— ভোটর লীশিং ২০গী মনুংদা লীশিং নিপান ফংলগা লোইরে, শোয়দনা কারে হায়দুনা লীশিং নিপানদি থুংনবা য়েনখ্রে। মাগীসু খর য়েন্দবা য়ারোই হায়রুবা তাবনি।"

"ঐগীসু মঙোন্দা হায়রম্না ঐনা দায়ী পুবা ভোটর ২০গী লিষ্ট অদু পীরুদৌরিনি, কয়া কয়া য়েনগদগে লৌরুবা তাবনি।"

"হোয়, ভোট খর পীবীয়ুতা হায়রুবদা মখুৎ শৎ তিংথোরক্লিনি, হংলকইনি কয়ানো— মীগীদি চামঙানি হেক্তা হায়রক্লিবনি।"

"ভোট নুমিত্তা পৈশা ঙাইবা কাঙবুগী লিষ্ট অমসু শেন্নবনি— মসিসু মঙোন্দা পীরুদবা য়াদে— চৎসি লাকও।"

কেন্দিদেটকী ময়ুম য়ৌরে। মতমশিদা য়ুনম হাইফেৎ নম্বা মোবী, মমিৎ উইরুম উইকম তৌবা মংলেম, ব্রা কয়া ঙাঙদবা সনাজাও, পরপ পরপ চঙশিল্লক্তুনা কেন্দিদেট উনগে হায়রে। কেন্দি দেটকী সেক্রেটারী অদুনা হায়রকখি।

"অমুক্তা ঙাইবিখো, ঙসিদি কেন্দিদেট উনবা কয়া নুঙাইররোই— লালহৌবা কাঙবু অমনা লুপা লাখ তরামঙা ঙসি পীদ্রবদি কাপকনি হায়না চেইরকপদা নত্তনা টেলিফোন মনম মনম তৌরক্তুনা মকোক য়াম্না শারিবনি— হয়েং উনবিরো।"

"ভায় উনদবা য়াদবনি অমুক্তা হায়বিয়ু।"

"ফনি, অদু ওইরদি শোমদা লেংশিনবীয়ু ঙাইহাক্তংদি পোত্থাবীয়ু।"

"ঐ অমুক্তা হংজরকখিগে।" সেক্রেটারী কা মনুংদা চঙখি— কেন্দিদেট টেলিফোন্দা ব্রারী শারম্মী।

"ইবুংঙোখোয় য়াম্না পীনীংলিবনি লৈতদুনা তৌবনি..."

কেন্দিদেট মমায় খংঙাও ঙাঙশিল্লকই হায়রকখি— খোল খর পৌরপ্লা—

"করিনো ইবুংঙো নখোয়না হায়রিসিবু শেল লৈত্রবদি ভোট লেপ্পা য়ারোই হায়রিবা জাৎলা ? ইনাক খুনবা ঙাক্তা লেপকদবনি হায়রিবা জাৎলা...?

ব্রারৌবীনু অমুক্তা খর থিজখিগে—ঐনা ঙমজবা খরা পীজখীবা মীদুসু উনবিদে হায়বিবদাই। মাসু লংফৈ চৎখ্রে হায়— মাগা অমুক্তসু উনজখিগে ব্রারৌবীনু হৌজিকমক্তি করিমত্তা লৈত্রদুনা তৌবনি...

করিনো ইবুংঙো নখোয়না হায়রিসিবু নখোয়গীসিবু অমদুনা ঈনশিল্লক্লিবা জাৎলা?..."; অসি হায়রগা ফোনদু কোক হেক থমখি। অদুগা লালহৌবা কাণ্ডবু থেংনবা, থেম্মুনবা চংকদৌরিবা শর্ম্মদা হায়রকখি, "শর্ম্মা নঙনা খঙলিবদুনি মখোয়দা পীনবা শেল খর শিন্নখিবা অদুনসু ঐবু বিশ্বাসঘাট তৌগ্রেদো খুত্তা শেল অমত্তসু লৈত্রে, পৎ তৎলে; ইংখোলগা লৌগা য়োনগে তৌবসু লৈবিনবা হৌজিক ফাওবা ফংদ্রি, অমুক্তা ঙাঙনবীরুরো।"

শর্ম্মা চংশ্রে, মাগী সেক্রেটারী চঙলকপা উবদা হায়রকই— "করিনো করি অমুক লৈরে ?"

"সার ! নুতিগী লাকপা অহুম গঞ্জা থকপা তোনী, য়ুথকপা অবুং, নম্বর ফোর কেনেদি ঙসাইদগীনি উনদবা য়াদে, উনগে হায়না তক্করিবা? ঐনা চংখিনবা ফন-হায়রবনি য়াদে। গঞ্জা কানি, য়ু, ফোর থিংনি হায়না ঐখোয়নদি হোৎনরি, মেনিফেষ্টোদসু হাপলি, অদুগা সোমদনা নুতীগী গঞ্জা কানী য়ু ফোরগী পৈশা হুন্দুনা লৈরে— ঙরাংতসু কেনেদি শিবা তারে হায়দুনা সারনা ফাওবা মাগী ফোর থিদুনা পীখিবদুনি— ওম্ভোক্লা নুংশিখিদ্রে মখোয়সি— ঐদি শুকচং চঙহন্নীংদে মখোয়সি সার— চংহনগ্রগে— করি হায়বগে ?"

কেন্দিদেট মকোক হোত্তুনা ঙাইহাক ৱাখল তৌরগা হায়রকখি "কমদি তৌনি, ভোটরনিদো ! ঐনা চঙহনদ্রে অতোপ্পা অতৈনা চঙহন্নীদো— ভোটর অমত্তং হেনবনা কাদৌরিনিদো।

হয়েং কারগা গঞ্জা, য়ু, কানি, ফোর চাবা নিশা চাবা অমত্তা ভোৎ পীবা য়াদে হায়বা আইন অমা শেম্বা হায়বদুনি নিশা থিংনবা।"

মতমদুদা পেবম মোহোন থুংলরে, কেণ্ডিদেট উনগে হায়রৈ- মচীন্দা মুরুম মুরুম শোল্লি- "ঐসু ভোটরনি মী পুম্নমক্তদি চামঙা-চামঙা থুংলগা ঐগীদি হৌজিক ফাওবা থুংবিদ্রি।"

২৭।৫।২০০২

*******

## ১১

# মৈতৈ তোম্বা

ইম্ফালদগী ময়ায় লম্বীরোমদা চৎলগা মাইল ২২ লাপ্পা মফমদা হিয়াংলম খুল লৈ। খুল অসি এলাংবম শাগেনা নম্মা তাবা খুলনি। লমদম অসি লৈহাও চেল্লি। হেক থংনবদা খাদা ফুমদিনা থল্লবা কংশিল্লকুবা চোমলাংনা থন্না হৌরবা খোইদুম পাৎ অমসুং অৱাংদা খরুংপাৎ লৈবনা ঙা-চাক্কী তাংজফম মরাং কায়, নোংচুপ্তা ইম্ফাল তুরেল, অৱাংদা শেকমাই তুরেল লৈবনা হিগী লম্বীদা চখোক চৎশিন, পোৎ পুথোক পুশিন খুদোং চায় অদুগা খুনসিগী ময়ায়দা ইম্ফালদগী শুগ্নু তাবা ষ্টেট হায়রে, ময়ায় লম্বী লৈবনা লমদমশিগী মীশিং চখোক চৎশিন্দা খুদোংচাবতা নত্তনা ইম্ফালগা শনমমীনম তানদুনা লৈবাক্কী থৌদোক ৱাথোক লোয়না খঙনৈ।

খুল অসিগী প্রিসাইদিং দৈতিদি লাইনীংথৌ পাঙ্গনবনি। খুনগী ময়াই—হীরানমৈ তাবা নালা অমসুং খোইদুম তাবা লম্বী মনাক্তা লাইনিংথৌগী লাইকোল উমং অমসুং লাইশঙ শঙলেন লৈ। শঙলেনগী মমাঙ পাক্লবা লমপাক্কী চহি খুদীংগী লাইনিংথৌ হরাওফমনি।

লাইনীংথৌ পাঙ্গনবগী লাইকোল লৈরিবা অদুগী নোংচুপ্তা লৈ এলাংবম তোম্বা সিংহগী য়ুম। মহাক অসি মণিপুরবু য়াম্না নুংশিজবা মৈত্রবাক্কী সভ্যতা, ইতিহাস অমসুং কলচবদা মখৈ লৈতনা চাউথোকচবা নুপানি। পৃথিবীগী চাওখৎলবা জাতিশিংগী মরক্তা মৈতৈমুক চাওখৎপা জাৎ অমা লৈতে হায়না মবুক্তা খঙবা মীনি। শম্না হায়রবদা মাসু মৈতৈগী অহল লমন ইমা ইবেন— ইপা ইপলনা হায়নবা মী হায়রবদি মৈতৈতনি, অতৈদি হাও, ময়াং, তখেল, অৱা, পোং, খাগী, চিন, খাহি, বাঙ্গালী তুগালি, দেশৱালী, মলেষ, যবনননচিংবা পূম্নমক অসি মী নত্তে— মখোয়বু কৈদৌনা ইকাইজরুনেগে— হায়বা অদুম্না খল্লিবনি। মাগী মমাঙদা মৈতৈবু উশিত্তনা থীনা ঙাঙলবা করেম্নরবদি মহাক শিনি নানি খঙদে। কলেজদা তম্লীঙৈদা মমান্নবা বাঙ্গালী ছাত্র অমা মৈতৈবু হুন্দুনা ঙাঙই হায়দুনা মকোক থুগাইরুবগী অচৌবা ৱাথোক লৈখি। মৈতৈগী ইজ্জৎ শোকপা ৱা তাবা য়াদে। মৈতৈনা শেম্বা শাবা পোৎনি হায়রবদি মদুবু মখৈ লৈতনা থাগৎল্লি— অদুনা মাবু খ্বায় পৃম্বনা মৈতৈ তোম্বা হায়রগা খঙনৈ। হিয়াংলম খুন্দা কনাগুম্বনা এলাংবম তোম্বা হায়না থিরুবদি— মশক খঙদে হায়না হায়রকপা য়াওই অদুবু "মৈতৈ তোম্বা" হায়না হংলুরবদি মাবু খঙদবা অমত্তা লৈতে।

মৈতৈ তোম্বা তশেং তশেংনা মৈতৈদা মৈতৈনি। মৈতৈনা শাবা ফিরোন শেং-চাই, মণিপুরদা থোকপা চেঙ হৱায়, মনা মশীং, ঙা-চাক্তমক চায়। মণিপুরদা থোকপা পোত্তমক মরু ওইনা খল্লি। অওইবমক মাগী পামজবা আইদিয়েলদি— থায়নগী মনীংতম্লম্বা

মৈতৈশিংনা— লায়রজরবসু মীপান তাংদনা মনীং তম্না হিংলম্বা পুন্সি অদুনি। মরু ৱাংনা হৌরকই। নহা ওইরিঙৈদা মণিপুরীগী মশান্না যুবীরাকপী মুক্না, কাঙজে, শগোল কাঙজে ফজনা শান্নরকই— লাম্বা থিংদে, মরম ওকই দিগনিটি অব লেবর ফজনা মশক খঙই।

নোংমা নুমিৎ উখোকতেন য়ৌরকপা মতম অদুৱায়দা মহাক মমাঙ লৌবুক্তা ষম্বোং খোইরুবদগী ষণ লাবা পোৎপা অদু হোইরদুনা লাঙ্গোল অদু লেংথোং নাদুনা মযুমদা কারক্লম্মী। লাঙ্গোল অদু মমাঙ শঙ্গোইগী য়েনখাদা থমজিনখি, ষণদগী পোৎপা অদুসু থাংথরগা লাঙ্গোল মনাক্তা থমজিল্লগা ষণ অনি অদু ষঙ্গোন্দা পুনশিল্লগা মাগী নুপীনা থোংদুনা থল্লম্বা দানা অদু পীজরম্মী। বগোসতা মখোয়গী চানবা চরু কল্লগা হাপচল্লম্মী। অদুগা ষণ অনি অদুনা দানা চারিঙৈদা ষঙ্গোন্দা লৈবা শদু অদু লৌদুনা ষণ অনি অদুগী মশা অদু শৎ শৎ নাম্ভোকপীরম্মী। মদু হেক লোইৎবগা ষঙ্গোন্দগী থোরক্লুনা কৌরকখি— "তোম্বী তোম্বী তারিবরা কোনগা খুদৈগা পুথোকরকউ ঐ ঈরুজরগে।" ইমুং মনুংদগী খুন্নকখি— "তারে তারে" অদুগা খুজায়গা খুদৈ অমগা পুথোক্লুনা পীরে। তোম্বা মখা পুম্রি তম্না ঈরুজবা চৎখি।

তোম্বগী নুপী তোম্বী মপুরোইবা নীংবী মৈতৈনুপী তশেংবীনি। মপুরোইবা নীংবদা সিতা, সাবিত্রি, মরৈবাক নীংবদা ঝান্সীগী রানী; মণিপুরগী লীম্ভোইঙম্বী, মাগী. আইদিয়েলনি। মচা অহুম শুরে— মচানুপা অহল অদু চহি ১৪ শুরে— ইম্ফালদা মনেগীদা লৈদুনা মহৈ তমলি, মচানুপী চহি ৭ লোম শুরবী অদুগা মচানুপা অতোম্বা চহি ৩ লোম শুরবা অদুগদি মনাক্তা লৈ— মচানুপীদু খুল অদুগী পাঠশালাদা লাইরিক তম্লে। দিগনিটি অব লেবর ফজনা খঙবী, নুপা নুপীগী মরক্তা দিবিজন অব লেবব গুক্কা চৎলিবী, মরু ৱাংবী, মরম ওকপী, নোম্বা কনবী, মীনা লাকচবা য়াদবী, মশাগী হক খঙনা চৎপী, মীনুংশি চাউবী তশেংবী মৈতৈ নুপীনি। মতৈ মনাও অমনা অমগী মতেং পাংনদুনা নুঙাইনা ঈংনা পাল্লিবা ইমুং অমনি।

অয়ুক ঙন্না হৌগৎলগা অয়ুক্কী মঙাং গুরু, বৃন্দারানী খুরুম্লগা ইমুং ৱাইবম শিৎচিন খোৎচিন লোইরবা তুংদা মপুরোইবা তোম্বনা লৌবুক্তা লৌ শুবা খোইবা চৎপ্রবা তুং, ইমুং মাঙ্গোল তুলশীবুং ৱাইবম তৈয়বা লোইববা তুংদা ঈংখোল ঙাইহাক্তং শুদুনা থাবা য়াবা থাবা, ঈশিং চাইবা, নাপীশিংবী পেংবনচিংবা পাঙথোক্লগা নোংমগী থোংনবা মনা মশীং খর হেক্লুরগা চাখুমদা থমই। অদুগী তুংদা ঈরু মায়থজরুরগা ফিশেং শেত্তুনা চন্দন চৱা থিল্লবা তুংদা তুলশী বৃন্দা খুরুম্মী মাঙ্গোল দারী মনাক্তা লৈশু-ঈশিং কত্তুনা সূর্য্য দেব নুমিৎপু খুরুম্মী। অদুদগী নুমিৎ মাঙ্গোল ময়ায় য়ৌরকপা অদুৱায়দা চাকশঙদা চঙদুনা নোংমগী অয়ুক্কী চান— থক্লবা থোং থাকই। ঙসিদি শৌগ্রীগা ঙাকিজ্রৌ অয়াইবগা থোংগে— য়েন্দেম ইরোনগে হায়দুনা শৌগ্রী মনা খর য়েন্দেম মকা খর ঈংখোলদগী হেক্লগা থোংলি।

তোম্বা পুম্রিদা ঈরুজবা চৎপ্রিঙৈদা মচন নুপী ইম্ফালদা ওংবী নাউবী চহি অনি খর হেল্লবী মচানুপীদু পমলদুনা মখুৎনামনা ছোলাখাউ অমা পায়রদুনা থোঙ্গাল লোমদগী "ইনম্মা ইনম্মা" হায়না কৌরদুনা চঙলকখি।

"হায়মা! নাউবী নঙ লাকইবোইরে।"

"হোয় ইনম্মা! হৌজিক্তা গাড়ীদা লাকপনি!

"কনা কনা য়াওরকই !"

"কনাসু য়াওরক্তে, ইথন্তা ইচানুপী অসিগা।"

"চাউরেদনা ইমৌদি— নুংশিবনসু লোইরেদনা অসিদি। কদায় কদায় খাউদু ঐ পায়বীগে" হায়দুনা খাউদু লৌরগা মচননুপীগা ইমুংদা চঙমিন্নখি।

ঈরুজবা কারক্লগা মৈতৈ তোম্বা তুলশী বৃন্দারানীদা ঈশিং কৎলগা তুলশী মচুম থক্লগা মাগী নুপীনা পুথোক্তুনা থম্লম্বা অশেংবা ফি— মুগা খুদৈ হোংদোক্লে, অশেংবা, ঈতৃম্লবা ইন্নফি ইনশিন্নগা শুমাংগী অৱাং থংবদা লৈবা পোলাংখোক্তা অচোৎপা ফি পূম্বা ফৌদোক্লম্মী। অদুগী তুংদা তোম্বীনা মাঙ্গোল্দা পুথোক্তুনা থম্লম্বা চন্দোন উপু মনাক্তা থারিবা কৌনাফক মচা লাইখুরুমফকতা মমায় নোংপোক ওন্না ফমদুনা মমাঙদা মিংশেল খাল্লগা চন্দন থিল্লি। চন্দনচৱা থিনবা লোইরবা তুংদা মানা পুজা তৌজরিবা রাধা কৃষ্ণগী মুর্ত্তি অদুদা লৈশু তুলশী মনা কত্তুনা লৈশি লৈথোঞ্জে, মন্ত্র জপ তৌদুনা ধ্যান তৌনা খুরুমজৈ, অদুগী তুংদা লৈ তুলশী মনা নির্ম্মল্য অদু পুদুনা বৃন্দাদেবী খুরুম্বা লোইরগা মানা মাঙ্গোলদা কাখৎলকপা মতমদা মচানুপী অদুনা মৌপ্পা অদু পন্নদুনা বিস্কুট পেকেট অমা পায়রদুনা মাঙ্গোলদা থোরকপা উখি। মদু হেক উবদা মহাক খংশাউ শাউখি, খংলাউ লাউরকখি— "তোম্বী তোম্বী ! কদাইদগী বিস্কুটনো অঙাংনা পায়রিসে ? কনানা পীরিনো ? ঐনা 'সিগুম্বা পোৎসি অঙাংদা পীজনু হায়রমক্তা।"

মহাক পরপ পরপ চঙশিনখিদুনা মচানুপীগী মখুত্তগী বিস্কুট অদু মুল্লগা শুমাং লোমদা লংথোকখি। মচানুপীদু তঙক তঙক য়েংদুনা পেরি পেরি তৌদুনা লৈ। মৈতৈ তোম্বনা শাউনা শাউনা লাউরকপা অদু তাবদা তোম্বী পরপ পরপ চেম্থোরক্তুনা হায়রে— "ইচন নাউবী লাকয়ে, মানা পীখিবনি করি তৌরগে?"

"তাদা ঐ লাকপা কুইদ্রিয়ে; ঐনা পীখিবনি চাজসনু কৈদৌগে?"

"নঙদি কবম কান্দা লাকই? নথন্তরা কনা কনা লাকমীন্নে।"

"ইথন্তনি অঙাং মচা পীশক্তুগা"

"নঙসু খঙঙু— অসিগুম্বা পোৎসে ঐখোয়গী অঙাংশিংদা মতুং মনাও খক পী-লাক্নু ।"

"করিগীনো তাদা? হৌজিক্তি ইম্ফালদদি অসিগুম্বা পোৎ, বিস্কুট মখল মখল, তোফি জাৎ জাৎ, চোকোলেট, পোটেতো চিপ্স, ভুজিয়া মখল মখল ফজ-ফজবা চেখাউদা হাপ্তুনা পীকথন্ন য়োল্লি— অসিগুম্বগা ব্রেদ বনগনা তাউরে; অতৈ অমা ফাওবা ফংদ্রে— মপান্দগী পুশিল্লকপনি ঐখোয়না শাবসু হৈবা নত্তে য়াম্নসু হাউই, চাহন্নীংদুনা তৌবনি কৈদৌগে?"

"ইবুংগী ইবেম্মা! অদুননি ঐনা হায়রিসে, ঐহাক ঐগী ইচাশিং অসি ব্রেদ, বন, চোকোলেট,মিল্ক বার, চিপ্স, তোফি, ভুজিয়াগী মীনায় ওইহন্নীংদে; মতুংদদি নঙনা

পীজনীংলগা নয়া নমৌশিং অসি মণিপুরদা থোকপা মণিপুরী মৈতৈ ঐখোয়না শাজবা হাওর হাওরবা ঙমোক কবোক, লৈবাক হৱায় হৈঙান, লৈবাক হৱায় লদু, লাল্লু, কাংশুবীগুম্বা পীজৌ।"

"ইবেম্মা! নখোয় তাদদি অদুই হায়রুরদি— থুমসু মৈতৈ থুম নত্রবদি চাদে, হৱাইসু মণিপুরদা ফংবা শগোল হৱাই, মঙ্গল নত্তনা মুগ মুসোরী অরহন্ন চাদে; ফিরোনসু ঐনা লশিং লং-নাইরগা শাবা লংবৌ খুদৈ ফৈজোম ঙৌবোং নত্তনা শেৎপী ইনবীবা নত্তে— ফুরিং ফাওবা কুদাম পান্দবা বকরবন্ধি লীংলিবনি, লশিং হায়র ঐখোয়গী ঈংখোলদা পানবা ঙাক্তনি— খুদৈ অরাংবা ফাওবা মিলগী লংনা শারবদি শেৎলু হায়বা য়াদ্রিবনি— খোঙউপকী মহুত্তা খুরুম বলুর তোংলিবনি— মদুসু মানা তাক্তুনা উশুবা তোয়াইমবু শাহল্লিবনি।"

"হৌজিক্তি তাদ, ইম্ফালগী কৈথেল্দদি মৈতৈ থুম, খরী, হিদাক তিকি, খুরুম অমত্তা ফংখিদ্রে— কবো/ময়াং থুমদি ফজ ফজবা চেরংদা য়োল্লবা কিলো অমগী অনিগী কোম্পানীগী থুম, তোঙান তোঙাননা দুকান খুদীংদা ফংই— অচোইবা বোড়াদা হানবসু পীক থন্না ফংই। পেকেটতা হাপ্পা থুমশিং হোঙই— মৈতৈ থুমদি— মমলসু য়ামই ফংবসু পাক ফংদে— করিগুম্বা কান্দা কৈথেন অনি অহুম চত্তুনা থিবা তাই। অদুনা চাদবা য়াদবনিনা হেক্তা ফংবা হোঙসু হোঙবা পেকেট অদু মী পূম্বা হেক্তা লৈবা তাবনি। চান-থুক্রবা হাওউ-হাউরবা পোৎ, শেৎন-ইন্নবা ফর-ফরবা ফি; মণিপুরদা শুকফং ফংলমদবা ঙা-চাক উহৈ-ৱাহৈ মখল মখল অসুক য়াম্না মপান্দগী পুশিল্লক্তুনা ফংলবা মতমসিদা অহাউবা-অনৌবশিং অসি চাদনা, ফজ-ফজবা ফিরোনশিংসি শেত্তনা— মওং মখল কয়াগী খোঙউপ তোংদনা, ফংবদা ৱারবা, মমলসু য়াম্বা লংবৌ খুদৈ ঙবোং শেৎ ইন্দুনা লৈখিদ্রা ? কদাইদগী খুরুম লৌদুনা তোংদৌরিবা ? থায়নগী অহল লমন্না চারম শেৎলমদবদি লশ্বী থোং ফত্তদুনা পুশিল্লক্তদুনা ফংদদুনা তৌবনি।"

"ইবুংগী ইবেম্মা ! নখোয়গুম্বা মৈতৈ মচা পূম্নমক্না শৌগৎপীদবদগী মৈতৈ থুম ফংলক্তবনি, খুরুম মুৎখিবনি— খুদৈ খুরাং লশিংফি ফংলক্তবনি। নুঙাইবা পাম্বা, থবক শুনীংদবা, মীরৈবাক্কী পোৎনা হেন্না ফৈ হায়না খনবা ৱাখলদুনা মৈতৈগী থুমগোং কয়াদা থবক তৌরম্বা কয়া, হিদাক তিকি কারবার তৌরশ্বী কয়া, হিদাক মনা থারম্বা কয়া, খুরুম শারগা জিবিকা ওইরম্বা কয়া অমদি মৈতৈগী ফিরোন শারশ্বী কয়াগী পুকচাক ককথৎপিদুনা— বেকার ওইদুনা থবক শুফম নোমফম লৈতবা মৈতৈ মশীং নোংমা নোংমা হেনগৎলক্লিবসিনি। হৌজিক শেম্লোক লৈত্রবা মণিপুর, ভারতকীনা কেপটিভ মাকেট ওইরবা মণিপুর, নোংমা নোংমগী নংবা হেনজিল্লকলিবা অসিনি। অদুনা সরকারদগী নিবা, নমদুনা মুনবা, হুরানবা, দাকু দাকাতি তৌবা নোংমা নোংমগী হেনগৎলক্তুনা হৌজিক মণিপুর অসি মীহাৎ মীপূন্না থল্লকলিবা, লৈফম চাফম খঙলক্ত্রিবা, তং তাদবা ফিভমদা লৈরক্লিবা, মীগী মতেং নত্তনা হিংবা ঙমলক্ত্রিবা, মীনায় নাইথাং ওইরকলিবা অসিনি। খঙঙু মীপাল তাংদ্রবতদা নীংতম্বা ওইরিবনি। মনীং তন্নম্বা মণিপুরগী ইপা ইপুশিংদি মীপাল তাংলমদে। ইমা লৈবাক্কী পোৎ নত্তনা পঙশি শীজিন্নরমদে, মীরৈবাক্কী পোৎ অদুক হাক্না মিহৌরমদে।"

"অদুবু মতম অদুদদি লম্বী থোং ফত্তবনিনা ময়াম অসি পুশিল্লকপা ঙমদদুনা উবা ফংদবদগী মীহৌদবনি। হৌজিক মীনা থা কারবা কানসিদবু খোঙনা চত্তুনা লৈখিদ্রা, খুদৈ খোংদাই শেৎখিদ্রা, তুম্বাদা ঈশিং থকখিদ্রা ?"

"নঙ করিমত্তা খঙদ্রে। মনীংতম্মা লৈরম্বা ঐখোয়গী ইপা ইপুশিং অদু মপানগী ফজ্জ ফজবা পোৎ অমত্তা উরমদবা, লৈদুনা মণিপুরদা পুশিল্লক্রমদবা নত্তে তেখাও তেংগোৎ, বৃনাম পুখম কদায়দগীনো খঙবরা ? ঐনা হায়বদি মখোয়না মীরৈবাক্তগী পোৎ লৈরবসু ঐখোয়গী লম অসিদা থোকপা পোৎকী মমলগা শিন্নরুবনি, লমসিদা থোকপা পোৎকী মমলনা লৈরুবনি। অনিশুবা লান মমাঙ ফাওবদা মণিপুরদগী চাবদা লেল্লবা চেং, লশিং, মোরোক, চুজাক মপান লৈবাক্তা থাদোক্লম্মী। মদুগী মমলনা মপান্দা ফংবা পোৎ লৈরম্মী— লৈবাক্কী লম্বী থোং শেল্লম্মী। লৈবাক অসি চাওখৎনবা তৌরম্মী। য়ারিমখৈ মীপান তাংলমদে। হৌজিক্তি কদায় মফম অসিগী চানবা চেং, মনা মশীং, ঙা, শা ফাওবা মপান্দগী পুশিল্লক্তুবদি ঐখোয় চবা হেনবগী ফিভমদা লৈরে। ঐখোয় মশেল শৌগৎনদবদগী হান্নগী পোথোক চাথোক— লোয়না মাঙশিল্লক্তুনা বেকার সমস্যানা থল্লকলে। অদুনা কেন্দ্র সরকারদগী নিবগা চারে— নিরুবদা হাঙ্গীরক্তুগা চরা হেনবগী ফিভমদা লৈরে। নিবু নিরুববদি পীরিবা মী অদুগী য়াকা য়েংবা তাবনি— মাগী মীনায় ওইবা তাবনি। খুদৈ খোংদাই শেত্তুনা লৈয়ু, তুম্বাদা ঈশিং থকসি, খোঙনা চৎখিসি হায়বা ব্রা নত্তে— নখোয়না ফংলিবা নুঙাইনবা মচাক, চারিবা অহাউবা, তোংলিবা ফজরবা খোংউপ, অদু নিদুনা চাগনু, তোংগনু, মমল পীদুনা লৈয়ু— মদুগী মমল পীবা ঙম্লবা কন্না নোমদুনা শেল্থোক লৈবা পোৎ পুথোকউ হায়বনি। য়ামদ্রবদা ফৌচেং হৱায় চেংৱায় মনা মশীং উমংগী পোৎথোক্তদি য়াম্না হেন্না মরাং কায়না থোকহন্দুনা মপাল লৈবাক্তা য়োল্থোক্তুনা মদুগী মমলনা মপানগী অরং অরাক্কী মমল পীবদি য়াইদনা, মীপাল পঙতাং তাংদনবা।

ননম্মগা ঐগা সরকারগী থবক ফংনা ফংনা থবক তৌদ্রিবসি নঙ খঙদ্রা? ইশাগী ইনীং তম্বদু খজিক্তং ওইরবসু মাঙহন্নীংদদুনা তৌবনি। নীংশীংউ মপুনা থাক্তুনা নোয়পেল্লবা মঙকশমদা পেটি লাকপা হুয় অমসুং চাবা থকপদি ৱানা ফংবা মনীংদি তম্বা লমগী হুয়, অনি অদুগী ৱারীদো।

চৎলো চৎলো— থেঙগ্রনি চাক ঈশিং চামিন্নরুবসি।"

২৭।৫।২০০২

*******

## ১২

# "ঐদি ইনাক খুনবা তঞ্জরে"

টেলিফোন "ক্রীং ক্রীং" শাংনা শাংনা খীংলকই। ব্রহ্ম কোলনি। রিসিভর অদু তাপ পায়খৎলি, খুম্মী...

"মান্নে ঐনে, করম করম তৌরে... প্লেট অমা লৈরে হায়বা... ইঞ্জিনশিংদু য়ৌরক্লে হায়বা— ফরে ফরে... হোয় কম্পানীগী ডিরেক্টর অদু হয়েং উনরগা থবক্কী মরোলদু খঙহল্লকউ... সোমগীসু থবক অয়াম্বা লোইশিল্লক্লে... থম্মগে।"

নোংমা নুমিদাং অথেঙবদা ফোন্দা য়ারী শানরিবা নুপা অসি খুরায় কোংপানগী নোংমাইথেম বিরেন্নী। মহাক য়াম্না নোম্বা কনবা তন্দবা লৈবাক অসিদা পোকপা লৈবাক অসিবু নুংশিজবা লৈবাক অসিদা শিজগে নীংজরিবা নুপানি। মাগী নোম্বা কনবা তন্দবা অদুমক্তনা কন্না হোৎনজবদগী মচীঞ্জাক চাজবা নুপা অমা ওইবতা নত্তনা নিং নিং লাউজরক্লবনি। মতাঙ অসিদনি মানা থেংনরিবা দম্বা।

টেলিফোন মখোন তাবদা মাগী নুপীনা চাকশঙদগী তফিং তফিং চেম্ব্রোরক্তুনা য়াম্না লাঙতক্না মাগী নুপাদা হংখি।

"মায় পাবুং কনাগী ফোন্নো কদায়দগীনো?"

"করিমত্তা নুংশা খীরুনু... আ হায়দ্রাবাদতগী নচানুপা বিনোদনা তৌরকপনি।"

"ফরেদা—করি হায়রকই—" নুংশা মপী নে লাউনা হোন্দোকই। "ঐদি নুংদাং তৌরকপা ফোন মখোন হেক তাবদা থরক হুনগৎলবনি— কনাদগী কয়া দেমাগু লাক্কদগে খনবদা— বিনোদকী থবক অদুবু খর মঙ্গল ওইরবরা ?"

"হোয়, য়ুম অমসু লৈরে হায়য়ে। শিদগী থাখিবা ইঞ্জিন অদুসু য়ৌরক্লে হায়। থবকসু হৌগৎলনি হায়রকই।"

"ঐখোয়বু চৎপা তারিবরা ?"

"খল্লিবনি করম তৌবা তাবগে ?"

"ময়ামসিনা কনাদা শিন্নরমদৌরিবা ?

"নচা নুপী অনি লৈরিসিদি।"

"ইয়া নুপা অহন্দুবু মথোং কয়া চাদমান্নেদা, অতোম্বদুদি সরকারগী থবক মচা অমা তৌজরিবনিনা খর মফে।"

"ফরে, হৌজিক কৈসু খল্লুখিনু, পাক হেক চৎপা য়াবা নত্তে থবক লোইশিনগদবা য়াম্না য়াংলি— চৎলো চাক্কুম চারুরসি।"

মখোয় অনি চাকশঙদা চঙদুনা চাক চামিন্নখি। চাক চাবা লোইরগা বিরেন চীন তেংবা অরাংথংবা য়েন্নখারোমদা থোকখি— মাগী নুপীনা শেংদোক শেংজিন তৌদুনা লৈহৌরী।

বিরেন্না চীনখা তেংবা লোইদুনা ইমুংদা হেক চঙলকপদা খুৎলাই পায়বা পাখঙ অনিখক চেক মোক লাউদনা মতুং ইন্নরকখি। তুং থংবা পাখঙ অদুনা মনীং থোঙ অদু পৌরোন লোনশিনখি। অনিদু হেক উবদা মতৈ মনাও অনিদু পাখৎপনা মমিৎ চপ য়ুংখি— ৱা ঙাঙবা থোকখিদে— বিরেন্না ৱা ঙাঙগে হায়না ময়া কাখৎলকপদা মাঙথংবা পাখঙ অদুনা তুমিন্না লৈনবা ঈঙ্গীত তৌরকখি। অতোপ্পা পাখঙ অদুনা মনীংথোং পৌরোন থাজিল্লন্নগা মমাঙ কা তান্না পরপ পরপ চৎখিদুনা টেলিফোন রিসিভরগী ৱায়াব অদু ককথৎখি। চাকশঙদা লৈহৌরিবা পাখঙ অদুনা বিরেন্দা তপ্পা হায়রকখি—

"খুরা ৱারৌবীনু, ঐখোয় অহিংসিমত্তং লেকচখিগে— নোংঙান্দ্রিঙৈদা হৌগত্তুনা চৎচখিগে। তঙায়ফদ্রদুনা তৌবনি। ফক অমগা মোন অমগা ফি অমত্তংগা পীবিয়ু। ঐখোয় ঙরাংদগী করিমত্তা চারক্ত্রি— লৈরবদি চান-থক্লবা খবদং পীবিয়ু। অদুদগী মৈ মুখত্তুনা তৃস্নীরুবো— ৱা লান ঙাঙবীগনু কৈসু নুংশা থিবীনু— মতাঙ অমা চাদদুনা তৌবনি।"

বিরেনগী নুপীনা মশা থক থক নীক্লা ৱা লান করিমত্তা ঙাঙদনা চাক খর লৈরিবদু পুখম অমদা থিদোক্লগা হয়েং অযুক্কী ঙারেন ওইনা চানবা খাক্লিবা ঙা থোংবা তেঙ্গোৎ অদুগা ঈশিং খুজাই অমগা থাংদোক্তুনা মনাক্তা থম্বীরম্মী। অদুগা মখুৎ মশা হাম্নবা মপান থোক্কে তৌবদা পাখঙ অমনা হায়রকখি— "থোঙ অমুক হাংদোকপীরুরনু ইন্দোন, ইমুংদা অদুম তেংথোক খোক্তোপীরো।"

বিরেন মতৈ মনাও হায়ফমতৌফম খঙদে, হংলাইগুম মখোয়না হায়বা অদুতা তৌরম্মী। বিরেনগী নুপীনা ফকনে মোন্নে ফিনে পীরম্নগা ফমুং চঙখি। বিরেনসু থাউমৈ মুথৎলম্নগা ফমুং চঙখি। অনিমক থরক হুনগৎখিদুনা কিবনা থক থক নীক্লি, করি থোক্লগদগে খন্না ফমুংদা ফমলি, য়াম্না কুইনা তৃস্না য়ারমদে।

মতম অদু নুংদাংগী পুং তরামাথোই খর হেনখ্রে। অহিং ঈচিক হুল্লকলে। ঙসিগী অসি মখোয়দদি অহানবামক্তি নত্তে, অদুনা মফমমরাং খঙদনা য়াম্না হেন্না কিবমক্তি নত্তে, অদুমকপু নুংশা থীদবদি নত্তে। অমুকসু মখোয়না তৌরিবসি লাল্লবসু চুম্লবসু মণিপুরগীদমক্তনিকো হায়না খল্লুবদা ৱারৌরুবসু ঙমদে। অদুবু ৱাবগী পনখৈদি য়ৌরকলে। নিংনিং লাউরম্না ঈমুং অসি লায়র-চুদৎনবা, চানীংঙাই-থক্লীংঙাই লৈতবা, শুফম নোমফম খঙদবা, তংদু লৈতাদবা, ৱাখল খনফম থোক্তবা মায়কৈরোমদা অশুম অশুম চঙশিল্লক্লি।

অহিং ঈচিক হুল্লকপগা লোয়ননা মতম খর উন-ৱাইমুক চীকখ্রে। চাকশঙলোমদগী নাখোকপা মখোল তারম্মী। ফন-য়াম্না থরক হুনগৎলুরবসু, ফন-য়াম্না কিক্লরবসু, যরকপা হুম্নরকপা শোয়দনা মতমনা পীবিরকই— অদুগুম্না মতমদা তৃমহল্লিবী লাইরেম্বী নিদ্রানা তপ্না তপ্না নানবীরকপগী শুক্কৎলবা খুৎনাননা মতৈ মনাও অনি অদু

অসুম অসুম শুন্নাংলক্তুনা ফেং ফেং হাইনা উইরম্নদগী— কোক্না মোনগা হেক তায়নখিবা মতমদা পুম্নমক কাউদুনা উরোয়োন তৌনা তুমথখিরম্মী। খঙহৌদনা পুং অনি অহুম হৌখ্রে, গোবিন্দগী মঙ্গলারতি শরিক মখোল তাহৌদ্রে।

মতম অদু অহিং নোংয়াই মতুং মঙ্গলারতি লোইখিদুনা অয়ুক্কী পুং অহুম মখায়রোম তারকপা নোংপোক থংবা অতিয়াদা অমুবা চীংখৈ ফিদুপ হুল্লকপা নোংঙানগদবা পুংখায় ফারক্তুবা মতমদা বিরেনখোয়গী মমাঙ থোঙ অদু য়াম্না কন্না দ্রং দ্রং থীল্লকখি। বিরেন মতৈ মনাও খঙপ্রেক খঙই— চাকখুমদগী পাখঙ অনিদুসু ফুক ফুক হৌগংলি— মফিমরোল শেংচিল্লি— খুংলাই নুংলাই পায়দুনা চংখিনবা শেম শাবম্মী। বিরেন— মমিং ফাক্লি ফাক্লি ফমুংদগী হংলকখি— "কনানো কনা ওইবিরবনো? করি থবক লৈবগে?"

"পুলিস— থোঙ হাংদোকউ হৌজিকমক।"

"করিগী ওইরবনো— নোংঙাল্লগা অয়ুক্তা...

"য়ারোই, মদু য়াবা নত্তে হৌজিক মক হাঙদোকউ— নত্রবদি থোঙ অসি কাপখায়গনি।" থোঙ দ্রং দ্রং অমুক থীল্লকখি বিরেন ফমুংদগী হৌগত্তুনা—

"ফনি ফনি হাংদোকচগে" হায়না হায়না থোঙ তান্না চত্তুনা পৌরোন শংনবা পৌরোন হেক পায়বা মতমদা মপান্দা বুট ময়াম চেন্থোক চেনশিনগী মখোল তাখি— মদুগা ইকান কান্নদনা নোংমৈ শেং শেং কাপ্পরকপগী মখোল তাখি। বিরেনগী নুপী ফমুংদা অদুম ব্রাম্থখ্রে।

বিরেন্না পৌরোন শংলগা থোঙ হেক হাংদোকপদা সিফায মরি মঙা নোংমৈ চীংদুনা অমনা টোর্চলাইট কাপ্তুনা ঈমুংদা চঙশিল্লকখি। অমনা থাউমৈ থাঙ্গংলকখি অদুগা ইমুং অদু থুংনা কোয়থি থিরম্মী। বিরেন য়াম্না পাখংনা চাকশঙলোমদা য়েংখি— অদুবু পাখঙ অনি অদুদি লৈরমদ্রে। বিরেন খিত্তং নে তাই। মানা হংখি— "ইবুংঙো ইন্সপেক্টর করি লৈবগে ?"

"খুরা নঙগীসিদা খুংলাই পায়বা লালহৌবা অনিখক লৈ হায, কদাযদা লোংলি তাকউ।"

"ইবুংঙো ঐগীসিদা কনাসু লৈতে ঐদি খঙজদে— কদায়দা লৈবগে থিবিয়ু।"

"হাবিলদার— কদাযদা লোংলি থিয়ু।"

মপান্দা মিনিট মঙামুক নোংমৈ কাপ্পরম্নগা— তুমিন্না লৈখ্রে, নোংমৈ মখোল তাখিদ্রে, সিফাইগী বুটনা চেনবগী খোঞ্জেলসু লেপখ্রে।

ইমুংদা সিফাইশিং অদুনা কাঙখ-লুকখ, মায়োম মরুমদগী হেন্দোক্তুনা উপু নুংবু হাংদোক্তুনা ফিরোল চাইখাইদুনা থিখি। মীদি ফংখিদ্রে অদুবু বিবেনগী উপু মিংশেল খরদি কায়রে, মাগী নুপীগী সনাগী লীকপরেং মোহর তরারোমগী অমা, শেল নোট ওইনা লুপা লীশিং কুনলোমদি মাঙখ্রে। উচিন নাচিন্না পাখঙশিং অদু লৈরমদবা অদুনা মহাক শাফরম্মী অদুবু ইন্সপেক্টর অদুনা ফিগা মোনগা কোন্ননা ফক অমা কোনশিন্দুনা চাকশঙদা লৈরম্না উবদা হংলকখি।

"মসি কনানা হিগ্লস্বগীনো।"

বিরেন্না থুনা খুমখি– "ঙরাং ঐনা চাকশঙদা মৈ য়াইদুনা হিগ্লরম্বনি।

"মনীংথোঙ হাংদোক্লুনা থমলিবা করিগীনো।"

বিরেন খর পাখৎলি অদুবু তপ্না খুন্নকখি-"ঙরাং পৌরোন থাজিনবা কাউরম্বনি।"

নোং পুংঙান ঙাল্লে। বিরেনগী মথক্তা চিংনবা য়াবা প্রমান অমা ফাওবা লৈত্রে, অদুবু ইন্সপেক্টর অদুগী চিংনবদি ইফৎ ফৎলমদে।

ঙরাং নুংদাং নোংমৈ কাপ্লখিবা অদুদা সিফাই অমত্তা শোক্তে অদুবু কদায়দগী কাপ্লকখিবনো বিরেনগী য়ুমগী ফক্লাংদা নোংমৈ মরু মরি মঙাগী পানফম লৈরম্মী। অদুনা ঈংখোল অদু থুংনা কোয়থি থিখি। ঈংখোলগী নোংচুপতা লফু মরক্তা নোংমৈ মরু কয়ামুক পাল্লবা পাখঙ অমদি শিদুনা লৈরম্বা থেংনখি। মখুত্তা খুৎলাইনচিংবা অমত্তা পায়রমদে। সিফাযনা রিপোর্ট তৌরবা মতুং ইন্না ইন্সপেক্টর অদুগা লোয়ননা বিরেনসু অশিবদু য়েংলুই।

থা মরিরোমগী মমাঙদা মচানুপানা থারকপা চেক অদু কায়থোক্লগা বেগ অমদা হাপচিন্দুনা হল্লকপদা ময়ুমদা ঙাইদুনা লৈরম্বা পাখঙ অহুম অদুগী মনুংদা য়াওবা মঙোন্দা পিষ্টোলনা নম্লগা শেল য়াওবা বেগ মুনখিবা পাখঙ অদুনি হায়বা খঙখি। মদুদা মহাক লুপা লাখ অমা মাঙখিবনি। অদুবু ইন্সপেক্টর অদুনা "মসি মশক খঙব্রা" হায়না হংলকপা মতমদদি মহাক্না খুমখি– "ঐ খঙজদে।"

মাগী ময়ুম ইংখোল মক্তদা লালহৌবনি হায়না চিংনবা অমা শিরবনিনা বিরেন থানা কাথোক কাশিন্দা মতম খর ব্রাই চিনখি, শেলসু ফনা য়াম্না তিংখি। অদুবু লালহৌবগা মাগা মরি লৈনৈ, মাগী ময়ুমদা লালহৌবা লেক চাদুনা থম্মী হায়বগী চপচাবা প্রমান অমত্তা কংদ্রদুনা কৈসু থোইদোকপা তৌদনা কেশ অদুদগী মাবু থাদোরকখি।

কেশ অদু লোইশিনগ্রবা মতুং নুমিৎ তরামরী মঙানিদি বিরেন মাগী মমাঙ লোমদা তপথোকপা, চহি তরেৎ নিপানগী মমাঙদা পিল্লার য়ুংখৎখ্রবা, কা অদু লোইশিন্নবা হোৎনবদা পুক্লীং চঙখি। কা অদু মথক কূপশিন্নবা য়োৎ বিলামাতী লৈঙোই নুং লৈদুনা শাৎ হৈবা, চেক্লা ফক্লাং খাজিনবা, প্লাস্তর তৌদুনা থোঙ পান্নবা হোৎনরকপা মতম, নোংমা মানা চেকশুবগা ব্রারী শানদুনা লৈবিঙৈ নুংথিল, মশা নানবা ফিরোন তরু তরু শেৎলবা পাখঙ অহুমখক মনাক্তা লাকখি।

অদুগা মখোয়গী মশাদা নোংমৈ অতেনবী য়াওরি হায়বা খঙহন্দুনা দেমাঙ লেটর অমা পীরৈ—হায়রকখি– "ঐখোয়গী অহলনা পীরকপনি— চয়োল অমগী মনুংদা পীবিরকউ— কৈদৌঙৈ লাকউগে হংলকউ হায়রকই।"

বিরেন চিঠি অদু হাংদোক্লুনা য়েংই, লুপা লাখ অমগী দেমাঙনি। বিরেন্না হায়খি– "ইবুংঙো অসুক য়াম্বদি কদাইদে লৌরুনি, ঐদি কৈসু লৈজবা নত্তে, নখোয়গী অহলদু অমুক্তা উনজগে।"

"খুরা শেল লৈতনবু য়ুমসি শাত হৈদুনা শাবা য়াবা নত্তে। অহল অমুক উনবগী কান্নবা লৈতে। ঙসিদগী তরেৎনীশুবা নিংথৌকাবা নুমিত্তা লাকচগে শেলদু থম্বীরম্মু।

শোয়রবদি কয়া খুদোংচারোই।" বিরেন ব্রা ঙাঙবা থোক্তনা ইক-আক তৌদুনা লৈহৌখি। মমায় মুশিন মুনা কাহৎখী।

বিরেন ব্রা লান কয়া ঙাঙখিদ্রে। নোংমা চুপ্পা অমা মুন্না খল্লগা মানা তৌগে হায়না লেপখিবা থবক অদু পাঙথোক্লবা শেম শান্দ্রে। মথংগী নুমিৎ নিনিগী মনুংদা মিষ্টি য়াম্না থাজিন্দুনা কা অদু পুংলোই লোইনা শাদুনা ম্নোসেম তৈদুনা লোইশিনখি। পাখঙশিং অদুনা লাক্লপ্পা মরিনী শুবা নুমিত্তা শঙ্গাদুনা মাগী মমাল্লবা মঙা তরা কৌদুনা ইমুং মনুং মচা মশুশিংগা শঙ্গাচাক চামিন্নখি। চাবা থকপা লোইরগা মখোয় ফম্মিন্নদুনা হৈরা ক্রা চাদুনা ব্রারী ব্রাতায় শামিন্নে।

মাগী মরুপ বসন্তনা হায়রকখি— "ঐখোয়গী বিরেন বাবুসি শেলদি পায়দে হায়— অদুগা য়ুমসিদি কয়া থুনা লোইশিনখ্রবা! ঐগীদি চহি তরাশুরে যাত্রা হুনখিবা অদুবু হৌজিক ফাওবা প্লিন্থ লেবেল ফাওবা য়ৌদ্রি মচি লেঙদ্রি। মাগীদি লোইগে নীংবগা লোইবগা হেক্তা মান্নরিবা— শিদবু মহাক ইনাক খুন্দে হায়না কনানা হায়দৌরিনো হায়বা।"

বিরেন মোমোন নোকই অদুগা হায়রকখি।

"খুনববুদি খুল্লিবনিদা— কয়াম খুনবগে য়েংগেরা— য়েংউনেসে— কা অমত্তং শাংহৈরুবদা ঐনা ফংলিবা ময়ামসে।"

অসি হায়দুনা লুপা লাখ অমমমগী দেমাণ্ড লেটর তরেৎ নিপান মখোযদা উৎখি-- হায়খি—

"অমনা এগীনি, অমনা ইউগী, অমনা কে, অমনা, আই এম, 'সিমনা ওগী, অদুনা ব্রাইগী, অমদুমনা জেদকীনি। পূম্নমক মথংগী নিংথৌকাবা নুমিত্তা খঙলেদনা ?"

মখোয়না হংলকখি— "কমদৌবা তারি।"

"ময়ামসি উবদা ঐদি ইনাকখুনবসি তঞ্জরবনে। ময়াম্বু খুনবীনীংলিবরা ?

মদুগী নুমিৎকী নুংদাং অদু বিরেন মাগী শংগাবদা ঙাযরিবা কা অদুদা ফমদুনা য়াম্না কপখি, মথন্তা মরুম মরুম শোনখি— "নুংশিজরবা ইমা লৈবাক মণিপুর অসিদা পোকচবা অসিদা শিজবা— পামজবা, মদুগীদমক্তা অরোইবা য়াহিপ তাঞ্জগে হায়না শাজরিবা কা অসিদা শিবা ফংদবা তারেদকো।"

বিরেন মথংগী নোংমাইজিং নুমিৎকী অয়ুক পুং অহুম তাবদা মাগী নুপীগা লোয়ননা মশাগী টাটা সুমোদু তোংদুনা চৎখি— নুমিৎ য়ুংদ্রিঙৈদা দিমাপুর লাপ্লোকখি। ময়ুমদা মচানুপী অতোনবী লৈহৌখি— অদুবু মখোয় কনা অমত্তা মহাক কদায়দা চৎখিবনো হায়বা খঙদে।

২৭।৫।২০০২

*******

# ১৩

# হিদাক য়োনবী ইবেচা

ইং ১৯৩৬ অদুৱায়গী ৱানি, শৈশা হুস্ফুমরীনা লুপা অমা ওইরিঙৈ, মণিপুরদা মতেক পাই চৎলিঙৈ, পোৎ য়াম্না হোঙলিঙৈ মতমনি। কৈথেন অচৌবা হায়না খঙনবা খ্বাইরম্বন বাজারগী হেক মথংদা মণিপুরগী অনিশুবা খ্বাইদগী চাউবা কৈথেনদি মোইরোংখোম বাজারনি— নরসিং মহারাজগী মচন ইবেম্মাগী অউন কৈথেল্লি। কৈথেন অসিদা পোৎফম ফম্বীনি হিদাক য়োনবী ইবেচা। ঐখোয়গী অবোক চোনুগী পোৎফমগী মায়োক্লবদা মাগী পোৎফমনি। অবোক চোনু পানমনা য়োল্লি। ঐখোয়গী ইপুবোক্লা তোংঙৈ মরিন্দা লেংকোৎতা পুরকই। অবোক্কী পোৎফম মনাক্তা সৌগাইজম ইন্দ্রালনা য়ুবী, হিদাকফু, খোম্বাল য়োল্লী— থংননা ফমই ইরেংবম ইনে, মাদি লৈবাক হৱাই অঙৌবা, মঙ্গল অঙৌবা য়োল্লি। মখোয় য়াম্না চান্নে, মখোয় খুদীং পোৎশিং চৈশিং ফৈ মরমদি মখোয় মখুৎ চাওই, য়াম্না তমই মীকে-মীবম ফজে, অদুনা মখোয়গী কষ্টমর ৱাত্তে।

হিদাক য়োনবী ইবেচা চহি ৩৬ লোম শুরবী মশক মতৌ রাশি লৈনা ফজবী নুপীনী, নোয়সু নোয়দে ময়াঙসু কংদে, মী পীকশু পীক্তে মীজাও মীশাংসু নত্তে, ফুট মঙা খিত্তং হেন্না ৱাংই— পুলৈকুচু লময়ৌবী হায়বা ঙৌসু ঙৌদবা মুসু মুদবা কুচুনি—থীক থা ফন্না মখ্বাং চেংলপ তৌবী নুপীনি; ফনেক ফিদোম চিংখৎনা শেৎলবসু মাগী কোক্তুর ফজনা খঙবী নুপীনি, চন্দন চৱা ফজনা থিল্লি। মশম মনা তরু তরু হাত্তুনা শম্বুন চাউনা পুল্লি—শম্ব া হায়রবদা মী পৃষ্বনা য়েংনীংবী মনাক নক্লীংবী মৌনি।

মচা অহুম শুবে, নুপা অনী নুপী অমনি— লোইনা চাউরে মচানুপী অতোনবী অদু চহি তরেৎ নিপান শুবে। মাগী মপুরোইবা অদু আসাম ব্যাপার চৎলুবদগী নাদুনা লৈবা চহি মরিরোম শুরে। অরুম লাইহৌনি হায়, কালজ্বরনি হায়, য়েংবা ফবা ঙমদ্রে। কুমলাইনা ওইনা ময়ুমদা ফমদুনা লৈরে। ইমুং অদু পুবগী থবক, মচা মশু মহৈ তমহনবনচিংবগী অমদি মপুরোইবা অনাবা অদুগী সেবাতা নত্তনা লাইয়েংবগী ভার মাগী মথক্তা তারবী নোম্বা কনবী মৈতৈ নুপীনি। অয়ুক চাকঙন চাদুনা মচা মৱাগী সেবা লোইরম্লগা কৈথেন থোরকই— পোৎ য়োনবা লোইরগা নুমিৎ তারমদাইদা চান-থক্লবা এঙ্গাং নাপী লৈদুনা হনখি। নুংদাংগী চাক ঈশিং লোইরগা মচা মৱা পীজ পীথকপা লোইরগা হয়েংগী য়োন্নবা হিদাক শুদুনা নুংদাংদুদা শেম শাই। ৱাবনা তপ তাই— ফমুংদা হেক য়াতাবগা তৃম্বগা মান্নে— মঙ মঙদে।

ইবেচাগী হিদাক অশুবা মনম নুংশিনা হাওই, খ্বাইগা মান্নদে হায়না মমিং চৎলি— অদুনা মাগী পোৎফমদা হিদাক লৈবা মী মতম পৃম্বদা ওমশিন্দুনা লৈ। হিদাক তম্বা, শৈশা

লৌশিনবা, অচোইবা পৈশা হন্দোকপা, ঙাইহাক্তা পোত্থাদে। মাগী পিথ্রাই কোম্পাক অনি মীক মীক চোন্না পুথোরকপা হিদাক অশুবদু নুমিৎ তারমদাইদা পূমতেং তেংনা শিংখি— মাগী খুদাংদা পুল্লিবা শেঙ্গাও অদু লুপা ময়েক অচোইবা শিকি অনা পৈশা মতেক পাইনা মীক থল্লি।

ঐখোয়গী বাজি হিদাক য়াম্না থকই, ইপুবোকসু থকই, অবোকসু থকই— য়ুমদা লাকপা মীসু হিদাক ঙাম্বুক অমমম লারৈগা লোয়ননা লানশিন্দুনা থক্লে। অদুনা হিদাক অশুবা, তিকি, ঙাম্বুক, লারৈ কোন্নবা লা, য়ুম খুদীংগী য়াংনদে। মতমদুদা চুরুপ বেরি কয়া থক্লরমদে। থক্লবসু ড্রাইভরগুম্বা আসাম ব্যাপার চৎপগুম্বা কনাগুম্বা খরতনা থক্লরম্মী। চুরুটসু আকবর য়েকপা চুরুট থক্লরম্মী। ঐখোয়গী বাজি ইবেচাগী হিদাক নত্তনা অতৈ থক্তে।

ঐনা অবোক্কী মনাক্তা কৈথেন্দা হেক হেক চৎপদা ইবেচাগী হিদাক অশুবা পৈশা মরী, অনাগী হেক হেক লৈরম্মী। মী অতৈদি পৈশাগী মতেক্কী পাইগী নত্রগা মতেক অমা থাদরগা পাই অমা হঙ্গৎলগা লৈনবনি। অদুনা ঐনা খ্বাইদৈ চাউনা পৈশা য়াম্না হেক হেক লৈবা অমদি অবোক্কী মনাক্তা হেক হেক লাকপদুদা ঐবু হিদাক য়োনবী ইবেচানা মশক খঙই— য়াম্না লুনা তৌই। মাগী মচানুপী অতোম্বী ইবেতোন ঐগী লোঙ্গানি— মাসু মমাগী মনাক্তা করিগুম্বদা হেক হেক লাকপদা ঐগা থেংনদুনা ঐখোয় অনিসু শক খঙনৈ।

হিদাক য়োনবী ইবেচাগী য়ুমদা নিনি মরক হুম্মী মরক থৌবান্দগী চুহি তিন তিন, থৌবাল নুপানা, অদুগা লিল্লোংদগী হিদাক মনা পোলাং পোলাং লীলোং পাঙম্না পুবক্তুনা য়োল্লম্মী। ইবেচানা হিদাক অশুবদা হাপ্লবা মনম নুংশিবা থাও খ্বাইরম্বন খালিফা দুকান্দগী লৈরুই— হিদাক শুবা— চুহিগী চাং— হিদাক অশুবদা হাপ্লা মনম নুংশিবা পোৎ অমসুং মদুগী চাং ইবেচাগী ট্রেড সিক্রেৎনি— মী অতৈনা খঙদে। অদুনা মাগী হিদাক্তা মতম অদুগী হিদাক য়োনবী অতৈদগী থোইনা হেন্না শিংলি। হিদাক য়োনবী ইবোচাগী মিং খ্বাই য়াইস্কুল খুরায় য়াংখৈ শেৎ কায়না খঙবতা নত্তনা মণিপুর পুম্বা থুংনা মমিং চৎলম্মী। মানা কৈথেন্দা য়োন্নবা পুথোরকপা হিদাক অশুবা শিত্তদুনা ময়ুমদা নোংফাদোক হঞ্জিনখিবা থেংনদে।

শেনশিৎ ফবি, হিদাক য়োনবী ইবেচা নিংনিং লাউজবে। ইনাক খুনবী শেল পায়বী লক্তা শীংথানবা য়াওরে। অদুবু মাগী পুন্সি পোলোইদি লাইবক্তা করি তম্লি ? লাইবক্তা তম্বা হায়বসিদি কনখ্রবনি, মীদি লায়রদুনা লৈবাক অমগী মরাইবক ফাওবা পূমওন ওল্লিবনি। মতমনা পুরকপা অওনবা মীওইবা কনা অমত্তনা থিংবা ঙমদে।

চহি খরদংগী মনুং মণিপুর লৈবাক, মণিপুরী সমাজ মওং মরিল নাইদবা মখৈ ওল্লকখি। ইং ১৯৩৭-৩৮ দা য়াইস্কুল পুলিসলেন হয়িং খোঙবান্দা কৈথেল হোংখিবগা লোয়ননা মণিপুরগী অনিশুবা অচৌবা কৈথেল মোইরাংখোম কৈথেন মুৎখ্রে, মদুদগী হৌখ্রে মণিপুরগী দবা। মণিপুরদা চেং তাঙবা ফংলক্তবগী অন্দোলন্দা, খৃঃ ১৯৩৯ দা মণিপুরী নুপীলালহৌ— মদুদগী ইকুই কুইদনা ইং ১৯৪১ দা চুড়াচান্দ মহারাজ থুপখিবা— মদুগী ওল্লকপা চহি মে তাং ১০ দা মণিপুরদা জাপান লান হায়না খঙনবা পৃথ্বিগী অনিশুবা

লাঙ্গাও, জাপানশিংনা ইম্ফালদা বোম থাদদুনা য়ৌরকখি। ইম্ফাল পৃথিবীগী অনিশুবা লাঙ্গাওগী লানফম ওইখি। লৈবাক কায়রে, ইম্ফাল খুস্তাক লানশিরে। পুম্নমক অসি মথং মথং থোরকখি। মণিপুরগী মফম কোচিন কোয়া থুংনা এলাইড ফোর্সকী লাশ্মীশিং—, ভারতকী লাশ্মী, গুর্খা, পাঠান, জাট, রাজপুত, মারাঠা, দোগ্রা, পঞ্জাবীতা নত্তনা ব্রিটিশ লাশ্মী, গোরা ইংলিস, স্কোট, বেলস, আইরিস— আমেরিকান, নেগ্রোনচিংবা অমদি জাপানশিং পৃথিবীগী মী মখল পুম্না শুনা তিন্দুনা বোমতোপ নোংমৈ মখোলনা পুম্নীন নিনখি ঈংনা লৈজরম্বা সনা লৈবাকসি। ব্রিটিশ অমসুং আমেরিকাগী এরোপ্লেনগা জাপানগী এরোপ্লেনগা অতিয়াদা লান থেংনবা, দোগ ফাইট তৌবা, এরোপ্লেন্না বোম থাদবা, এরোপ্লেন কায়দুনা চাক্লুনা তারকপা, পাইলোটনা পেরাচুত্তা প্লেনদগী চোংথরকপা মণিপুরগী মীনা অমুক্তা উখিদ্রিবা কয়া উম্রে। মীচম কয়াসু হেন্দোরকপা নোংমৈ গুলীনা পান্দুনা শিখ্রে।

লান কনশিল্লক্লুনা খৃঃ ১৯৪৪ দদি জাপানগী লাশ্মী অমসুং আজদ হিন্দ ফৌজগী লাশ্মীনা তকশিল্লক্লুনা উক্রু ল, কোহিমা, কংলাতোংবী, পলেল, নম্বোল, বিষ্ণুপুর, নিংথৌখোং, মোইরাংদা ব্রিটিশ এলাইড ফোর্সকা খুৎনা ফংনা য়ান্নখি। তোপ কাপ্লগী মখোল, প্লেন্না বোম থাদবা নোংমা কাংখিদে। মমৈদা এলাইড ফোর্সনা জাপানশিং তকথোকখি অমসুং খৃঃ ১৯৪৫ গী আগষ্ট থাদা হিরোসিমা নাগাসাকীদা এটোম বোম থাদবদগী জাপানশিং মায়থীরে হায়না য়াদুনা অনিশুবা পৃথিবীগী লাঙ্গাও লোইশিনখি। লাঙ্গাও অসি লোইখিবা মতুং চহি অনি লৈরগা ভারত মনীংতমলে। মদুগী মতুং চহি অনি লৈরগা হায়বদি খৃঃ ১৯৪৯ ওক্টোবব ১৫ দা মণিপুরনা ভারত্তা যাওশিন্দুনা ভাবতকী সাসন মখাদা লৈখিবা নুমিত্তগী মণিপুবগী মশক পৃমওন ওনখ্রে। চহি লীশিং অনি হেন্না নিংথৌপানবা লৈবাক ওইরম্বা তোকখ্রে। বুদ্ধচন্দ্র মহারাজ নিংথৌ ওইবা তোকখ্রে। ভারত সরকারদগী পেন্সন প্রিভি পর্স খর ফংলগা লৈপ্রে। মণিপুর ইশানা ঙাকচরম্বা লৈবাক ভারত সরকারদা শিন্নখ্রে অদুগা লোয়ন-লোয়ননা মণিপুরগী মীশিংগী ব্রাখলল্লোন, শাজৎ ব্রাঙাং, ললোন ইতিক্কী মওং, শেন্দান লন্থী পুম্নমক পৃমহোং হোংলকলে। ইবেচাগী পুন্সিসু ফন-য়াম্না হোংখ্রে।

ঐখোয়গী অবোক, ইপুবোক লান মনুংদা শিখ্রে— সৌগাইজম ইমাহল ইরেংবম ইনেসু শিখ্রে। ইমা শিখ্রে, বাজি শোল্লে— ঐহাক লাইরিক লাইশু তম্বা লোইদুনা সরকারগী থবক তৌদুনা চীংদা মান্দা পোষ্টিং তাদুনা কোয়চৎ চৎপা হৌরে। মতমদু ফাওবদা বাজিদি ইবেচাগী হিদাক অশুবা কাউবা ঙমলমদে, হিদাক য়োনবী ইবেচাদি কদায়দা লৈখ্রে ?

মণিপুরনা ভারত্তা য়াওখিবা, ভারতকী সাসন মখাদা হেক লৈখিবা মতুংদা মণিপুরদা পৈশা হুম্ফুমরীনা শাবা লুপা, পৈশা মরী, নিপান্না শাবা অনা লৈখিদ্রে, পৈশা চামনা লুপা শাবে, মতেক পাই চংনখিদ্রে। পোৎকী মমল তাঙবা অসুম অসুম হেনগৎলকখি। মণিপুরদা থোকপা পোৎথোক মথং মথং মুখ্থরকখি— মণিপুরগী মপান্দগী পুশিল্লকপা পোৎনা মণিপুরগী কৈথেল পুম্না তাউরক্লুনা মণিপুরগী থাপ্লবা কোচিন কোয়া থল্লকখি।

লান মনুংদা পৃথিবীগী মফম পুম্নদগী লাক্লম্না সিফায়শিংদু নক্করুবদগী, মণিপুরী মৈতৈ পুম্না চুরুট বেরী থকপা হৈনখে, হিদাক থকপা হৈনরক্লে, তোক্লরকলে। কনাগুম্না

মী অমা যুমদা লাক্লবদি হিদাক ঙাম্বক অমত্তং হাল্লগা লারে কোন্দুনা লানশিন্নরম্বা অদু তোক্তুনা চুরুট বেরী মৈখেৎ ওইনা লানশিন্নরে। খুৎ মোংপা জনজাল ওইবা হিদাক হানবা তোক্লরকলে, ঙাম্বক হিদাকফু ইউ উরক্লে— ফুঙ্গাদা রাই ওমদুনা মৈ য়োকপা তোক্লগ্রে— মৈখেৎনা শিনগ্রে। সার চুড়াচান্দনা থকপা কেপস্টেন চরুট মথী খুনবা লাক্লবগী মতম লোইগ্রে। চুরুট বেরী মখল মখল মণিপুরগী মপান লমদগী পুশিল্লক্তুনা মণিপুরগী কৈথেল থল্লে।

অদুবু ঐখোয় বাজিদি হিদাক নত্রবদি থক্তে, মৈতৈ থুম নত্রবদি চাদে, মৈতৈনা শাবা খুরুম নত্রবদি তোংদে— মৈতৈনা শুংবা খরী থাক্লবদি উতি চাদে। অদুবু পূম্নমক অসি হৌজিক মণিপুরদা য়াম্না তাঙনা ফংলে। অদুনা নোংমা ছুটি নুমিৎ অমা ঐহাক হিদাক অশুবা লৈবা শিংজমৈ কৈথেল্দা চৎলুই। অওইবনি শিংঙুৎ শীংনাং, ই য়োনফম কৈথেন ওইরম্বা তেখাও পাত্তা থরো থম্বাল শাৎলম্বা কৈথেন মচা অদু মোইরাংখোম কৈথেল মুৎশ্রবা তুংদা অচৌবা কৈথেল ওইরকখি, তেখাও পাৎ ফুমদুনা মথক্তা বাজার পোৎফম শেম্লকখি— অদুগুম্বা পোৎফম অমদা মতম কুইনা উনখিদ্রবা ইনে ইবেচা হিদাক য়োন্দুনা লৈরম্বা থেংনরুই। ঐহাক হাইফেৎ ঙকই— মশাগী চহি হুম্ফু শুদৌরে হায় অদুবু শকফমদি হান্না মোইরাংখোমদা উখিবী, চহি ৩৬ তা ঙাইরিবা মতমগী শকফম অদুদৈ পঙওন ওল্লমদ্রি— ঐনা মনাক্তা চঙশিন্দুনা হংখি—

"ইনে, ইনে ইবেচা নত্রা?"

মহাক্লা ঐঙোন্দা মুন্না কুইনা য়েংলগা হায়রকখি— "ইয়াদি ওম্বোক্লা চাউরমলেদা, কম কম তৌরি ফম্মু সিদা রারী ঙাইহাক শাখিশি।" হায়রগা মোরা মচা অমা থারকখি।"

মাগী পোৎফম অদু মোইরাংখোমদা তৌবগুম্না চিন্দে। অরেবা মী কয়া লাক্লে— য়াম্না কোমই। পূং অমরোম ফমদুনা রারী শারিঙেদা কষ্টমর অসি অহুমদগী হেন্না লাক্লে।

ইনেনা মখা তারকখি— "নখোয়গী তাঙাংদি কমদৌরি— না য়েক্লা?"

"বাজিদি খর শোল্লে— বাজিনা ইনেগী হিদাক অসিতা শোন্দুনা লৈ, লুপা মঙা খক্তগী য়োম্বিরকউ।"

হিদাক য়োম্না য়োম্না ইনেনা হায়রকখি— "হোয়নে, ইনমবেম্মা হেক লৈখিদঙেদগী তাঙাংদো ইশোন শোম্বুগ্রবনি।"

"ইনে ! ইচন নুপী ইবেতোন লুহোংগ্রবরা ? লান মনুংদা কদাইদা চেল্লি— করম করম লেল্লকই।"

"ইবুঙো! লান মনুংদা ননেখোয় কোদোম পোকপীদা চেল্লি ! ক-না হৌবা মফমদা লৈরদি হিংনি হায়নদুনা। ঐবু ইনাক খুল্লি হায়না শন্দোকপীবা য়াওদুনা লুট লাক্তুনা শেম্বুম সনা নুংনা লীক কোন খর লৈজবদু লোইনা মুনবীগ্রে। নখোয় মামসু লানচেনবা মতুং চহি ফাদ্রিঙেদা শিগ্রে— লৈখিদ্রে। লান মতুংদা ঐগী কারবার কাং-খোং চাইগ্রে। অদুবু বুদ্ধচন্দ্র মহারাজনা পাল্লিঙে মতম ফাওবদি য়াইমরপ ওইনা ঐগী হিদাক য়োনবগী কারবার অসি খর কান্নরম্মী।

বুদ্ধচন্দ্র মহারাজনা পানবা তোকখিবা চহি অনিরোমগী তুংদগী কারবার অসি ময়েং খংতা তারকখি। হৌজিক মণিপুরদা হিদাক মনা থাখিদ্রে— যৌবালদা চুহি শুংখিদ্রে— অদুনা মৈতে মনা, মণিপুরগী চুহি শুকফং ফংখিদ্রে। হৌজিক হিদাক মনা গৌহাটিদগী লাকই— চুহিগী মহুত্তা শিজিন্নরিবা চিনি গুর অসিসু মপান্দগীনি, অদুনা হিদাক অশুবা অসি হান্না চঙলম্বা খরচ্চতগী শরুক তরা হেন্না চঙলে— য়োনবদা শেল ইতোং তোংদ্রে। খালিফাসু পাকিস্তান্দা চৎখিঙেদগী হিদাক অশুবদা হাপ্পবা হিদাক মনম নুংশিবা মাগী অদুগুম্বা অমত্তা ফংদবদগী হান্নগী মহাও অদুসু য়ৌদ্রে।"

অসি হায়না হায়না হিদাক অশুবা অদু লুপা মঙাগীনি হায়দুনা লাদা য়োন্নগা ঐঙোন্দা পীরকখি— মদু লান মমাঙদা মোইরাংখোম কৈথেন্দা মতেক অমগী তন্নকখিবা অদু য়ৌদে। য়ামখিদরে।

"ইনে হৌজিকপু হান্নগী পোৎশিত্তু য়ৌদ্রবরা?"

"কদায় য়ৌদগে— নঙ অশুক কুইনা ফল্লিবসিদা মী কয়া লৈবা লাকপগেনে ?

হৌজিক মণিপুরগী মী পূম্বা চুরুট বিরি লোইনা থক্লখিবদগী হিদাক ইথক থক্ল দ্রবনি। নখোয়গী তাঙাংগুম্বা খরতনা অদুক থিবিরকপা মঙায়রে। নঙবু হিদাকফু ঙান্থক কয়াম উরিবগেনে ? অদুনা ঐহাক কয়াম কুইনা হিদাক অশুবসি য়োনখিগদগে খঙদ্রে।"

ঐহাক্না ইনে হিদাক য়োনবী ইবেচা উনরম্লবা মতুংদা তেংনৌপল তমেংলোংনচিংবা মফমদা পোষ্টীং তাদুনা চহি কয়ামুক লৈরুরে ঐনা তমেংলোংদগী ইম্ফালদা পোষ্টিং তাদুনা হল্লকপা মতম খৃঃ ১৯৬৮ গী অদুব্রাইদা ইনে ইবেচা হিদাক য়োনবীগী পোৎফম মুৎখ্রে। থংননা ফম্মিনরম্বীশিংদা হংবদা "কুইরে কৈথেন কারত্তবা থা মঙা তরুক শুখ্রে" হায়। ঐবু পোকপা বাজিসু লৈখিদ্রবনা হিদাক থকপা অমা ফাওবা য়ুমদা লৈতবনিনা হিদাক অশুবা লৈরুবগী দরকার লৈরমদে। অদুনা হিদাক য়োনবী ইবেচা অমুক নীংশিংলুদ্রে।

ঐনা তমেংলোংদগী হল্লকখিবা চহি তরা মুক্কী তুংদা খৃঃ ১৯৭৮ দা ঐহাক সেনাপতিগী দিপুতি কম্মিসনর ওইরে। নোংমা ঐহাক সেনাপতিদগী ইম্ফালদা লাকখি— নুমিৎ অদুগী নুংথিল পুং মরি মখায় তাবদা ঐহাক ফৈদিঙ্গা থোং য়ৌরকই— মপাল ইপান থোক্কে হায়দুনা গাড়ীদু থারগা ঐহাক কুমথদুনা তোবর্বান লোমদা চৎলম্মী— তোবর্বান মথক অদুদা মৈতে নুপী খর তুরেন্দগী লৈঙোই পেক্কুনা হোনগৎলম্মী, নুপী খর অমনা বালু সিংগল অদু ত্রকতা হাপকৎলম্মী— মখোয়গী মরক্তা ঐনা খঙবা খর অহল ওইশিল্লবা নুপী অমা উদুনা কনানো হায়বা খঙনবা মনাক তান্না চঙশিল্লম্মী— অদুগা নুপী অদুদা হংলম্মী— "ইনে ইবেচা নত্রা?"

"মানি ইবুংঙো ! হৌজিক কদায়দগীনো।"

"ঐ সেনাপতিদগী লাকপনি— করিনো ইনেনা তৌরমলিবসিদি?"

"অসি নত্রবদি করিদি তৌনি ইনেদি?"

"ইনে হিদাক য়োনবদুবু শুককান কান্নদ্রবরা?"

"ইবুংঙো মীনা পান্নদ্রবা লৈবিদ্রবা শিত্তবা গোৎ, মীরৈবাক্তগী লৈবা গোৎনা শেন্না— মমল হোংনসু য়োনবা গুমদবা অদু অদুম য়োন্দুনা লৈরবদি চন্না হেন্দুনা শিবা তাবনি।"

"ইনে নঙগী নচা নুপা অনি অদুদি ?"

"অহল অদুনা কানি চাবদগী শিগ্রে, মাগী হাক্তক্তা লৌ ঈংখোল লোইনা চৎখিবনি— মানা পোক্লম্বা ইশু অঙাং অনি লৈরি। মাগী নুপী অদুসু মচা হন্দোক্লমদুনা ময়ুম পানগ্রে।

নয়াম্বা অতোম্বা অদুনা লৈনুংদা লৈগ্রে, মাঙগ্রে কদায়দা লৈগ্রবগে হায়বা খঙদে। নচন নুপী ইবেতোনসু হাকুম লৈখিদ্রে— মচা অঙাং অমা থনম্মী— ইশু অহুমদুগা ঐগা লৈমিন্নরি। য়েংউ ইবুংঙো— সিদা য়াওরিবা মৌনহা শিংসে— ফিরোন শাবদা মখুৎ হৈগ্রবা ঙাক্তনি— অদুবু মখোয়না শাবা খুদৈ অরাংবা, ফি মতেক কনামতা শেংন ইন্নদ্রবনিনা লৈবিনবা লৈত্রেদো— মহৌশা কোয়েৎ মচা খর শারগা য়োল্লম্বসু কানিয়ানা লৌবিদ্রেদো— মণিপুরগী মীশিংনা মণিপুরদা থোকপা অমত্তা শিজিন্নদনা মাপন্দগী পুরকপা মিলগী ফি— মোরে মতেক্লম্বনা, লুঙীনা হেন্না পাম্নগ্রবনিনা— শুফম নোমফম লৈত্রেদো— অদুনা ঐনা ঐনা হৈজবা শিনফম মাঙগ্রবনিনা হিংননবা অসুম তৌবা তাবনিনে ইবুংঙো।"

১০।৪।২০০২

*******

## ১৪

# নুঙাইবনিদকো মণিপুর হায়বা লমদো

** জ্ঞানেন্না জেনেরেল ইভান্স অমসুং এন্টোনী ব্রেট জেমসনা ইবা ইম্ফাল হায়বা লাইরিক্তু পাকবদা থেংনখি—*

"কোহিমাদগী মাইল হুস্ফু লাক্লগা কাংপোকপী লৈ। মফম অদুগী দৃশ্যদি চীংঙাক্তনি— মদু উরুরগা স্কোটলেন্দ নীংশিংলকই। মফম অদুদগী লম্বী অদু ইম্ফাল তম্পাক তান্না চীং— লোকচপ অমদি উয়ুং পাম্বী পরেং পরেং হৌরিবা অদুগী মরক্তা হাইথখি।

ইং ১৯৪২ গী নীনীচনবা নুমিত্তা ছুটি মনুংদা ইম্ফালদা মরীমতাশিংগা লোয়ননা লৈরম্বী, ছুটি লোয়রদুনা ভারত্তা হল্লক্লীবী, আর্মীগী মেট্রোন অমা হৌনবী মতুংইন্না গাড়ী খামদুনা লম্বীগী চেক পোস্টতা রিপোর্ট তৌবিঙেদা রোয়াল ইঞ্জিনিয়ারশিং অৱাংলোমদগী মফম অদুদা হেক থুংলৈ।

মখোয়না মঙোন্দা হংবদা মহাক্না খুন্নকখি— মহাক ইম্ফালদগীনি, মফম অদুদা মখোয়না "পৃথিৱিসিদা লৈবা অপীকপা স্বর্গ অমা ফংগনি।"

জ্ঞানেন্না খনখি— "চুস্মীকো মখোয়না হায়রিবসি। অদুবু হৌজিক্তি কমদৌরবা?"

দ্বাপুর যুগ লোইরকপদা লকেখিবা ঋষি দেমোক্রেসীবু থৌৱা শারুদবদগী ঋষি অদুগী শাপ্তুগী অপীকপা স্বর্গ অসি হৌজিক্তি হিংচাবশিংনা খুদুম চনখ্রেদো। লৈখা তারবা লাই মচাশিংনা হিংচাবশিংগী মীচঙ চঙদুনা ওৎ নৈরকপা, মাঙহন তাকহল্লকপদগী উ-ৱা হৌরক্তবী, লৈশু শৎলকত্রবী, হৈরা পানবা ঙল্লক্তবী, উচেক ৱায়া লৈরক্তবী, অপীকপা স্বর্গ অদু নরক্কী লম ওইরকখি।

চহি কুন শুরে দিল্লি মনাক্তা লৈবা ফরিদাবাদতা লৈরকপা। কালেস্থানি— দিগ্রী ৪৬-৪৭ মৌরে; নুংশিৎ অশাবা শিৎলি থোঙ হাংদোক্লবা য়াদে। নহাল মখেদি এয়ার কণ্ডিসন তৌরবা কাদুদা অশাবা খঙদনা লৈরম্বনি। ঙসিদি অয়ুক্তগী হৌনা ইলেক্ট্রিক লাকখিদ্রে, ভারতশিনবা থুংনা লেবর স্ট্রাইক তৌবদা পাউৱার ৱার্করশিংসু য়াওদ্রে। এসেন্সিয়েল সার্বিস রুল কান্নখিদ্রে।

ফরিদাবাদকী ফ্লেট অমগী অপীকপা কা অমদা ওলাং থাগী মৈশা খাঙলি মচা অঙাং অহুমগা লোয়ননা শগোলসেম জ্ঞানেন মতে মনাও। মাগী নুপী লক্ষ্মী-ফারিদাবাদকী ফিয়োনবা দুকান অমগী সেলস গার্ল ওইনা থবক তৌরি। মহাক মশানা হারিয়ানাগী অচৌবা থিকাদার অমগা পার্টনর ওইনা থবক তৌরি। মহাক অসুক কুইরবসি মণিপুরদা অমুক ফাওবা চৎলুদ্রে— মণিপুরগী মী অমত্তনা— মাগী ইমুং মনুং মরী মতা ফাওবনা— মাগী লৈফম খঙদে; মা কদায়দা লৈরিবগে হায়বা মণিপুরদা কনা অমত্তনা খঙদে।

ময়ুমগী কাদগী মিহুৎ থোঙলোমদা য়েংলুরগা জ্ঞানেন্না হায়রকখি– "য়েংউ ! নুমিৎ য়ুংলমদাই য়ৌরবা শারবা নুংশা মরক্তা ছরক্তা থবক শুরিশিংসে। মখোয়সিদি ষ্ট্রাইব য়াওদবা জাৎলা?"

"হোয়নে, মখোয় হারিয়ানাগী মীশিং অসিবু মউন অসি শামুগণ্ডা মুক থাব জাৎলা ? ঐখোয়দি উরুমদা য়ুম্নুংদা লৈমায়দা ঈশিং হৈদোক্তুনা লৈরবা ফাওবদা খাঙব ঙমদ্রে।"

"ঐখোয়বু মফমসিদা চহি কুন হেন্না লৈরক্লবনি; অদুবু হৌজিক ফাওবা অশাব খাঙবা ঙমদ্রি– হৈনদ্রি। মখোয়দি কয়াদা নোম্বা কল্লিবা।"

"থবক শুবগী মতাংদদি ঐখোয়না মখোয়দগী তম্লীংঙাই য়াম্না লৈ। ঐখোয়গী মণিপুরদদি শারবদা দিগ্রী ৩১-৩২ দগী শুকহেন হেন্দবনি, নুমিৎ হাইগৎলকপদা থবব শুবদি হায়রুনু–লম্বীগী নাকন্দা উরুমদা হুমায় পায়দুনা লৈনি, উইদুনা ৱারেম ঙাঙদুন লৈনি।

"অদুই হায়রুরদি মফমসিগা য়েংনরুরবদি ঐখোয়গী ইমা লৈবাক মণিপুর সনা লৈবাক্লীকো, অওইবমক স্বর্গনি– কালেন্থা নিংথমথা– এয়ার কণ্ডিসন দবকার শুক্লৈ লৈতবনি।"

"অওইবনি, কালেন্থাগী মতমদা নুংশা মরক্তা চৎলুরবসু, লাংবন থা লৌচি কোয়বা ঙমদবা মতমদা, নুংশা মরক্তা চংলুরবসু উরুমদা হেক চঙবগা খংইং ঈংলিবনি– অঈংবা নুংশিৎ লিরি লিরি হুন্নকলিবনি। কদায় শ্বাইদদি উরুম ৱারুম হায়বা লৈতে, নুংশিৎ অশাবা হুং হুং; হুমাংনা মহী চেনবতা নত্তনা স্বর ফুল্লি। ঐদি ওন্থোক্লা হৈনখিদ্রে মাই পাবুং।"

"স্বর্গমক্লি ঐখোয়গী লৈবাক্তো। চাক য়েন্সাংনা হাওরিবা– ইচম চম্বা কাংশোই, উতি, চম্ফুৎ, ইরোম্বা, শিঞ্জু পঙহাউদা হাউই– নঙবু কাউরবরনে– হঙ্গাম পেরে চম্ফুৎ, অলু য়োংচাক ইরোম্বা, হৈবীমনা শিঞ্জু, পেরুক কংশু, উসোই কংশু।

"অস! মদুদি– তিনদুম চোরকই।"

"ঐখোয়না অঙাং ওইরিঙৈদদি য়াম্না নুংঙাইরম্মীদা, স্বর্গদা স্বর্গনি হায়বা য়াই। য়াওশং থাবল চোংবা, চীংগোই বারুনী, চৈরাওবগী য়েন্সাং মথেল– কাংগী জয়দেব– খুবাক ঈশৈ, ঝুলনগী নুপী পালা– কৃষ্ণজন্ম থরো চাবা, লিক্লোন– মেরা থাগী কথা কীর্ত্তন্দা নবাব, শোলোম, চম্প্রা, কমলা চীংমুক ৱাংনা পৈবা; বেরাই কীর্ত্তন হরিনাম্না পুম্নীন নিল্লম্বা– চৎলু চৎলুবা মফমদা অতিঠিবু লুনা তৌরম্বা চাখো থকখো, অতিঠি সেবাবু লাইগী সেবানি নীংনরম্বা থাদুনা লোইবা নত্তে– পোৎচৈনা হোংলমলিবা। মতম চাদনা শিবা, হাৎন শুনবা, লুটপাৎ অমত্তা লৈরমদে। চান-থক্লবা মরাঙ কায়না ফংলম্মী, অয়াম্বা মী লায়ররবসু চরা হেনবা লৈরমদে– চাক্লী-ফিনিবা উরমদে, নিবা ইকায়নরম্মী, পুক্লীং ঈংনা লৈতানা লৈনরম্মী। নিংথৌগী সাসনবু কিনা লুনা লৌনরম্মী– ঈংনা নুংঙাইনা লৈরম্মী। অদো– ঐনা হায়রিবসি মহারাজ বোধচন্দ্র শিবা মতম অদুৱাইফাওগী ৱানি। নঙবু করিমত্তা খঙহৌদ্রবরা ? মহারাজ শিবা কান্দা নঙবু চহি কয়া শুরে।"

"ঐ মতমদুদা চহি মাপল/তরা শুরে; অদুনা ঐসু খরদি খঙহৌই।"

"জাপান লানগী হেক মমাঙগী বা ইমাখোয় বাজিখোয়না তম্বদি সিদগী য়াম্না হেন্না নুংঙাইরিঙে মতমনি। পোৎচে চান-থক্লবা হোঙবদা মপা লৈতে— মতেক পাই চৎলি— পৈশা অমগী ঙাতোন নিফু য়াংখে তৌই হায়, শরেং অমদা পৈশা অনি মতেক পী হায়, ফৌ শংবায়দা মখায় অমত্তা পী হায়। মতমদুদা হাউর হাউরবা ঙা থরাক, খাবক, ঙাহৌ, ঙানোই, পেঙবা, ঙাতীন, ঙাক্রা, ঙমুনা মরাং কায়রম্মী— চেঙসু ফৌরেন অমুবী, ফৌরেন— মোইরাংফৌ, কুম্বীফৌ ফংলম্মী— অহাওবা চাক ইলাং মশীং থানবদা— কুম্বীফৌ অনৌবগী চাক্কা ঙাতোন অতেকপা থোংবগা হায়নরম্মী। অহাউবা ইলাং মশীং থানবদা— লৈতাঙগী শরেং, খারমগী য়োংচাক, ত্রোং লাউবীগী ঙাকীজৌ, পুখাও লাইথ্রোই, মাউহীংগী য়াইপল, লাই মতোনগী লফু অসিনচিংবা হায়নরমলিবনি। অদুবু হৌজিক্তি হায়রিবশিংসি অমত্তা ফংদ্রবনি। কুম্বীফৌ ফৌরেন ফৌরেন মুবী থাখিদ্রে— চিনা কেডিনচিংবনা শিনদ্রে— পেঙবা, থরাক, ঙাহৌ, ঙানোই, খাবক, শরেং অমত্তা উদ্রবনি— মপান্দগী পুশিল্লকপা কিলো ঙাতা ঙায়রবনি— মণিপুরগী অহাওবা আলু অঙাঙবা, হরাইথরাক মরু অচৌবা ফংদ্রবনি— বিহারদগী পুরকপা হার হাপ্পা মুন্দবা ঈশিং চঙবা আলু— চাবদা হাওত্রবা অদুতা মফংলবনি।"

"অদু ওইরফাও য়োংচাক্কা আলুগা ঈরোম্বদি অদুম হাওরিদা, শ্বাইদা তৌ-শারিশিদি চাক্রেদনা অমগা অমগা অমত্তা শম্নদে, য়েল্লাংনে— হায়য়ে ঘীগী ঘী, থাওগী থাও মক্তা— চাভম থকফম খঙদে— ঐখোয়বু কৈদৌঙে সনা লৈবাক মণিপুরদা চংকবা ?" লক্ষ্মী নুংশা মপী হোল্লি।

জ্ঞানেননা মখা তারকখি— "নঙনা খঙলিদুনি মণিপুরনা ভারত্তা খৃঃ ১৯৪৯ দা হেক য়াওখিবদগী মথং মথং হোংলকখিবনা মণিপুরগী রাজনিটি, সামাজিক অমদি শেন্থুমগী ফিভম ঐখোয়না ইং ১৯৮০ দা মণিপুর থাদোরকপা মতমদুদা ফাওবা পূমওন ওনখ্রবনি। অরিবা সভাতা মুৎখ্রবনি। অনৌবনা মহুৎ পূমশিন শিনখ্রবনি। হৌজিক্তি অমুক্কা হেন্না পূমহোং হোংলম্লগনি।"

"ফনা হোংলবা, ফন-ওল্লবা ফাওবদা মফম সিদৈদি ঐখোয়গী ইরমদম স্না লৈবাক্কা ওম্থোক্না হেন্না নুঙাইখ্রবনি। মফমদুদা অমুক হন্না লৈজবা ফংলরোইদ্রা?"

"লক্ষ্মী! নঙবু খঙদ্রা ? ঐগী আশা মফমদুদা পোকচবা মফমদুদা চাউজবা মফমদুদা শিজবা হায়না খঞ্জবনি অদুবু থবায়দগী হেনবদি লৈবরদো ?"

"কন্না হোৎনজদুনা লোন্নচিংবা লৌজদুনা চাবা মচেৎ তুম্বা মচেৎ হোৎনজদুনা খর খর নিং নিং লাউজরক্লবা মতমদা অমত্তসু নত্তনা অওইবা ওইদবা মখোয় কাঙবু কুনমুক্লনিদো অমমম্না ঐগী লৈজরিবা পুম্বদো লোয়না লোয়না পীমু পীদ্রবদি হাৎকনি হায়বদো। অমা লাকই এ নি, অমা লাকই পি নি, অমা লাকই কে নি, বাইনি, ইউনি, ও নি হায়রৈ— করম্বনা অচুম্বনো করম্বনা অশাবনো অদুসু খঙদে। নোংমা কাংদে শেন তোনবা থৌবদু মঙাই।

ঐসু কন-য়াম্না পীদুনা হোৎনজবনি অদুবু অমত্তা নত্তবনিনা মখোয় ময়ামদু পীবদা ঐগী কারবার মুৎখিবনি, লৈবা ঙমদবনি— অমদা হেক পীরুবদা অমসু অমসু মখুৎ লোইনা শাংদোরকপনি। মখোয় কাওবু ময়ামদু পুনশিল্লগা অমত্তা ওইরবদি— অমদি অমদুদা ঙমজবা খর পীরগা য়াবা ওইরবদি ঐখোয় মণিপুরদা অদুম লৈজবা য়াবনি। গতি লৈমল্লক্তদুনা মখোয়গী অহলদু অমুক্তা উনজগে অমুক্তা হায়নজগে হায়বা ফাওবা য়াদবনি। অহলগী য়াথং অমখক্তং পুরগা লাকইবনি হায়বা ব্রাণ্ডাং শাণ্ডাং লূদবা ত্রিগর হেম্নী হংলাইশিং অদুদি ঙাঙন শানবা য়াবা নত্তে। মখোয়গা করিগুম্বা ঙাঙনদুনা অহল উনবা চৎলুরবসু অহলদি উনদনা অশিবা ওইনা হল্লকপা য়ারিবনি ? মরমদি অহল অদুদি মফম মতম য়েংদনা পঙউ উনবা য়াবসু নত্তে। নঙনা খণ্ডলিবদুনি অরাংথংবগী তাদ অদু মখোয় অনি অহম্না অহল উনবনি হায়না কৌথোক্তুনা পুম্নগা নোংঙানবদা আ-লৌবুক ময়াদা শিদুনা তারম্বদো।

ঐগীদা শেল লৌবা লাকপা কাওবু অমা আর্মী পেট্রোল পার্টি অমগা থেংনরুদুনা মখোয় অহুম শিখিবা অদুবু ঐনা পাউ পীরুবনি হায়না মরান শীরিবনি। অদুগা ঐখোয়গী থরায়বু তেমশিংনরকপদগী ঐখোয় তঙাইফদনা মণিপুর থাদোক্লকপা নত্তবরা?

"হৌজিকসু ঐখোয়না লৈরিবা মফমসি হেক খণ্ডবদা মখোয়না মফমসিদা থিবা শোয়দনা লাক্কনি— অদুনা মণিপুরগী মী অমত্তা উনদনা লৈরিসিনি। ফিভমসিদা হৌজিকপু ঐখোয়না মফমদুদা করম হল্লুনি—ইবেম্মা, পৃথিবীসি য়াম্না চাউবনি— নঙনা লৈরিবা মফমদু নয়ুমনি। কাছারদা, তখেন্দা হৌজিক লৈরিবা মণিপুরীশিং অসি অসুম্না তৌবদগী লৈখিবা ঙাক্তনি, হিংগে হায়রবদি অদুম খাঙবা তাবনি।"

"অদুবু চহি কুন হেল্লক্লবনি, ফিভম ওল্লম্বসু য়ারে হল্লসিবা কৈদৌগে ?"

"ফবদি লায়রদুনা ফত্তবা, অরাবদি অমুক্তা হেন্না হেনগৎলক্লবনি। উরা খর হৌজরম্বা জঙ্গলগী পোৎখোক মতীক চানা লৈরম্বা, চাবদগী হেন্না লেম পানা ফৌচেং থোক্তুনা মীরৈবাক্তা ফৌচেং থাদোক্তুনা শেল তাল্লম্বা মণিপুর ভারত্তা য়াওবা চহি য়াংখৈসিগী মনুংদা উরা পুম্বা পংয়ান্দা য়ান্দুনা য়োম্থোকপ্রে— অমুক হন্না উ থাদ্রবনা চীং পুম্বা মরু কোকলে, অদুনা নোং খিত্তং হেক তাবগা ঈচাও থোকলে, নীংখায়দুনা চীংদগী চেম্থুরকপা লৈবাক্লা পাৎ পুম্নমক ফুল্লকপদগী হেন্দোক্তুনা লোক্তাক পাৎ ফুনগৎলক্লবনি, চহি খর লৈরবদি লোক্তাক পাৎ ফুনখিদুনা মণিপুরগী ইকোলোজি পুংওন ওনখিদুনা মণিপুর তমপাক লৈকংলা ওইরকদৌরিবনি। মসি মণিপুরদা লৈরিবা মী অমত্তনা ভাব তাদ্রিবনি।"

"করম হায়না তাদৌরিনো— লালহৌবগী ঈরাংনা থল্লবা, হোরেল হয়েং খণ্ডহল্লবা, মপানগী অমসুং লৈনুংগী সরকার ময়ামগী, করম্বা সরকারগী য়াথং ইনগদগে হায়বা খণ্ডরবা চমম্নরবা প্রজাশিং মতম পুম্বদা থরক হুনগক্তুনা লৈরবা চরা হেনবা হৌরকলবা কাওবুনা মদু খল্লুবা শংবা নত্তে।"

"অওইবনি হৌজিক্তি য়াম্না ওল্লবনি মরৈবাক নীংবা লালহৌবা কাওবু অমা অনিতা ওইরম্বদগী হৌজিক কুন কুম্থ্রা শুরবনি— শাগে জাৎ খুদীংগী লালহৌজুপ লৈরবনি। অহানবদা অঙম্বা খর খর দান তৌবিয়ু হায়রম্বদুনা হৌজিক্তি অকক্নবা মশীং পীদবা য়াদ্রে

পীদ্রবদি খুদোংচারোই— হায়না কোয়দুনা মুন্দুনা লৌরবনি। নহান মখে মহাত্মাগী মতুং ইন্দুনা মরু ওইবা ইসুদা সত্যাগ্রহ তৌরম্বা স্ট্রাইক তৌরম্বা, বন্দ তৌরম্বদু হৌজিক্তি বন্দ স্ট্রাইক, রোদ ব্লোকেদনা নোংমা কাংদ্রবনি-'শান্নবদা' গোল চল্লি চন্দে— সরকারগী কর্ম্মচারী কনাগুম্বা ত্রালফর তৌবা য়ারোই হায়বগী বন্দ স্ট্রাইক ব্লোকেদ— তৌরবনি— হৌজিক্তি তোয়মল্লদুনা বন্দ ব্লোকেদ স্ট্রাইক য়েংবদুম চংনরবনি— কুশ্মে ওইরবনি।

বন্দ অমা স্ট্রাইক অমা তৌবদা নোংমদা জাতিগী লম্ভুম কয়া মাঙবা নেসনেল ইকোনোমী কয়াম হম্থরকপা কনাসু খল্লুদবনি।

কাঙবু কয়াগী দেমাগু খাঙবা গুল্লক্তদুনা শেম্বোক লম্বী ওইরম্বা, মণিপুরগী আয় হেনগৎহল্লম্বা ইন্দষ্ট্রি কয়া মুংখ্রে। অদুনা মণিপুরগী শোম্বোক লম্বী পুম্বা মুৎশিল্লক্তুনা কেপিটেল লেপ্রে চেনখ্রে— শেল সার্কুলেং তৌদ্রে, তৌনিংঙাই লৈদ্রে। অদুনা মণিপুরগী প্রজা পুম্বা মেমে খোংলবনি। খিম্বা ঙায়রে প্রজাপুম্বা চরা হেল্লক্কদবা।

অসিগুম্বা অবস্থা অসি য়ৌরবা, চানবগীদমক্তা চেঙনী খুজাই পায়দুনা চংলবা মতমসিদা— মণিপুরদি ভারতকী কেপটিভ মার্কেট ওইরবনি। মণিপুরগী মপান্দগী পোংচৈ হেক লাক্তবদা মণিপুরীশিং চরা হেন্দুনা শিবগী ফিভম য়ৌরবনি। ফিভম কা হেন্না শোক্লবনি। সিগুম্বা ফিভমসিদা হিংননবা অঙম্বা খরনা ময়ুম থাদোক্তুনা চেনখিনি, ঙমদবা অয়াম্বা কাঙবুনা চাক চরা অমগীদমক ওনশিন্নদুনা মুন্নগনি শিমিন্নগনি। মতমদুদবু কনা কনা হিংখিগদগে? মতমদুদা মখোয় কাঙবু পুম্নমক গৌরমিঠাই মীশিদা তুমখিবসু য়ারিবনি।

"ইনীং তমগনি— মণিপুর স্বর্গ ওইহনখিনি হায়না হোৎনরিসিবু ওইররোইদ্রনে।"

"তাউনে চাওবী— নীংতম্বা হায়বসে মীপালতাংদবনি। রাজনৈতিক নীংতম্বা ফংলবসু ইকোনোমিক নিংতম্বা ফংদ্রবদি মদু মপুংফাবা নীংতম্বা নত্তে। চাক্নী ফিনিবা শেম্বোক লৈত্রবা হিংননবগীদমক মীখোঙ পায়বা তাবা মীশিং অদুনা করম্না কৈদৌঙে মনীং মখা তমগদৌরিবনো?

মীপাল তাংদবা মীনা মনীং তম্বনি মীপান তাংলোই হায়রবদি নোম্বা কনবা তাবনি— নোমদি নোমদনা নিরগা, হুরাল্লগা, মুল্লগা কয়া কুইনা হিংগনি— নোম্বু নোমদ্রবদি পোং অমত্তা স্বর্গদগী তারক্তবনি। শারবা নুংশা মরক্তা ছুরক শুরিবা হরিয়ানাগী মীশিংসি য়েংউ— নোমলিবনি মীপান তাংদনবা।

অদুনা খল্লুরনু অমুক— মণিপুর অদু স্বর্গ অমুক ওইদ্রবনি— হিংচা য়াইতম্বনা খুদুম চনখিদুনা নরক্নী লম ওনখ্রবনি। লৈরিবা মফমসে নয়ুমনি খল্লু।"

"অদুম ওইনমক— মীনা হিংচাবা ওনখ্রবসু— মণিপুর হায়বা ইরমদমদু— নুঙাইবনিকো স্বর্গনিকো— শিবা তারবসু মফমদুদা শিরুশিবা।"

এপ্রিল, ২০০২ ইং

*******

# ১৫

## হিংবমুক নুঙাইবা লৈবরা ?

হিদংময়ুম অমুবা শর্ম্মা চহি চামা শুগদবা অনিতা মঙাইরে। মাগা হৌমিন কামিন্নবা মরূপ মপাং অমত্তা লৈত্রে, লোইনা শিগ্রে। মহাক মশামক চখোক খোক্তোকপা ঙমদনা ফমদুনা লৈরকপা চহি কুন্থ্রা হেল্লকলে। মাবু থাংদোক থাংজিন তৌদুনা ইরুমাইথজবা, চীন য়া শেংবা, মনুং অচৌবা চঙবগী সেবা, চন্দন-চব্রা থিন্দুনা লাইতিন খুরম্বা পূম্নমক্তা মাগী অমত্তা পোকচবা মচানুপানা নোংমগী মথৌ অমা ওইনা তৌরক্লিবনি চহি কুন্থ্রা অসে— চোকথরবনি— মচিন্না হায়দ্রবসু মবুক্তদি কুইনা হিংমল্লে হায়না খনবা হৌরবনি।

মচানুপানা পোকপা মশুগী মশু পোকলে, শাগে চাউরে, মচামশুনা লৈরিক লৈরাক থল্লে— মচাগী মমৌ, মশুগী মমৌ— মখোয়না পোকশিল্লকপা অঙাংনা শৌ শারে— কপ্পা, নোকপা, লাঙবনা ইংখোল অদু নোংঙানবদগী নুমিৎ তাবা ফাওবা পূম্নীন নিল্লি। অদুবু মাদি চীক্লা নাইতোম ফমদুনা লৈ। মশু অমত্তা মনাক্তা চঙলক্তে, পাখোন শীরক্কনি হায়দুনা মনাক্তা খক লাক্তে— কৌরবসু থৌওইনা তাশিন্নদে— কনাগুম্বা মশু অমা ককা মনাক্তা লাকপদা পাখোন শীখিবদা মানা পাম্বদু তৌবিরকপসু য়াওই— অয়াম্বনা নাপ শেন্দানৈ, পাখোন শীপ্রগা অদুম হল্লক্তে। তঙাইফদনা অহল ওইশিল্লকপা মচাগা মমৌগতনা মরক মরক্তা মাগী থবক তৌবি।

অদুবু মীওইবা হায়বসি সোসিয়েল এনিমেলনি,— অদুনা মীগী মরক্তা লৈবা, মীগা উনদুনা ব্বরী ব্বাতাই শাদুনা মতম লেন্নীংবা ঙাক্তনি। অমুবা শর্ম্মসু মনাক্তা মী লৈহন্নীংই, মখোয়গা ব্বরী ব্বাতাই শানিংই, চৈনীংই, নোকপা পাম্মী। মরম অদুনা উপায় মখল মখল তৌদুনা মনাক্তা মী পূন্নবা; মরুওইনা মশুশিংদু লৈনবা হোৎনরম্মী। অচাপোৎ লৈহল্লদুনা মশুশিংদা য়েনবী— মখোয় পূল্লিভৈদা ফুঙ্গা ব্বরী মানা খঙবা খরদু লী। মতম খরদি মনাক্তা লৈরম্মী অদুবু অচাপোত্তু চাবা হেক লোইবগা অয়াম্বনা হৌগত্তুনা চৎখি— ফুঙ্গা ব্বরীদুসু তোয়না তামল্লদুনা মখোয় তানীংলক্তে। শান্ন-খোৎনবা লাঙবা পাম্বা অঙাংশিংনি, মনাক্তগী হৌগৎ হৌগৎত্তুনা চৎখি— মথক্তা নাইতোম তুমিন্না লৈহৌই।

মথক্তা নাইতোম লৈরবা হৌগৎ হৌথ লেঙ-ওৎপা ঙমদ্রবনা মরন্নাই থবক অমত্তা মশানা তৌজবা ঙমদ্রবা অদুদা মখোয়দৌ প্রোক প্রোক চাকই— মানা পাখোন শীখিবা অমত্তা মতম চানা তৌবিরক্তবগী মবুক্তা ব্বারৌই; মচাগা মমৌগা হেক উবদা থীনা থীনা হেক হেক ঙাঙই। মচানুপাদি তুমিন্না লৈরবসু মমৌদি করিগুম্বা কান্দা শাউদুনা মচিন্দা মরুম মুরুম শোল্লি— "শিখিদ্রেদা হনুবা শিগেজনসে। মমান্নবা অমাফাও লৈত্রে কোক শিখিগে হায়দে।" করিগুম্বা মশুশিং অদুদা চৈরুরবদি মচিন য়াওবা মশু শুথাং মরক্তগী খরনা খুন্নকই— "শিপ্রো, হনুবা নঙ শিপ্রো।"

অদুবু অহন ফন ওইরবসু মমিৎ মনা ফরি— চাবা থকপা মহাও খঙলি অদুনা মবুক্লীংদা শিবগী ব্রাখল থল্লুবা ঙমদ্রি— শিনিংদ্রি। মানা সিনামগী লানফমদা হিংহৌবদা নুঙাইখিবা অদু থক কাউদ্রি। ময়ুমদা লৈমিন্নরিবা মচা মমৌ মশুশিংনা লুনা তৌদ্রবসু, শিগ্রদি নুঙাইরনি খল্লবসু— ময়ুম পানগ্রবী মশুনুপী অহুম থরুদি মাবু য়াম্না লুনা তৌই। মখোয়না অরাক খুদীংগী মাগী চানবা হৈরা অচাপোৎ য়াম্না পুরকই, মখুত্তসু শেল লুপা চামা চনি হেক হেক পীরম্মী। মখোয়না হেক লাকপগা মাগী মফি মরোল অনৌবা অশুবা হোংদোকপী, ফমুং ফানুং অহনবা অশুবা ফি থাদুনা শিন্দোকপী অমসুং মনাক্তা ফমদুনা ব্রারী শাদুনা লৈ। মখোয়না উহৌ তাহৌদবা ব্রা কয়ামুক মঙোন্দা হংই। মহাক মশুনুপী অহুম অদুনা লাকপা নুমিত্তি য়াম্না হরাওই। মশুনুপীশিং অদুনা পোকপা চহি তরুক তরেৎ শুরবা মচাশিংনা মাবু 'ইধৌ অফম্বা' হায়না খঙনৈ। মখোয়না মাগী মনাক্তা চৎপা য়াম্না হবাউই— মরমদি মানা মখোয়দা অনিশুবা লাঞ্জাওগী সিনাম লানফমগী ব্রারী হেক হেক লিবী, অচাপোৎসু য়াম্না পীজৈ।

অমুবা শর্ম্মনা য়াম্না পামজবা অমদি মাগী হাবিলদারগী ইউনিফোর্ম ফুরিৎ, বিলাই থেৎপা অদু মরক মরক্তা লীৎপা অমসুং অনিশুবা লাঞ্জাওদা মানা ফংখিবা মিলিটারী ক্রোস তকমান অদু পায়দুনা য়েংবা, নান্দুনা শান্নবনি।

ঙসিদি অমুবা শর্ম্মা মাগী খুদাংদা V অহুম য়াওবা হাবিলদারগী ফুরিৎতু লিৎশিল্লগা— মাগী মিলিটারী ক্রোস মেদল অদু থেৎচিল্লগা মাগী নুতিগী ফমফমদা ফমদুনা লৈরি। মতমদুদা মাগী মশুনুপী ময়ুম পানগ্রবী অহুম অদু মচা অমমমগা লোয়ননা পুল্লপ লাকখি। মখোয়না থোঙ্গাল হেক লানশিল্লকপদা উরদুনা কৌরকখি—

"লাউ লাউ ইশুশা— তোম্বী, চাউবী, ধরনি।"

অঙাং অহুম অদুনা হায়রকখি— "ইধৌ অফম্বা আদা লৈরে।"

মখোয লোইনা হনুবা অদুগী মনাক্তা চঙলক্তুনা ইকোয় কোয়না ফল্লম্মী। তোম্বীনা হায়রকখি— "ঐখোযগী ইধৌসি ঙসিদি সিফাইগী দ্রেসকা শেৎলদুনা ওম্থোক্লা ফজরেদা।"

চাউবীনা পাংশিল্লকখি— "বিলাইনে করিনে— ওম্থোক্লা লেম্মেদা।"

ধরনিনা নোৎশিল্লকখি— "ইধৌ ঙসিবু মপান কাঙজৈবুংদা ক্লাজ য়াউরুদৌরিরা ?"

মশু নুপীশিংদুনা পোকচবা মচা নুপা অহুমদুনা হায়রকখি— "ইধৌ অফম্বা! নঙগী সনাগী তকমানসি ফজখ্রেদা কদাইদগীনো?"

"সিবুরা— ঐনা সিনাম চীংগী লান য়াওরুবদা ফংবনি।"

"সিনাম চীং হায়বদি কদায়দনো ?"

"করম্বা কান্দা তৌখিবা লান্নো ?"

"মদুগী ব্রারী লীবিয়ু ইধৌ।"

মখোয় ময়াম য়ৌ য়ৌ তৌরকখি।

হাবিলদার অমুবা শর্ম্মনা হায়রকখি— "লাউ নখোয় ফজনা ফম্মু, ধরনী নঙগী লোইশিন খমজিনবদু তপ্না তৌরো সিদগী ঙামোকশি অঙাংশিংদা য়েনবীয়ু। অদুগা নঙসু সিদা ফম্মোরাও। ঐহাক সিনাম চীংগী লানগী ব্রারী লীরগে।"

সিনাম চীং হায়বসি মণিপুরগী নোংপোক থংবা নাকন্দা ইম্ফাল মোরে লম্বীদা পলেলদগী মাইল অহুম মখায়রোম কাখৎলগা লৈবনি। সমুদ্রগী ইমায়দগী ফুট ৫০০০ রোম ৱাংগনি। চীংশাং অসি মোরে তামু লম্বীদা তেংনৌপল ফাওবা শন্দোকখি।

কালেন্থাদা সিনাম চীং কাবদি য়াম্না নুঙাইবগী মশক্লী— সিনাম চীংদোন্দগী হুন্না য়েংথরকপদা হুমাংনা চোৎলবী মণিপুর তম্পাক উগনি। অদুবু নোংজুথাগী মতমদদি চীংশাং অসি লৈচিলনা পোমায় তুনা থায়, নোংনা ইমম মম্না য়োমশিল্লি। নিংথম থাদনা থাজদনা য়াম্না ঈংবনি।

সিনাম চীংয়াং থক্তা তেংনৌপল ফাওবগী মনুংদা চীংদোন কয়ামরুম লৈ। চীংদোনশিং অসি পৃথিৱীগী মী কনানা, মণিপুরগী মীনা ফাওবা মুন্না খঙবিদ্রবসু খৃঃ ১৯৪৪ দদি পৃথিৱীগী অনিশুবা লাঞ্জাও, মৈতৈশিংনা জাপান লান হায়না খঙনবা লাঞ্জাও অদুগী অচৌবা লানফম ওইখি— জাপান লাম্মী লীশিং লীশিং এলাইডগী হায়বদি বৃটিশ, ইন্দিয়ান, গুর্খা লাম্মী লীশিং লীশিং শিখি। মফমশিং অসি অহানবদা উ ৱানা থন্না কৃংনা হৌরম্বা উমং ওইরম্বনি অদুবু মমৈদা লান·লোইবা মতমদদি পৃমকোক কোক্লবা তেকখ্রবা চাকখ্রবা উগী উখোক মতেক খর খর থিনগতুনা লৈবা মফম ওইখি।

সিনাম চীংশাং তেংনৌপল ফাওবা শন্দোক্তুনা লৈরিবা অসিগী মথক্তা হোরায ময়াগুম্না মথক্তা পনখ্রিবা অচৌবা লানফম ওইখ্রিবা চীংদোনশিং অদুবু এলাইড বৃটিশ লাম্মীনা মমিং অমমম থোল্লি— মখোয় অসি তেংনৌপল লোমদা অসুম অসুম নেমথখি। সিনাম চীংশাংগী চীংচেপ্তুনি ইম্ফাল মোরে তুমু লম্বী লৈবিবসি। লম্বী অসি চীংদোনশিং অসিদগী ফুট চামবীরোম কৃমথবগা লৈ।

সিনাম চীংদোন্দগী খর চৎলগা খা-নোংপোক্তা লম্বীগী য়েত্তা লৈরিবা চিংদোং অদু "পঞ্জাব হিল" থোল্লি। পলেন্দগী মাইল তরুকলোম কাখৎলগা লম্বীগী খুনীংথেক অমা লৈ— খুনীংথেক অসিগী য়েৎথংবা নাকন্দা লৈবা চীংদোং অদু "বেকী হিল" কৌই। রেকী হিলদগী খর হেন্দোরক্লগা লম্বী অসি লমলোং অনি ফাংনা খৱাংনা চেল্লক্লগা তেংনৌপল মনাক্তা লম্বী অনি অদু অমুক পূনশিন্দুনা লম্বী অমত্তা ওইখি। রেকী হিলদগী তেংনৌপল ফাওবদা লম্বীগী ওইদা লানফম ওইখিবা চিংদোন "জিব্রালটার, মাল্টা, ক্রেগী, লিঙ্গু অমসুং ক্রীত ৱেষ্ট ইষ্ট" কৌবা চীংদোন মঙা লৈ। ক্রীত চীংদোনগী মখাদা লম্বীগী য়েত্তা "নিপোন" কৌবা চীংদুম অমসু লৈ। তেংনৌপল মনাক্তা লম্বীগী ওইদা "সাইপ্রস চীংদোং" লৈ— মসিদগী জিপকী লম্বীদা মাইল তরুক লোম অৱাংদা চৎলগা সিতা চীংজাও লৈ। সিনাম চীংদোন্দগী "নিপোন" চীংদুম ফাওবা কাক অমনা চুমদ্রীং পাইরবদি মাইল অহুম মখায়রোম ওইগনি।

মথক্তা হায়গ্রিবা লানফম ওইখিবা চীংদুমশিং অসি মতোন্দা গজ নিফুমুক্তা পাকপনি, নাকল মরিমক্তা য়াম্না ঙম্ননি অমদি কূংলবা উমংনা কূপশিনবনি। অদুগা জঙ্গলশিং অদু মাইল কয়ামরুম তম্পাক তম্না শন্দোকখিবনি।

সিতা চীংজাওদগী কবো তম্পাক তাবা খোঙলম্বী মশীং লাকঙমদনা লৈবনি অদুনা জাপানশিংনা লাকখিবসি অদোমদগীনি অমসুং মখোয়না করিগুম্বা সিনাম চীংশাং খুদুম চনবা ঙম্লম্লবদি মখোয়না চহিচুপ্পা শীজিন্নবা য়াবা লম্বী অসিদা খুজু খুৎলাই পূম্বা পুরক্তুনা সিনাম চীংদোন্দগী হেক য়েংথখিবদা উরিবা পলেনগী এরোপ্লেন তাফম অমসুং মদুগী মনাক্তা পৈরিবা খুজু খুৎলাই থম্ফম কয়া অসি লৌশিনখিবগা লোয়ননা মণিপুর তম্পাক্তা ইরায় লাইনা লান্দাবা ঙম্লমগনি। অদুনা জাপানগী জেনেরেল অদুনা মফমশিং অসি লৌশিন্নবা কন্না হোৎনখি অমসুং ব্রিটিশ ইন্দিয়ান অমসুং এলাইড লাম্মীশিংনসু মদু থিংননবা অকনবা লান থেংনখি।"

তাঞ্জা অসিদা অঙাং নুপামচা অমনা ফুরিৎকী খুদাংদা V অহুম লৈবদু উরদুনা মরক থৎনা– " ইথৌ অফম্বা! নঙগী ফুরিৎ খুদাংদা V অহুম য়াওরিসি করিনো?"

"অদুবুরা নখোয়গী নথৌ অফম্বসে মৈতৈনা অব্রান্দার হায়নবা সিফাইগী হাবিলদার ওইরম্মী। অদু খঙননবা খুদাংদা হাপলিবনি।"

"অব্রান্দার ওইরদি কয়াম চাউরে।"

"সিফাই সেক্সন অমগী মকোক ওইরেদনা।"

"সেক্সন অমা হায়দি করিনো"

"সিফাই তরামাথোইনা সেক্সন অমা– শাইয়ে।"

"য়ারে য়ারে ইথৌ অফম্বা, নঙনা থেংনরুবা লানগী ৱারী মখা তারক্নো" মতোঙ্গা নুপা মচা অমনা হায়রকই।

"নখোয়গী নথৌ অফম্বসে– শুম হায়না ফম্লম্বা নত্তে। ৪/১০ (চারদশ) গুর্খা রাইফলসতা ভর্ত্তি তৌদুনা জাপান লান মতমদা খৃঃ ১৯৪৪ দা অব্রান্দার কারে।"

মশুনুপা অমনা– হংলকখি– "ইথৌ চারদশ গুর্খা রাইফল হায়বদি করিনো ?"

অমনা অমুক নোৎশিল্লকখি– "ইথৌ ভর্ত্তি তৌবা হায়বদি করিনো ?"

"চারদশ গুর্খা রাইফল হায়বদি ঐনা সিফাই ওইনা থবক তৌরুবা বাটালিয়ন অদুগী মমিংনি। ভর্ত্তি তৌবা হায়বদি সিফাই ওইনা থবক তৌবা হৌবদুনি।"

"ইথৌ বাটালিয়ন হায়বদি করিনো?

"বাটালিয়ন হায়বদি সিফাই লীশিং অমরোম্না শাবা লাম্মী তেঙ্গোন অমনি– মদুদা ফাইটিং কম্পানী অহুম য়াওবনি।"

"ফাইটিং কম্পানী হায়বদি করিনো ইথৌ ?"

"ফাইটিং কম্পানী হায়বদি লানফমদা হেক চঙদুনা য়েক্লবগা লান শোক্লবা লাম্মী কাঙবু অদুবুনি। সেক্সন অমদা সিফাই তরামাথোই লৈ। সেক্সন অহুম্মা প্লাটুন অমা ওই। প্লাটুন অহুম্মা কম্পানী অমা শাই। কম্পানী অহুম্মা বাটালিয়ন অমা শাই।"

"ইধৌ লানগী ব্রারীদু মখা লীথরো।"

ইং ১৯৪৪ দা জাপান লাম্মীনা মণিপুর তম্পাক অসি মায়কৈ অহুমদা কোয়শিল্লকখি, অব্রাংলোমদা কোহিমা, খানোংচুপ্তা তিদিম অকাম হাও রোমদা মোইরাং নিংথৌখোং অদুগা নোংপোকলোমদা কবো তম্পাক লোমদগী হাইজিল্লক্তুনা তেংনৌপল য়ৌশিল্লক্লগা– নশাই ঐনা হায়খিবা তেংনৌপলগী খা-নোংচুপ্তা লম্বীগী য়েত্তা লৈবা "নিপোন" হায়বা চীংদোন অদুদা জাপানশিংনা তেঙ্গোন শাদুনা লৈরম্মী।

ঐখোয় খৃঃ ১৯৪৪ গী এপ্রিলগী তাং অমগী অয়ুক্তা ৪/১০ (চারদশ) গুর্খা রাইফলসকী অনৌবা কমাণ্ডর লেপ্টিনেন্ট কোলনেল জিম ভিকর্সনা, লুচিংদুনা বাটালিয়ন অসিগী সিফাইশিং অদু লোরী কয়ামুক্তা তোংদুনা মোরেদগী সিবোং ফাওদুনা সিনাম চীং তান্না চৎলম্মী। ঐখোয়না তেংনৌপল য়ৌগদবা মাইল মখায়মুক ব্রাৎলিঙৈদা নোংমৈ তোপ কাপ্পগী মখোল তাই– লোরীশিং অদু খাম্মী– সিফাই পুম্নমমক গাড়ীদগী চোংথদুনা ফিভম শেমদুনা পাকথদুনা লৈনৈ।

লেপ্টিনেন্ট কোলনেল ভিকর্সনা মাগী এস্কোর্টকা লোযননা মাঙলোমদা করি তৌরবগে য়েংবা থৌগৎখি– ঐখোয়না উখি– মহাক পংথাপ থাপ্পা থৌগৎখিদ্রি, লম্বীগী নাকন্দা টেঙ্ক অমা থেংনরম্মী। টেঙ্ক অদুগী কমাণ্ডর অদু মাগী বাইনোকুলার থাঙ্গত্তুনা গজ চামঙারোম থাপ্পা লৈবা চীংদুম অমদা য়েংদুনা লৈরম্মী। মদুদা নোংমৈ যাম্না কাপ্পরম্মী। চীংদোং অদু "নিপোন চীংনি।"

ভিকর্সনা টেঙ্ক কমাণ্ডর অদুদা হংলুই–

"করি তৌরবগে ?"

মানা খুম্নকখি– "অসিব্রাইদা খর লাঙলি, অদুগা মখা তারকখি– আদগী চীংদুম অসিদা লৈবা ঐখোয়গী মী খর খুদোংথীবা খর নংলে।"

মানা হায়রিবা ঐখোয়গী মী, হায়বিবসি "ক্রীত" হাযবা "নিপোন" চীংগী মায়োক্ল দ ছোরোক ব্রাংমদা লৈবা চীংদুম অদুদা লানবন শাদুনা লৈরিবা ২শুবা বোর্দর বাটালিয়নগী তোঙান্না লৈবা কম্পানী অমগী সিফাইশিংনি।

ভিকর্সনা অমুক হংখি– "ঐখোয় ফাওদুনা চৎখিবা য়াগদ্রা? কৈসু থোইদোকপা তৌরোইদ্রা ?"

"হোয় য়াগনি– মখোয় অমগা অমগা ওনশিন্নদুনা নোংমৈ কাপ্পবদা থবক য়াম্না চিল্লি– মখোয়না নখোয়বু উবা ফংলোই।

"মদুদি য়াম্না ফরবা ব্রানি" হায়দুনা ভিকর্সনা ঐখোয়বু লাক্লবা– গাড়ী থৌরক্লবা ইশারা তৌরম্মী।

"ইধৌ ইশারা" হায়বদি করিনো ?

"ঈঙ্গিত তৌবনি। লাকও গাড়ী থৌরকলো হায়বনি।"

অদুদগী ঐখোয় পুম্নমক গাড়ী তোংখত্তুনা বাটালিয়ন অদুগী মী পুম্নমক অশোয় অঙাম য়াওদনা সিনাম চীং য়ৌরে— চীং অসিগী পাঞ্জাব হিল কৌবা ইম্ফাল তম্পাক্তা হাইথগ্রিঁঙেদা লৈবা ইকোন কোনবা চীংদোং অদুদা ঐখোয়গী লৈফম লাকফম শেমদুনা পোজিসন লৌদুনা লৈখি।

অসুম্না ঐখোয় অফিসার অমসুং জবান পুম্নমক চয়োল অহুম শুকলেপ লেপ্তুনা কবো তম্পাক্তা লান তৌরুববা তুংদা অশোয় অঙাম য়াওদনা মতম খিত্তুং ঈংনা লৈবা ফংবা অসি থাঙ্গেশেংনা য়াম্না নুঙাইবনি।

"ইধৌ জবান হায়বদি করিনো ?"

"জবান হায়বদি সিফাইশিংবু হায়বনি।"

"মখা লীথরো ইধৌ।"

"ঐখোয় কুইনা পোত্থাবদি ফংলমদে— মথং নুমিৎকী নুমিৎ য়ুংবদা ঐখোয়গী কমাণ্ডেন্ট ভিকর্সবু ব্রিগেদ হেড ক্বার্টসতা কৌখি। অদুগা বোদর বাটালিয়ন ক্রীত হিলদগী হন্দোকপা তারে, নঙগী ৪/১০ (চারদশ) গুর্খানা অমুক পন্থবা তৌদনা জাপানশিংগী মখুত্তগী নিপোন হিল লৌদবা য়াদে হায়না য়াথং পীরকখি। নুমিৎ অদুগী নুমিৎ য়ুংবা মতুংদা ঐখোয় নিপোন হিলদা লান্দাবা চৎলম্মী।

অসুম্না লান্দাবা অদুদা মতেং পাংবিনবা এরোপ্লেনসু ফংলোই— ঐখোয়না ফংগদবা মতেং হায়ববু হান্না লৈরিবা তোপ খর, মোর্টার খর অদুতনি হায়বসিসু কমাণ্ডেন্ট ভিকর্সনা খঙখি। ঐখোয় ক্রীত চীংদোংগী নোংচুপ থংবা নাকন্দু য়ৌরে। মফম অদুদগী কমাণ্ডেন্ট ভিকর্সনা বাইনোকুলর থাদুনা নিপোন চীং লোমদা য়েংলম্মী—

মানা উখি— নিপোন চীংদোন অদু গজ কুম্লামুক পাক্লা কুখদুনা লৈ। মদুদগী হাইথরকপা চীং নাপোম অদু য়াম্লা ঙম্মী, চীংখোঙদা মোংশোং মচা খর লৈরবসু অয়াম্বা মফমদি ইকোক কোকই, মরুম থূপফম লৈতে। কমাণ্ডেন্ট ভিকর্সনা মদুদা লান্দাবদা কম্পানী অমদগী হেন্না শিজিন্নফম লৈতে হায়না খঙখি।

মরম অদুনা নুংথিল পুং অনি তাবা মতমদা এ কম্পানী চীংনাপোম অদুদা কাখৎখি— মোর্টার বোম কাপখি— বোমশিং অদু চীংদোনগী খর কুখবা অদুদা পোকখায়খি— গুর্খাশিং অদুনা কাখৎখিবদু— লৈহৌবা কাঙবুনা য়াম্না লাঙতক্লনা য়েংদুনা লৈহৌখি। মোর্টার বোম পোকখায়রবা ফাওবা মথক্তগী খুৎলাই অমত্তা হল্লক্তে অদুনা য়েক্লবা লৈ হায়বা খুদম অমত্তা ফংলমদে। য়েক্লবা অমত্তা লৈত্রমাল্লে খল্লম্মী। চীংদোন অদু য়ৌগদবা গজ তরামুক্তা ঙায়রবা কান্দা ঐখোয় লেপ্লম্মী অদুগা নোংমৈ মতোন্দা সংগীন থেৎচিল্লম্মী অদুগা হকথেংননা লাম্থেংননবা হোৎচিন্নবা শেম শারম্মী— অদুদগী গুর্খাগী লাল্লাও "জয় জয় দুর্গা মাইকী জয়" হায়না লাউদুনা ঐখোয় পুম্না চীংদোনগী কুখবা অদু তমনা হোৎচিল্লম্মী। অদুবু ঐখোয় মতমদুদা গ্রেনেদ ময়াম নোংচুবগুম লংথরকপা থেংনখি অদুনা পান্দুনা

ঐখোয়গী ইরক্তা কয়ামুক শিখি— ঐগী নাকল য়েৎ ওইদা লৈরম্বা গুর্খা সিফাইদু শিগ্রে অদুগা ঐনা হোৎচিন্দুনা জাপান সিফাই অমা শঙ্গীন্না থিন্দুনা হাৎখি অমসুং মাগী মখুত্তগী প্লাটুন কমাণ্ডর অদুবু কনখি। অদুবু ঐখোয়গী মী অয়াম্বা শিগ্রবদা লেপ্পা য়াদদুনা চীং নাপোম অদোমদা হোৎথরকখি। চীংখোঙ য়ৌবদা ঐগী খোঙ অনিমক শাথিনা শোকলে হায়বা খঙখি।

ঙাইহাক্তুং পম্বরগা অনিশুবা কাঙবু অমা থাজিনখি। মদুসু অদুম্না মায়থিদুনা হল্লকখি। অসুম্না তৌবসিদা অশোক অনা অমসুং অশিবা য়াম্না হেনগৎলকখি। কমাণ্ডেন্টনা মমথরক্লবা মতমদা অতোপ্পা কম্পানী অমা অমুক লান্দাহনখি— মদুসু মায়থিদুনা হল্লকখি।

অশোকপা ময়াম অদু ফিল্ড হসপিতালদা ফাষ্ট এইদ পীরগা হেন্না শোকপা পুম্বা ইম্ফালগী আর্মি হসপিতালদা লাইয়েংখি। অসুম্না ঐহাক হসপিতালদা মতম কুইনা লৈখি।

হসপিতালদা লৈরিঙৈদা নিপোন চীংদা লৈহৌবা জাপান লান্মীশিংদু এপ্রিল তাং ১১ দা দেভোনসায়ার রেজিমেন্টনা এয়ারফোর্সনা মতেং পাংদুনা মায়থীবা পীদুনা তকথোকখি হায়বা তাখি। অদুবু জাপানশিংন্দু পাক হন্দোকখিরমদে। মখোয়না অমুক হন্না লান্দাদুনা নিপোন চীং অমুক লৌশিন্দুনা জুলাই থা লোইবা ফাওবা চীং অদুদা লৈরম্মী।

ঐহাক হসপিতালদগী অশোকপা অদু ফদুনা হল্লকলে— অদুবু খোঙ অনিমক শোইনাইরে। ঐ চৎপা ঙমদ্রে অদুনা ইনভেলিদ ওইরদুনা সিফাইগী থবক্তগী ইনভেলিদ পেন্সন ফংদুনা পোখারে।

নিপোন চীংগী লান্দা ঐগী য়েৎলোম ওইরোমদা লৈবা সিফাইনা খুৎলাইনা শোক্নুনা শিগ্রবা খোঙদা শোক্লবসু ঐনা হিংহৌদুনা নিপোন চীং ঐখোযনা অমুক লৌশিল্লে হায়বা তাবা অমদি জাপানশিং মায়থীরে তাবদা ঐ কয়া নুঙাইখিবা। অসুম্না নুঙাইবা পাউ তারিবসে অমদি নুঙাইরিবসে ঐনা লান অদুদা হিংহৌবননি। অদুনা হিংবমুক নুঙাইবা অমা লৈত্রবনি।

ঐ হিংনিংলি, অদুবু মপা-মচা, নপু নবেন অমদি য়ুম অসিদা লৈরিবা মী পুম্বনা ঐনা লেংবা চৎপা ঙমদবগীদমক মখোয়গী মতেং খর লৌবসিদা মখোয য়াম্না ৱারে হায়না খল্লি, ঐবু থুনা শিহন্নীংলিনে ইশুশা। অদুবু ঐদি হিংনিংলি— মরমদি হিংবমুক নুঙাইবা অতৈ অমা লৈতে।

অমুবা শর্ম্মা নুমিৎ অদু য়াম্না নুঙাইখি, নোকখি অমসুং নুঙাইরবা মঙ কয়া মঙখি। মশুনুপীশিং অমসুং মখোয়গী মচাশিং অদুসু নোক্লা নোক্লা হনখি— নুংদাং অদু মহাক য়াম্না নুংঙাইনা তুমখি।

অদুবু মথংগী অয়ুক্তদি অমুবা শর্ম্মা অমুক মিকপ থোকখিদ্রে, মাগী ফমফম অদু ইহাঙ হাঙলে।

২০।৪।২০০২

*******

## ১৬

# অৱাংবা চীংদা শাৎপা লৈ

আদা শাৎলিবা লৈ অসি ওহ্নোক্রা ফজত্ত্রেদা ? করি লৈ ওইরিগবা? হায়নীংঙাই লৈতনা ফজরবা লৈ অসিগী হায়ফম খঙদনা নুংশিরবা লৈনম্নী মফম অসিব্রাইতদা নত্তনা লৈথক লৈখা লৈরোল কয়া ফাওনা লৈনম ফাওরিবসে। ফজত্ত্রেদা নুংশিত্ত্রেদা ?

অদুবু লৈ অসি ৱাংলবা ঙন্নবা মীনা কাবা ঙমদ্রবা চীং অসিগী মতোন্দা হৌবা ৱাংলবা মীনা য়ৌবা ঙন্নরোইদবা উ অসিগী মতোন্দা শাৎলিবনি— করম্না হেক্কনি ? ফজত্রবা লৈ অসিগী মমিং কবি কৌবগে গুরু ?

"লৈ অসি হিন্দু ঋষিশিংনা তৎতমসি কৌই, পৌরানিক সুতশিংনা সন্তানক কৌই, স্বর্গদা পারিজাত হায়না খঙনৈ, নোংচুপ লমগী ঋষিশিংনা অমরচ্ছ কৌই হায়। ফংবদা ৱারবা লৈনি।"

"করম্না মফমসিদা শাৎলন্নীবনো মাইচৌ অথোইবা ?"

"অদুগৈ শিদবগী য়াথংনা অশিবনা মালেমসি শেম্বা মতমদা শিদবগী মচা কোঞ্জিন তুথোকপা হরাবা লৈথিনগাইনা হন্না হন্না থুগাইদুনা মালেম শেম্বা লোইবা ঙমদ্রবদা শিদবনা নোংথাং লৈমা পুথোকখি। নোংথাং লৈমা উবদা শুক্ষৎলবা হরাবা লৈথিনগাইনা ঙক্কুনা য়েংদুনা লৈবিঙৈদা অশিবনা মালেম শেম্বা লোইখি; লৈশু মরাং কায়না শাৎলবা, উ ৱা থন্না হৌরবা, মখল কয়াগী জিবনা থল্লবা— মালেম অসিগী ফম্বান শিন্নরব্লগা শিদবনা থুপখ্রগে খন্দুনা মচানুপা অশিবা অমসুং কোঞ্জিন তুথোকপা অনিদা মালেম নোংখোং তরেৎলক হন্না কোয়রুরগা হল্লকপা হানবা অমদা মালেম ফম্বাল শিন্নবন্নগে হায়ববদা; মচানুপা সনাহল অশিবা সনামহী মহিবেন্না নোংখোং কোয়বা হৌখি। অশিবনা নোংখোং মথং মথং কোয়রক্কুনা মালেম নিপোনগী নোংখোং য়ৌরকপদা নিপোন ব্রহ্মা ইজানাঙ্গীগী লোয়নবী ইজানামীনা পোকপী মজাইবেম্মা স্না ঙাঙোই নুমিৎলৈমা অমাতেরাসু লৌদুনা মচানুপা মিকাদো পোকখি। নিপোন থাদোক্লমদাইদা অশিবনা মিকাদোদা হায়রম্মী— "নঙনা মালেমগী ফম্বাল পান্নবদি— লাকউ অপীকপা স্বর্গদা— অৱাংবা চীংদা লৈ ওইনা শাত্তুনা ঐ লৈরমগে— লৈদু হেকপা ঙন্নবদি— লেপ্পা মালেমগী ফম্বাল কাজৌ।"

লাইনিংথৌ অশিবনা নোংখোঙ কোয়রুরগা হল্লক্কুনা শিদবগী সিংহাসন্দা চঙশিন্দুনা খুরুমগে তৌবদা, কোঞ্জিন তুথোকপা পাখংবনা সিংহাসন্দগী হৌগৎলক্কুনা কুমথরগা ময়াম্নুং অশিবদা খুরুমজখি। মতমদুদা অশিবনা মপা ইবুংঙো শিদবা থূপখ্রে— মনাওনুপানা পাখঙবা মিংথোল ফংদুনা মালেমগী সিংহাসন কারে হায়বা খঙখি।

মদু উবদা লাইনিংথৌ অশিবা মবুক নুংশিনা ৱারৌবগা লোয়ননা শাওখি, হায়খি— "শিদবদি ঐঙোন্দা মীনশ্মী, মচানুপা অতোম্বদা মালেমগী সিংহাসন পীরম্মগে তাকপীরবসু হৱাও হৱাও অদুম য়াজগদবা ঐনি। ঐবুদি নোংখোং কোয়রুচো হায়না থাদোকপীরগা ইনাও অতোম্বদা সিংহাসন পীবিরম্বদি ঐবু মীরায়বীবনি— পাখঙববু হাৎলগে মালেম অসিসু থম্লরোই" হায়না পাখঙবগী মথক্তা হোৎচিল্লক্লবদা— পাখঙবনা লাইরেম্বী তরেৎকী মরক্তা লোংখি। লাইরেম্বী তরেৎমক্লা কোয়শিন্দুনা 'লাইগী য়েন্নি হাৎফদে' হায়দুনা থমখি— অশিবগী মখুত্তগী কনখি। মৈ হৌনা শাউরবা অশিবনা মানা শেম্না মালেম অসি থুগাইরগে হায়না পৈনা চিংলকপদা মালেম খা-অৱাং চেপ্লকলে।

"পুম্নমক মাঙবা তারে" হায়দুনা লোত্তুনা লৈবা য়ারক্রদুনা লাইনিংথৌ গুরু শিদবা মপান থোরক্তুনা খাল্লকখি— "তপথকো ইপাগী ইবুংঙো সনাহল— ঙাইখো, ইপাগী ৱা তাখো। নঙদি পুকচেল ফবনি অদুম শাওবা হৌনবরা?"

সনাহল চপ লেপই— ৱাবৌবা শাওনীংবা মিৎয়েংনা গুরু শিদবা য়েংদুনা হায়রকখি—"গুরুদি মীনশ্মী, কবিগী মীনশ্বীবি। ইনাও কোঞ্জিন তুথোকপদা সিংহাসনসি পীখ্রসি— তাকপীরগা লোইবে— ঐহাক অদুম হবাও হৱাও যাজগনি— করিগী ঐবু নোংখোং কোয়রুচো হায়না তাম্থোকপীরগা, কোযসু কোযদবা য়ুমদা লৈহৌবা ইনাও কোঞ্জিন তুথোকপদা পাখঙবা মিংথোল পীদুনা মালেমগী সিংহাসন পীবিবমলিবা ? মালেমসিদা থমজররোই।"

"তপথখো সনাহল— তাখো ঐনা হাযবা। নহাক্লা ঐগী যাথং মতুংইন্না নোংখোং কোয়বা চৎখ্রবা তুংদা শোল্লবা ননাও নুপা কোঞ্জিন তুথোকপনা সিংহাসনদি পাম— নঙগুম্নদি চৎপা ঙমদবনিনা— "য়াম্বুংদি মপাঙ্গল কনবনিনা নোখোং কোয়খ্রে, ঐদি শোনবনিনা নোখোং কোয়বা ঙমদ্রে— মালেমগী সিংহাসন মপোকসিগী ফংদবা তারে" হায়না কপ্লবদা— অপোকপী মমা লৈমরেননা তাকপিখি— "শিদবগী সিংহাসনগী ফানখোং মরি অসিনি নোংখোং হায়বদি, মবি অসি কোয়বগা নোংখোং কোয়বগা চপ মান্নবনি, মসি তরেৎলক কোয়রগা, ঐহাক নোংখোং কোয়জরুরে হায়না শিদবদা খুকম্মু।" অসুম্না তাকপীরদুনা কোঞ্জিন তুথোকপনা ঐগী ফানখোং তরেৎলক কোয়রগা ঐঙোন্দা নোংখোং কোয়বা লোইজরে খুকমলৈ। অদুদা মপা ঐবু মশক খঙবদি মানি হায়না খঙদুনা মাবু পাখঙবা মিংথোল পীদুনা ঐনা হায়খিবা মতুং ইন্না সিংহাসন মঙোন্দা পীরম্বতনি।"

"ঐবুদি পোক্তবনি হায়না ইম্থোকপী, অপোকপা মচাগী মীচং চঙবী অচান মীবায় নাইবী মমা-মচানা লৈবা মালেম অসিমক্তা থম্লরোই, খাম্বীবনু ঐবু লাইনিংথৌ।"

"তপথখোনে সনাহল— নঙদি নবুক ফবনি। ঐনা পীথোকখ্রবা মালেমগী সিংহাসন লৌজখ্রসনু ননাও নুপা পাখঙবনা। ঐনা নঙবু মালেমসিদা লৈরিবা মী পুম্বা অসিনা লৈরিবা য়ুম পুম্বগী নিংথৌ হাপ্লবনি। মচাদা মীচং মীখায় নাইবী নমা লৈমরেন শিদবীনা য়ুম খুদীংদা নঙবু শেন্নদুনা লৈসনু। ইংখোলদা পানবা অহানবা পোৎ নঙগীনি। নঙগী য়াথং ফংদনা মী লাই তীন কাঙ অমত্তা নঙগী য়ুমদুদা চঙবা ঙমদবা ওইসনু। নঙদি ঐগা মতম

পূম্বদা লৈগদবনি। মীওইবগী থম্মোই লকানুংগী মবুংঙো নিংথৌ ওইনা লৈগদবনি। থম্মোই লৈকাগী লৈরাং ওইনা ব্রাখলনা য়ৌঙমদবা চীংদোন্দা হৌবা, পুক্লীংনা য়ৌবা ব্রারবা, উতোন্দা শাংপা মাঙনাইদ্রবা লৈ ওইনা লৈগদবনি। নহাক্কী ননাক য়ৌরকপদা নঙগী ননাক নকচবা মাতনা শকউদবা নিরাকার ওইবা ঐগী নাক য়ৌজবা ওইসনু। শাওরনু সনাহল ইপানা হায়বা ব্রা ইল্লু।"

অসুম্মা শিদবনা থেমজিল্লবদা য়ারদুনা অশিবা লৈহৌখি, য়ুম খুদীং নিংথৌ ওইদুনা, শিদবদি থৃপস্রে। অদুবু মালেমগী থিংহাসন ফংহৌদবসিদি মপুক্লীংদা শুককাউ কাউখিদে। অমুক্তং ওইরবসু ঐগী ধারানা মালেমগী সিংহাসন ফংলবদিকো হায়বদি খনখি।

মতম খবগী তুংদা অশিবগী মচানুপী মীনু লৈমা পোকলে। মথং মথং চাউরক শাংলক্তুনা থাজ-য়োঞ্জবা মতম য়ৌবক্লে। মচানুপী মীনু লৈমগী মতীক মগুন মশক মতৌ অদু উবদা— কনাগুম্বা মী লাই মরক্তা মাগী মপুরোইবা ওইবদা মতীক চাবা লৈতে হায়না খল্লম্মী। অদুনা মীনু লৈমবু পামজবা কয়ানা হায়জররবা ফাওবদা অশিবনা খনফম খঙলমদে। অদুনা মরাইবক য়েংজরসনু হায়না খন্দুনা নোংমা অশিবনা লাওথোকখি— "হয়েংগী নুমিত্তা ঐনা য়াহৌবকপদা, থোং হাংদোক্তুনা মপান থোরকপা অহানবা উবা জিব অদুদা ইচানুপী মীনু লৈমা থাজগনি।"

লাইনিংথৌ অশিবগী য়াথং অসি তাবদা মী, লাই পাখঙ মীনু লৈমবু পামজবা কয়া অহিং মীশেং খাঙদুনা লাইনিংথৌগী মাঙ্গোন শুমাং থন্না অহিংদগী ঙাইদুনা লৈনখি। নোংদম্বনা তমখিবদগী হুয় লাবা অমদি মী কনাসু কনাসু খঙহৌদনা চঙশিল্লক্তুনা লাইনিংথৌনা থোঙ হাংদোক্লগা থোরকফম থোঙজিন অদুদা কুন্দুনা তুমখি।

মথংগী নুমিৎকী অয়ুক অঙনবদা লাইনীংথৌ অশিবনা মিকপ থোক্লদুনা মপান্দা থোরকপদা থোঙ হেক হাংদোক্লগা খোঙ কাম্থোরকপদা থোঙজিন্দা কুল্লম্বা হুয়দুদা হেব নেৎলুবে। হুয় অদুনা খংদুনা খোংলকপদা লাইনিংথৌনা য়েংখিবদা ইহান হান্না উবা জিব হায়বদু মহাক তারে, অদুনা হায়দোকখিবা ব্রাগী মতুং ইন্না মীনু লৈমা হুয় লাবা অদুদা লুহোংস্লে।"

মী লাই নত্তবা জীবদা লুহোংলবনিনা— মী লাই মরক্তা লৈবা য়াদ্রে হায়দুনা হি অমদা হুয় লাবা অদুগা মীনু লৈমগা তোংহল্লগা অচা অথক থন্না হাপচিল্লগা তুরেন্দা— থাদখি। হি অদুনা লেপ্পা মফমদা লৈরুচো হায়না য়াথং পীখি। মতমদুদা মীনু লৈমনা মপাইবুংঙো লাইনিংথৌ অশিবদা হায়জখি— "ইপাইবুংঙো করিগুম্বা ঐগী ইচা ইশু পোক্লবদি মখোয়না নোংমদি মালেমগী সিংহাসন অসি ফংহনবীয়ু।"

মচা নুংশিরবা লাইনিংথৌ শিদবনা "মদু ওইসনু, নঙগী নচা নশুনা নোংমদি মালেমসিগী সিংহাসন ফংবা ওইসনু" হায়না য়াথং পীখি অমসুং য়াম্না নুংশিনা বিদায় তৌখি। লাইনিংথৌ অশিবনা মাগী য়াথং অসি শোয়দবা ওইহনবীয়ু হায়না শিদবদা নীংশিংখি অমসুং শিদবনসু মচা সনাহলগী মবুক্তা ব্রারৌদনবা মদু ওইসনু হায়না অয়াবা পীখি।

অসুম্না হয় অদুগা মিনু লৈমগা অশুম অশুম তাউথখিদুনা সমুদ্র তরেৎ লাম্লগা মালেমগী নোংচুপ সমুদ্র চিদাইদা লৈবা ঈথৎ অমদা থুংদুনা মদুদা কাখৎলগা লৈখি— মচা মশু কয়া পোকখি।

অসুম্না চহি লীশিং কয়ামুক হৌখ্রবা তুংদা লৈমগী মচা মশুশিংনা মবুধৌ লাইনিংথৌ অশিবগী ব্রা নীংশিংলক্লুনা খৃষ্টগী শতাব্দি কুন শুবা হৌগৎলকপদা সমুদ্র তরেৎ লান্দুনা লাক্লগা অপিকপা স্বর্গসি যৌরক্লুনা পাখঙবগী ধারা— সন্তান পুম্বা মায়থীবা পীদুনা মালেমগী সিংহাসন কাখি। অসুম্না চহি কয়ামরুম মিনু লৈমগী মচা মশুশিংনা পৃথ্বিগী স্বর্গ মচা অসিদা পাল্লিঙৈদনি মিকাদোগী মচা— অমাতেরাসুগী মশুশিং মফম অসি য়ৌরকখিবা, অব্রাংবা চীংদা শাৎপা লৈসি লৈবরা হেক্কে হায়না, মালেমগী ফম্বান কাননবা।

মখোয়না কোয়শিল্লকখি, মায়কৈ অহুমদা তকশিল্লকখি চীংখোঙ ফাওবা। উরে মমিৎনা অব্রাংবা চীংদা শাৎপা লৈসে। কয়াদি ফজখ্রে চীংখোঙদগী য়েংবদি। মখোয় পুম্বা খঙই— লৈ অসিবু হেক্লবা— শোয়দ্রে মালেমগী ফম্বান কাবা। থব্রায় খুবাক্তা হাপ্তুনা লান থেংনখি নাকন অনিমক। স্বর্গ মচাসি ঙাকলিবা মিনু লৈমগী মচা মশুশিংসু খঙখি— করিগুম্বা মফমসিবু মখুত্তগী নাম্থোকখ্রবা মখোয়গী মখুত্তগী নাম্থোকখিনি মালেম ফম্বান— অমাতেরাসু মশুশিংনসু খঙখি— মফমসিবু জয় তৌরবা শোইদ্রে মালেম ফম্বান। অসুম্না মখোয়না তকশিল্লক্লুনা সিনাম চীং; মপাও চীং কংলাতোংবী, থাংজীং চীং, নম্বোল, ফোইজিং লোকপচীং ফাওবা তকশিন্দুনা অপীকপা স্বর্গ মখোযগী মখুত্তা তাগদবা অর্মদি অব্রাংবা চীংদা শাৎপা লৈ মখুৎ চনগদবা খজিক্তা মঙাইবম্মী— অদুবু মিনু লৈমগী মচা মশুনা থব্রায খুবাক্তা হাপ্তুনা থেংনখিবা লান— অমসুং কৌক্রু দগী হাইথবকপা সোরাবেনগী অখাক অরাওনা মতেঙ পাংদুনা মিকাদো মচাশিং হন্দোকপা তাখি। হন্না হন্না মমিৎ কুপ্তুনা— য়েংলমখি অব্রাংবা চীংদা শাৎপা লৈসি। হন্দোকখি নীংঙমদনা— মচিন্দা শোন্দুনা— "তাকানে নো হানা।"

সিনিদো ইবুংঙো— অব্রাংবা চীংদা শাৎপা লৈ— মফমসিদা শাৎলিবা— মসিবু হেকপা ঙমখিদবনা আমাতেরাসু মশু— মিকাদো মচাশিংগী মালেমগী ফম্বালগী আশা পুম্বা পূমমাং মাঙখিবা। ফম্বালদগী ওন্থখ্রবা পাখঙবগী মশুশিং লৈ অসি হেক্লুনা ফম্বান হঞ্জিনবা ঙমখিগদ্রা ? মখোয়গী মফমদসু অব্রাংবা চীংদা শাৎপা হেকঙমদবা লৈ ওইনা অসুমক লৈবা তারববা ?

মীওইবগী ৱাখলনা য়ৌঙমদ্রবা, মীওইবগী পূক্নীং ফাওবনা ফংঙমদ্রবা য়ৌঙমদ্রবা পস্থংফমসে ওইরে— অব্রাংবা চীংদা শাৎপা লৈ— আমাতেরাসু মিকাদোগী "তাকানে নো হানা"।

২৪।৮।২০০২

*******

## ১৭

# মীনা করি হায়রি

বড় মন্ত্রী চোংথা ফি ফি কাম্না শাউদুনা তোমাল মখোঙদা মফি ফৎ ফৎ কল্লদুনা লৈরম্মী। "করিগীনো মহাক্না ঙসি অশুক য়াম্না শাউরিবসিবো ? কনাদনো মহাক্না শাউরিবা অসিনা ?" তোমাল পাম্বীনা খল্লম্মী।

হায়রিবা তোমাল পাম্বী অসি মণিপুরগী সনা কোনুং, মহারাজগী সনা সঙ্গাইগী নোংচুপ্তা মনুং কাঙজৈবুংগা মায়োক্নুনা হৌরিবা তোমাল পাম্বী অদুনি। মদুগী মখোঙদনি বড়মন্ত্রী। মপাল ফবিঙে মতমদা তোমাল অসিনা কয়ারক উখি, কয়ারক তাখি অসিগুম্বা অশাউবা ফি ফি কাম্বা কয়া, হবাও মোমোন মীনোক খোঞ্জেল কয়া, কবিগুম্বা কান্দা শুৎশুৎ তেংথা নাহেখোন মচা মচা কয়া। মফম অসি অৱাবা নুংঙাইবা, অরোন অথুপ পাউ কয়া খুৎশিন্নফম ফাওদোক্নফমনি, লৈবাক্কী মক মরু ওইবা মী কয়াগীসু লোন্না উনফমনি। মফম অসি মণিপুবগী মহারাজ চুরাচান্দ অমসুং বোধচন্দ্রনা পাল্লিঙৈদা য়াম্না থবক চিল্লম্বা নিল্লম্বা মফমনি—মণিপুর থুংনা শেৎ কায়না ফাওবম্বা মফমনি। মহারাজ বোধচন্দ্রনা থুপখ্রবা মতুংদতা তোমাল মখোঙ অসি চেকমোক লাউখিদবনি, তাবা ফংখিদবনি মীনা করি হায়রি। হৌজিক্তি মী অমত্তা মসিগী মখোঙদা মোংলখিদ্রে— হৌজিক্তি মনুং কাঙজৈবুং ফাওবা মুৎখ্রে।

তোমাল পাম্বী মথন্তা হৌখ্রবা কয়া নীংশিং নীংশিং নায়তোম তৃমিন লেপ্লী। তোমাল পাম্বীসিগী থবক মীনা থম্মোইশেংনা করি হায়রি তাবনি। অচৌ-পীশক খায়দে, মী পূম্ন মক্কী মবমদা হায়রবনি। বোধচন্দ্র মহাবাজনা থুপখ্রবা তুংদা ছোটো সাহেবকী বাঙ্গলা– মণিপুরগী চিফ মিনিষ্টরনা লৈবিবা অসিদা হৌরিবা হৈনৌ পাম্বী অমনা মসিগী থবক অসি পায়খ্রে, তোমাল বিটায়ার তৌখ্রে। মর্জর এগ্রীমেন্টতা যাওদে হায়দুনা পেন-সন ককা অমত্তা পীবিদ্রে কনাগী মবালনো খঙদে। মাগী মখোঙদা তিল্লম্বা অদুক য়ামখ্রবা মীশিং অদুগী লক্তা অমত্তং ফাওবা নোংফাদোক লাক্নুনা মঙোন্দা হংলদ্রে—"নঙবু করম তৌরিবগে ?"

অদুবু ঙসিতা চহি কয়াগী তুংদা – মহারাজ বোধচন্দ্রগী মচাইবুংঙো মহারাজ ওকেন্দ্রো ফাওবা থুপখ্রবা তুং অসিদা ইখঙ খঙহৌদনা মাগী মমাঙদা বড়মন্ত্রী য়াম্না শাউরে— অকামপেৎ থাংনা ৱাহৈ কয়া হায়রৈ। বড়মন্ত্রী চোংথা নিংথৌরোন অহুম হিংলক্লবনি। মাগী থবক অশুম অশুম লৌথোকখিদুনা খৃ: ১৯৪৯ ইং মণিপুরনা ভারত ইউনিয়ন্দা মর্জ তৌখ্রবা তুংদগীদি ক্লাক য়াত্রা নুমিত্তা রেসম ফুরিৎ শাইজোনবা লীৎ, খামেনচৎপা ফৈজোম শেৎ, উরিকশেৎ থেৎপা কোয়েৎ তোলোক য়েত্তুনা, শগোল তোংদুনা লমজাওদা, খুরপ মচা থৌদুনা ক্লাকশঙ তান্না চৎপগী থবক্তমা লৈহৌরবনি।

ঙসিদি চোংথা য়াম্না হেক্তমা শাউখ্রে। কদোমদগীনো খঙদে মনা পায়বা য়াদে। মথন্তা ৱা ঙাঙলি, মুরুম মুরুম শোল্লি—লাউরি চৈবি, – কনানা তারি— নুংদাংৱাই ঈচিক

হুনবা মতমসিদা। মী শা উচেক মথৱায় পানবা অমত্তা লৈতে মফমদুদা, মহৌশাদগী লৈরকপা তোমাল পাম্বী অদু নত্তুনা। হৈনস্ত্রবনা মন্ত্রী অদু মফম অদুদা লাকখিবনি। অশুক কুইনা থৌওইহনিবিরক্লবা তোমাল পাম্বী অদুদদি- মঙগুম্বনি। ঙসিদি মনাক্তা শাউররে কল্লরে ৱাকৎলরে। তোমালনা তারি চোংথানা ঙাঙলি।

"ওয়োক্লা উশিংত্রেদা লৌথ্রাওদগী লাকপা মানসু।"

"তোমালনা হংলকখি – "করি তৌরে ইপু মন্ত্রী।"

"চোংথা ঐসে মখোয়গীদমক্তা পুনসি কেল্লবনি। ইরল-ইথুম থৱায়-হকচাং লোইনা তুল্লবনি। অচুগসু মানা হায়বা শারি.....।"

তোমালনা অমুক হায়রকখি –"করি হায়রক্লবগেনে-শাউনু তপথখো। ফৱ ফত্রসু মহাক অসে নঙগীদি গুরু থৌবানীনে।"

"মানা গুরু থৌরানী ওইদুনা কৈদৌনেগে–মী মশক্তি খঙদনা ? কোনুংদা লৈরবনি কেরিনি ককা হায়দুনা মপা মতোন্দা "ফৌসিবু কদায়দা পানবগে" হায়না হং-শারিনি - মদুদা মপানা "ইবেম্মা, নপা নতোনগী খুবাক্তা পানবনি" হায়না খুমখিবদুবু নঙবু তাহৌদ্রাইমী।"

"মদুবুদি তাহৌইনে ঐসু ! অদুবু হৌজিক মাগী যুগ লোইখ্রে হায়বসিবু হৌজিক ফাও খঙদ্রিবরনে মাবু ? মীনা করি হায়রি হায়সিবু মাবু করিমত্তা খঙদ্রবরা ?"

"কদায় খঙনেগে; মদুবু খঙলদি মীনা অশুক উশিংপীদ্রিবা অসি খক তৌরম্মোইদবনি। মীনা থীনা থীনা ঙাঙনবসি তারুবদা থম্মোই অসি প্রোক প্রোক চাল্লিবনি। মবুংঙোদুগী মান্ মর্য্যাদা খিত্তা ফাওবা ঙাক্তবসিবু কবিগীনোমী ?"

"করিনো ৱাদু শেংনা তম্মুদনা, করি তৌববগে হায়বা ?"

"হেরা, ফজদবা হায়নিমা, – মী মশক খঙদবা।"

"করিনো হায়রিদুবো ?"

"মাগীদমক ঐহাক কয়া যাম্না লান-নংখ্রে নঙ খঙইদনা ? চফু অহিংবগী ৱাখোক, মরুপ্পী থেঙ্গাইনবগী থৌদোক– অতৈ কয়া কয়ানি। ঐনা হায়জচৎচদুনা – ঐগী ইবুংঙো অদুদা লোন্না কয়া ফোংনা কযা মেন্দুনা-লৈবাক মমাঙ ফমহন্দা-লৈবাক ৱাখোক ওইদনবা হোৎনখিবা, ইজ্জৎ ঙাকখিবা পৃম্বদো মনুং লেল্লগা লোইনা কাউখ্রে, নীংশিংদ্রে হায়বা। নঙবু খঙদ্রনে ঐগী পুনসি অসি মখোয়দা লোইনা কথোকপ্রবনি– ইয়ুম, ইংখোল, ইমুং-মনুং লোইনা থাদোক্লুনা মখোযগী মনাক্তা মপুনীংবা হুয় ওইনা লৈরক্লবা নত্রা ? ঐগী ইপাদো অচৌবা ফম্লাইবনি, ইরৌদগী ইশীংদগী ঐগী কবি ৱাৎপগে–ইপানা ইতোমতা পোকপনি, নঙসু খঙলিবদুনি– মতা চাদবা হায়নিমা। পাম্থি কোমথি পাত্তা শাৎপা থরো-থম্বাল নারক মোংশোংদা শাৎপা মালিকা শ্রীশ্রী গোবিন্দগী চরন য়ৌরি মাখায় অমত্তা হৌরকফম শাৎফম পোক্লফমগী মনম মহা নমদে; অদুবু মীওইবদি- সিংহাসন মথক্তা থাঙ্গৎকে থাঙ্গৎলু-সনাগী দলান্দা থমগে থম্মু হৌফম শাৎফমগী মনম ইকোক কোক্তবগুম তৌরিসিবু করিননো ?"

তোমালনা খুন্নকখি-“মীওইবগীদি মাগী পোক্লফম শাৎফমগা তৎন-থানদ্রবা মরী লৈনে অদুনা পোক্লফম লমদমগীদমক থবায় কৎনরিবনি।”

“য়েংউদো-ইপা-ইপুনা হায়নরম্বা-শাগে জাৎ, মপা মমা হৌফম শাৎফম মুন্না য়েংউ হায়বদো কয়াদা চুমদ্রবা, পঞ্জিরমদাইদা মশক হেক্তা তাকপনি। মী মশক খঙদেনে হৌনবশু খঙদেনে ?”

“করিবু তৌরগেনে ইপু মন্ত্রী, নঙনা অদুক য়াম্না শাওরিদুবু ? ফরসু ফত্রসু নঙগীদি গুরু থৌরানীনে।”

“গুরু থৌরানীনে হায়বৈদমক ব্যবহার কায়জদবনি- কয়া কয়ানো ঐনা মাগীদমক তৌখিবা। অহিং নুংথিল - নিংথম-কাম্বী থিদনা নোংজু নুংশা খাক্তনা - নারক মোংশোং চীং মান কয়াদা কয়ারক হন্না চৎখিবনি, মানা হায়বতা তৌখিবনি- মদুসু মীনা খঙবা য়াদবা অরোনবা ঙাক্তা- নাশোন অমত্তুং ফংখিবদা গুরু মানা ফংগদবা, ঐবু ইম্বোকপীগদবা ঙাক্তা। য়েংউনেসে নঙ্গৈদেসে, অদুঙৈ চফু অহিংবগী হাক্তক্তা ঐগী গুরুদেবগী থম্নামানবীগী দাগনিনেসে, উরেদনা ? মশিপুম্বা মাদি হৌজিক লোইনা কাউব্রে, ঐসে কনাসু ওইখিদ্রে মঙোন্দা। ঐনা খঞ্জরুবনা অমা ঐবু খনবীরম্বনা অমা”।

তোমালনা হংখি-পেৎনা পেৎনা-” ইপু মন্ত্রী। করিবু তৌরক্লবগে নঙনা অদুক য়াম্না ৱারৌ পুক্রৌ অনুতাপ তৌরিদুবু ?”

“সে প্রনামিকাসু থাখ্রবনে, য়ারে শোয়দ্রে হায়হৌরবনে। য়ামদে খর হাপ্লকউ হায়রবসু হাপচগদবনি। য়াররোই অমা লৈরে হায়রবসু মাঙজৌননা তাকপীরক্লবদি ঐ ৱা পুখজরম্মোইদবনি। শোয়দ্রে হায়বীহৌরগা ঐবু চঙহাৎ হেক্তা হাৎলিবনি। ঐবু তান্নবীরমদনা ঐবু খঙহনবীদনা ঐগী মায় খজিক্তা ফাও য়েংবিদনা খর হেনবদুদা কোক হেক্তা তৌখিবনি । ঐবু করম হায়না মায় অসি উৎলুগদগে? ইনেবেম্মা অদুদা করিনো ঐনা হায়রুদৌসিবু”

“ করিগী প্রনামিকানোনে ইপু মন্ত্রী : অশুক য়াম্না ওনখ্রবা হোংখ্রবসিদা
মখোয়গীবু অদুগুম্বা কা লৈরিবরনে ?”
“জলকেলীগীনেই- সিসু ঐনা হোৎনজবনি।”
অওইবনি-মীনা করি হায়রি হায়বসি তারবদি লৈবাক অসি.....।

২০০৩ ইং

*******

## ১৮

# চাহৈদবা

"মী ওইগে -মীগী থাক্তা লৈগে, শাগী থাক্তা হৃম্বুরোই হায়রবদি চাহৈদবা তৌহৈদবা কয়ামুক লৈরি মদু ঙাক্লা চৎপা তাই।"

নোংমা অয়ুক অমা তরুনীনা মচানুপী চিত্রাদা হায়খি।

তরুনী চহি হুম্ফু শুরে-সরকারগী হায়র সেকেণ্ডরী অমগী প্রিনসিপাল ওইরম্বদগী থবক্তগী পোত্থাদুনা পেন-সন ফংবা চহি অমা ফারে। লাইরিক হৈবিনি এম এনি, এক্সপীরিয়েন্স য়াম্না লৈরবীনি, মণিপুরী মৈতৈশিংগী ট্রেদিসন,কস্তম অমসুং কলচরদা চাউরকপী, মশানা মণিপুরী সভ্যতা কলচরবু নুংশিজবী, গুরুশিষ্য ব্যবহার কায়দনা পরম পরা ঙাক্লা চৎপী নুপী অমনি। মৈতৈ নুপী অমনি হায়বদা চাউথোকচবী তরুনীগী মপুরোইবা মণি, মনিপুর সেক্রেটারিয়েৎ সার্বিসতা কেরানী ওইরম্বদগী মথং মথং প্রোমোসন ফংদুনা অন্দর সেক্রেটারী ওইনা থবক্তগী পোত্থাবা চহি মঙা শুরে। পেনসন ফংলবা মতুং চহি অহুম শুরকপদা ইখঙ খঙহৌদনা লেঙ ওৎপা ঙমদবা লায়না অমনা নারকপদগী চহি অনি শুরক্লে ফমুংদগী হেন্দবা।

মণি, তরুনী নুংশিনদুনা লৌন-লৈনরকপনি। চহি নিফু হেন্না লৈমিন্নরকপা অসিদা নোংমতা ফাওবা কেনা তৌনরক্তি-অমনা অমগী ব্রাখল খঙনৈ, থবক তৌবদা অচোপ অরেম খায়নদে, দিগনিটি অব লেবর খঙনৈ, ইকায়খুম্নে-দিভিজন অব লেবর মশক খঙনৈ-তঙাই ফদবা মতমদা অমনা অমগী মতেং পাংনৈ-মশাদা ইগো পোক্লদে, অদুনা চান্নচিন্ননা লৈমিন্নরকখি।

ইমুং মনুংগী লৈকোক লৈকাইগী সমাজগী মথৌ মঙম পাঙথোকপগী মথক্তা হৌজিক লেঙ ওৎপা ঙমদ্রবা মপুরোইবা মণিগী সেবা মথৌমক্লি খন্না তৌরি- নোংমতা ব্বারে ঙমদ্রে হায়না ব্বাকত্তে-নুংঙাইতবা নুংশুক-নুংজানবা পোকপা অব্বাবা শক্তম মপুরোইববু মিকুপ অমা ফাওবা উহন্দে। তরুনীনা মাগী সেবা তৌবদা ব্বারিবদু খঙদবা নত্তে মণি-মরক মরক্তা তরুনী খঙহন্দনা শুৎ শুৎ কপ্পবা নত্তে, অদুবু করিগুম্বা কান্দা মনীং থুংলক্তবা, মথন্তনা করিমত্তা তৌবা ঙমদ্রবদুদা শাউরদুনা মাগী নুপী তরুনীদা চৈথাংবা হেক হেক তৌই।

মদু তারগা শাউগদবা তরুনীনদি শাউদ্রদুনা মচানুপী চিত্রানা শাউই, মবুক্লীংদা খল্লি-নুপানি হায়দুনা মপানা মমাবু উশিংপীদে-মাগীদমক্তা মপুমথীংনা নোমলিবী, মাবু সেবা তৌরিবী মমাবু থীনা থীনা চৈবী, নুপানা নুপীবু লাকচবী তুহৎপী উশিংপীদে হায়না খল্লি।

চিত্রা চহি কুন্তরেৎ শুরে-মণি তরুনীগী মচা নুপী অতোপ্পীনি। মচে অহন বিজয়া ৩৭, লুহোংশ্রে মচা অহম শুখ্রে, মবুং লোকেন ৩২, কমপুটর ইঞ্জিনিয়ারনি- ইনাকখুনবী গুজরাতি নিংঙোল অমা লৌদুনা আহমদাবাদতা লৈখ্রে। চিত্রা-অতোন অতা ওই, লুনা চান্না য়োক্লকপনা চক্রি ফত্তে - লমকেৎ লমহাই, অনম কল্লি, অনীংবতা তৌই, মাগী অনীংবদু মীনা য়েৎলুবা য়াদে।

অমুক্তা নত্তে হৌজ হৌজ অনিরক মমা তরুনীনা মিত্তা চুমদে নকশিন্নরুনু হায়বা পাখঙ অনিখক মানা হকচিন্না নুংশিনরবনি লৌন-লৈনরগদবনি হায়না হোৎনরুবদা পাখঙ অনি অদুনা মথং মথং মিত্রংগুম্না ঙাওহল্লম্লগা শৎ লৈয়থোকখিবদগী মবুক্লীংদা নুপা হায়বা জাৎ অসিবু য়াম্না শাউনীংখি — নুপানীতবু হায়রবদি মবুং মৌপ্‌ব্রা মপা মতোন ফাওবা খাকখিদ্রে।

হন্দক মরক্তি চিত্রা ব্রারী ব্রাতাই শানবদা মচীন্দা তোয়না পল্লি ফেমিনিজম হায়বা ব্রাহৈ অমা। মাগী মমান্নবী মালা ২৯, লুহোংলুরগা খাইনদুনা লৈবিনি, এক্সত্রা মেরিটেল রিলেসন লৈ হায়দুনা খাইনরকপনি, বিনা ৩১, য়ুম অনিরক পাল্লুরে অনিমক মোৎ তিন্নদবদগী কায়নরকপনি — মাগী ব্রাকৎ-মাগী মব্রা তাবিদে নুপানা মাবু উশিৎপীদে, তাবিদে, বালা ৩৪, ময়ুম পান্দ্রি নুংশিনবা পাখঙ অমা ফাওবা লৈতে, চহি ১৫ শুরকপা লৈশা মপৃং হাইফেৎ ফারকপা মীওইশুরকপা মতমদগী মিৎচিনা কয়া, ব্রাহৈ ব্রাতানা কয়া কাইহৌ ইকাই-ইকি খঙদবমখৈ পাখং-খোঙতেক মিত্তাং ওইরসু অমত্তংদি মাগী হায়দু ওইনবা হোৎনরকপনি, অদুবু শাংলবা চহি তরামাপলসিগী মনুংদা পাখঙ অমত্তনা মিৎচি পাউখোং চল্লক্তি মাবু কাইহৌরক্তি, মানা হৌজরুবা কয়া পৈয়না পৈয়না হাইদোক্লখি — নুংশি মিৎয়েং মিৎচি অমা ফাওবা ফংদ্রি— অদুনা মহাক নুপাবু য়াম্না শাওই থীনা থীনা চৈ, অশুম্না চিত্রা, মালা, বিনা, বালা শঙ্গু অমত্তদা পাইমিন্নবা চেক্লানি। মখোয় মরিমক ইং ২০০৩ গী মে তাং ১ দা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা শীনবা "মণিপুরী সাহিত্যদা ফেমিনিজম" হায়বা বিষয় অসিগী সেমিনার য়াওরুবা মতুং নোংমা কোনবা তাং ২ গী অয়ুক্তা চিত্রাগী য়ুমদা উনদুনা "মণিপুরী ফেমিনিষ্ট সোসাইটি" লীংখৎসি হায়দুনা খন্নবা হৌরিবনি।

"ঙরাংগী ডাক্তর প্রেমচান্দগী পেপরদা হায়বা সাইমোন দি ব্যিবোরগী ব্রা—One is not born but rather becomes a woman হায়বদু য়াম্না চুম্মীকো"— চিত্রানা হায়রকখি। "য়াম্না চুম্মী," মালানা খুন্নকখি— "নুপানা খুল্লীংদুনা পানবা পেট্রিয়ার্কেল সোসাইটি অসিদা নুপীবু নম্নথদুনা থম্নবা লোইনা শীনখ্রবনি, নুপীনা মশানা য়াই য়াদে হায়বা মশাগী মোৎ পীননবা শক্তি অদু ফাওবা পীখিদ্রবনি।"

বিনানা ব্রাপাংলকখি— "অদুনি, খিত্তং পুংকক চাউরকপদা ইপা ইমানা তোঙান্না খায়দোকপা হৌরবনি — ঐখোয়বু কোন ফেঙঙু ব্রাই তৈমু চাক থোংউ — নুপা মচাশিংগী মরক্তা শান্নবকা য়াওরুরবদি নুপীনবু অদুম তৌবা হৌনবরা হায়না চৈরিবনি। ইবুং ইপ্‌ব্রা লৈরিবা মখোয়বুদি নোংমতসু কোন ফেঙহনদে লুখাকচগুম শেংহন্দে— থবক অমত্তং তৌরুবদা মদু নুপীগী নত্তে নুপীনা অদুম তৌবা হৌনদে হায়না চৈথাংদুনা থম্লকখিবনি, তোখায়না তাহল্লকপনি।"

বালানা শমথরকই – "নুপানা নুপীদগী করি হেনবগে--Women are not inferior by Nature, but inferiorated by culture ; they are acculturated into inferiority. "অওইবমক নুপাগী hegemony ঙাক্লনবা শেমগ্রবা সমাজ অসিগী কলচরনা ঐখোয় নুপীবু নুপাগী মখা পোলহল্লি। মসি হৌজিক্কী মতমগা চানদ্রবা সিষ্টেমনি মুখৎকদবনি। ঐখোয়গী সোসাইটি অসি লীংখৎলগা Male Domination পূরা মুখৎনবা থবক পায়খৎকদবনি। চিত্রানা-"ঐখোয়গী সোসাইটি অসিগী মমিং ফেমিনিষ্ট সোসাইটি অব মণিপুর কৌরসি।"

মতমদুদা তরুনী চঙলক্তুনা মচানুপী চিত্রাদা হায়রকই- "ইবেম্মা ননেগী মচানুপী সবিতা লাকই নঙ ঙাইহাক্তা খোরকউ।" "ইমা ইনম্মদু সিদা অমুক্তা চঙবীরকউ খর হায়বীয়ু।"

"নখোইগী ফেমিনিজম্ হায়ব্রা--নুপাবু থীনা চৈবসি মাদি কয়া হৈনরোইদা। নঙ অমুক্তা খোরকখো।"

মালা বিনা বালানা পুন্না হায়রকখি-"খোকউরো চিত্রা, য়ারদি পুল্লপ অমুক চঙমিন্নরকউ- মাসু ঐখোয়গী সোসাইটি অসি য়াওহনসি।"

সবিতা ২৮, মনিগী মচল নুপীনা পোকপীনি। মণিপুরগী পরম-পরা ঙাক্লা চৎপা ইমুংদা চাওরকপনি। খোইদোক্লা ওর্থোডোক্স ওইবা, লমচৎ-ব্যবহার থকসি-খাসি ব্রাঙাং শাঙাংদা নিংথেমচাগী হৌন-লোনচৎ ঙাক্লা চৎলিবা ব্রাখ্যা সনাতোম্বগী মমৌ ওইরিবনি। মচা অনি নুপা অমা নুপী অমা পোক্লে। নুপী অমা ওইবগী মপূং ফারবী, নীংথিরবী মশক মতৌ ফজবী,মৈতৈগী ইমুংদা হায়নবী ফিদম্লীংঙাই ওইবী নুপী অমনি। মশা গ্রেজুয়েৎনি, মণিপুর সেক্রেটারিয়েৎতা ইউ ডি সি ওইরি।

অয়ুক ঙস্তা হৌগত্তুনা ঈরুমাইথজরগা মন্না-মপুরোইবা অমদি মনেম-মকুগী বেদ টি কপ অমমম লানশিনবদগী হৌদুনা ইমুং ব্রাইরম শিংতোক শেংদোকপা কোল্লিক ফেঙবা ইমুং মাঙ্গোল ব্রাই তৈবা তুলশিবুং ব্রাই তৈবা অয়ুক অঙনবগী নুমিৎতা লৈ-শু ধুপ থাওমৈ কৎপা, মকুবোক্কী আনিক সেবানচিংবা তৌনবা লৈশু হেকপা যাব-চন্দন তকপা শেম্বা অসিনচিংবা মকু-মনেম অমদি মপুরোইবগী সেবাগী মথক্তা স্কুল চৎলিবা মচা অনিগী অয়ুক্কী ব্রেকফাষ্ট শেম্বা টিফিন বোক্সতা টিফিন হাপ্পা ঈরু মাইথজবিদুনা মফি মরোল শেংপীরগা স্কুলগী রুটিন্নচিংবা চেক্ তৌদুনা য়েংলগা অয়ুক্কী স্কুল বস তান্না থিন্দোকপা মনেম্মোক হৌগৎলক্লগা মনেম্মোক্লা তাকপা অপাম্বা মতুংইন্না চাক-ইলাং খোং-থাকপা লোইদুনা মখোয়গী চাননবা থেঙত্তুনা থনম্লগা মতম চানা অফিস কাবা পূম্নমক মীনা মথক্তা ব্রা ঙাঙহন্দনা লোইনা পাঙথোকই।

সবিতা অফিসতগী হল্লক্লগা ইমুং মনুংগী থবক য়াচংবগী ধুপ থাওমৈ কৎপা নুংদাংগী চান-থক্লবা খোং থাকপা, ফমুং-ফানুং শেম্বা, মচাগী লোংমগী লাইরিক লাইশু পানবা পূম্নমক লোইরগা পোখাই। পূম্নমক অসি তৌনা-তৌনা লৈকাইগী সমাজগী থৌরম পূম্বা য়াওই, মণিপুরগী লৈবাক্কী মরু ওইবা থৌরম পূম্বদা শরুক য়াদবা তৌদে।

ঙাইহাক লৈরগা সবিতা চিত্রাগা লোয়ননা মাগী কাদা চঙ্লকখি। হন্দক্তি তরুনীসু য়াওরকই।

"লেঙশিনবীরকউ ইনম্মা" মালা বিনা বালানা হায়রকখি। মখোয়সু চিত্রানা কৌই হায়দুনা মাবু "ইনম্মা" কৌই।

"ঐখোয় ফেমিনিজমগী থবক কনখৎনবা ফেমিনিষ্ট সোসাইটি অমা লিংসি হায়না খন্নরমলিবনি।"

"মণিপুরদবু, ফেমিনিজমগী সোসাইটি লিংবগী দরকার লৈতেদা," সবিতানা হায়রকই। "নুপীগী হক তানবনা ফেমিনিজম ওইরবদি হৌজিক্কী মতমসিদা-মণিপুরদদি হক পুম্নমক হেন্দোক্লা ফংলবনি-অদুনা ফেমিনিজমগী ৱাফমসি মণিপুরদদি মচীন কয়া থৌদে-থোইনা কান্নরোই।"

"ইনম্মা, নুপানা খুল্লিংবা সমাজসিদা নুপীবু নুপানা হন্থনা য়েংই Inferior নি অবালানি হায়। অওইবদি " Women are not inferior by nature but inferiorated by culture "। নুপাগী hegemony থম্লবা শেম্না কলচরনা নুপীবু inferior ওইহল্লে, মসিবু য়ানীংদবরনে ইনম্মা" মালানা হায়বকই।

"ইহান হানবদা সমাজ অমা হায়বসে নুপাতনা শাবা নত্তে। নুপা নুপী পূন্না শেম্বা সমাজনি, অদুনা নুপানা খুল্লিংবা সমাজ হাযবসে অরানবা ৱাখলনি।

"নুপানা নুপীবু হন্থনা য়েংই হায়বসি মী খরগী পার্সনেল ওপিনিয়ননি, সমাজগী ৱাফম নত্তে। ঐদি মসি য়ানীংদে। পন্থোইবীবু ঈবাৎলিবা, দুর্গা, কালী, লক্ষ্মী পুজা তৌরিবা লমদমসিদা নুপীবু ইকায় খুম্নবিবা লৈবাকসিগী নুপাশিংনা নুপীবু খক হন্থনা য়েংবা লৈতে। অহোইনদুম সমাজদা ইনাৎকী থৌরম কয়াদা নুপীগী ফমফম তোঙান্না থমলি, থৌরম কয়া নুপীনা মকোক থোংনা তৌরি, মখোযগী মঙ্গা চংনরি-নুপীবু নুপাগা চপ নান্নদা ইকায়খুম্নবি। অদুনা মণিপুরী সমাজদা নুপানা নুপীবু খক হন্থনা য়েংদে।"

নঙনা হায়বিবা Women are not inferior by nature হায়বসি য়াম্না চুম্মী। ঐগী মোৎতদি by nature নুপাদগী নুপীনা Superior নি। নুপানা তৌবা ঙম্বা খুদীংমক নুপীনা তৌবা ঙম্মী অদুগা নুপীনা তৌবা ঙম্বা অদুদি নুপানা ঙমদে-খুদম-নুপানা অঙাং পোকপা ঙম্বরা, অঙাং খোম পীথকপা ঙম্বরা ?"

"অদু ইনম্মা ! মখোয়না ঐখোয়বু অবলা পাঙ্গল শোনবী হায়রিবসি করিগীনো ?" - বালানা হায়রকখি।

"মদু মখোয়না হায়বনি-নুপীশিংনা য়াজবনি-নঙবু মদু য়ানীংবরনে স্পেসকী সিটিজন কল্পনা চাউলাবু নুপারনে ?"

"হোয় ঐবুদি য়ানীংদে- কল্পনা নুপীনি, নুপা মরায় অমনা ঙমদবা থবক নুপীনা তৌরি। অদুবু অয়াম্বা নুপীনদি মসি য়ারি"

"মদুদা নখোয়সু য়াওরিবনি, নখোয় exception নত্তে।"

"করম্না ?"

"কমপ্লেক্স লৈবনা। খুদম, নখোয়না পার্লিয়ামেন্ট অমসুং এসেম্বলীদা নুপীগী সিট রিজার্ভেসন তাম্লিবদো ! ভারত সংবিধানগী মতুংইন্না নুপা নুপী চপমান্নবা পার্লিয়ামেন্ট অমদি এসেম্বলী সিট পুম্বদা মীরেপ ওইবা য়াই, কন্টেষ্ট তৌবা য়াই-কাবসু য়াই। নখোয়না নশাগী হক এর্সট তৌবগী মহুত্তা করিগী রিজার্ভেসন পাম্লীবনো ? মসিনা উৎলিবদি নশাদা ইনফেরিওরিটি কমপ্লেক্স লৈরি, নশানা নশাবু নুপাদগী ইনফেরিয়র ওই হায়না য়াজরি অদুনা রিজার্ভেসন তান্নরি। অদুনা নুপী হায়বসি অবলানি, পাঙ্গল শোনবীনি নুপাদগী ইনফেরিয়র ওই হায়বসে নুপানা হায়বা নত্তে, নুপী নশানা হায়জবনি, য়াজবনি-অদুনা নুপাদা তাইনফম থোক্তে।"

" ইনম্মনা হায়বিরিবা ৱাদু, ঐদি য়াজনীংদে " মালানা খুম্লকখি।

ঐখোয়গী সমাজ অসি নুপানা খুল্লিংবা সমাজনি, মখোয়না নুপীবু মথৱায় য়াওদবা শান্নপোৎকুম শীজিন্নে-য়েংবিয়ু, মোইরাং নিংথৌ পুনসিবনা মাগী নুপী ঙাংখরৈমাবু মনা ওইনা পুরেনবদা পীথোকখি, হিন্দুগী মনু সংহিতানা নুপীবু বেদ তম্বা লাইবিক লাইশু তম্বা য়াহন্দে-হৌজিকসু ঐখোয়গী সমাজ অসিদা নুপানা নুপী লোনবা য়াই সমাজনা য়াদবা তৌদে-অদুগা নুপীনা মৱা অনী শুরবদি থীনা ভাঙনৈ, সমাজনা অথিংবা পী। মরম অদুনা ঐখোয়গী সমাজদা নুপাগা নুপীগা চপ মান্নে হায়বসিবু করম্না হায়বীরিবনো ?"

"ইবেম্মা মালা ! নঙনা হায়রিবা মোইরাং নিংথৌ পুনসিবনা পুবেনবদা মাগী নুপী ঙাংখরৈমা পীথোকপগী ৱা, মনু সংহিতানা নুপীবু লাইরিক তম্বা য়াহন্দবগী ৱা পুম্নমক অদু থায়নঙৈগী মতম অমগী ৱানি ইতিহাসকী ৱারীনি। হৌজিক্তি মদুগুম্বদু চৎনদ্রবনি, আইন্না য়াদ্রবনি, সমাজনা থিংলবনি। হৌজিকপু কনানা নুপীনা লাইবিক তম্বা য়াদে হায়না থিংবগে ? নুপানা নুপী লোনবা খ্বাইগী চৎনবী নত্তে, কনাগুম্বা য়াওরন্নবসু মদু এক্সেপসননি। এক্সেপসনগী ৱা হায়বা তারবদি নুপীনা নুপা লোনবসু মরৈরিবনি।

মচা পাম্বা য়ুম্বানবা নুপানা মাগী নুপীদুনা মচা পোকপা ঙমদ্রবদি অতোপ্পা নুপী অমা লৌবা য়াফম থোকই crime নত্তে, মচা পোক্তবী নুপী অদুনা লোন্নবী মনাওনুপী অমা থিবদা মতেংদুম পাংনরিবনি। য়াবু য়ানরবদি মচা পোকপা ঙমদবা নুপানা মাগী নুপীবু মচা পোক্লনবা খুদৈ তরেৎ ফাওবা লংবা য়াই হায়বা মৈতৈ অহল লমনশিংগী পাউতাক চৎনবী লৈরিবনি। হিন্দুশিংগী চৎনরকপা নিয়মদসু ক্ষেত্রজ ওইবা মচা অদুবু শাগে অদুগী মচা-মশু ওইনা অদুম লৌনৈ। অশুম্না মহাভাবতকী ধৃতরাষ্ট্র, পাণ্ডু বিদুর কৌরব শাগৈনি, লৈখিদ্রবা নিংথৌ বিচিত্রবির্য্যগী মচানি।"

সবিতানা মখা তারকখি,-"নঙনা হায়রিবা নুপীনা মৱা অমদগী হেনবা নুপা লৈবা পাপ্নী হায়বদুদি সমাজ সমাজদুগী চৎনবীগী ৱানি, sin is geographical হায়বা বার্ট্রাণ্ড রসেলগী ৱাফম অদুনি। টিববত্তা অমদি ভারতবর্ষগী উত্তরাঞ্চলদা লৈবা চক্রাতা হায়বা লমদা নুপী অমনা নুপা মরী মঙা হায়বদি অমদগী হেনবা মপুরোইবা লৈবদা পাপনি হায়নদে। খাসিয়া কেরলা অমদি আমাজন্নচিংবা নুপীগী hegemony লৈবা লমদা নুপীনা

নুপা অমদগী হেনবা মপুরোইবা লৈবা sin নত্তে। নুপানা খুল্লিংবা ভারতবর্ষগী ফাওরবা ৱারী মহাভারত্তা দ্রৌপদীগী মপুরোইবা পাণ্ডব মঙানি মদু sin নি হায়দে। নুপা অমগা নুপী অমগনা কুপল ওইবা চৎনবীদা exception খরা লৈবদু খ্বাইনা পান্নদবনি হায়না মদুবু পাপনি হায়বত্তনি। হৌজিক নুপী লৈবা নুপা অমনা অতোপ্পা নুপী অম্না লৌরকপা মতমদা হান্নগী নুপী অদুনা মৱা অদু খাইনবদা কৈসু অথিংবা লৈতে। নুপী লোনবদি নুপীশিং অদুনা মশানা য়াজবননি। নুপীনা নুপী লৈবা নুপা অমগী অতোপ্পী ওইবদি নুপী মশানা মশাগী হক সরেগুর তৌজবনি। মসিসু হৌজিক্তি থিংনবা নুপীগী হক মাঙদনবা আইন মখল মখল লৈরবনি। অদুনা মসিদি নুপানা নুপীবু হম্বুনা য়েংদুনা মখোয়গী hegemony থম্বগী ৱা নত্তে নুপী মশানা মশাগী হক সরেগুর তৌজবনি।

"অদুবু ইনম্মা!" চিত্রানা ৱা পাংশিল্লকখি " মখোয় নুপানা নুপীশিংবু চাকথোং ফৌসু, কোনফেং ৱাইশিং ৱাইতৈ ফিশু ফিজাম্নচিংবা অমোৎপা অতোনবা থবক পুম্নমক নুপী নখোয়গী নথৌনি হায়না তৌহল্লগা মখোয়না অতোং-অরেমদা লৈবসিবু নুপানা নুপীবু শুহৎপীবা নত্তবরা ?"

"ইবেম্মা মদুদি division of labour গী ৱানি, মসিদা অতোনবা তোন্দবা থবক হায়না খায়বগী ৱাফম শুক্লৈ লৈতে। মীওইনা হিংবদা চঙলিবা তৌদবা য়াদবা শিনফম খুদীংমক চপ মান্ননা ইকাইখুম্নগদবনি, শিনফম অমবুনা অরেম্বনি, অমবুনা অচোপ্পনি খনফম থোক্তে, দিগনিটি অব লেবর ঙাক্কদবনি। চাওখৎপা সমাজ অমা লৈবদা তৌদবা য়াদ্রবা থবক কয়ামরুম লৈ-থবকশিং অদু মী অমত্তনা লোইনা তৌবা ঙমদে অদুনা সমাজ অদুদা লৈরিবা মী পুম্বনা থবক অদু য়েন্নদুনা শুমিন্নগদবনি। অদুম্না ইমুং অমগী থবকসু ইমুং অদুগী মীশিংনা য়েন্নদুনা শুমিন্নগদবনি-মসিনি দিভিজন অব লেবর। থবক পুম্বা সমাজ অদুগী অমদি ইমুং অদুগী তঙাইফদবা ঙাক্তনি অদুনা থবক খুদীংমক চপ মান্ননা ইকাই খুম্নগদবনি-অচোপ অরেম খায়ফম থোক্তে। থবক খুদিংমক অরেম্বা ঙাক্তনি। চাক ঈশিং লোংথাকপা ৱাইশিং ৱাইতৈ কোন ফেঙবসিবু নুপীতনা তৌববা নুপাদি খক তৌদববা ? উৎসবকী চাক থোংবা কোন ফেংবা লুখাক চগুম শেংবা ৱাইতৈবসিবু নুপানা তৌরিবা নত্তববা ? হোটেলগী কোল্লিক ফেংবা গ্লাস চাম্বনচিংবা সিবু নুপানা তৌরিবা নত্তবরা? মফম মতমগী মতুং ইন্না থবক পুম্বা তৌনবিবনি-মসিবু অতোনবা অচোপ্পা থবক্লি হায়না খল্লবদি inferiority complex লৈবগী ৱানি-নখুৎমক্লা থোংবা চাক ইস্নাং মীনা হাওনা চাখিবদু উবদা নথৱাইদা নুংঙাইবা পোক্লা ? অদুনা ইবেম্মা complex লৈগনু-মণিপুবদা ফেমিনিজমগী ৱা কৈসু লৈতে। মসিগী ৱাফমসি নখোয়না নোংচুপলোমগী লাইরিক লাইশু খর পারুরগা পঙখল খল্লুবগী ৱানি। নোংচুপকা নোংপোক্কা সমাজ চৎনবী সভ্যতা কলচর য়াম্না খেন্নবনি। মফম অদুদা তৌবা অদু ঐখোয়গী লম অসিদা শীজিন্নবা য়াবা নত্তে।

"ইনম্মা! চাওখৎলবা ইউরোপ আমেরিকাগী ৱাখললোন ফেমিনিজম অসিবু কৈসু লৈতবনি, ভারত অমদি মণিপুরদা apply তৌবা য়ারোই হায়বা ৱাফম অসি ঐদি য়াজনীংদে। ইউরোপ আমেরিকাগা চাংদম্নরুরবদি মণিপুরদি য়াম্না চাওখৎত্রিবা প্রিমিটিভ ওইরিবা লমনি" চিত্রানা খুন্নকখি।

" ইবেম্মা ! নঙনা চাওখৎলে হায়রিবা ইউরোপ আমেরিকা হায়রিবদো চহি চনি ফাদ্রিবনি মখোয়না চাওখৎচরক্লিবসি, মখোয়না চাওখৎলি হায়রিবসিসু নাকল অমত্তনি-বিজ্ঞানগী লম-Material Science তা অদুক চাওখৎচবনি- অধ্যাত্মিকী লম, সমাজনিটিনচিংবগী লমদদি ইচাও চাওখৎত্রিবগুম্বনি-মখোয়গী সভ্যতাদি চহি চনি ফাদ্রিবনি। ভারতকী সভ্যতাদি চহি লিশিং মঙা হেল্লবনি, জ্ঞান বিজ্ঞানতা নত্তনা সমাজনিটি, অধ্যাত্মিকনচিংবগী লমদা মখোয়না য়ৌরক্কদবা চহি লীশিং লীশিং য়াৎলিবনি। নখোয়না মখোয়গী লাইরিক লাইশু খর পারু খর তম্নুরগা ভারতকীদি লায়রদুনা ঐখোয় মণিপুর ইশাগী হৌগ্রবা মতমগী য়ারী লাইরিক অমা ফাওবা উদ্রিবা খঙদ্রিবা নখোয়না ঐখোয়গী মণিপুরগী সভ্যতাবু primitive নি হায়জবা শারি।

চহি লীশিং মঙাগী মমাঙ ভারতনা খম থেংনা চাওখৎলবা মতম অদুদা ইউরোপ আমেরিকাদি মী তাদ্রিবা উমং চীং পাখিকোমথিনি। মফমসিদা মী লৈরকপা চহি লীশিং ফাদ্রিবনি, মখোয় অয়াম্বা উমংগী মী ওইবম্বদগী চাওখৎলবা সভ্যতাগী মঙাল উবকপা চহি চহুমর্লোমতা ঙায়রিবনি। অদুনা চহি লীশিং মঙা হেন্না চৎনরক্লবা চাং য়েংলদুনা ফরে খঙলবা সমাজগী চৎনবী নিটি নিয়ম কয়া অসি খঙদ্রিবা মখোয়গী য়ানা করম্না অফবা অচুম্বা ওইদৌরিনো ? মনীংমখা তম্বগী হক তানবগী য়াখল্লোন্দা চাওখৎত্রিবা সভ্যতাগী চৎনরোল অদুবু অফবনি করম লৌগদৌরিনো ?

নখোযনা হৌজিক যাম্না থাগৎলিবা ইউরোপ-আমেরিকাগী ফেমিনিজমগী নুপীগী নীংতম্বা নুপীগী হক অসি ভারত্তা চহি লীশিং মঙাগী মমাঙদা লৈরম্মী। মদু মীওইবগী শাজৎকা শা উচেক্কী শাজৎকা য়াম্না মান্নরিঙৈ, মীওইবগী সমাজ চাওখৎত্রিঙৈ মতমদনি। মতমদুদা নুপা নুপী চপমান্ননা মনীংতম্লম্মী। শাউচেক্কী অরেপ্পা ফেমিলি লৈতবগুম মীওইবগী মরক্তসু ফেমিলীগী অচেৎপা লীপূন লৈরমদে।

মমৈদা মীওইবগী সমাজ চাওখৎলক্লবা, ফেমিলীনা সমাজগী ইউনিট ওইরক্লবা মতুংদা মপা মশক খঙদবা অঙাং লৈতনবা হৌজিক ভারত্তা লৈরিবা সভ্য সমাজদা চৎনরিবা ইমুং মনুংগী চৎনবী অসি মহর্ষি উদ্দালক্কী মচা নুপা মহর্ষি শ্বেত- কেতুনা লেপখিবা নিয়মনি। মসি চহি লীশিং মঙা হেন্না চৎনরক্লবা চহি কয়া চাং য়েংলবা তুংদা খ্বাইদগী হেন্না ফরবা চৎনরোলনি হায়না পৃথ্বি পুম্বা য়ানরি। মসিবু ফত্তরে-নোংচুপলোমগী মপূং ফাবা ফেমিলী লৈতবা সমাজ অদুনা হেন্না ফৈ হায়না মদুগী মতৌ তম্লবা হোৎনরিবসিবু করিনো ! "

"ইনম্মা ! ইউরোপ আমেরিকাদা মপূং ফাবা ফেমিলি লৈতে হায়রিবসিবু করম্না হায়বিরিবনো ?"

"ইবেম্মা ! ইউরোপ আমেরিকাগী ফেমিলিদি মতৈ মনাওগা অপীকপা মচাগনা লোইরে। মখোয়গী ফেমিলিদা মপু মবেন মনে মন্দোন মশু য়াওদে। মচা ফাওবা চহি ১৮ হেনখ্রবদি ফেমিলী অদুদা য়াওদ্রবনি। চহি য়াল্লবা মপা মমা মপু মবেনবু হুন্না য়েংদ্রবা ফেমিলী অদুবু মপূং ফাবা ফেমিলীনি হায়বা য়ারিবরা ? মনীং তম্লরিবনি- মাগী মাগী হক লৌনরিবনি হায়দুনা ফেমিলী অমগী নুপানা অতোপ্পা নুপী অমা য়ুম অদুমক্তদা লৈমিন্নবা -নুপী অদুনসু

মাগী নুপা নত্তবা অতোপ্পা নুপা মরুপ্পী অমগা য়ুম অদুমক্তদা লৈমিন্নবা য়ারিবা ইউরোপ আমেরিকাগী ফেমিনজিমগী চৎনবীদু মণিপুরদা পুশিল্লক্কে হায়রিবরা ? অদুম্মা তৌরবদি মণিপুরী ঐখোয়গী আইদেন্টিটি মাঙবতা নত্তনা ঐখোয়গী সভ্যতা কলচর পূংমুৎ, মুৎপা তাবনি। মদু মণিপুরী সমাজনা য়াবা শুকওম ঙমলোই।

মতমসিদা শুমাংদা কার অমা থৌজিল্লকখি। সাবিতাগী নুপা অদু কারদগী কুমথরক্লগা কৌরকখি- "ইনেবেম্মা ইনেবেম্মা !"

মতমদুনা তরুনীনা হায়রকখি -"ইবেম্মা ! ইবুংঙো লাক্লে চৎননবা তৌরো ।"

সবিতা মপান থোকপ্লে - হায়রম্মী "ইবেম্মাখোয়, তুংদা নোংমা অমুক খন্নসি।"

"ইচাশা ! থেঙলে, য়ুমদা নুংশা থীনরম্লনি- চৎলো চৎলো " তরুনীনা হায়না হায়না মখা তারকখি।

"নখোয় লাইরিক হৈবী ঙাক্তনি - Right and obligations খঙইদনা সংসাব হায়বসি নুপা নুপী পূল্লগা ওইরিবনি, নুপা ঙাক্তনা নত্ত্রগা নুপী ঙাক্তনা সংসাব ওইবা য়াদবনি। পোল্লকপদা নুপা ওইনা নত্ত্রগা নুপী ওইনা পোল্লকপনি- শিনফম্মা নুপা নত্ত্রগা নুপী ওইবা নত্তে। সমাজ অমদা নুপাসু নুপীসু Rights and obligations চপ মান্ননা লৈ। অদুনা নুপাসু নুপীসু সমাজ অদুগী মনুংদা ঐনা তৌনীংবতা তৌবা য়াদে, সমাজ অদুগী চৎনবী নিয়ম ঙাক্কদবনি। ঐগী হক্তমক তানবা ওব্লিগেসন ঙাক্তবদি য়ারোই। সমাজ অমা লৈবদা চঙদ্রবা য়াদ্রবা শিনফম খুদীংমক চপ মান্ননা ইকাইখুম্নগদবনি হায়বসি মীপুম খুদীংনা খঙগদবনি। শিনফম অমনা অতোনবা অচোপ্পনি- অমনা অফবনি অরেম্বনি হাযনা অর্থ খক হল্লোইদবনি। নুপা অমসুং নুপী তোঙান তোঙানবা থবক্তা মশা মশাগী হৈনজবা লৈ-হৈনবা মায়কৈদা থবক পায়নবগী ৱাতনি।

নেচরনা নুপীগী মগুনদি থোৎপা নৌবা নুংশিহৈবা মীনুংশি চাওবা অমদি মশাগী ওইজবা থাদোকপা, মমা ওইবগী গুন লৈবনা মচাবু যোক থাকপা সেবা লাংবাদনা খর হেন্না হৈনগল্লি। সেবা হায়বসি চাউরবা লেমজনীংঙাই ওইবা শিনফমনি, অচোপ্পা শিনফম নত্তে-মবমদি মসিদা থাদোকপা হায়বা চাওরবা গুন অমা য়াওবি।

অদুনা ইচাশা ঐখোয়গী ভারতবর্ষদা থোইদোক্লা মনিপুরী ঐখোয়গী সমাজদা চৎনরিবা লোনচৎ - শাজৎ অসিগী অফবা ফত্তবা মুন্না য়েংদ্রিঙৈ-মপা খঙদবা মচানা খুল্লীংবা নোংচুপলোমগী সমাজগী লোনচৎ শাজৎ হেন্না ফৈ হায়না খক খল্লুগনু। অদুগা নুপাবু হন্দুনা ঙাঙবা ফেমিনিজমগী ৱাদু পঙপু পুশিল্লকনু- লৈবাকসিদদি মীরানখাং ঙমদদুনা লমজা পুবনি, চাহৈদবা পোৎ চারবদি মীমাঙ ফম্বনি।"

জুলাই ২০০৩ ইং

*******

## ১৭

# ষম্বনসিনা

"ষম্বনসিনা ঐগী য়েক্লবা ওইরিসি কয়াদি কুইরে ?" নুংশা মপী হোল্লদুনা নোংমা হায়খি মহেন্না য়াম্না থৱায় শোক্লা ঐঙোন্দা। নুমিৎ অদু নুমিদাংৱাইরমনি, ইম্ফাল তুরেল মপান্দনি। নুমিৎ অদু ঐহাক শীংজমৈরোমদগী তোবর্বান্দা মহাবলী উমং তম্না লাকখি। থুম্নুথোং হেক লাল্লকপদা কুইনা উনখিদ্রবা অঙাং ওইরিঙৈগী মরূপ মহেন উনখি। ঐখোয় অনি ৱারী শানা শানা অশুম অৱাং পাংনা চৎমিন্নবা মতমদা হায়খিবনি -"নঙনা খঙলিবদুনি সমাজনা চৎনবীনা ধর্ম্মনা শুকয়া য়াদ্রবা, মাগী ওইবা শুকয়া য়াররোইদবা অসিবু মানা কোযশঙ শঙদুনা, য়োৎলী তারা ষম্বন ওইদুনা লৈরিবনি। ষম্বনসিগী ৱাংমা-ৱাংমদা থম্মোই অনী ওমচাক্লরি, অদুবু উনবদি ফংহন্দে ষম্বনসিনা।"

" পাউ-নুং করিমত্তা তাদ্রবরা ? টেলিফোন্নচিংবা অমত্তা ফাওনদ্রবরা ?"

"পূম্নমক গুম- ফোন ককা মরী লোইনা ককথৎখ্রমাল্লে, মীসু চঙহন্দে মপানসু থোকহন্দে, কয়া ৱারে ঐদি নুমিৎ খুদীংগী ষম্বনসিগী ময়াদা। টেলীপেথিগী মরী ফাওবা যাম্ তৌখ্রমাল্লে-মঙ হাদা ফাওবা শুকউ উখিদ্রে।"

" নঙগী রাদরদু ফত্ত্রবরা চেক তৌ, য়ারবদি মহুৎ অমা শিল্লু।"

"কালিদাসকী যক্ষ অদুনা লৈচিলদা পাউ পুহনখি হিমালয়দগী উজ্জয়িনী তান্না। ঐগীদি কদায়-ফন য়াম্না থাখ্রবনি কৌৱূদগী মেরাগী লৈচিন কয়া অদুবু ষম্বনসি লানশিনবা ঙমদনা হেক্তা হল্লকখি। নঙনা খঙলিদুনি ঐগী রাদর হন্দক্তা ইজরেলদগী লৌরুবা খ্বাইদগী ফবদুনি অদুবু হেক্তা যাম তৌই, খুৎশেমদগী হেনবা করস্বা অমনা থৎখ্রবনো ? পাউ-ঈ অমত্তমক য়ৌদ্রে ফংদ্রে-ঐগী থম্মোই কায়রে। কয়াম কুইনা খাঙখিনি খঙজিল্লক্লে।"

"নীংবা কায়বা তৌগনু-হনবা নাইদনা তপস্যা তৌ শোয়দনা মঙ্গল ওইগনি। তপস্যাগী শক্তি নঙনা খঙলিবদুনি-তপস্যাগী শক্তিনা ব্রহ্মানা জগত শেমখি, তপস্যাগী শক্তিনা বিশ্বামিত্রনা গায়ত্রী পৃথ্বিদা পুরকখি-তপস্যাগী শক্তিনা বিশ্বামিত্রনা অযোধ্যাগী নিংথৌ ত্রিশঙ্কুবু হিংনা হিংনা স্বর্গদা থাগত্তুনা অন্তরিক্ষদা থমখি। পূক্লিং অনি লোঙদনা তপস্যা তৌ তৌঙমদবা থবক কয়া পাঙথোকপা ঙমগনি-নঙগী য়োৎলীগী ষম্বন অসিদি কৈশু লৈতবনি।"

" মহাক শোয়দনা ৱারমগনি। ফ্রান্সকী বাসটিল জেলদা লৈখ্রবা মীনা থিবিরক্লবা বন্দিগুম, ইংলণ্ডগী তাউৱার জেলদা মপুক্সি চূপ্পা ফাজিন্দুনা থমখ্রবা বন্দিগুম মহাকসু কনা উনহন্দনা মী অতৈনা অমুক থিরক্তনবা ষম্বন অসিনা মরোল মরোল কোয়শিন্দুনা থমখ্রমাল্লে।"

"অওইবনি, বাস্তিলদা লৈখিবা য়োৎকী কোমায় তোপ্পা নুপা অদু অমদি তুংদা কাউন্ট অব মোন্টে ক্রিস্টো ওইখিবা ডান্টেনা বাস্তিলদগী থোক্লকরুবা খুদোংচাবা ফংগ্রিঙৈদা কয়াগী মতীক ব্বারমগদবা ! য়োৎকী কোমায় তোপ্পা মী অদুগীদি আশা পূম্না মাঙগ্রবসু ডান্টেদি খুদোংচাবা হেক ফংবগা নাম্বোরকখি, কনানা খঙবা নঙগী অসিসু ডান্টেগুম খঙহৌদনা নাম্বোরকপসু য়াই- লাইনীং চেৎলু।"

" অদুবু ঐবু কয়া কুইনা ঙাইখিগদগে ?"

" নুংশিবগীদমক্তা ঙাইববু অরেপ্পা মতম লৈবরা ? ঙাইখো নঙবু অন্দ্রোগী তরঙ্গো মাইবগী থব্রায় মিরেন কৌবা অমদি লৈপ্রাম যুবা মাইবগী তরেঙলৈবী কাদুবু চাং য়েংদ্রিবরা ?"

"চামরক য়েংগ্রবনি, কান্নদ্রদুনা তোকখ্রবনি। মী অতৈগীদি তরেঙ লৈরিঙৈ লোইদ্রিঙৈদা হেক্তা চেল্লকই ককা হায়বনি-ঐগীদি মাইবনা হায়ববু- "লূপ্নবা নূংদুম্না নন্দুনা থমগ্রে লেঙওইৎখিদ্রে" হায়।

"মখোয়দগী হেন্না হৈবা অমা লৈ-লাকপরা, নঙ হং-লাক্তবরা ?"

"মখোয়না কনা অমুক তাক্লকখিনি ? মণিপুরদদি মখোয়না মহেল্লে হায়না লৈরিবনি।"

" মখোয়বু শুকগুম ঙম্নরোই হায়ববা ?"

"কদাযদৈ হায়গদগে। থা অমগী মতুংদা অমুক লাকখো হায়রকপনি। ঐ চৎলুদ্রে, থাজদ্রে মখোয়না তৌশারিদু।"

" নঙগী ষম্বনসিবু কয়াম ব্বাংবা জাৎনো ? চৈতক্লা হেরিয়েটলা কোপ্পুর অমত্তং ব্বায়রগা মথক লান্না অমুক্তং পাইশিনশিদনা।"

"মদু য়াবা জাৎ নত্তে, অঙকপা ষম্বননি মশক লোৎপনি, মরৈমরা চাওবনি, নেম্বা ব্বাংবা মনীংনি নুংশিৎ ফাওবা লীৎপা ঙমদবা ষম্বননি-ঐতবুনি মানা থিংলিবা।"

"ভায় নঙগী ষম্বনসিদি মগুন য়াম্না লৈগ্রবা জাৎনিদনা। নঙবু বার্ব ব্বায়ারদু কক্লুনা অমুক্তং লীৎশিন্নবা তৌদনা, ট্রেনীং কাসু তৌরুববদাইনে।"

"অদুবুদি চহি কয়া ট্রেনীং তৌখ্রবনি। হন্দক্তা কাগীলগী লান্দা মায়পাক্লা শীজিন্নদুনা য়েক্লবগী কেম্প চঙদুনা য়েক্লবা লাম্গী কয়া হাৎখি কয়া ফাখি, কেম্প অদুসু খুদুম চনখি। অদুবু লান লোইরদুনা ছুটি থোরকপদদি ষম্বনসিনা ঐবু চপ চানা থিংলল্লে। উবা ফংদ্রে, মপাও তাবা ফংদ্রে-থোঙ্গাল ছো লোনখ্রে। ব্বায়ার কট্টর পায়দুনা অমুক্তা নত্তে ঐনা হোৎনরুবা। অদুবু পূম্নমক করিমত্তা কান্নখিদ্রে। ষম্বনসিনা ঐবু পূমথিং থিংগ্রে, ব্বায়ার কট্টর ময়া কুমগ্রে গতি লৈতে। খন্দুনা য়েংউ মহাক কয়াদা ব্বারমগবা কয়া লাঙতক্লরমগবা ? ঐনা শোমদা মহাক্লা অশোমদা, খুৎনা লাম্বা ফংলবা অসিদা-মরক্তা ষম্বন অসিতনা ঐগী বৈরি ওইদুনা লৈরিবনি।

"ঐনা হান্না হায়খিবদুনি তপস্যা তৌ পূক্লীং অনী লোঙদনা নীংঙু - শোয়দনা ষম্বন অসি লানশিনবা য়াগনি নোংমদি, মতমদুদা থুংগনি নঙগী নীংবা। নঙ খঙদ্রা তপস্যাগী

শক্তিনা দ্রৌনীগী ব্রহ্মস্ত্রনা পান্দুনা শিরবা উত্তরাগী গর্ভদা লৈরিবা অভিমন্যুগী মচা পরিক্ষীৎপু হিংগৎহনখিবনি শ্রীকৃষ্ণনা। অদুনা তপস্যা তৌ, নীংহন্নগনু তপস্যানা ঙমদবা লৈতবনি।”

“ ষম্বনসিনা মফম হোং হোংদুনা ঐবু থৎলকলিবসে হৌজ-হৌজ মশীং য়াম্না য়াম্নক্লবনি, ঐসু খাঙ্গে হায়না খাঙবনি-অদুবু খাঙবগী ঙমখে য়ৌরক্লে। নমখায়রগে থুদেক্লগে খল্লগসু ষম্বন অসি অমুকসু উ অমুকসু উদে, উদ্রবসু লৈ হায়বদি খঙই, ঐবু থৎলি হায়বা খঙহল্লি, মনাক নক্লবা ঙমহন্দে। ষম্বন অসিনা ঐবু অহ্নাবা কয়াম নংহল্লে হায়বা খঙনীংবরা ?”

“ মদু খর তম্মু, ঐহাক য়াম্নমক হেক্তা খঙনীংলে।”

“ ষম্বন অসিনা ঐবু ওৎলকলিবসি সংসার অসিদা ঐনা খোঙদারকপা ইপোকথা য়ৌবা নুমিৎকী নোংঙানবদগী হৌরে। নুমিৎ অসিদা শকউদবা ষম্বন অসিনা ঐগী ইপা ইমাবু খাজিন্দুনা থমখ্রে-ঐনা মখোয়গা অমুক উনবা ফংখিদ্রে। ঐগী ইপা-ইমা অদো ঐগা করিগুম্বা মফমদা করিগুম্বদা থেংনরবসু মখোয়না ঐবু মচানি খঙলরোই, ঐনসু মখোয়বু মশক খঙলরোই।

ইমা পোকপা অবোক্লনা পীক্লিবা ঐবু নাওকোনবীবকপনি-মাগী মতম্বাক্তা চাউরকপনি-ইমানি অবোক্লী হায়বা খঙদবমখে। মতম খরদং ঐবু লুনা তৌবিবা ঐনা পাম্বতা পীবিবা অবোক অদুনা ঐবু অহ্নাৎ-অপা লৈহন্দনা থম্বীবনা পৃথিবীদা ঐনা হেক পাম্বা পূম্বা ইরায় লায়না ফংগনি খনখি। অদুবু ঐনা চহি মঙা শুরকপা লাইরিক তম্বা হৌরকপা অবোক্লা ঐবু অবোক কৌ হায়না কৌবা হৌরকপা অনৌ অনৌবা শান্নপোৎ অচাপোৎ তানবা হৌরকপা মতমদা ঐগী অপাম্বা পূম্নমক্তা ঐগগী মরক্তা ষম্বন অসি খাররে। অবোক অমুক হন্না উখিদ্রে। ঐগী অপাম্বা নুংঙাইজবা পূম্বা ষম্বন অসিনা থৎখ্রে।

অবোক অদু লাক্লদ্রা-ঐগী ঙমোক পীরগদ্রা-ঈরুজবিবগদ্রা হায়না কয়া ঙাইবনি, মমিং পন্দুনা লাকও হায়না কয়া কৌবনি। অদুবু ষম্বন মরুমদা লৈখিবা অদুদগী শুকথোক থোরকখ্রিদ্রে। য়েক্লবনি ষম্বন অসি ঐগী হরাও নুংঙাইবা পূম্বা মাঙহল্লিবা।

অবোক শুক্লাক লাক্লবা অদুদা মামহন্না ঐবু মখোয়গীদা লৈরসি হায়দুনা লৈরে। মামহনদি ঐবু য়াম্না লুনা তৌবনি, মাগী মচাশিংদগীসু হেন্না ঐবু লুনা তৌবনি। ঐনা পাম্বতা পীবা ঐনা হায়বতা তৌবা অদুদা মাগী মচা ইশেন ইবাইশিংদুনা মামহন্দা অমদি ইনেহন্দা তত্তনা ব্রাকৎপনি। ইনেহনসু মচাশিংগী মীচঙ চঙদুনা মরক মরক্তা মামহন্দা ঐগী ইথক্তা ব্রা কয়া হায়বনি। অদুবু মখোয় কনা অমত্তগী মব্রা তাদনা মাম্মহন্না ঐবু হেন্নদুম লুনা তৌবনি। শুম্না উখিদ্রবা অবোক অদু অশুম অশুম কাউরক্লবনি। ঐগী লাইরিক লাইশু তম্বা হৌনবা মাম্মহন্না লাইরিক সিলেট কান্স্রু পেনসিল খাটাতা নত্তনা অনৌবা ফুরিৎ খোঙ্গাও খোঙুপ লৈবিদুনা মচানুপাশিং ইশেন ইবাইনা তমলিবা স্কুল অদুদা মিং চনবীদুনা লাইরক তম্বা হৌহনখি। স্কুলদা লাইরিক তম্বা কাবদুদা ঐনা কয়া নুংঙাইজখিবা ! অদুবু কুইদে ঐগী বৈরি ষম্বন অসিনা ঐগী নুংঙাইবা পূম্বদু খাজিল্লকলি। খঙহৌদনা মাম্মহল লৈখিদ্রে, ইকান কান্নদনা ইনেহলসু থুপখ্রে, ঐগী নুংঙাইজবদু ষম্বন অসিনা মাঙহনবদা ইশেন ইবাইশিংগীসু

য়াওহনখ্রে। মামতোনগা অমুক লৈমিন্নরে-মামতোনদি লায়রৈ মামতোন্না লৌবী ইনেতোনদি মবুক ফত্তে-ইচা মীচা নাইনা চৎলি ঐবু নপ্পো অমগুম খল্লি থীনা থীনা তৌবি। ঐগী মরমগীদমক মামতোনগা থীনা থীনা খৎনৈ মানা তত্তনা হায় "মীচাবোক থাকপা ঙমজদ্রে।" মামতোন্না লংফৈদা চৎখ্রিঙৈ মনুং নোংমা ইনেতোন্না ঐবু ইম্ফালদা পুরক্লগা হোটেল অমদা হোটেল বোই ওইনা য়োম্লোকপীরম্মী।

হোটেল অদুগী গ্লাস চাম, কোল্লিক ফেং লুখাক চগুম শেং তৌদুনা অরেম অতা চাদুনা হিংলম্মী। হোটেল মপু অদুনা ঐবু থীনা থীনসু চৈরম্মী। হৌজিক ঐগী লাইরিক লাইশু তম্বা পৃম্বা পৃমলেপ লেপখ্রে। হোটেল মপু অদুগী মচাশিংনা লাইরিকতম্বা স্কুল কাবা কৃম্বা উবদা পুক্লীং নুংনাংই। লাইবক ফবদগী নোংমা মণিপুরগী ওর্ফেনেজ চিলড্রেন্স হোমগী সেক্রেটারী সরজু দেবীনা হোটেল অদুদা ঐবু উখিরম্মী। মানা ঐবু চিলড্রেন্স হোমদা লৈননবা শীনবিখি। চিলড্রেন্স হোম অদুদা ঐগুম্বা মপা মমা লৈজদ্রবা ময়াম পীক থন্না লৈরম্মী। ঐহাক কয়াম নুংঙাইজরে। অমুক হন্না লাইরিক লাইশু তম্বা শান্ন-খোৎনবা য়াওবা ফংজরে। মফম অসিদনি ঐগা দিঙ্কোগা খঙনখিবা। ঐখোয় অনীমক বোক্সীং শান্নবা য়াম্না পাল্লম্মী। অদুনা ঐসু দিঙ্কোগা লোইননা গেম অসিদা মমিং লৈবা অমা ওইনা হোম অদুদা খঙনরকখি। দিঙ্কোগা ঐগা লাম্বানি, পঙলাক লাকচনদে নোংমনা মানা থোই নোংমনা ঐনা থোই। অদুবু মীমাঙ থোক্তুনা স্কুলগী , ডিষ্ট্রিক্কী অমদি ষ্টেটকী কমপিটিসন তৌরকপা মতমদদি দিঙ্কোনা ঐবু হেক্তা মায়থীবা পীরমদুনা ইতত্তনা প্রাইজ লৌখি, নেসনেলদা, ইন্টরনেসনেলদা দিঙ্কোনা হেক্তা চৎখি। ফন কন্না হোৎনরবসু মকোক ওইবগী অমদি সনাগী মেদল লৌবগী অমদি দেশকী নেসনগী অমদি ইন্টরনেসনেলগী মনা অসি ঐগী শরুক শুকথুং থুংদ্রিবা অসিবু করিগীনো ? ফংলমদাই খুদিংদা ষম্বন অসিনা হেক হেক থত্তুনা থল্লিবা খুদোংচাবা পৃম্বা মাঙহল্লিবসিবু করিগীনো হায়বনি।

হৌজিক ষম্বন অসিনা অমুক ঐগী পুন্সিগী মরু ওইবা মতাং অসিদা থোরক্লে-শিবা হিংবা খঙদনা চঙশিল্লবা ফাওবদা ষম্বন অসিনা অদুম ঙমদুনা লৈরে। করি তৌনি ভায় ! ঐবু করি তৌ হায়বগে ?"

"মসি নংঙোন্দতা থোকপা নত্তে মী অতৈদসু অদুম মথোকপা জাৎনি।"

"ঐদি থাজদে ঐঙোন্দা তৌরিবা অশুম্না অতৈদসু তৌরম্নি হায়বা, খিৎ হেনমনখ্রে হায়নিমা !"

"অদুম্না খক খল্লুনু ভায় ! সংসারসিদা ঐঙোন্দগী হেন্না ৱাবা ঐঙোন্দগী হেন্না নুংঙাইবা অমা লৈতে হায়বা লৈতবনি। হেন্না ৱাবা হেন্না মরাইবক থীবা হেক্তা লৈরম্বনি-নঙগীসিদি অথেংবী পনখৈ য়ৌদ্রিবনি-ষম্বনসিগী ৱাতনি।"

"অদুবু মীওইবগী পুন্সিদা খুদোংচাবা অমুক্তংদি শোয়দনা পী হায়না হায়নৈ-ঐগীদি কদায় ! অমত্তসু ফংদ্রি হৌজিক ফাওবা। ষম্বনসিনা পীরিবা ঐনা থেংনরিবা খুদোংচাদবা ময়ামসি য়েংলুরবদি মদু লাক্কনি হায়বা অসি থাজবগী ৱাংমনি।"

"ভায় নঙবু চহি কয়া শুরগেনে ?"

"কুন্থাদি হেনগ্রে, নিফু তানখৎলক্লবনি। ইমান্নবা অতৈ মযুম মকৈ পান্নদুনা মচা মশু পোক্লম্রবনি।"

"এ ! অদুদি মতম য়াম্না লৈরি। হৌজিক কান্দদি চহি কুন্থাদি য়াম্না নৌরিপোৎনি, লৈশাবী ফাও চহি নিফুশুবা পীক থম্না লৈরবা মতমসিদবু।"

"অদুবু ষম্বনসিনা ঐগী আশা পূম্বা নিরাশা ওইহল্লে। থাজদ্রে ঐগীদমক্তদি মীওইবগী পুক্নিদা অমুক্তং হায়বদু।"

"ভায় নঙবু লাই থাজব্রা ?"

"মদন মোহনজিবুরা ? করি থাজদনি, মাগী থৌজালনা হিংলকখিবনি ঐ কাগীলগী লানফমদা। য়েক্লবা লানথেংননবা য়াম্না চেকশিন্না উন্না কৃপ্পবা চীংদোন তম্না কাখত্তুনা চীংগী নূংগাইরক্তা লুমদুনা য়েক্লবা ঙাইদুনা লৈরম্মী। অশুম্না পূং অহুমলোম ঙাইরম্মী। নুমিৎ কয়ানি তুমদ-হিগুনা চীংদু কারকপা, য়েক্লবগী মী লাকপরা য়েংদুনা সন্ত্রি তৌদুনা মীশেঙ খাঙলকপা অদুদা ব্রামনম্রমাল্লে ফম্না ফম্না মিনিট খর উইবগুম তৌখি মতমদু মক্তদা মদন মোহনজিনা ইমাঙদা চঙশিল্লক্লুনা নোক্লা নোক্লা হায়রম্মী-" মহেন! নঙবু য়াম্না ব্রারবরা ? ব্রাগনু নুংশা থীগনু কৈশু তৌবোই" ঐনা মাবু খুরুমদুনা অবোক্লা তন্ত্রীরম্বা মন্ত্র "ক্লীং কৃষ্ণায় গোবিন্দায় স্বহা" হায়বদু থীদুনা খুরুম্বা লোইরকপা অদুব্রাইদা য়েক্লবশিংনা কাপ্লকপা মোর্টোর বোম অমা য়াম্না নক্লা পোকখায়রম্মী, লোয়ননা য়েক্লবনা কাপ্লকপা এল এম জি, একে রাইফল মরূনা মফম মরাং খঙদনা মরি-মরি পাইশিল্লক্লম্মী, ঐগী ইনাক্তা ঐগা থংননা ফমলিবা সিফাই অমা অনিসু গুলিনা পান্দুনা শোকখি। মতমদুদা ঐখোয়গী কম্মাণ্ডরনা চার্জ হায়না লাউরকপা অদুদা ঐখোয় পূম্বা রাইফলদা বেয়োনেট থেৎচিল্লগা ফৃক ফৃক হৌগত্তুনা মাঙলোমদা গজ কুনমুক নোংমৈ কাপ্না কাপ্না চেনশিন্দুনা লান্দারক্লিবা য়েক্লবশিং অদুগা খুৎ থোক্ল য়ান্নদুনা ইখুৎমক্লা য়েক্লবা অনী অহুম নোংমৈনা কাপ্তুনা হাৎখি অমনা বেয়োনেৎনা থিন্দুনা হাৎখি। অদুদগী য়েক্লবা কাঙবু কায়দুনা চেনখ্রে-য়েক্লবা তরেৎ ঐখোয়না হাৎহৌখি- ঐখোয়গীসু সিফায় অহুম শিখি।

লানফম অদুদা ঐনা হিংহৌবদু শ্রীশ্রী মদন মোহনজিগী থৌজালননি। মানা তাকপীরম্বগুম লানফম অদুদা তু নামা তেক্তনা হিংলকখি। লানফমদুগী তুংদা ছুটি ফংদুনা ইম্ফাল থোরকপনি মাবু উনগে হায়দুনা। অদুবু মহাক্তি ষম্বনসিনা থৎখিবনা মমি ফাওবা উবা ফংদ্রি। ঐ য়াম্না থাজে মদন মোহনজিবু নুংশিজে।"

"অদুনা নহাক নবুক্লীং চপ যুংনা ব্রাখল অতৈদা চোইথোক্তনা মাবু নীংউ তপস্যা তৌ। মহাক্লা নঙগী বৈরি ওইরিবা ষম্বনসি শোয়দনা লৌথোকপীখিনি। মদন মোহনজি অসি মহাভারতকী শ্রীকৃষ্ণ অদুমক্লি মশাগী তপস্যাগী শক্তিনা উত্তরাগী শিনা পোক্লবা মচাবু হিংহনখিবা।"

"ভায় শ্রীকৃষ্ণগী তপস্যা শক্তিগী ব্রাদু শম্লপ্না অমুক্তা লীবিয়ু তাজগে"

"কুরুক্ষেত্রদা য়ান্নখিবা মহাভারতকী অরোইবা নুমিৎকী লান্দা নুমিৎ যুংবা মতমদা কৌরবকী ইকোন কোনবা সেনাপতি শল্য মহারাজ যুধিষ্টির মহারাজগী খুত্তা তুখি।

পাণ্ডবশিংনা কৌরবকী অকল অথৌগা লোয়ননা লাম্নী পূম্নমক তুম্না হাৎখি। হিংহৌরিবা কৌরবকী অকনবা অহুম কৃতবর্ম্মা কৃপাচার্য্য অশ্বত্থামা লান্দা শাথিনা শোক্তুনা লানগাইদুনা চেনখি-লানফম য়াইদা দুর্য্যোধন মহারাজ মথন্তা তরক তরক লেপ্লী। লান তৌরুবগী ব্বাবনা চোকথরবা খুৎলাইনা শোকখিবগী মশা পূম্বা ঈতনা পূমঙাং ঙাঙনা তৈরবা কৌরব নিংথৌ দুর্য্যোধন মমাঙদা মাগী লাম্নীনা তুমখিবা মমিৎমক্লা উখি। মাগী কনা লৈত্রবা মায়থিরবা কৌরব নিংথৌ দুর্য্যোধন পাণ্ডবশিংগী জয় ওইবগী খোল্লাও তানা তানা লানফম থাদোক্তুনা গদা অমা কোন্দুনা মখোঙনা চৎখি। নুমিৎতুমা পোত্থারগা করি তৌসিগে লেপ্পনবা দ্বৈপায়ন তিঠংগী ঈরেন্দা ঈশিং মনুংদা জালস্তম্ভ মন্ত্রগী মতেঙনা নুংঙাইনা পোত্থাদুনা লৈখি।

লান জয় ওইরবা পাণ্ডবশিংনা দুর্য্যোধন শিদ্রি মাবু হাৎত্রিমখৈ লান লোইরোই হায়বা খঙদুনা লানফমগী মফম পূম্বা থুংনা মাবু থিরি মী থাদোক্তুনা, মতমসিদা কৌরবকী হিংহৌরিবা অকনবা অহুম অদুনা সঞ্জয়না তাকপা মতুং ইন্না দ্বৈপায়ন হ্রদ তা লাক্তুনা দর্য্যোধনবু কৌদুনা লান তৌখিসি হায়রম্মী। দুর্য্যোধননা ঈশিং মনুংদগী "ঙসিদি পোত্থারসি মযামসু পোত্থাবিরুরো হয়েং নোংঙাল্লগা লান চঙসি" হায়না হায়রকখি। অশুম্না ব্বারী শাবসি ভীমগীদমক শাতানবা কাঙবু অমনা পাৎ অদুদগী ঈশিং থকপা লাকপদা তাখি। অমসুং দুর্য্যোধনগী লৈফম থিরিবা পাণ্ডবতা পাউ অদু তম্লুখি। শ্রীকৃষ্ণগা লোয়ননা পাণ্ডবশিংনা লাম্নী তেঙ্গোল পুরদুনা দ্বৈপায়ন হ্রদতা লাকখি। পাণ্ডব লাকপা উবদা কৌরবকী অকনবা অহুমদু জঙ্গললোমদা চেনশিনখি।

পাণ্ডবশিংনা দুর্য্যোধনবু নাইতোম লানশীংনদুনা ঈশিং মনুংদগী কৌখৎখি। ভীমগা দুর্য্যোধনগা গদাগী লান তৌখি। লান অদুদা ভীম্না দুর্য্যোধনগী খুকউ য়ৈথেক্তুনা মশাগী ব্বাশক ঙাকখি। গদাগী লানগী নিয়ম মতুং ইন্না খ্বাঙগী মখাদা খুৎলাইনা থাবা য়াদে। মরম অদুনা নিয়ম কায়না ভীম্না দুর্য্যোধনগী খুকউ য়ৈখায়বা উবদা লান য়েংলম্বা বলবাম য়াম্না শাওখি অমসুং মাগী লাঙ্গল থাঙ্গত্তুনা ভীম তম্না হোৎচিল্লকখি-শ্রীকৃষ্ণনা বলরামবু খামখি অমসুং ভীম্না মশাগী ব্বাশক ঙাকচবনি শাওবীগনু হায়জখি। বলরাম য়াম্না শাওনা মফমদু থাদোক্তুনা চৎখি। খুকউ য়ৈখায়বীরবা মায়থীরবা দুর্য্যোধনবু মথন্তা শিজনবা হন্দোক্লমদুনা পাণ্ডবশিং মখোযগী লানশঙদা লান জয় ওইবগী নুংঙাইবনা থন্দুনা হঞ্জিনখি।

দুর্য্যোধন হেক তুবদা পাণ্ডবকী দলাই তোংবা রথী লিশীং অনি শামু চাতরেৎ, শগোল লীশীং মঙা খোঙমী লীশীং তরা লৈহৌরী। জয় ওইরবা লাম্নীশিংনা পাণ্ডব সেনাপতি পঞ্চাল যুবরাজ ধৃষ্টদুম্ন্য, অকনবশিং শিখণ্ডি, উত্তমৌজা, পাণ্ডব মঙাগী মচানুপা মঙা গা লোয়ননা পাণ্ডবকী লানশঙদা জয় ওইবগী হরাওবনা থন্না সন্ধ্যা ওইরক্লবদা পোত্থাদুনা লৈখি। পাণ্ডব মঙা সাত্যকীগা লোয়ননা শ্রীকৃষ্ণনা মঙ্গলগীদমক্লি লনশঙগী ব্বাংমদা অচীকপা মফম অমদা পোত্থাকসি হায়দুনা কুরুক্ষেত্রগী মনুংদা লৈবা ওঘবতী হায়না কৌবী তুরেল অদুগী মপান্দা ফিগী মাণ্ডব খন্দুনা অহিং অদুমা লেনখি।

পাণ্ডব লাম্নীশিংনা দ্বৈপায়ন হ্রদকী মপান্দগী চৎপ্রবা তুংদা উমংদা লোত্তুনা লৈরুবা অশ্বত্থামা কৃপাচার্য্য কৃতবর্ম্মা অহুম অদু মীশিংগী মচিন্দগী গদাগী লান্দা দুর্য্যোধন তুরে

হায়বা তাদুনা মখোয়গী য়াওলবা শগোন্নচিংবা রথতা তোংদুনা খুকউ য়েখায়বীরবা শিবা ঙাইরিবা দুর্য্যোধনগী মনাক্তা লাকখি অমসুং মাগী মতৌ উবদা কপখি। অমসুং অশ্বত্থামানা নুংদাংগী লান্দা পাণ্ডব মঙাগা লোয়ননা লাম্মী পুম্নমক হাৎকে হায়না দুর্য্যোধনগী মফমদা ৱাশকখি। দুর্য্যোধননা কৃপা চার্য্যবু ঈশিং চফু অমা লৌহল্লুরগা- ঈশিং অদু অশ্বত্থামাগী মকোক্তা হৈদুনা কৌরবকী সেনাপতি হাপখি। হরাওরবা অশ্বত্থামানা অকনবা অনিদুগা লোয়ননা উমংদা চঙখিদুনা বট পাম্বী অমগী মখোঙদা করম্না লান শোক্লশিগে খন্ননবা ফমথখি। কৃতবর্ম্মা কৃপাচার্য্য অনিদি হেক ফমথবগা ৱামনখিবনা খো খো নাখোক্তুনা লৈবাকথক্তা তুমথখি। মপা হাৎখিবগী লমন খুম্লীংবনা প্রোক প্রোক থস্মোয় চান্নবা অশ্বত্থামাদি তুম্বা য়ারমদে। মতমদুদা বট পাম্বী অদুদা লেকলিবা ক্বাক ময়াম অদুনা তুমথস্ত্রবা তুংদা অচৌবা মকু অমা পাইশল্লক্তুনা তুমলিবা ক্বাকশিং অদু অমমমতা ওইনা মকোক মশা চিকখায়দুনা মথং মথং লোইনা হাৎলবা তুংদা পাইথোকখি। মদু উবদা মানা তৌগদবসু মসিমক্লী হায়না অশ্বত্থামানা খনখি। তুম্মীঙৈদা য়েক্লবা পাণ্ডব লাম্মী পুম্বা লোইনা হাৎলগে লেপ্লদুনা অশ্বত্থামানা তুমলিবা কৃতবর্ম্মাগা কৃপাচার্য্যবু হৌদোক্তুনা অথেংবা অহিং অদুদা পাণ্ডবকী লানশঙ তান্না চৎখি।

"তুম্লিবা খুৎলাই পাইদবা মী হাৎপা হৌনদে নোংঙাল্লগা লান থেংনসি" হায়বা কৃপাচার্য্যগী ৱা অদু অশ্বত্থামানা য়াখিদে। মখোয় অনি "লানশঙগী থোঙ্গান্দা লৈবিয়ু চেম্ভোরকপা য়েক্লবতা হাৎপীয়ু" হায়না কৃপাচার্য্য, কৃতবর্ম্মাবু মপান্দা থম্নমখি। মশা মথন্তা লানশঙ মনুং চঙখি। লান জয় ওইবগী নুংঙাইবনা পুং শেল য়ৈদুনা তৌদ্রিবাসি মোইবুং খোং ঈশৈ শক জগোয় শা, লাও খোংদুনা পুম্নীন নিল্লম্বা লানশঙ অদু চেক মোক লাওখিদ্রে। পুম্নমক তুমখুন হুনখ্রে। য়েক্লবা কৌরব লাম্মী অহিংবা অমা ফাও লৈহৌদ্রে হাযদুনা অকিবা চিংনবা লৈতনা চেকশিন থৌরাং থৌশাদনা যাতাখ্রে। নুমিৎ তরানিপান্নি চুপ্পা লেপ্তুনা লানথেংনরকপগী চোকথববা মশাশিং অদু হেক হিপথবগা কোক্কা মোনগা হেক তাইনবদা ঙম্না তুমখুন তানখরে। লানশঙগী থোঙ্গান্দা উইদুনা লৈরম্বা সন্ত্রি হাৎলগা অশ্বত্থামা চেক মোক লাউদনা শিবিরদা চঙলক্লগা নিংঙাইদনা তুমদুনা লৈবিবা ধৃষ্টদুম্ন্যবু মশাগী মশক তাক্লগা মখৌরী মেত্তুনা শা হাৎপগুম হাৎখি, মপা দ্রোনাচার্য্য হাৎপগী লমন খুমখি। মাগী হকশেনবা পুম্বা লোইনা হাৎখি। ধৃষ্টদুম্ন্যগী শারথী লোত্তুনা হিংহৌখি। অশ্বত্থামানা মথং মথং মাগী মাগী শিবিরদা তুমদুনা লৈরিবা শিখন্দি, উত্তমৌজা অমদি দ্রৌপদিগী মচা মঙাবু পাণ্ডব মঙানি খন্না হাৎখি। অশুম্না লানশং দুদা তুমদুনা লৈরিবা রথী, শগোন তোংবা লাম্মী শামু তোংবা লাম্মী খোঙমী পুম্নমক মথং মথং থাঙনা মঙক কক কক্তুনা হাৎখি। মিকপ থোক্লবা জ্ঞান তাদনা চেম্ভোকখিবা কয়া থোঙ্গান্দা কৃপাচার্য্য অমদি কৃতবর্ম্মানা লোইনা হাৎখি। ধৃষ্টদুম্ন্যগী শারথী অদুতদি ময়াম মরাং মরাং তৌরিঙৈদা হিংনা নাম্ভোকখি। দ্রৌপদিগী মচা মঙাগী মকোক্তু নম্বো পোশিল্লগা, পাণ্ডবকী লানশঙ মৈ থারম্লগা অশ্বত্থামানা কৃতবর্ম্মা কৃপাচার্য্যগা লোয়ননা দুর্য্যোধনগী মনাক্তা চৎখি। মতম অদু ফাওবা মহাক হিংলমলি। অশ্বত্থামানা য়াম্না হরাওনা মাগী ৱাশক ঙাকলে পাণ্ডবকী লাম্মী পুম্নমক পাণ্ডব মঙাগা লোয়ননা হাৎলে হায়না পাউদমখি। মদু তাবদা হরাওনা দুর্য্যোধন্না গুরুনন্দন অশ্বত্থামাবু থাগৎলগা ভীমগী মকোক অদু অমুক্তা য়েংগে হায়রকখি। অশ্বত্থামানা ভীমগী মচানুপাগী মকোক অদু

পীরম্মী। মকোক অদুদা দুর্য্যোধন্না খুদুম্মা গোপ লাওনা থাবদা মকোক অদু পূমতোয় তোইরম্মী। মদু উবদা দুর্য্যোধন মখোল থোক্লা হীক হীক কপ্লক্লম্মী হায়রকখি- "ওম্বোকপনি গুরুনন্দন ! ঐখোয়গী শাগেদা মপা মপুগী কর্ম্ম তৌবিনবা ইচা অমা ফাওবা হিংদ্রে, ভীমগী মকোক্তি ঐগী য়োৎকী গদানা থাবদা ফেৎ হাইদবনি মসিদি ভীমগী মচা নুপা ইচা সুতসোমগীনি।" অসি হায়রল্লগা দুর্য্যোধন সংসার অসি থাদোকখ্রে। মদু তাবদা অশ্বথামা কৃতবর্ম্মা কৃপাচার্য্য পাণ্ডব হিংলি মচা হাৎখিবগী লমন খুন্নক্কনি কিবদগী লম-খাইনদুনা মখোয় অহুম অহিং অদুদা মহৈ মহৈ চেন্নখি। কৃপাচার্য্যনা হস্তিনা পুররোমদা কৃতবর্ম্মানা মার্ত্তিকাবট দ্বারকা তান্না অদুগা অশ্বথামানা কুশগী ফিশেত্তুনা মশা মউ পূম্বা উফুল চাইশিল্লগা গঙ্গা মপান তান্না চৎখিদুনা মহর্ষি ব্যাসকী আশ্রমদা ব্যাসকী শিষ্যশিংগী মরক্তা লোত্তুনা লৈখি।

নোংঙাল্লক্লবদা ধৃষ্টদুম্ন্যগী শাবথী অদুনা ওঘবতী তোবর্বান তান্না চত্তুনা শ্রীকৃষ্ণ অমসুং পাণ্ডবশিংদা নুংদাং অথেংবদা লানশঙদা থোকখিবা পুম্নমক ধৃষ্টদুম্ন্যগা লোয়ননা লাম্নী পুম্নমক হাৎখিবা অশ্বথামানা মচা মঙামক তূমলিঙৈদা হাৎখিবগী পাও তন্নখি। মৈনা পূমচাক চাকপ্রবা অশিবতনা থল্লবা লানশং অদু উবদা "ঐখোয়না চেকশিন হৌদবদগী লান জয় ওইরবসু মায়থীরে" হায়না যুধিষ্টরনা অনুতাপ তৌখি। দ্রৌপদি অমদি পাঞ্চালগী নিংথৌ মচাশিংগী নুপী পূম্বা কৌরুরে। মচা মরা শিথ্রবীশিং অদুনা তেংথা নাওইনা কপখি। দ্রৌপদিনা মচা হাৎখিবা অশ্বথামাগী মথক্তা লমন খুম্বীদ্রবদি চরা হেন্দুনা শিরনি হায়না পাণ্ডবশিংদা মরুওইনা ভীমদা হাযখি। মদু তাবদা ভীম্না অশ্বথামা হাৎলুনি হাযদুনা লীরুং পায়দুনা নোকুলনা শারথী ওইহন্দুনা বথ অদু থৌদোকখি। অশুম্না ভীম্না চৎখিবা উবদা শ্রীকৃষ্ণনা যুধিষ্টিবদা হায়খি "য়াম্নুং মহারাজ ননাও ভীমগী মতেং পাঙবীদ্রিবা করিগীনো ? মহাক খুদোংথীবদা হোৎচিনখ্রে। অশ্বথামানা পায়রিবা ব্রহ্মশির হায়বা খুৎলাই অসিদি পৃথ্বি অসিবু মিকুপ্তা চাকথেকপা ঙম্বনি। য়াম্না হাযজ চৎচবদগী মাগী লমচৎ খঙবা মপা দ্রোন গুরুনা য়াম্না তম্বীনীংদনা তম্বীরম্বনি অমসুং লান্দা ফন য়াম্না ৱারবসু শীজিন্নগনু হায়রম্বনি। অশ্বথামা হাযবসে যাম্না শাওগনবা মবুকচেন খাবা, ৱাখল লেপ্তবা তমথিববা পুকচেল চেনবা মীশক অমনি। অদুনা মাগী মখুত্তগী ভীমসেনবু কনবীফম থোকই। গুরুদ্রোন্না ব্রহ্মশির হায়বসি শীজিন্নবা প্রয়োগ খুদীংমক অর্জ্জুন্দসু তম্বীরম্বনি।" শ্রীকৃষ্ণনা অশুম্না হায়রবদা মহাক্কী রথতা কৃষ্ণগা লোয়ননা অর্জ্জুন অমসুং যুধিষ্টিব তোংখত্তুনা ভীমসেনগী মতুং ইন্নখি।

গঙ্গা মপান্দা ব্যাসকী আশ্রমদা ফমলিবা অশ্বথামানা ভীম্না তেন চীংদুনা "লৈরম্মু লৈরম্মু" হায়না লাউদুনা হোৎচিল্লকপা মতুংদা শ্রীকৃষ্ণ, অর্জ্জুন যুধিষ্টরবু হেক উরুবদা মথৱায় মাঙবা তারে হায়না কিমনপ্রদুনা ইপা পাখৎনা মাগী ব্রহ্মশির হায়বা খুৎলাইদু পাণ্ডবশিংবু হাৎলুরো হায়না থাদোরকখি। মদু উবদা শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুনদা দ্রোন্না তম্বীখিবা খুৎলাইদু শীজিন্নবা মতম চারে হায়বকপদা অর্জ্জুননা- "অহানবদা অশ্বথামাগী মথংদা ইশাগী, অদুদগী ইচীন ইনাওশিংগী অদুদগী অতোপ অতোপ্পশিংগী অমদি জগতকী মঙ্গল ওইসনু ঐগী খুৎলাই অসিনা অশ্বথামাগী খুৎলাইবু ঙাকথোকপা ওইসনু" হায়না হায়বগা

ব্রহ্মশির কৌবা খুৎলাইদু থাদোরকখি। খুৎলাই অনি অসি পৃথ্বিপৃম্বা থক থক নিকহন্না মায়কৈপৃম্বা পৃংঙান ঙালহন্না মৈ ফ্রুং ফ্রুং হৌনা পাইশন্নরকখি। খুৎলায় অনিদুনা জগত পৃম্বা মাঙন-তাক্লবা তৌনরক্লবা অদুদা জগতকী মঙ্গলগীদমক ব্যাসকা নারদকা অনিনা তপস্যাগী শক্তিনা খুৎলায় অনিদুগী মরক্তা চপ লেপ্লগা হায়রকখি "ব্রহ্মশির অমনা ব্রহ্মশির অমবু থিংদুনা থমখ্রবা লমদম অদু চহি ১২ নোংতাদে উ-রা নাপীশিংবী হৌদে জিব পানবা অমত্তা লৈবা ঙমদে। পৃথ্বিবী অসিদা কষ্টৌরবা মহারথী কনা অমত্তনা মীগী মথক্তে অসিগুম্বা খুৎলাই খক শিজিন্নখিদে, নখোয় অনিনা জগতকী মাঙন তাক্লবা খুৎলাই অশি শীজিন্নরিবা করিগীনো ?" মদু তাবদা অজ্জুর্ননা মাগী খুৎলায় অদু খর লৌশিনবা হৌরকই হায়রকখি "ঐগী খুৎলাইনা অশ্বথামাগী খুৎলাই থিংনবা থাজবনি- ঐগী খুৎলাইসি লৌশিল্লবদি মাগী খুৎলায় অসিনা ঐখোয়পৃম্বা লোইনা চাকথেকহনগ্রনি। ঐখোয়গী অমসুং জগত পৃম্বগী মঙ্গলগীদমক ঋষি অনিনা ৱাখল অমুক্তা খনবীয়ু।" অসি হায়রগা মাগী খুৎলাই অদু লৌশিনখি। অশ্বযামাদি "থাদোকখ্রবা খুৎলাই অদু লোইশিনবা লৌশিনবা ঙমদে।" কিমনখ্রদুনা কাপ্লবনি অদুনা পাণ্ডবকী মহুত্তা উত্তরাগী গর্ভদা লৈরিবা অঙাং অসিদা পাল্লুরসনু অদুগা গুরুনা তাকপীবা মতুংইন্না ঐগী কোক্তুগী মনি অসিসু লৌখ্রসনু" হায়রকই ভীম্না অশ্বথামাগী মকোক্তুগী মনিদু লৌখি অদুগা মদু পাণ্ডবশিংনা দ্রৌপদীদা পীদুনা মচা হাৎপা লমন খুশ্মে হায়বা খঙহনখি।

অশ্বথামানা মাগী ব্রহ্মশিরনা উত্তরাগী পোক্লিবা মচাদা থারুরসনু হায়না হায়বা মতমদা শ্রীকৃষ্ণনা অশ্বথামাবু থীনা চৈরগা হায়খি "ঐগী তপস্যাগী শক্তিনা উত্তরাগী শিরবা অঙাং অদুবু হিংহনগনি অমসুং পরিক্ষিৎ কৌদুনা নিথৌরেন ওইনা চহি হুম্ফু পানগনি হায়খি।" অওইবমকসু উত্তরাগী শিনা পোক্লবা অঙাং শ্রীকৃষ্ণনা হিংহনখি।

শ্রীকৃষ্ণ হিমালয়দা চত্তুনা বদবিকাশ্রমদা লৈদুনা চহি ১২ তপস্যা তৌখি। অদুনা নঙসু তপস্যা তৌ শোয়দনা নহাক্কী ষম্বন অসি লাম্থোকপা ঙমগনি। তপস্যা তৌবা হায়বসি টি ভিদা য়াওবা লাইগী ৱারীদা মশম মকোই খাকপা মীশিংনা ব্রহ্মা বিষ্ণু মহাদেব শোন্দুনা লাওদুনা লৈবা মখোয় লাক্লগা মাগী অপাম্বদু ফংজরো হায়না বর পীরগা ফংবা অদু-নত্তে, নবুক্লীং চপ য়ুংনা লেপ্তুনা ৱাখল খনবা অখণ্ড অহৈদা হংবা হোৎনবা অদুনি। হৌজিক জঙ্গলদা চঙদুনা মখোয়গুম্না নতোমতা লৈরুরবদি মী ফত্ত-খুত্তা থব্রায় থাদুনা তোক্লনি।"

এপ্রিল ২০০৪ ইং



*******

## এলাংবম সোনামনিগী ফোঙখ্রবা

## রারী মচা-

নির্ম্মল যমুনা /১৯৬৬ ইং

রোমকুদা শিকার/ ১৯৭৩ ইং

মংশৎ তানবা /১৯৭৮ ইং

জগন্নাথ পুজারী /১৯৮২ ইং

মমাঙখোঙ লোল্লবদি মনীংখোঙদা লাকউদনা/১৯৮৫ ইং

হায়নলীদো /১৯৯০ ইং

মৈতৈগী ইজ্জৎ / ১৯৯৫ ইং

রাখোকচাও /২০০৪ ইং

শৈজারে অদোমগী খুত্তা

“সে নখুং তিংখোরকউ”—
মমৌ ওইগদৌরিবা কন্যা অদু ইঙক ঙক্লা
করিনো খঙহৌদনা মখুং শং তিংখোবকই
লৈবাকচাও কন্যাগী মখুং অদুদা
লুপা চামা চংপী প্রেক প্রেক লাওবদু মরি মঙা
লেপথা থাদরক্লগা সংকীর্তনগী মপান্দা ফং খোকখি।

“অদুম ওইনমক -মীনা হিংচাবা ওনম্বাবসু মণিপুর হায়বা
মদমদু নুংঙাইবনিকো স্বর্গনিকো ঃ-
শিবা তারবসু মফমদুদা শিক্লশিংবা”

সোনামনি